মণিপুর ইতিহাস, বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ,

পাঙ্গাল জেনারেল, শামুকাবা অমসুং

শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ-নচিংবা লাইরিক লৌবা

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী

সভাপতি

রাজকুমার শ্রীসনাহল সিংহ বি-কম্না

সম্পাদন তৌবা।

রাজকুমার পব্লিকেসন্স,

থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং

ইম্ফাল, মণিপুর।

# MEITEI CHEPHONG :

## History of Journalism in Manipur

*Edited By :* **Rajkumar Snahal Singh B. Com.**

শ্রীমতী রাহেংবম নিঙোল ইবেমচা দেবীনা
রাজকুমার পব্রিকেসন্স্‌কী ওইনা
থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং, ইম্ফালদা কোঙ্‌জবা।






অ[illegible] কোঙ্‌বা
[illegible]৮২ ইং

মমল—লুপা কুন

শ্রীধুমরবম রাসবিহারী সিংহনা
মণিপুর প্রিন্টার্স এণ্ড মেনুফেকচরর্স, থাঙাল বাজার, ইম্ফালদা
ছাপা তৌবা।

# ৱাহৌদোক

মৈত্রবাক্তা কোঙ্‌খিবা চেকোঙ্‌শিং অসি মশীং কনা য়ারে। চেকোঙ্‌শিং অসি কংখিদবসু য়াওরে, কংবদা ৱানা থোক্লে। কংলিবা থৱা অসিসু মীওই খৱগী মথুক্তদা লৈরে। ঐখোয়না থেংনৱিবা অমসুং কংলিবা থৱা অসিসু মতম চাৱিবৈ অসিদা কোঙ্‌দোক্‌হৌত্র-বদি নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা মাংখিবা য়ানা লৈ। মসিনা মৱম ওইদুনা ঐহাক্না "মৈতৈ চেকোঙ্‌" হায়বা লাইরিক অসি সম্পাদন তৌজবনি। লাইরিক অসিদা পন্দুপ মাপল য়াওরি—অহানবা পন্দুপতা নিতিগী কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ ১৭, অনিশুবা পন্দুপতা চয়োলদা কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ ১৪, অহুমশুবা পন্দুপ্তা থাদা অনি অহুমক কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ ৫, থাদা কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ ২১, থা অনিদা কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ ৪, থা অহুমদা কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ ১৩, থা মৱিদা কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ ১, চহিদা অনিৱক কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ ১ অমসুং চহিগী চেকোঙ্‌ ২ য়াওরি। চেকোঙ্‌ থুদিংগী চেকোঙ্‌গী ৱারোল, সম্পাদক থুদিংমকী পুন্সি-মতেক অমসুং শঙ্গংলবা চেকোঙ্‌ অমমম্গী সম্পাদকী ৱারোল লাইরিক অসিদা য়াওরি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা চেকোঙ্‌শিংগী সম্পাদকশিংদা অসিগীদমক্তা নুংঙাইবা থাগৎপা ফোংদোকচরি। কৈরৗ থোকনবা চেকোঙ্‌ চিংথ-নাম্থ লৈহৌরিবসু পুক্চেল চাওবা কনাগুম্বনা তাকপিরক্লবদি মথংগী থুংনমদা হাপচিনগনি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মরুপ-মপাংশিংগী মতেং য়াম্না কংই। মথোয়গী মনুংদা নহারোল সাহিত্য সভাগী জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীপোৎশংবম লালমণি সিংহসু অমনি।

৬। ১। ১৯৮২ ইং রাজকুমার শ্রীমাহল সিংহ

# মৈতৈ-চেফোঙ্

## নিতিগী ফোঙ্বা চেফোঙ্

### (১)

### দৈনিক মণিপুর পত্রিকা

<u>চেফোঙ্গী মরমদা</u>—

শ্রীথোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহনা নিতিগী ফোঙ্বা পাউজেল-চে অমা কোঙ্জগে হায়না থাবা দরখাস্ত অদু মণিপুর ষ্টেট দরবারনা ১৯০২ ইংগী জুলাইগী তাং ৬কী রিজোল্যুসন নম্বর ১গী মতুং ইন্না য়াবিখি। শ্রীথোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহনা "দৈনিক মণিপুর পত্রিকা"গী ইহান হানবা সম্পাদকনি। চেফোঙ্ অসিগী রেজিষ্ট্রেসন নম্বর সি, ২০৫৩ নি। চেফোঙ্ অসিগী মমিংগী মথাদা "পুত্র ক্ষেমকরীং শস্য সুন্দরীং সুযশস্করীং। বীর প্রসবিনীং বন্দে শ্রীমণিপুর মাতরম।" ইরি। মসিনা পাউজেল-চে অসি জাতীয়তাবাদী চেফোঙ্নি হায়বা অদুম তাকই। অচৌনবা থবক অমগীদমক্তা গোকুলচন্দ্র সিংহনা সম্পাদকী থবক থাদোক্লবদা শ্রীহরাইবম লালহরি সিংহনা ১৯৩০ ইংগী ওক্টোবরগী তাং ২৪ দগী হৌনা সম্পাদকী থবক পুরমই। ১৯৩৪ ইংগী জুলাইগী তাং ২দা থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহনা অমুক হন্না হরাইবম লালহরি সিংহদগী চার্জ্জ লৌরমই। থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহনা সম্পাদকী থবক্তগী পোৎথাক্রবদা শ্রীললিত মাধব শর্ম্মানা ১৯৩৪ ইংগী ডিসেম্বরগী তারিখ ১০ দগী "দৈনিক মণিপুর পত্রিকা"গী সম্পাদক ওইদুনা থবক পুরমই। চেফোঙ্ অসি চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ওয়ার্কস, শগোলবন্দা কোঙ্বনি। মণিপুরগী ইহান হানবা নিতিগী

কোঙ্বা চেকোঙ্ অসিদা মৈতৈ ময়েক্না "দৈনিক মণিপুর পত্রিকা" হায়নস্তু ছাপা তৌরি।

সম্পাদকী মরমদা—

লৈথিত্রবা থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ ১৯০১ ইংদা সগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা পোকই। নট সংকীর্ত্তন পালাদা ফাওরবা থোংবম ওঝাগী মচানিপা বোকুল সিংহনা পোকপনি। মহাক মেত্রিক য়েনা তমখিদে। অত্থবু মশাগী হৈথোই-শিংথোইবনা হিরম অয়াম্বদা অফাওবা মীওই অমা ওইখি। ছাত্র ওইরিঙৈদা মহাক লমজেল. চেনজোং, হাংজম্প অমসুং হোকি-ফুটবলগী অফবা শান্নরোই অমা ওইখি। হিজ হাইনেস স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজনা মণিপুরদা পাল্লিঙৈদা মহাক ষ্টেট মিলিটরী পুলিসকী কেরানী ওইরমই। অনিশুবা পৃথিবীগী লান্নাওগী মম্যাংদা কেরানী ওইবা তোক্লগা লমদম অ'সামগী অমতা ঙাইরবা নিতিগী চেঙ্কোঙ্ "দৈনিক মণিপুর পত্রিকা" গী সম্পাদক ওইদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌখি। হায়রিবা পত্রিকা অসিনা মণিপুর প্রজাগী নাগরিক অধিকার অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতি মশক থঙ্হনখি। বৃটিশকী সাম্রাজ্যবাদ অমসুং নিংথৌগী অশুপ্পা নীতি লোইনবা "দৈনিক মণিপুর পত্রিকা" না লময়ানখি। চেঙ্কোঙ্ অসিগী মরী লৈনবা থবক্তা পণ্ডিতরাজ স্বর্গীয় অতোম্বাপু শর্ম্মানা মমল নাই-ত্রবা মতেং মঙোন্দা পিখি। থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ ড্রামাগী অফাওবা এক্টর অমসু ওইরমই।

মথংগী সম্পাদক হরাইবম লালহারি সিংহ ব্রহ্মপুর (ইম্ফাল নোংপোক সব-ডিভিসন) দা লৈরম্বনি। মহাকসু পাউজেল-চেঙ্কোঙ্বদা থরাই য়াম্না য়াওবা মীশক অমনি। মহাক্না "দৈনিক মণিপুর পত্রিকা" গী সম্পাদক ওইরম্বা অসি মতম তেল্লি, চহি ফাদে।

মথংগী সম্পাদক স্বর্গীয় ললিত মাধব শর্ম্মানি। পণ্ডিত ললিত মাধব শর্ম্মা ১৮৯৪ ইংগী জুনগী তাং ৪ নিংথৌকাবা হুমিংতা

খাই ব্রহ্মপুর, ইম্ফালদা পোকই। পণ্ডিত অসি মণিপুর ষ্টেটকী দরবার মেম্বর ওইরম্বা ৺পণ্ডিত বিন্দুমাধব শর্ম্মা শাস্ত্রীগী মচা নিপা মরিগী মনুংদা ইতোন তোনবনি। মহাক ১৯১১ ইংদা বারাণসীদা সেণ্ট্রেল হিন্দু কলেজদা স্কায়, বেদান্ত অমসুং ধর্ম্মশাস্ত্র তম্লমই অমসুং ১৯১৯ ইংদা কলেজ অসি থাদোক্লমই। বারাণসীদা মতম কুইনা লৈরকপা মরমদগী অমসুং হিন্দি পণ্ডিতশিংগা তোয়না শন্নরকপদগী হিন্দি লোল চঙ্খোন্না হৈরমই। ৺ললিত মাধব শর্ম্মা বাংলা লোলসু নিংথিনা হৈরমই। মহাক মণিপুর সেবা সমিতি, মণিপুর অনুসন্ধান সমিতি অমসুং গৌর ধর্ম্ম প্রচারিণী সভাগী সদস্য ওইরমই। মণিপুর কলচরেল ডেলিগেসনগী মেম্বর অমা ওইনসু মহাক মৈতৈ তাবা লম—আসাম, ত্রিপুরা, শ্রীহট্ট অমসুং ব্রহ্মদেশতা চৎলুই। মহাক মণিপুরদা হিন্দি শন্দোকপদা য়াম্না থরাই য়াওবা মীশক অমনি, মণিপুরদা নিউ হায়স্কুল লিংখৎপদা মরু ওইবা থৌদাং য়াথিবা মীশক অমসুনি। ১৯৩১ ইংদা "নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা" লিংখৎথিবা অথম্নবা মীওই কয়াগী মনুংদা ৺ললিত মাধব শর্ম্মাসু অমনি। ১৯৩৭ ইংদা মহাকপু "নিখিল মণিপুরী মহাসভা" (১৯৩৬ ইংদা "হিন্দু" হায়বা য়াহৈ অসি লৌথোকখ্রে) সভাপতি খল্লমই। মহাক্না কন্না হোৎনবদগী চন্দন শেলখায়, পাজা-নাপিত শেলখায়, য়াথৈশেলনচিংবা কোকহনখি। মতুংদা স্বর্গীয় ললিত মাধব শর্ম্মাবু মহাসভা অসিগী সভাপতি অমুক হন্না খল্লমই। হায়রিবা চহি অসিদা মহাসভা অসি মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস ওনখরে। পণ্ডিতজী অসি টার্ম অনিরক ভারতকী রাজ্য সভাগী মেম্বর ওইখি। পণ্ডিতজী ১৯৬৪ ইংগী নবেম্বরগী তারিখ ২ নিংথৌকাবা সুমিৎতা মাদ্রাজদা সংসার থাদোকখি।

**সম্পাদকী রারোল—**

অহানবা চহি, থা ৮, সংখ্যা ১৭৭
তাং ২৩। ৩। ৩৩ ইং, লমদা ২৭ নি পানবা
শগোনসেন

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়

নিংথৌ পানবা লৈপাকতা নিংথৌ, নিংথৌ অহুনা চৎলিবা আইন, অমশুং আইন অহু পায়রিবা অঙম্বা অহুম অসিনা চংখোল-লিবা মথৈ লৈপাক্কী শান্তি ওই। অহুম অসিগী মরক্তা অমতংনা নোপপগা লৈপাক অহুদা অশান্তি ওই।

লৈপাক্কী অঙম্বনা চুমদবা লিচৎ তৌরবদা প্রজানা মাহুগী সোইদনা বিরোধ তৌরকই। প্রজাসিং অহুনা মথুৎতা থুৎলাই পাইহুনা অঙমবগী মপুক চুমহনবা ঙমদ্রবদি রাহৈ আইন চৎলোই, মাহুগীদমক দণ্ড ঙমবমখে পীয়ু ঐখোয়না খাংগনি অহুগা নংখোইনা হায়বভদি ইল্লোই।

মাসুমনা প্রজানা তৌবা অসিবু শান্ত প্রতিরোধ ইংনা থিংবা হাঙ্গবদি প্রজানা ওইনবা কৌই। মাসুমনা তৌবা অসি ইউরোপ লোমদা মরক মরকতা থোকই, মাহুবু passive resistance কৌই। মাহুগী ভাবতি মাসিনি প্রজাময়াম্না কললবা রাজদণ্ড অহু হন্না ২ খাংবা অহুনা কুইশল্লকলবদি সোইদনমক আইন অহু শিংলকই। মরমদি প্রজা ময়ামগা অঙম্বগা মতম কুইনা থৎনহুনা লৈবা হায়বা অসিনা রাজশক্তিগী মুংঙাইবা রাইশংবা করি অমৎতা লৈতে। মাহুম তৌহুনা মতম কুইনা থাংবা রাজশক্তিগী মরমদা খাংঙমদবা ওইরকই।

ইংনা থিংবা শান্ত প্রতিরোধ হাঙ্গবা অসিগী মামনা চাউবা [illegible] লৈ, মাহুদি—লৈপাক্কীদমক হোৎনহুনা অকনবা দণ্ড থাংলিবা জী [illegible] মথকতা প্রজা অপুমবগী পুকনিংগী মুংসিবা অচানবগী

ভুংনকম ওইরকই। অহুগা মতম অহুগী রাজশক্তি অহুবু মী অপুমবনা হুংশিরক্তে এংনিংদে, মসিগুমবা অবস্থা অসি থোকলবদা রাজশক্তি অহুগী মঙ্গল ওইবা লৈতে। অসিগুমবা ফিবম অসি থোক্তনবা মহাত্মা গান্ধীনা মাগী থুৎলাই ওইনা কোংগ্রেসবু পাইরগা শান্তি প্রতিরোধ কৌবা লমবেল অসি ফজনা ভারততা শেমই। অহুনা ভারত অপুমবনা গান্ধীবু হুংসিবগা লোইননা মহাত্মাগী মকমদা কোক নোনথরে। মাসিগুমবা মতম অসিদা গান্ধীজীনা হিন্দু সনাতনী সম্প্রদায়গী অশেং-অমাং হাঙ্গনা থাইহুনা "নংদি অমাংবা জাৎনি" শোকনবা য়াদে, চাম্নিননবা য়াদে হাঙ্গহুনা নোইহৎপা অসি মহা পাপনি তৌকদে হাঙ্গবা অসিদা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা য়ামনা শাউরে। মতম অসিগী ঋষিগুমবা শ্রীযুৎ পঞ্চানন তর্করত্ননা মহাত্মাগা উনহুনা হাঙ্গ—"নংনা (গান্ধি) অহুৈঙ আফ্রিকাদা আন্দোলন তৌৈঙদা এনা নিংথি নংগুমবা অথোইবা নিপানা ভারতকী লুচিংবা ওইরবদি ঐখোই মাই থাংগৎকনি অস্নমনা নিংহুনা নংগীদমক মঙ্গল ওইনবা শ্রীনারায়ণদা পাঠ পূজা তৌথি, মাহুগী মহৈনা নংনা ভারতকা মকোক ওইররে। ছজিকতি ঐস্মু মাগী পাপ পুরগনি (নংগুমবা মীবু ফহলবু হাঙ্গরুবনা) নংতবা চুমদবা থবক অসি তৌগনু, ঐ অসি নং পোকতরিঙৈদগী হোৎহুনা শাস্ত্রগী গভীর তত্ত্ব অপুমবা তারক্লববু হজিক ফাউবা মাসিদি মশোইদরে হাঙ্গবা অরেপপা ফংদরি, নহাক-নদি করম তৌহুনা শাস্ত্র বিধি লঙ্ঘন তৌহুনা অচ্যুত জাতিবু দেব মন্দিরদা পুশলকু হাঙ্গবগে? নংবু ঐনা হকচাং অসি শোম্ভ্রবদি শাস্ত্রগী ব্যাখ্যা তাহনগদবনি, ঙমজ্ৰবনা নংঙোনদা অশমবা শাস্ত্রার্থ থরদং তাকলিবা অসিনি। সনদোকনা তানিংলবদি মহিক চাবা পণ্ডিত শীগনি।" মহাত্মানা থুমই—ঐ শাস্ত্রগী ব্যাখ্যা তাজনিংডি, মাহুনা ঐনা থংবা ঙমলবদি অচুমবা শাস্ত্রগী অর্থ অহু লোগনি অহুমনা থুমই।

হজিকতি মহাত্মাজীনা অসিগুমবা ব্রাহ্মণশিংগী রা অসি লৌথি-দ্রে। য়াইথিবীনাচিংবা অসিবু সামান্য হিন্দু অমনা ফংবা হৌনবা অধিকার অহু পীত্রবদি অমোক হন্না প্রায়াশন ওইহনা শিরগনি হাঈরে।

বম্বাইদা রত্নগিরিদা অচৌবা মন্দির অনি থোং হাংলে। মধ্য-প্রদেশতা খাণ্ডুরাদা রামেশ্বর মন্দির থোং হাংলে। ত্রিবাঙ্কুরদ শ্রীবেঙ্কটচেল মন্দির থোং হাংলে। বৃটিশ কোচিন্দা চিবঠারা মন্দির থোং হাংলে। বনপল্লিদা শ্রীকান্তপুরণ মন্দির হাংলে। কোচিন্দা শ্রীনারায়ণ কন্নক্রম মন্দির হাংলে। দক্ষিণ কোচিন্দা পল্লরুঠি মন্দির হাংলে। হাঈরিবশিং অসি য়াইথিবীনা চংবা য়ারে লাউ হাঈনা হপ্পা অসিদা থোং হাংলে।

---

# (২)

# ভাগ্যবতী পত্রিকা

<u>চেকোঙ্গী মরমদা</u>

চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ওয়ার্কস্‌কী মেনেজর শ্রীখম্বাম মধুসিংহ অমসুং সগোলবন্দগী শ্রীমাইস্নাম বীরমনি সিংহ অনিনা শ্রীমাইস্নাম বীরমনি সিংহনা সম্পাদক ওইহনা "ভাগ্যবতী পত্রিকা" কৌবা মৈতৈরোনগী নিত্তিগী চেকোঙ্ অমা কোঙ্জগে হায়না থাবা দরখাস্ত অহু মণিপুর ষ্টেট দরবারনা ১৯৪৬ ইংগী ফেব্রুয়ারীগী তারিখ ২০ গী দরবার রিজোল্যুসন নং ২৫ দা য়াবিরকই।

শ্রীমাইস্নাম বীরমনি সিংহনা সম্পাদক ওইহনা "ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী অহানবা মশিং ১৯৪৬ ইংগী এপ্রিলগী তাং ১৫ নিংথৌ-কাবা সুমিৎতা কোঙ্ই। চহি অসিগী মেগী ২শুবা থাথায়দা শ্রীখম্বাম

মধু সিংহনা সম্পাদকী চার্জ লৌই। জুলাই থাদা পি. এম সিংহনা শ্রীথম্নাম মধু সিংহগী মহুৎতা সম্পাদক ওইদুনা মতম থরা থবক পুরমই। ১৯৪৭ ইংগী ফেব্রুয়ারী থাদা ডাঃ লৈরেন সিংহ অমসুং থম্নাম মধুসিংহ অনি পুন্না সম্পাদক ওইমিন্নে। চহি অসিগী এপ্রিল থাগী অহানবা চয়োলদা ডাঃ লৈরেন সিংহগা শ্রীঅরাম্বম লালমণি সিংহ অনিনা সম্পাদক ওইদুনা "ভাগ্যবতী পত্রিকা" কোঙ্ই। এপ্রিলগী ২শুবা চয়োল্দগী হৌনা শ্রীঅরাম্বম লালমণি সিংহ মথন্তনা পত্রিকা অসিগী সম্পাদক ওইখি। মে থাদা ডাঃ লৈরেন সিংহনা অমুক হন্না পত্রিকা অসিগী সম্পাদক ওইখি। জুনগী অরোইবা চয়োনদগী শ্রীঅরাম্বম লালমণি সিংহনা অমুক হন্না পত্রিকা অসিগী সম্পাদক ওইখি। জুলাই থাদগী অল আসাম মণিপুরী কংগ্রেসকী জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীধনেশ্বর সিংহনা পত্রিকা অসিগী উপ-সম্পাদক ওইনা থবক পুরমই। ১৯৪৯ ইংদগী হৌনা শ্রীঅরাম্বম লালমণি সিংহ মথন্তনা "ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী সম্পাদক ওইদুনা চেকোঙ্ অসি চাং নাইনা ১৯৫০ ইং ফাওবা কোঙ্লমই।

"ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী রেজিষ্টর নম্বর A ২০ নি।

সম্পাদকী মরমদা—

"ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী অহানবা সম্পাদক ৺মাইস্নাম বীরমণি সিংহনি। মহাক ১৯১০ ইংদা সগোলবন্দ মাইস্নাম লোংথোম্বম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মমিংনা ইবোতোন কৌই, অপোকপীগী মমিংনা ইবেমহল দেবী কৌই। মহাক ১৯৩২ ইংদা মেট্রিক পাস তৌখি। লাইরিক তম্লিঙৈদা মহাক হোকি, ফুটবল থম্লাই য়াওনা শান্নবা য়াওরমই। স্কুলদা লাইরিক তম্লিঙৈদা বৃত্তি কংবা কুম য়াওখি। মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা মহাক গৌহাটি কটন কলেজদা মথা তমথরমই।

শ্রীমাইস্নাম বীরমণি সিংহ মতম খরা শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজনা যুবরাজ ওইরিঙৈদা মহাকা বারাণসীদা লৈমিন্নরুই। মহাক মতম খরা মণিপুর ড্রাইভর্স ইউনিয়নগী কেরাণী ওইরমই। মতুংদা মহু তোক্লগা হোজাইদা মতম খরা অঙাং-মুপী পুম্নমা লৈরুই। অনিশুবা লাঞ্জাও লেপপ্রবদা মণিপুরদা হল্লকলগা "ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী ইহান হানবা সম্পাদক ওইনা থবক পুরমই।

মথংদা শ্রীখয়াম মধুসিংহ, পি, এম, সিংহ অমস্তুং ডাঃ লৈরেন সিংহ পত্রিকা অসিগী মতম খরা খরা সম্পাদকী থবক পুবমই।

অতুগী মথংদা শ্রীঅরাম্বম লালমণি সিংহনা "ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী সম্পাদক ওইখি। মহাক ১৯১২ ইংগী সেপ্টেম্বরগী তারিখ ১৫ দা শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা পোকই। অরাম্বম অমুবা সিংহগী মচানি। মবুধৌ পুক্ষরগী মশুমুপী বড়সনানা মমানি। ময়াম্বা অহল ৺অরাম্বম ইবুংঙোহল সিংহনা মহৈ তমহন্নমক, গৌহাটি, পাটনা অমস্তুং কলিকাতাদা মহৈ তম্বা থারমই। মহাক কলিকাতা বিদ্যাসাগর কলেজদা বি, এ তমখি। মহাক হায়স্কুলদা ফ্রি, বৃত্তি ফংবা ছাত্র ওইনা হৌরকই, ফুটবল, হোকি শান্নরকই, বয় স্কাউট য়াওরকই। অনিশুবা লাঞ্জাও মমাংদা তম্ফাস্না হাইস্কুল অমস্তুং রামলাল পাল হাইস্কুলদা ওজা ওইরমই। লাল হঙ্গিল্লকলবদা ওজা ওইবা তোক্তুনা নিত্তিগী চেকোঙ্ "ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী সম্পাদক ওইখি। ১৯৪৬ ইংগী মেগী তারিখ ৪ দা মণিপুরগী রাজনৈতিক দলশিং—নিখিল মণিপুরী মহাসভাগা প্রজাসজ্ঘগা পুনশিন্দুনা মী তরেৎনা কনভেনার ওইদুনা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস এরিয়ান থিয়েটর হোলদা লিংখৎখি। মী তরেৎ অতুগী মতুংদা মহাক অমনি। মহাক মণিপুর ষ্টেটহুড কংমবা আন্দোলন য়াওরকখি। ১৯৭২ ইংদা মহাক কংগ্রেস টিকেটতা শগোলবন্দ কনষ্টিট্যুয়েন্সীদগী জেনরেল ইলেকসন লেপখি।

শ্রীঅরাম্বম লালমণি সিংহ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ চাওখৎনবা

## নিতিগী কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌

হোৎনবা য়াওখি, মশামক এরিয়ান থিয়েটার অমসুং অতোম্বা, রিসার্চ সেন্টরগী লাইক মেম্বরনি। মহাক স্কুলগী তম্নবা লাইরিক য়াম্না লেংই। লৈখিত্রবা ইকাই খুম্নকপ ওইরবা জনষ্টোন হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরবা ৺খুমন্থেম মধুমঙ্গল সিংহ অমসুং ৺পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা গবেষণা শিরোমণিনা মহাকপু মচাগুম্না লুনা তৌবিরমই।

সম্পাদকী য়ারোল—

অহানবা চহি, জুন ২১,১৯৪৬ ইং
মশিং ৬০

### মণিপুরদা ইংরাজী ভাষা চংবা

স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা পাল্লিবৈ স্না হাকথক্তা স্যার জনষ্টোন সাহেবনা পলিটিকেল এজেন্ট ওইরমই। মতম অতুদা পি. এ, না মণিপুরদা ইংরাজী স্কুল অমতা লিংনবা মহারাজদা প্রস্তাব তৌই। নিংথৌগী স্না পুক্নিং চংবিদবা উরে। মতুংদা পি, এ, না থঙ্গাল অমসুং সোগাইজামবা মেজর অনিগী সহায়দগী মহারাজগী অনুমতি ফংদুনা ইংরাজী স্কুল অমা মমিংতা ওইনা লিংবা হৌই। স্কুল অসি অহানবদা হাগ্‌গা বাঙ্গলা মনাক্তা লৈরমই। খৃষ্টগী চাতরামাপনগী অরোইবা তরাগী হৌগৎপাদা লৈপাক কাইথি। মতুং অতুদা সরকার বাহাদুরনা মণিপুরগী শাসন পুরবা মতমদা স্কুল অসিবু কৈথেল মপান্দা পুথোকলকই। মতম অতুদা মণিপুরদদি মশা পিকলবসু মথন্তা ওাইবনা মাবু থাইনা স্কুল অচৌবা কৌই। মতম অতুদা "জনষ্টোন মৌডল ইংলিস স্কুল" কৌরমই। মমৈদা মতম কুইনা মিঃ উইংস কৌবা ফিরিংজী অমনা হেড মাষ্টর ওইরমই। মহাক হাকথকতা ক্লাস লিক্কদগী ৭/৮/৯ ক্লাস কাউবা হাপই। তৌইগুম্বসুং ফিরিংজী অতুনা হিংলিবৈদা ৯সুবা ক্লাসদগী ইথেন হেনখিদে।

মিঃ উইংসনা শিবগা কুম অহুমক্তদা স্কুল অসি "জনষ্টোন হাই ইংলিস স্কুল" কৌরে। ১০ সুবা ক্লাস লিখৎলি। মতম অহুদা বিলাট মচা কিলপোটসনা হেড মাষ্টর ওইরমই। মহাকনা মতম খরা লৈরমলগা চৎথ্রবদা শ্রীযুৎ যামিনী সুন্দর গুহনা হেড মাষ্টর ওইরমই। মতম অসিদা ওংম্বাক্লা এংলৈত্রবা কিবম অমা ওইরমই। ছাত্রশিংনা হাই স্কুল তমগদবা কারকপদা মী সুপ্নগী ৫০/৫০ তা লৌহুনা অঙাংমচাশিং লাইরিক তমবা ফংখিদে। মতম অহুদা য়াই-স্কুললোমদা "মাডার স্কুল" কৌবা অমা লিংখৎতুনা অঙাং য়ামনা তমজনিংবশিংবু ক্লাস ৫/৬ কী তমলমই।

তানজা অসিদা পব্লিককী থবক তৌবসিংনা মথরাই খুবাকতা হাপ্তুনা হাই স্কুল অমা লিংবা রাহেংবম লৈকাইদা হৌগৎখি। মাহুদা হোৎনখিবদি শ্রীযুৎ লৈরেন ভাক্তর, শ্রীযুৎ মহেন্দ্র সিংহ, শ্রীযুৎ নোংমৈকাপম গোপাল সিংহ মখোয় অসিনচিংবনি। অকবা থবককী সহায় তৌবা তাইবংপানবগী মপুনা উপায় পিনবিহুনা স্কুল অসি মপুং কারবদা মণিপুর মহারাজ স্যার চুড়াচান্দ কে, সি, এস, আইগী মানামদা অনৌবা মা কোহুংগী নাক্তা নিংথিনা লিংখৎখি। মতম অসি য়ৌরবদা ইয়োর, নরসিংহ, রামলাল পাল অমসু বেঙ্গলী হাই স্কুল মরি, গারল হাইস্কুল অমসু লিংখৎলে। মাসিগী মতুং অসিমক্তদা কলেজ অমা লিংগনি হাঙ্গনা মী পুমনমক অসি কনাগী আকাশ-পাতাল, খারৌ লাইরৌ য়ৌনা নোমনরকলে, মতম অসি কাউবা মণিপুরগী ভাগ্যবিধাতাশিং অসি চেক মোক লাউবা তাদে। সুশীনগী মতম অহুগী প্রেসিডেন্ট ওইবিরমবা কেপ্টেন হার্বিনা মাহুদা য়াউবিরমই। মহাকী মপানদগী কলেজগীদমক য়ামনা কন্না নোমবা কাংবু অমনা গবর্নিং বোর্ডী অমা শেমখি।

মেম্বরশিং অহুনা প্রজাদগী ভিক্ষা চাঁদা তৌই, মানা ঙমজবা থজিক থজিকতং কন পিনবিখি। অহুবু লাইরবা লৈবাকনিনা মাহুনদি

কলেজ অমা লিংব ওক্তবনিনা মহৈ য়ানবা ঙমদয়ে। মাহুদা অনোমবা কাংবুনা য়াখিবা, মাইথিখিবা অহু নিংশংবদা তুজুংবগী মশকনি। মৈতাললা য়াখৈদয়ীবা মখৈ কাউয়োই, ষ্টেট পি. ডব্লিউ, ডিগী বাবু থয়না তৌখিবা দান অহু হল্লোক্লো হাঙ্গৈনা সাউয়ে। মতম অহুদা অনোমবসিংগী মরক্তুগী শ্রীযুৎ দ্বিজমণি শর্ম্মা এম, এ-না গবনিং বোর্ডগী সেক্রেটরীগী মশক ওইনা অশাউবশিংগী ময়ুম ময়ুমদা চৎতুনা থেমখিবা। মান্নুম তৌহুনা কুম কুম হৌজিল্লকলে। মরক মরক্তা ঐখোয়না উহৌই, উচিন নাচিননা কলেজগীনি ইংখোল অমা লেপ-সিললে। চৌংখোংদ মরক মরকতা সেক্রেটরী শর্ম্মানা মীয়পাক্তা কলেজগীদমক চৎলুই, তত্তে, মহাকপু কলেজ লিংলগা ওইনবা হাননমা প্রিন্সিপাল হৌনবী মতুং ইন্না হাপখি। তৌইগুম্বন্নুং শেল মশিং শুদরি, লিংবা য়াদে, য়াদেতা মহাঙ্গৈরে, কনানা হাঙ্গৈবনো থংদে, কুম কুমগী ছাত্রশিংনা কয়া কয়া চোংই, মহৈ য়ানদে, পলিটিকেল এজেণ্ট বাহাতুরদা, মহারাজ বাহাতুরদা কয়া কয়া হাঙ্গৈজে, করি থুমবা থংজদে, মহৈ য়ানদে।

## (৩)

( মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মুখপত্র )

"প্রজাতন্ত্র" হায়রিবা নিত্তিগী কোঙ্বা চেকোঙ অসি মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মুখপত্রনি। শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদক ওইহুনা চিত্রাঙ্গদা প্রেস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌহুনা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা চেকোঙ অসি ১৯৪৬ ইংদা কোঙ্লমই। মথংদা য়াজ-কুমার শ্রীমাইপাকল্লানা সম্পাদক ওইহুনা তরুণ প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা

তৌরগা ১৯৪৮ ইংদা "প্রজাতন্ত্র" কোঙ্‌লমই। ১৯৫০ ইংদা রাজ-কুমার শ্রীমাইপাকশ্নানা সম্পাদক ওইদুনা অমসুং শ্রীলাইশ্রম জয়চন্দ্রনা উপ-সম্পাদক ওইদুনা হায়রিবা প্রেস অসিদা ছাপা তৌদুনা "প্রজা-তন্ত্র" মথা তানা কোঙ্‌লমই। ১৯৫১ ইংদগী হৌনা শ্রীলাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহ মথন্তনা "প্রজাতন্ত্র" চেক্কোঙ্ অসি স্বরাজ প্রেস, ইম্ফালদগী কোঙ্‌বা হৌখি। চেক্কোঙ্ অসি রাজকুমার শ্রীমাই-পাকস্নানা সম্পাদক ওইরিঙৈদদি চেক্কোঙ্ অসিগী মমিংগী হেক মথাদা "The Voice of the people is the voice of god" (প্রজাগী খোঞ্জেল্দি ঈশ্বরগী খোঞ্জেল্নি) হায়না ইরমই। শ্রীলাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইরগা চেক্কোঙ্‌গী মমিংগী হেক মথাদা হিন্দি ময়েক্না "প্রজাতন্ত্র" হাপচিল্লি। সম্পাদক অহুম অসিনা মথং মথং কোঙ্‌লম্বা চেক্কোঙ্‌শিংদা চহি থাবদা খেন্নবা খরা উই—শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহগী "প্রজাতন্ত্র" তাং ২৯।৮।৪৯ ইং থাংজা হুমিৎকী চেক্কোঙ্ অদুদা ৪ শুবা চহিগী চেক্কোঙ্‌নি হায়না ইরি। রাজকুমার শ্রীমাইপাকস্না মথন্তনা সম্পাদক ওইদুনা কোঙ্‌খিবা "প্রজাতন্ত্র" অদুগী ৪৫ শুবা মশীং অদু ১৯৪৮ ইংগী ওক্টোবরগী তাং ১৮ নিংথৌকাবা হুমিৎকীনি হায়রি। অদুগা অমুক রাজকুমার শ্রীমাইপাকস্নাগা শ্রীলাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহ অনিনা পুন্না সম্পাদক ওইদুনা কোঙ্‌খিবা ১৯৫০ ইংগী জানুয়ারী তাং ২৫ য়ুমশকৈশা ২১ শুবা মশীঙ্ অদুদনা ৩শুবা চহিনি হায়না ইরি। অদুদগী অমুক শ্রীলাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহ মথন্তনা কোঙ্‌খিবা মশীং ৩৩ শুবা তাং ১২।১০।৫১ ইংগী মশীং ৩০ শুবা চেক্কোঙ অদুদনা অহানবা চহি হায়না ইরি।

চেক্কোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল পৈশা মরি ওই। মসি থা ১গী চাঁদা লুপা ১গা সিকিহুম অনা, থা ৩গী লুপা ৫॥, থা ৬কী চাঁদা লুপা ১০, অদুগা চহি ১গী চাঁদা লুপা ১৯, ওইরমই।

সম্পাদকশী মরমদা—

চেকোঙ্‌ অসিগী সম্পাদক শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহগী মরমদদি "ঙসি" পাওজেল-চেগী মতাংদা ইজরি।

"প্রজাতন্ত্র" গী সম্পাদক রাজকুমার শ্রীমাইপাকসনা সিংহ ১৯২৪ ইংগী ওক্টোবরগী তাং ১১ দা শিংজমৈ চোংথাম লৈকাইদা পোকই। রাজকুমার শ্রীসনাহল সিংহ মহাকপু পোকপা পাবুংনি। অপোকপীগী মমিংনা ৺বিধুমুখি কৌই। রাজকুমার শ্রীমাইপাকসনা সিংহ ১৯৪২ ইংদা চুড়াচাঁন্দ হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌখি। মহাক মণিপুর ষ্টেট ষ্টুডেন্টস কংগ্রেসকী কন্না থবক নোম্বা মেম্বর অমা ওইরমই অমসুং ষ্টুডেন্টস কংগ্রেস অসিগী ভাইস-প্রেসিডেন্ট (১৯৪৮—৪৯ ইং) ওইখি। মহাক ১৯৫০ ইংদা ইম্ফালগী ডি. এম. কলেজদগী কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি, এ পরীক্ষা পাস তৌখি। ১৯৪৬ ইংগী অক্টোবরগী তাং ৪ দা লিংখৎখিবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মরু ওইবা মী কয়াগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মহাক ১৯৪৬ ইংদা ইণ্ডিয়ান নেশনেল আর্মিগী রিলিফ ফণ্ডগী সেক্রেটরী ওইরমই, ১৯৪৮—১৯৪৯ ইংদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মুখপত্র "প্রজাতন্ত্র" গী সম্পাদক ওইরমই, ১৯৪৯ গী নবেম্বর অমসুং ডিসেম্বর থা অনি মণিপুর সরকারগী পব্লিসিটি অফিসার ওইরমই। মহাক ১৯৫০ ইংদগী ১৯৫২ ইং কাওবা নিতিগী কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ "জন্মভূমি" গী সম্পাদক ওইরমই। মহাক গান্ধী সেবক সভাগী জেনরেল সেক্রেটরীসু ওইরমই। মহাকপু ১৯৫২ ইং অসিমক্তদা মেম্বর ৩০ না শাবা মণিপুরগী ইলেক্টরেল কলেজগী মেম্বর ওইনা খল্লমই। ১৯৫৩ ইংদা মহাক মণিপুরগী রিভোলুসনরী নেশনেলিষ্ট পাটিগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরমই। মহাক অমসুং মহাকী পাটিনা মণিপুরবু নীংতম্বা ষ্টেট অমা ওইনবা দাবী তৌরুবগীদমক মহাক শ্রীয়াংমাশো শৈজা, শ্রীশগোলসেম ইন্দ্রমণি সিংহ অমসুং শ্রীরাহেংবম প্রহ্লাদ সিংহগা লোইননা থা

তরুক জেলদা চংলমই। রাজকুমার শ্রীমাইপাকপ্পা সিংহ মথংদা স্থলগী ওজা ওইরমই। মহাক ১৯৪৮—৪৯ ইংদা "হিন্দুস্থান ষ্টেণ্ডার্ড" গী করেসপোণ্ডেণ্ট ওইরমই, লোইননা "দৈনিক অসমীয়া", "আসাম ট্রিব্যুন" অমসুং "শিলং টাইমস্" কীসু করেসপোণ্ডেন্ট ওইরমই মহাক হৌজিক লাংওন-লাংদাই পণ্ডিত সভাগী সভাপতি ওইরি। ১৯৭০ ইংদগী হৌজিক ফাওবা অল ইণ্ডিয়া রেডিও, ইম্ফালগী এসিষ্টেণ্ট ইডিটর ( রিপোরটিং ) ওইরি।

মথংদা মতম কুইনা "প্রজাতন্ত্র" চেকোঙ্গী সম্পাদক ওইরম্বা শ্রীলাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহ ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা রাজনীতিগী ঈহৌ কয়াদা ঈরোইননা য়াওরকপা মীশক্তি। মহাক মতম কুইনা পাও-জেল-চে অসিগী সম্পাদক ওইদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। মহাক মীখল অনিরক্তা মীরেপ ওইখি। মহাক "প্রজাতন্ত্র" গী সম্পাদক ওইবা তোকতুনা হৌজিক ইউনাইটেড নিউজ ওফ ইণ্ডিয়া ( ইউ, এন, আই ) গী ইম্ফালগী থবক পুরি। শ্রীমধুমঙ্গল সিংহনা হৌজিক হৌজিক "প্রজাতন্ত্র" গী একটিং ইডিটর ওইরি।

সম্পাদক্কী য়ারোল—

৪৫, অক্টোবর তাং ১৮
নিংথৌকাবা নুমিৎ ১৯৪৮ ইং

## মণিপুর কনষ্টিট্যুসন এক্ট

মণিপুরগী কনষ্টিট্যুসন এক্ট ( শাসনগী আইন ) অদু দোষ লৈরে হাইবসি হন্দক শ্রীযুৎ মহারাজনা আইন সভাগী মেম্বর (এম, এল, এ) শিংদা আইন সভা কৌবগী নোটিশ তৌরকপা অদুগী মকোক্তসু য়াম্না নিংথিনা হাইরকলে।

আইন সভাদা মন্ত্রিনা দায়ী লৈতবা অদুনা ইহান হানবা দোষনি, গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমত্তদসু অসিগুম্বা শাসনগী আইন লৈতে। অনিশুবদা বড়মন্ত্রি হাপ্পগী মতাং অমা য়ামনা থিনা শোইরবনি। আইন

সভাগী মশিং য়াম্বা কাংবুগী লুচিংবনা হেক্তা বড়মন্ত্রি ওইবা হায়বসি গণতন্ত্র চৎপ; অমদি দায়িত্বশীল শাসন চৎপা লৈবাকশিংগী শাসনগী আইন ওইনা লৈরবনি। করিগুম্বা কাংবু অমতনা মেজোরিটি (মশিং য়াম্বা) কাংবু ওইরবদি কাংবুশিং অতুগী মসুংদা খরাইদগী য়াম্বা দলগা খরা হম্বা কা'বু ১/২ না তিন্নরগা মশিং অয়াম্বা কাংবুগী মীনা বড়মন্ত্রি ওইরগা মন্ত্রি অতৈনা দল ময়াম অতুদগী য়ানবা মতুং ইন্না লেপনজগদবনি।

মন্ত্রিশিংগী মসুংদা অপুনবা দায়ী লৈনগদবনি। হায়বদি মন্ত্রিশিংগী মসুংদা অমগী মরমদা আনাস্থা প্রস্তাব (থাজদবগী রারেপ) থাঙ্গৎলকপা মতমদা মন্ত্রি মণ্ডল তোকদবনি। মসিমসু মণিপুরগী শাসনগী আইন্দা য়াওদে। আনাস্থা প্রস্তাব থাঙ্গৎলকপা মতমদা আইন সভাগী মেম্বর মশিংগী তংখাইদগী অমা হেনবনা থাজদে হায়রবদি মন্ত্রি অতু হেক্তা লোথোকপা ঙমবগী ক্ষমতা থমগদবা অতুসু থমদে। মন্ত্রি হাপপদি ঙম্বা লোথোকপদি মেমবর ৫৩ গী মসুংদা ৩৭ চংবা, মতুসু মহারাজগী রা অমুক ঙাইবা অসিগা মরু ওইনা মন্ত্রিশিং অতু মহারাজদা দায়ী ওইবগা লোইননা প্রজাগী য়েংলরোই হায়বসি ময়েক্লা তাক্লবনি। বড়মন্ত্রি লোথোক্লবা রাসু য়াওদে। বড়মন্ত্রিনা মরু ওইনা শাসন পুরগদবনি। মহাকপু মহারাজনা হাপপা ওইগ্রবা অমসুং আইন সভানা লোথোকপসু ঙমত্রবদা শাসন অতুবু প্রজাগী শাসন কৌবা শুকয়া য়াত্রবনি।

# (৪)
# প্রজা
## ( The Daily Praja )

চেফোঙ্গী মরমদা

দৈনিক "প্রজা" ১৯৪৭ ইংগী জুলাই থাগী অহৌবা চহোম্বা তরুণ প্রিণ্টিং রার্কস, মোইরাংখোম বাজারদা ছাপা তৌদুনা শ্রীলাইশ্রম অচৌসিংহ এম, এ, না সম্পাদক ওইদুনা ফোঙ্লমই। চেফোঙ অসিগী কোপী অমগী মমল পৈশা ৪নি। চেফোঙ্ অসি হান্নদি শ্রীইরাইবম রণবীর সিংহ এম, এ, না সম্পাদক ওইদুনা চয়োলগী চে শুইনা ফোঙ্লমই।

সম্পাদকী মরমদা—

দৈনিক "প্রজা" গী সম্পাদক শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহ ১৯২০ ইংগী নবেম্বর থাদা রাংথৈ অয়াংপল্লিদা পোকই। অপোকপগী মমিং শ্রীলাইশ্রম গৌরাচাঁদ সিংহ কৌই, অ.পাকপীগী মমিং রাংথৈমযুম নিংথোল ভানু দেবী কৌই। মহাক জনষ্টোন হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌরগা মথং মথং কলিকাতা সিটি কলেজ অমস্যুং সেণ্ট পলস্ কলেজদা লাইরিক তম্লমই অমস্যুং কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী এম. এ. পরীক্ষা সেকেণ্ড ক্লাসতা ইকনমিকস অনার্স ফংখি। ছাত্র জীবনদগী হৌনা শ্রীঅচৌ সিংহ সমাজগী অমস্যুং রাজনীতিগী কর্ম্মী অমা ওইনা হৌরকই। মহাক ১৯৩৯ ইংদা মণিপুর ষ্টুডেণ্টস ফেডারেসনগী সেক্রেটরী ওইরমই অমস্যুং অল ইণ্ডিয়া ষ্টুডেণ্টস্ কংগ্রেস ১৯৪৯ ইংদা দিল্লীদা কপ্পা মীফম অদুদা ডেলিগেট অমা ওইনা য়াওরুই। মহাক ১৯৪৮ ইংদা রাংথৈ-কোংবা কনষ্টিট্যুয়েন্সীদগী মীখল্দা কাদুনা মণিপুর ষ্টেট বিধানসভাগী সদস্য অমা ওইরমই। মহাক ১৯৪৮

ইংদগী ১৯৫২ ইং ফাওবা মণিপুর সোস্যালিষ্ট পার্টিগী সেক্রেটরী ওই-রমই। শ্রীঅচৌ সিংহ ১৯৫২ ইংদগী ১৯৫৪ ইং ফাওবা আনন্দ সিংহ একাডেমীগী অমসুং ইম্ফাল কলেজগী লিংখৎপা প্রিন্সিপাল ওই-রমই। মহাক ১৯৫৩ ইংদগী ১৯৫৬ ইং ফাওবা মণিপুর সোস্যালিষ্ট পার্টিগী অমসুং আসাম সোস্যালিষ্ট পার্টিগী চেয়ারমেন ওইরমই। ১৯৫২ ইংদগী ১৯৫৭ ইং ফাওবা মহাক মণিপুর ইলেক্টরেল কলেজগী মেম্বর ওইরমই। এসেম্বলী ডিমাণ্ড মুভমেণ্টকী লুচিংবশিংগী মনুংদা মহাকসু অমনি। আন্দোলনগী মরীদা মহাক ১৯৫৪ ইংদা ইম্ফাল জেলদা তাবমই অমসুং ১৯৬০ ইংদা প্রিভেনটিভ ডিটেনসন এক্টকী মথাদা নওগং স্পেসিযেল জেলদা তারমই। ১৯৫৭ ইংদগী ৬২ ইং ফাওবা মহাক লোক সভাগী সদস্য ওইদুনা লৈরমই। ১৯৬২ ইংদা মহাক মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরমই। টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলনা ইউনিযন টেরিটোরিজ এক্ট, ১৯৬৩ গী মথাদা টেরিটোরি-য়েল এসেম্বলী ওল্লবদা ১৯৬৩ ইংদা মহাক এন, এল, এ ওইবমই।

শ্রীঅচৌ সিংহ ব্রহ্মদেশ, চীন, থাইল্যাণ্ড অমসুং পাকিস্তান মীরৈবাকশিং অসি কোয়রুরবনি।

সম্পাদকী য়ারোল—

অহানবা চহি, ১৬ শুবা মশিং
লৈবাকপোকপা, আগষ্ট তাং ১২, ১৯৪৭ ইং

## মণিপুরগী লাংদাই সরকার

শ্রীযুৎ মহারাজনা হন্দক শেম্লিবা ইণ্টেরিম কাউন্সিল অসি মতৌ করয়া শেম্লিবনো হাইবদুগী মরিদা প্রজানা চিংনরে। কাউন্সিল অসিগী মেম্বর তরেৎ লৈগনি হায়। চিফ মিনিষ্টর (প্রধান মন্ত্রি) না শ্রীপ্রীয়বর্ত্ত সিংহনা ওইগদৌরি। মহাক ওফিসিয়েল রাজ কর্ম্মচারী

অমনি। অনৌবা শাসনগী পথাপ অমা লাক্লিৈংগী মতুংসিদা, প্রজাশিংনা প্রজাগী মীহুৎতনা ওইবা মন্ত্রীসভা অমা পান্নবস্থ রাজকর্ম্মচারী অমবু বড়মন্ত্রি ওইনা য়াওবা য়ানরিবসি প্রজানা ইংনা শাস্তিগা লোইননা শাসন শক্তি শিন্নবগী থৌরাং অহু পাংথোকপা পামজবদগীনি। মাসিদা কতৃপক্ষগা প্রজাগা অক্ষবা মরি থম্নবগীদমক অমস্থং মণিপুরগী মঙ্গলগীদমক তান্নিবা দাবীদগী তানা লৌরবনি। হৌজিক মেম্বর নত্রগা মিনিষ্টর তরেৎকী মতুংদা চীংগী মীহুৎ অনি লৌবগী রা অরেপপা মীশক থংগ্রি হায়না তারি। মসিদা মণিপুরগী অপুনবা রাজনৈতিক অনুস্থান অমত্তুনস্থ চীংগী রা ভাংবিনবগী ক্ষমতা লৈজদবনা চীংগী মন্ত্রি হাপপদা করিস্থ তৌনিংভাই লৈখিদ্রে। মাসিদা প্রজানা পান্নবা অমস্থং তান্নরিবা দাবীদি লেমহৌরিবা মন্ত্রি ৪ অসি প্রজানা থাজবা য়াবা অমস্থং প্রজানা পান্বা মীশক থনবনি। মাসিদা রাজকর্ম্মচারীশিংগী মতুংদগী মীশক ২ থন্দুনা মন্ত্রিসভা অসি শেমগৎলক্লিবসি মণিপুর প্রজাগী মথকতা নমজা হাজানবগী অমস্থং শুপ্নমগী নীতি চলাইহুনা প্রজাবু নমথহুনা থম্নবগী অহানবা লাপ্লোংনি। অনিশুবদনা প্রজাগী করিগুম্বা রাজনৈতিক অনুস্থান অমত্তুনা থাগৎপগী মওংদা মন্ত্রি হাপপস্থ তৌদনা ষড়যন্ত্রনাগী মওংদা প্রজানা পান্নত্রবা নত্রগা চপচানা থাজবা রাৎলবা মীশক অমা অনিবু থম্লগা প্রজাগী মীহুৎ য়াওরে মতাগুম উৎ-চাইবগী নীতি অসিদি লৈবাক্লা তপতানা পুক্লিং ক্ষাবা শুম্নবগী শক্তি রাৎলগনি।

# (৫)
# ঐখোয়গী মণিপুর

চেফোঙ্‌গী মরমদা—

"ঐখোইগী মণিপুর" হায়বা নিতিগী ফোঙ্‌বা চেফোঙ্‌ অসি ওল মণিপুর নেশনেল ইউনিয়নগী মুখপত্রনি। চেফোঙ্‌ অসি হৌং কুমজা ১৯৪৭ ইংদা শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহনা চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ওয়ার্কসতগী সম্পাদক ওইদুনা ফোঙ্‌বনি। চে অসিগী নোংমগী কপিদা পৈশা মরি, থা ৩ গী চাঁদা লুপা ৫, থা ৬ কী চাঁদা ৯॥ অদুগা চহি ১ গী চাঁদা লুপা ২০ নি। চোফোঙ অসি চহি ৫ রোম হিংলমই। চেফোঙ্‌ অসিগী মমিংগী হেক মথক্তা ময়া লাওনা কাথংপা নোংশা অমা য়েকই।

সম্পাদকী মরমদা—

"ঐখোইগী মণিপুর" গী সম্পাদক শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহ থাংমৈবন্দা শক ১৯০৭ তা পোকখি। মহাক অসি নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা লৈবাক মীয়ামগী থবক্তা থরায় য়াওরকপা মীশক অমনি। কলিকতা ইউনিভর্সিটিগী মখাদা জোনষ্টোন স্কুল অমসুং কটন কলেজদা লাইরিক তম্লুরবা মতুংদা ইয়োর হায়স্কুল লিংখৎপা মতমদা ওনররি ওইনা ওব্বা ওইখি। নহারোলশিংগী মশা ফননবগী অমদি লমচৎ শেন্নবগী মাইকৈদা অকনবা খবর লোখত্তুনা মণিপুর মেন বিল্ডিং ইনষ্টিট্যুট লিংখৎখি। লোইননা "মৈতৈ মাইবা" কৌবা খবর অমা ফোঙদুনা হকচাং শাজেল অমসুং মহৌশাগী লাইয়েং শন্দোকপা হৌখি। মহাক লৈবাকী সেবাদা থরায় কথোক্লবা সোসিয়েল রার্কর অমনি। লমদমসিগী মরুপ-মপাং কয়াগা লোয়ননা ১৯৪৭ ইংদা শিন্দম শিনশং রেসিদেনসিয়েল হায়স্কুল লিংখৎখি। স্কুল অসি মণিপুরগী

তরেৎশুবা হায়স্কুলনি। মথংদা ১৯৫১ ইংদা নিউ গার্লস এণ্ড এডল্ট নাইট হায়স্কুল লিংখত্তুনা নহারোলদা নত্তুনা থবক ইনথাং তৌরিবা অহলশিংগীসু লাইরিক তম্বগী খুদোং চাবা ফংননবা হোৎনখি। মথংদা লিলাসিং খোংনাংখোং হায়স্কুল অসি মরুপ-মপিজ্ঞাশিংগা লোইননা লিংখৎখি। মসিদা নত্তুনা মমা মপা লৈজদ্রবা অমদি লাইরবা অঙাং-শিংবু য়োক্লবা এস, এস, অনাথাশ্রম লিংখৎতুনা গতি লৈজদবা অঙাং কয়াবু য়োকপী থাকপীতুনা মহৈ-মশিং তমহনখি। মণিপুরগী ইহান হানবা কলেজ ওইরিবা ডি, এম, কলেজ অসি হৌক্তিক্তী মফম অসিদা লিংনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লোখি।

মহাক মরৈবাক মণিপুরগীদমক থরাই কথোক্লবা মীশক অমনি। মশাগী সম্বিধান শেমতুনা ১৯৪৮ ইংগী ওক্টোবর ১৫ দা মণিপুরনা ভারতা তিল্লবদা নীংতম্লবা লৈবাক অসিবু পার্ট সি ষ্টেট ওইতুনা লোই লমগুম থমবিখি। লৈঙাক্কী থৌরমদা মৈতৈ মচা অমত্তা য়াওখিদে। চেং-চাক তাঙলকখি। মতমতুদা মহাক্না মণিপুরগী লৈঙাকপদা মণিপুর মচা য়াওহল্লু, মণিপুর লোই-লম ওইহনগন্নু, চেং-চাক হোঙহল্লু, এসেমব্লী পীযু, তুমিৎ ১৫ নিগী মতুংদা হায়রিবা অসি সরকারনা য়ারে লাওথোকত্রবদি মণিপুরবু নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইরে থায়না লাউথোকনি হায়না মীয়ামগী মীতিন তৌতুনা শিংনরুবদগী থা ৯ (মাপল) জেল চংখি। মথংদা ১৯৬৯ ইং অমসুং ১৯৭১ ইংদা থেংখাং থেংখাং লৈবাক্কী রাফমদা জেল চঙখি। মহাক মরৈবাক্কীদমক অমদি মীয়ামগী ফংফম থোকপা অধিকার ফংনবা হোৎনবদা অহনবা লৈখিদে। "ঐখোয়গী মণিপুর", "ইরৈবাক", "মাদর মণিপুর" নচিংবা অসি মহাক্না সম্পাদক ওইতুনা ফোঙখিবা নিতিগী চেফোঙমক্তনি।

মহাক মণিপুরবু মপুঙ ফাবা ষ্টেট অমা ওইনবা লাক্লজরকপা মীওই অমনি।

সম্পাদকী রায়োল—

( ৫ শুবা চহি ২২ সেপটেম্বর ১৯৫১ ইং
থাংজা মশিং ৩৪ )

**The world is wearied of statesman whom democracy has degarded into politics.**
**Desreeb.**

সিকাই ২৫ দা লৈরিবৈ, এস, আই অনিদা লৈরিবৈ মণিপুর শান্তি রাজ্য অম্না ওইরমই, হুরান চিন্থি লুট পাট লৈরমদে। হৌজিক লুপা লাখ চ'না সিকাই থমলগা অম্নুক লাংইবা রারিবা অসি করিগীনো? করিননো হায়বা রাখলদা রা অমগী মঙুংদা রা য়ামনা লৈ হায়বা উনরে। হন্দক এস, পিনা জিরিদা চংখিবদা আসামগী মঙুংদা ট্রেনিংদা মকোক ওইরকপা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিলনা এস, পি ওইনবা থাইদগী মতিক চানা থনজ্জরমলবা নিপা অমবু হৌজিকমকসু ডি, এস, পি মকোক্তসু হায়রিবা অসিদা চার্জ পীনবীদনা ইতোপ তোপনা রাইফল কমাণ্ড ওইনা থমগ্রবা মী অমদা সিননৈ হায়না তাই। মাসিবু অচুম্বরা? মাসিনা চুমলবদি মাবু থাজবিদবরা মণিপুরবু থাজবিদবরা অমদি লৈরে। থাজনদবগী য়ুথন অমনা থনবীবদগী শরুকপুদি মাবু থাজ'রাইদবগী মরম চপ চানা প্রমাণ লৌরগা থবকতগী লৌথোকপা অহ্ নত্রগা মণিপুরীবু চিংনবীবা ওইরগা চিংনবা মতাং শেংদোকপীবা পামজে। মণিপুরী জাতিবু ইকাইবা পীবনি। অম্নমনা রাখল থনবা মণিপুরীদা অঙকপা কয়া কয়া পীরি। অসিগুম্বা দশা তারবা কয়াসু লৈরী, অরোইবদা ঐনা হায়নিংই ইণ্ডিয়া গোবর্ণমেণ্টসি ৩/৪ শুবা পাওথাং নত্তনা মণিপুরগী মরমদা ফংনবগী খুদোং চাবা ফংদবনা ভারত সরকারদা নানারকমগী মণিপুর ১ য়োকপিরে। ঐখোইনা মুন্না খংই কম্যুনিষ্টকী মমিংদা মণিপুর য়োনথোকপীহুনা মী থন্নরনা কম্বান তোংই। কম্যুনিষ্ট সেম্বা মী ঐখোই মশক খংই। ভারত সরকারগা ঐখোইগা

খল্লিবা য়ুখন হাইদোকপদা মণিপুর সেকেণ্ডগী মন্নুংদা রেসপোনসিবল গোবর্ণমেণ্ট ফংগনি। তুমিন্না লৈবা জাতি অমম্নুং মীসিংদি অতোপপদনা বাধা তৌহনা ঙহাক ঙহাক্তি অরাবা নংই। ঐ ইশামক সোসিয়েল ৱার্কর অমনি, মুন্না থংই মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট লৈতে। হাঙ্গীকম থোকপা মফমদা অসিনবনা হাঙ্গীজহৌ। রেসপোনসিবল পীরকনবা সেংদোকফম থোকপা মীশকনা সেংদোকহৌবনা ফগনি। মাঙ্গীখুম হাইদোক্কদবা মীৎনা কুপপদা ঙাঙ্গীরে।

## (৬)

## ঙসি

### ( নিতিগী ফোঙ্‌বা )

চেফোঙ্‌গী মরমদা—

"ঙসি" চেকোঙ্‌ অসি চয়োনগী চেফোঙ্‌ ওইরম্বদগী ১৯৪৮ ইংগী জান্নুয়ারীগী তাং ২৬ তগী নিতিগী ফোঙ্‌বা চেফোঙ্‌ অমা ওইখি। নিতিগী ফোঙ্‌বা চেফোঙ্‌ ওইরকপগী মতাংদা চয়োলদা ফোঙ্‌লম্বা চেফোঙ্‌দগী হৌনা থিরকপদা অনিশুবা চহি, ১৫ শুবা মশীং তাং ২৬। ৬। ৪৮ ইং নিংথোকাবা, ৱাকচীং পূর্ণিমা ঝুমিংকী ঙসি চেফোঙ্‌দা অসুমনা ইরি—"ঐখোইগী 'ঙসি পত্রিকা' অসি ষ্টেটকী ডিপোজিৎ লুপা ১০০০ অমা থমজ্রবদি প্রেস ১ম্নুং পেপর থম্বা য়ারোই হাইবা নোটিশকী মতুং ইন্না ডিসেম্বর তাং ২০ দগী হৌনা লেপচরুবদগী পুকচেল চাউবা দেশ সেবক খরনা প্রেম দণ্ডি ওইনা 'দৈনিক পত্রিকা' ওইহল্লু, ঙম্বমথৈ মদদ পীগনি হাইবিবদগী ঙসি তাং ২৬ জান্নুয়ারিদগী নোংমগী চে ওইনা ফোঙ্‌বা হৌজরে। লাইরবা অমবু ইনাক খুনবা তরানা মেনথৎপা ৱাই। অতুবু ঙসিদি ঐখোইগি

দৈনিক অসী প্রোপ্রাইটর নাইবা নিয়ম থাদোক্তনা পব্লিক প্রোপর্টি অমা ওইনা খল্লা য়াননবা শীঙ্গবদা তেঙ্‌বাঙবিরিব; দেশপ্রেমীশিংগি কৃতজ্ঞতাদী থবক অসিনা মঙ্গল ওইরবা মতমদা তুংগী নহারোল্লা উৎ-পিরক্কদবা মঙাই। অতুনা মণিপুর মাতা ১সুং শেম্বিবা মপুবু থুরুমতনা ঐখোইগি থৌগল ১দি থৌদা পাঙনবা হোৎনবদনা ঐখোইগি ইথৌনি। ইথৌ অসী পাঙথোক্লবা হোৎনবদা অচুম্বা রাখল ১সুং থাঙহৈবা পাঙ্গলদী ঈশ্বরনা পীবিসনু। তরাগী চৈশুনা লেংথোং কাব-কম 'হেগু মেচিন'না দৈনিক চলাইবদা লৈবাক্লা নীংবা থুংবিত্রিবসী ঐখোইগি গ্রাহকশিংনা থৌজানগী মিংয়েং নিংথিনা তাবিরবদি মতম থরগি তুংদ মেচিন্না চলাইতুনা লৈবাক্কি সেবাদা মছক থোকপা ঙম-জগনি নিংজৈ।"

চেকোঙ্‌ অসি চিত্রাঙ্গদা প্রেসতগী ফোঙ্‌বনি। চে অমগী মমল পৈশা মরিনি, থাগী লুপা ১ সিকিঅহুম, থা ৬ কী ১০্ অহুগা চহি অমগী শেনখাই লুপা ১৯্ নি। চেকোঙ্‌ অসি চহি কুলহুমদোইরোম পুম্সিরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"ঙসি" পত্রিকাগী সম্পাদকতি শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনি। অপোকপগী মমিং কৈশাম তোঞ্জাও সিংহ কৌই অমসুং অপোকপীগী মিংনা থিয়াম নিংঙোল তোম্বী দেবী কৌই। শ্রী সিংহ ছাত্র ওইরি-ঙৈদগী হৌনা রাজনীতি অমসুং সমাজ সেবী অমা ওইনা হৌরকই। মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা মহাক থৌবালদা ১৯৪০ ইংদা ফমথিবা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরীগী চার্জ পুখি। থৌবালদা ফমথিবা অধিবেশন অতুদা মহাক্না অসুম্না রিপোর্ট পিখি—"ঙসি, করিসু লৈত্রবা ঐনা অসুক চাউথ্রবা মণিপুরী জাতীয় সভা অমগী জেনরেল সেক্রেটরীগী ভার পুজরুবা অসি থোইদোক্না অরাবগী মশক্কি। ঈতিক চাদবা ঐবু ঈতিক হাপ্পিতুনা থবক থরদং তৌজবা

অসিমক শামুগী মপোৎ ঈরোইদা থোনবা নত্তে, শনদা থোনবিবগুম থোকচৈ। হন্দক মহাসভাগী থোরম পুন্নমক্তা কার্য্যকারী মেম্বরশিংনা য়াম্না ইত্তেং পাংবিখি; থৌবালগী পুকচেল চাউরবা সদস্যশিংনসু থন্নাই য়াওনা হোংনবিবদগী ঙসিগী হুমিং তাং ১৫।৮।৪০ ইং ব্যবস্থাপক সভানা তাং ২১।৬।৪০ ইংদা লেপনখিবা কায়দনা কম্বা ঙমলিবনি। হৌজিক হুংঙাইত্তবা অমত্তুং থোকইবদি—হৌখিবা চহিগী থৌদোক অপুম্বা শুনা পীবা ঙমজরোইদৌরিবা অসিনি। মরমদি—তাং ২২।৬।৪০ ইংদা ননাই ঐবু ব্যবস্থাপক সভানা সহকারী জেঃ সেক্রেটরী হাপ্পিত্তুনা থা অনিরোম সভাগী অকুপ্পা হীরমগী থবক্তা থর থর য়াওজরকই। অতুদগী তাং ২২।৮ ৪০ ইং শ্রীযুক্ত এলাংবম তোম্পোক সিংহ. মতীক চারবা ঐথোয়গী জেনরেল সেক্রেটরীবু চৈরাপনা থা তরুক জেল পীখিবা মরম্না তাং ২৩।৮।৪০ ইংদগী কার্য্যকারী কমিটিনা ননাই ঐবু জেনরেল সেক্রেটরী ইন চার্জ্জ হাপ্পিরে। জেঃ সেক্রেটরীগী কেশ অতুদা চৈরাপ্পা পীখ্রিবা অতুগুম্বগী মতিক চাবা দোষ য়াওই থাজদবা শ্রীযুক্ত তোম্পোক সিংহনসু সভাগী অকুপ্পা থবক শিন্নরম্বা তৌহৌদ্রে। অতুম ওইনমক জাতীয় সভাগী থবক্তি কায়বা য়াদবনিনা ঙসি ফাওবা ননাই ঐনা জেঃ সেক্রেটারী ইন চার্জ্জ ওইনা থাইগী থোগল তৌজরিবসিনি। হোনবা থঙ্জিদ্রিবা, থোঙমদ্রিবা ননাইনা ঙসি মণিপুরী জাতীয় মহাসভা অসিগী সেবাদা চঙজবদা থোগল্লোল কায়বা য়াওনরক্লবসু ঙাকপিহৈবা সমাজনা ঙাকপিবা নিজরি।" মসিদগী শ্রীকুঞ্জবিহারী সিংহনা রাজনীতিগী লমদা অহানবা খোঙদারকপা হৌরে।

শ্রীকুঞ্জবিহারী সিংহ চহি কুলহুমদোইরোম "ঙসি" নিতিগী চেকোঙ্গী সম্পাদক ওইদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। মহাক কংগ্রেস য়াওরমই অমসুং রাজনীতিগী য়াওল কয়াদা জেল চংখি। মহাক অজম থরা "মণিপুর পাওজেল" কৌবা চেকোঙ্ অমগী সম্পাদকসু

ওইরমই। মহাক্না ফোঙ্লগা "ঙসি" সাপ্তাহিক অহু মতুংদা থা-থায়দা ফোঙ্খি। মহাক্না "ঙসি চিঠি মরূপ মেগাজিন" কৌবা অঙাংগী থাগী চেক্ষোঙ্ অমসু মতম কুইনা ফোঙ্লমই। মহাক্না 'বেতাল পঞ্চবিংশতি' কৌবা লাইরিক অমসু ইহুনা ফোঙ্খি। মহাক্না হিন্দি রাষ্ট্রলিপি স্কুল অমা লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌরমই।

<u>সম্পাদকী রারোল—</u>

অনিশুবা চহি, শগোলশেন, কাইরেন
৯ নি পানবা, তাং ১৯। ২। ৪৮ ইং
৩৭ শুবা মশীং

## কংগ্রেসী তিন্নবিয়ু

মণিপুরদা লৈরিবা মী খর অসিগি মতুংদা রাজনীতিদা চঙ্বা মী পংয়াম য়াম্বা নত্তে। অহুবু রাজনীতি সংস্থান মশীং হেন্না য়ামখৎ-লকপগুম তৌরি। অহুগি মথক্তা সভা অমতগি মী কাওবনা মচেৎ কাঙবু তোংঙাল্লগা মিং অহুম্মক কৌনবগুম তৌরি।

মাসিদা ঐখোইনা হায়জনিংবদি রাজনীতিদা থবক তৌরিবা দেশ সেবক থুদিংমক্না রাখল মুন্না খন্থবিহুনা নহানমখৈ তোঙান তোঙান্না থবক তৌবিরম্নবসু হৌজিক্তি পুন্না থবক তৌমিন্নবা পামজৈ।

ভারত্তা রাজনীতি সংস্থা কয়ামুক থোক্না লৈরম্বদগি হৌজিক থোক্লিবা ফীবম পূম্নমক্না প্রমাণ ওইরি। পীকপ্রবা মণিপুরদা তোঙানবা সংস্থা মুক্তহুনা লৈবা মতম নত্রবনি। অহুবু মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা করিগুম্বা মওং অমা তৌবিহুনা কংগ্রেসতা চিংশিনবিনবা হোৎনবিয়ু। মৈ, ঈশিংগি ধর্ম্ম অমতা মান্নদে ; অহুগুম্না শীজিন্নক্ষম চানা শীজিন্নর-বদী লৈবাক্তা অরাবা পিবা নত্তনা কান্নবা থবক তৌবা ঙমগদবনি।

অহুগা ঐখোইগি মত অমনা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা তিন্নবা

হোৎনরকপদা কংগ্রেসী পুন্নমক্লা শোয়দনা হরাওনা য়ানবিগদবনি। খেন্নবনি হায়বগি রাখল্দা খনবিবা মী য়াওহ্নুনা তিন্নবিদবা তৌবিগনু।

তিন্নত্রগা কাইরক্কদৌরিবা মরম অহু হৌজিক্লা হান্না উচ্চনিংত্রি। দেশ সেবীশিংনসু নীংথিনা খণ্ডবিরিবা ঙাক্তুনি। শ্রীযুক্ত তোমাল সিংহনা সভাপতি ওইবা কংগ্রেসনা আইন সঙ্গত ওইবা সভা ওইখ্রে। তিন্ননিংদে হাইনা তোঙাল্লবা কংগ্রেসীশিংনা রাখল তৌবিরবদি মণিপুরগি লাইরবা প্রজাবুদী মী খরবুনা হেন্না লুথিবগুম থোকনি।

## (৭)

## লৌমী

### ( মুতি চে )

<u>চেক্লোঙ্গী মরমদা—</u>

"লৌমী" হায়বা চেক্লোঙ্ অসি চয়োলগী চেক্লোঙ্ ওইনা ক্লোঙ্-লমই। চয়োলগী চেক্লোঙ্ ওইরম্বদগী চেক্লোঙ্ অসি চয়োলগী চেক্লোঙ্গী সম্পাদক ওইরম্বা শ্রীএলাংবম য়াইমা সিংহনা অতুম সম্পাদক ওইহ্নুনা ১৯৪৯ ইংদা নিতিগী ক্লোঙ্বা "লৌমী" চেক্লোঙ্ অসি সোস্যালিষ্ট পার্টিনা পোপুলার প্রেস, রাংখৈদা নম্লগা শ্রীচিংগাংবম গৌরহরি সিংহনা ক্লোঙ্বনি। মথংদা শ্রীচিংগাংবম গৌরহরি সিংহনা সম্পাদকী থবক পুখি। চেক্লোঙ্ অসি চহি খরা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। চেক্লোঙ্ অমগী মমল পৈশা মরিনি।

<u>সম্পাদকী মরমদা—</u>

"লৌমী"গী সম্পাদক শ্রীএলাংবম য়াইমা সিংহ মোইরাংখোম, বকুল মখোংদা ১৯২৩ ইংগী ডিসেম্বরগী তাং ২ দা পোকই। অপোক-পগী মমিংনা ৺এলাংবম লৈরেন সিংহ কৌই, অপোকপীগী মমিংনা

৮এলাংবম ওংবী ইবেমহল দেবী কৌই। মহাক অহানবদা পেটিগ্রু এল, পি স্কুলদা লাইরিক তম্নমই, মথংদা ইয়োর হায়স্কুল (হৌজিকী তোম্বীসনা হায়স্কুল) দা ক্লাস থ্রীদগী ক্লাস টেন কাওবা তমখি। মহাক ১৯৪১ ইংদা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দগী মেট্রিক পাস তৌরগা শ্রীহট্টগী মুরারীচাঁদ কলেজদা আই, এস-সি তমখি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাল্লাও মনুংদা চহি খরা লাইরিক তম্বা লেপ্পগা নবদ্বীপকী বিদ্যাসাগর কলেজদগী আই, এস সি পরীক্ষা ১৯৪৬ ইংদা ফাষ্ট ডিভিসনদা পাস তৌখি। মহাক ১৯৪৮ ইংদা বিদ্যাসাগর কলেজ, কলিকাতা-দগী বি, এস-সি পরীক্ষা পাস তৌখি। মহাক দিল্লী বিশ্ববিদ্যালয়দগী ১৯৫৫ ইংদা বি এড্‌ পরীক্ষা পাস তৌখি, মথংদা ১৯৬৩ ইংদা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দগী এম, এস-সি (বোটানি) সেকেণ্ড ক্লাসতা পাস তৌখি, হীরম অসিদা খ্বাইগী মকোক ওইখি।

ছাত্র ওইরিঙৈদা শ্রীয়াইমা সিংহ ছাত্রগী থৌরম কয়াদা থরাই য়াওনা থবক পুরকই। মহাক ১৯৪৬ ইংদা মণিপুরগী ছাত্রশিংগী মহুৎ শিন্দুনা অল ইণ্ডিয়া ষ্টুডেণ্টস্‌ কংগ্রেসকী দিল্লীদা কমখিবা অধিবেশন অহ্নু য়াওরমই। মহাক মণিপুর ষ্টেট ষ্টুডেণ্টস্‌ কংগ্রেসকী জেনরেল সেক্রেটরী ১৯৪৭ ইংদগী ১৯৪৮ কাওবা ওইরমই।

শ্রীএলাংবম য়াইমা সিংহ বি, এস-সি পরীক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা ১৯৪৮ ইংদা কাক্চিংপুর হায়স্কুলগী এসিষ্ট্যাণ্ট গ্রাজুয়েট টিচর ওইরমই। মহাক ১৯৪৯ ইংদগী ১৯৫৯ ইং কাওবা চহি তরারোম মমুং অসিদা শিন্দম শিনশং হায়স্কুলগী ওজা, মথং মথং এসিষ্ট্যাণ্ট হেড মাষ্টর অমসুং হেড মাষ্টর ওইখি। মহাক ১৯৫৯ ইংদা মণিপুর সরকারগী মখাদা ডিপুটি ইন্সপেক্টর অফ স্কুলস্‌ (ভ্যালি) ওইখি। থবক নিংথিনা পুরকপগীদমক্তা মহাক প্রমোসন মথং মথং ফংখি— স্পেসিয়েল অফিসার (প্লান্নিং অমসুং ষ্টেটিসটিকস্‌), ১৯৬০ ইংদা ডিপুটি ডিরেক্টর অফ এডুকেসন, ১৯৭৯ ইংদা জোইণ্ট ডিরেক্টর অফ এডুকেসন, অহুগী

মথংদা ১৯৮০ ইংগী মার্চ্চগী তাং ১ দগী মণিপুর শিক্ষা বিভাগকী ডিরেক্টর অফ এডুকেশন ওইহনা হোঞ্জিক থবক অসি পুরি।

সম্পাদকী য়ারোল—

লৌমী—২ শুবা চহি, ১১১ বা মশিং
আগষ্ট ১১, ইরাই, ১৯৫০ ইং

শাসনগী মরিদা লাইরবা

দেশ অসিদা লৈপাক ঙাকপগী থবক্তা মনিং মথা তমগ্রবদা হায়বদি মশানা মশাবু ঙাকচবা দেশ অমা ওইরবদা শেল থুম ফিবম ফত্তবা অমস্থুং লাইরবা হায়বা পোৎশক অহুদি ইশাবু ইশানা ঙাকচরগা ঙাক্তা শেংদোকপা অমস্থুং কোকপা ঙম্বা পোৎ নত্তবনা, লাইরবা কোক্লবগী আন্দোলন অমা ঐখোইগী সমাজ অসিনা লমন তোন্দুনা লৈরি হায়বসি ঐখোই খুদিংনা খংনরে, অওইবমক দেশকী শেল-থুমগী ফিবম ফগৎহনব। ঙমদ্রবা অমস্থুং দেশকী মী পুন্নমককী শরুক ১০০ থোকপগী ৮০ না য়াহনা নংহনা লৈরবদা মনিং মথা তমলে, ইশানা ইশাবু ঙাকচরে, স্বরাজ ফংলে হায়বা হরাওহনা চোংবগী করিস্ু কান্নদে, করিস্ু ফল লৈতে। মাসিদা ঐখোইনা খংই, মনিং মথা তম্বা হায়বা পোৎশক অহুদা ইশানা ইশাবু ঙাকচবা অমস্থুং লাইরবা কোকহনব হায়বা পোৎশক অনিমক য়াওই। ভারতনা মশাবু মশানা ঙাকচবা চাহ ৪/৫ শুজিললক্লবদা ঙসি ফাওবা প্রজাশিংদা মশানা মশাবু ঙাকচবা নত্রগা মনিংতম্বা হাযবদগী মুংঙাইবা করি অমতা ফংদে হায়না মাইকৈ খুদিং লাউরকইবসি লৈপাককী শেলথুমগী ফিবম ফগৎহনবা, লাইরবা কোকহনবা করিগুম্বা শেমগৎ শাগৎপগী থাজবা যাবা প্রোগ্রাম অমা লৌখৎলক্তবনা দেশতা মনিং তম্বগী মুংঙাইবা ফংদবনি। শেলথুমগী, শেংনা চানবগী, য়ুমলৈ কৈরৈগী অরাং অপা

লম্বীদা মীপুম তিংনা থিরুহুনস্ত্র লৈত্রে লাইরবা হায়রবা মনিং অহু সাম্রাজ্য অহুদগী থাপ্না তাম্বোকপ্রবা অহু ওইরবস্ত্র লৈবাক ভাকপগী থবক্তা নিংতমবা খুবমহু ফংত্রবদি স্বরাজ হায়বহু কল করিস্ত্র য়াওদে হায়রসি ঐখোয়না উরি, অহুনদি দেশপু মনিং তমবগা লোইননা লৈপাক ভাকপদা লাইরবা কোক্লবগী থবক তপহৌষা য়াদে, ইরোই লোইননা চৎপা তারিবনি।

লাইরবা কোক্লবগী শেমগৎ শাগৎপা থবক্তা লোইননা দেশপু, ইরমবু মনিং তমবগী খুবম ফংহন্নবা আন্দোলনস্ত্র অহুম তৌবা য়াই। ঐখোইগী ইমা লৈপাক মণিপুর হায়বসি, ঐখোইনা লৈপাক ভাকপগী নিংতমবা অমস্তুং শেন-থুমগী ফিবমগী মরমদা ময়াম অমতস্ত্র স্বরাজগী কল লৈত্রি হায়বসি ঐখোইনা উরে। মনিং তমনা লৈপাক ভাকপগী মরমদা য়াম্না মরু ওয়বা, প্রজাগী মীহুৎনা গবর্ণমেণ্টপু লাকশিনবা হায়বহু ইমা লৈপাক অসিদা লৈত্রে, প্রজাগী মত থংদনা গবর্ণমেণ্টনা তৌনিংবা মওং তৌবদা থিংউনবা নত্রগা য়েংলুনবা প্রজাগী মীহুৎ কনাস্ত্র য়াওখিদ্রে, সুপনা হায়রবদা সুপনম শাসনগী মখাদা ইমা লৈপাক অসি লৈত্রে, ইরৈপাক মচাশিংনা অরাবা অসি পুন্নমক মান্নবা ভাব তামিন্নবদনা নিংতমবগী খোললাউহু অমতা ওইনা লাউমিন্নহুনা মনিং তমবা হায়বহু ঐখোইগী ওইরগে হায়না চংশিলকাত্রে। ঐখোই মৈতৈ মচানা নিংতমবগী করিগুমবা আন্দোলন অমা তৌখিদ্রে অহুনা নিংতমবা হাযবহু ভারত শিনথুংনা খংহনশ্রবদা ঐখোয়গী শক্তি থুংঙক্তে, মরমদি নিংতমবা হায়বসি (লৈপাক ভাকপগী) ইশানা তাললুদনা মীনা পিহুনা ফংবা য়াবা পোৎ নৎতে।

নিংতমবগী আন্দোলনগী মরমদা রাখন তৌনা ২ মাহুগীদমক্তা নোমনা ২ দেশকী শেমথুমগী মনিং মখা তমবা, শেৎপা চাবা মরাং কাইবা, লৈননবা মুমগীদমক রাদবা হায়বহুদি গবর্ণমেণ্টক্তা তাইনদবা

য়াদবা মরম থরদা তায়নরবস্মু অয়ামবা ঐখোইগী ইথুংতা লৈ। লাইরবা কোক্লনবগী থবক অসিদি ঐখোইগী নোমজবগী মমল নংঙনদি করিস্মু ওয়রোয়। ঐখোই ময়ামগী নোমজমনগী অরেমবনা দেশকী অরেম্বা শেননি, দেশতা মীশিংগী নোমজমনগী ফল য়ামনা পৈশিনবা ঙমবা অতুবু ইনাক খুনবা দেশ কোই, অস্মুম তৌরবদা লায়রবা লৈরক্তে, শেংন চানবা লৈনবা য়ুমগীদমক্তা রানরক্তে। শাসনগী মওংগা লাইরবগস্মু অস্মুপ য়ামনা মরী লৈনৈ হায়বসি পুমনমকনা খংনরে। মতুংদা হয়েং অমুক করম তৌরগা লায়রবা কোক্কদগে হায়বত্থ খন্নসি। করি থবক পাইখংকদগে হায়বসি তানসি।

## (৮)

## জন্মভূমি পত্রিকা

চেফোঙ্গী মরমদা—

রাজকুমার শ্রীমাইপাকস্না সিংহনা সম্পাদক ওইহুনা, ৺খাইরাকপম গৌরহরি সিংহনা সহকারী সম্পাদক ওইহুনা অহুগা শ্রীলোইতাম য়াইমা সিংহনা পব্লিসার ওইহুনা নিত্তিগী চেফোঙ্ 'জন্মভূমি পত্রিকা' বিজয় প্রেস লিমিটেডতা ছাপা তৌহুনা ১৯৫০ ইংদা হোঙ্লমই। চেফোঙ্ অসিগী পাদমদি **"Truth prevails in the long run"** হায়বদি অচুম্বনা তুং কোই হায়বা অসিনি। কোপী অমগী মমল পৈশা মরিনি। জন্মভূমি গ্রাহক ওইবগী শেন্নং থা ১ গী লুপা অনিদগী অনা তাবা, থা ৩ গী লুপা ৫ গা মথায় আনা, থা ৬ কী ১১।০ অহুগা চহি ১ গী ২২॥০ নি।

সম্পাদকী মরমদা—

"জন্মভূমি পাত্রিকা" গী সম্পাদক রাজকুমার শ্রীমাইপাকস্নাগী

মরমদা অমুক হন্না ইজখ্রে। "প্রজাতন্ত্র"গী মতাংদা ইজখ্রে। মহু পাবিগনি।

পত্রিকা অসিগী সহকারী সম্পাদক ৺খাইরাকপম গৌরহরি সিংহ উরিপোক সরবোন থিংঙেলদা পোকপনি। অপোকপগী মমিংনা মমিং চৎলবা কবি ৺খাইরাকপম চাউবা সিংহনি, মহাকপু পোকপী মমাগী মমিংনা খুমন্থেম নিংঙোল প্রিয়ালৈমা কৌই। মহাক বি, এ, পাস তৌরবা মতুংদা লো পাস তৌথি। মহাক চহি খরা লো প্রাকটিস তৌরম্লগা মহুং মতম চাদনা সংসার অসিদগী অরোইবা বিদায় লৌথি।

সম্পাদকী রারোল—

(২ শুবা চহি, মশিং ২২২
তাং ২৮ মে ১৯৫১ ইং, থাংজা)

প্রজানা করি পাম্মই

সাধারণ প্রজাগী মতুংদা অয়াম্বনা লাইরিক লাইশু হৈত্তবনা চেন্না মশিং য়াম্মী ১ম্মুং যামলিবা প্রজাশিংনা ইচম চমনা আইন তুইন থিদনা করি পাম্মই, শেংপা চাবা হোংবা লৈফম রাত্তবা লম্বেল থোং ফবা শেল তাম্নবগী পাম্বৈ কোম্নবা ফংবা অসিনি মখোয়গী মফমদা গণতন্ত্র ইচ্ছাতন্ত্রগী রা চংদে, কনানা শাসন তৌই তৌদে হায়বগী রাফম লৈত্তে। মখোয়না পামবা হায়ববু অফবা অহৈবা শাসনকর্তা অহুতবুনি। সাহেবনা ওইবা মৈতৈনা ওইবা অনিগী থাইনা মখোইনা খেন্নবহু খংলুবা ১ম্মুং মহুদা পুক্লিং মুংঙাইবা মুংঙাই-তবগী রা লৈত্তে।

দরখাস্ত অমা থানরগা জবাব থুনা ফংবা পাম্মী। কেশ তৌনবা থুনা অচুমবা মওংদা বিচার তৌরকপা সরকারদগী পাম্মই।

প্রজাশিংগী মরক্তা লাইরিক হৈত্রবশু লরাইগী প্রজা ইম্ফালগী প্রজানা অপামবা অমুক খেন্নে, অতুমকপু লরাইগী প্রজা মশিং য়ামবা হেল্লি।

লৌউবগী ক্লাসতা লৈবা প্রজাগী মশিংনা মণিপুরগী মতুংদা থরাই-দগী হেন্না মশিং য়াম্মী। মখোই পুম্নমকনা চপমান্ননা পামবা অমদি লৌগী খাজানা অসি তাহনবা পাম্মী অতুগা হিদাক মনাগুমবা পোৎ-চৈ লৌউ-শিংউবদগী থোকপা পোত্তা তেক্স লৌবা পামদে।

ফি-লং হোংনা অমস্তুং মরাং কাইনা ফংবা পাম্মী, কেরোশিন, থুম হোংনা অমস্তুং মরাং কাইনা ফংহনবা পাম্মী।

মণিপুরগী মীশিং অসি অমুক য়েংলগা তুপাগা তুপীগা তুপীনা মশিং হেললি। তুপীশিংনা করি পাম্মী ইম্ফালদা লৈরিবীনা ফি শাবা হৈবা হৈতবা পুমনমকনা লং য়ামনা ফংবা পামই, ফি শারগা মতুদগী শেন্দোং য়াম্না ফংবা পামই, সনা হোংনা অমস্তুং য়ামনা ফংনিংই, কিরোল ফজবা পাম্মী, কুম্মৈ হরাও য়ামনা য়েংনিংই।

হায়রিবা অপামবশিং অসি সরকারনা শিললগা ওইবা য়াবা মওংদা অয়াম্বনি অমস্তুং মতু মখোইনা ফোংনা হায়রকত্রবশু মশানা তাজবা ফংফম থোকপা দাবীগুমবনা অয়াম্বনি।

মসি নত্তবা সাধারণ ওইনা মী থুদিংমকনা পাম্বদি তুংভাইবা, শেল লৈবা, লাইরিক হৈবা, ফম অচৌবা, মিংচৎ অমদি মশা মশাগী হোং-নজবদা লৈরে।

মশা মশাগী ওইনা ফংলবশু প্রজা পুম্নমকী ওইনদি ফংদবা সর-কারনা শিনফম থোকপা অমস্তুং চাউখৎপা য়াবা থবক য়াম্না হায়-বনদি মণিপুরগী আর্থিক অবস্থা, রাজনৈতিক অবস্থা অমসুং মহৈ হৈহননবগী মরিদা ফগৎনবা থবক থরা সরকারনা লৌখৎপা অমস্তুং শোংশি তৌবিবা মতম ওইরে। সুবিধা চপমান্ননা পিননবগীদমক লম্বেল শোং য়ামনা ফজন্নবগী থবকা লৌখৎহন্নিংই।

## (৯)
# অনৌবা মতম

<u>চেকোঙ্গী মরমদা</u>—

"অনৌবা মতম" ইম্ফালদা ১৯৫১ ইংদা থুমিং থুদিংগী কোঙ্বা চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসিগী সম্পাদকতি শ্রীবলজিৎ রাজকুমার এম, এ., এল, এল-বিনি। শ্রীএস, ইবোপিশক সিংহনা পাওজেল চে অসিগী পব্লিসারনি, বিজয় প্রেস লিমিটেড, শিংজমৈ চিংঙ্ডা মখোংদা ছাপা তৌবনি। নোংমগী চেগী মমল পৈশা মরিনি, থা ৩ গী মমল লুপা ৫ গা মথায় আনা অহুগা চহি অমগী মমল ২২॥০ নি। পাওজেল চে অসিগী পান্দমদি "Our voice is the voice of Reason" হায়বা অসিনি—মসিমক পাওজেল-চে অসিগী মমিং মখামক্তদা ইরি। চেকোঙ্ অসিগী অহানবা চহিগী অহানবা মশীং ১৯৫১ ইংগী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৭ নিংথৌকাবা থুমিংডা কোঙ্খি।

<u>সম্পাদকী মরমদা</u>—

"অনৌবা মতম" গী সম্পাদক শ্রীবলজিৎ রাজকুমার ১৯২৪ ইংগী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৪ দা পোকই। শ্রীবলজিৎ রাজকুমারবু পোকপা স্বর্গীয় মাইপাকসনা রাজকুমার পুং-ঙৈশেনা মিংচৎপা মীশক্নি। শ্রীবলজিৎ রাজকুমার জনষ্টোন হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌখি, গৌহাটি কটন কলেজদগী বি, এ পাস অহুগা কলিকাতা লো কলেজদগী এল,.এল-বি, কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দগী এম, এ পাস তৌখি। মহাক ১৯৫২ ইংদা বারদা য়াওই অমসুং ১৯৫৫ ইংদা এডভোকেট ওইনা মিং চল্লি।

শ্রীবলজিৎ রাজকুমার সমাজগী সেবা তৌবা মীশক অমনি। মহাক ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌন. ছাত্রগী আন্দোলন . করা য়াওরকই।

মহাক রাজনীতিদা থরাই য়াওবা মীশক অমনি। মহাক মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কমিটিগী টার্ম অনিগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক পুরমই। ১৯৫৪-৫৫ ইংদা মহাক আসাম প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিগী কার্য্যকরী সমিতিগী মেম্বরশু ওইরমই। মহাক হৌজিক, হৌজিকমক সব্যসাচী লো কলেজ, ইম্ফালগী প্রিন্সিপাল ওইরি। মহাক মণিপুর অমসুং মপান্দা কোঙ্বা ইংরেজী অমসুং মৈতৈয়োনগী চেকোঙ্শিংদা য়ারেং- কয়া ইথি। মহাক লাইরিকশু য়াম্না লেংই। মহাক্না লেংবা লাইরিকশিংগী মনুংদা A short History of Manipur, History of Manipuri Literature অমসুং Manipur ( Govt. of India Publication ) মমিং পনবদা মতিক চাই।

সম্পাদকী য়ারোল-

অনৌবা মতম, তাং ২৩। ৯। ৫১ ইং
নোংমাইজিং

## মণিপুরগী সরকার

মণিপুর সরকারগী অশেংবা মশক অসি করিনো? রাজনৈতিক বিজ্ঞানগী মতু ইন্না শাসন হায়বা অসিমক্তবু ওটোক্রেসি ( মী অমত্তনা মররাই খুসিদা ডাকপা ), এরিষ্টোক্রেসি (মী থরনা ডাকপা) অমসুং ডিমোক্রেসি (প্রজা মশানা মশাবু ডাকপা ) হায়বা মথল অহুম খোক্না থায়দোকই। মণিপুরগী শাসন অসি তৌববুদি ভারতকী নেহরু সরকারদা দায়িত্ব লৈ। নেহরু সরকারদি ভারত পার্লেমেণ্ট অমসুং ভারতকী আমজনতাদা দায়িত্ব লৈ। ভারতকী আমজনতা মনুংদা মণিপুরশু য়াওরিবনি। অদুনদি মণিপুর সরকারশু য়াম্না কোইরবশু মওং অমা ওইনা মণিপুর প্রজাদা দায়িত্ব লৈ হায়না হায়বিবা য়াই। তৌইগুমসুং মদুদি য়াম্না খিওরিকেল ওইবা মওম্না, চুম্বশু প্রাক্টিকলদি য়াম্না কায়বা য়া নত্তে।

ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক প্রাক্তিসতা উরিবদি করিনো? মণিপুর সরকার অসি রুটিন ওইনা চলাইরিবদি মী অমতনা চলাইবা শাসন্নি—এডভাইজরী কাউন্সিল লৈরবসু মতুগী পাউরার য়াওদে. সেক্রেটরী ময়াম লৈরবসু মখোইগী য়া অহূ চীফ কমিসনারনা লোয়োই হায়বা ইরাই লায়না ওন্নি। হৌজিক প্রাক্তিসতা উরিবা মণিপুরগী শাসন অসিবু ইংরেজীদা কৌবা তারবদি য়ান মেন গবর্ণমেন্ট 'কৌবা তাহ।

অতোপ্পা মাইকৈদগী য়েংলগা মণিপুরগী শাসন অসি পাউরার ইখাই থাইদোক্লদে। মতুনা কয়া য়াম্না মাঙলকপা হায়বা অহুম থমবা দরকাররনি। গবর্ণমেন্ট অমনা পায়গদবা শাসন অসি রাজনৈতিক বিজ্ঞানগী মতুং ইন্না অমুক অহুম থোকনা থাইদোকই মাহুদি :— একজিক্যুটিভ (সাধারন ওইনা লৈবাক ঙাকপগী থবক), লেজিসলেটিভ অমসুং জুডিসিয়ারীগী (বিচার তৌবগী থবক) হায়রিবা থবক মথল অহুম অসি মী অমতগী নত্রগা বোডি অমতগী মখুত্তা লৈরবদি গণতন্ত্র লৈবা য়াদে। অতুনা চাওখৎপা লৈবাক খুদিংমক্তা পাউরার মথল অহুম অসি য়ারিবা মথৈ তোংঙান তোংঙান থাইদোকতুনা থম্মে। ভারতকী গণতান্ত্রিক কনষ্টিটিউসন অসিসু হায়রিবা পাউরারশিং অসি য়ারিবা মথৈ থায়দোকনৈ। মসিগী নিয়ম অসিবু থিওরি অফ পাউরার্স কৌই।

হৌজিক মণিপুরদা হায়রিবা নিয়ম অসি চৎপ্রা চত্তব্রা হায়বহু য়েংলবাদ উবিগনি—সভ্য জগৎনা থাইদোক্লরবা পাউরারশিং অসি মণিপুরদদি ইপুন পুনশিন্নে। চীফ কমিসনারনা একজিকুটিভ অমসুং লেজিস্লেটিভকী থবক থরস্ত পায়শিললি। করি করিগুম্বা মতমদা বিচারপতিগী থবকশু পায়শিনবিহুনা জুডিসিয়ারীগী পাউরারসু লীজিন্নে। গবর্ণমেন্ট অমগী পাউরারশিং অসি গণতন্ত্র লৈনবগীদমক য়ারিবমথৈ অমগা অমগা থাইদোকদবনি হায়বসি মণিপুরদদি চত্তে।

মসি পুন্নমক অসি মণিপুরগীদমক আইন সভা অমা লৈতবদগী খোকপনি। আইন সভা অমা লৈত্রিবসি কনানা খোকহনবনো হায়বা অহুদি মতাং অসিদা খন্নত্রবম্ন য়ারে। খরনা হায়ব্রি মণিপুরদা আইন সভা লৈত্রিবসি মণিপুর অসি কম্যুনিষ্ট শুইথরে হায়না দিল্লীনা খাজখরে। ঐখোইনা হংনিংলিবদি মণিপুর অসি কম্যুনিষ্ট ওইনা উহনখরিবা অসি কনাননো ? মতাং অসিদা মণিপুরগী পব্লিক লিদর-শিংগীস্নু দোষ খরা লৈ। কৃষক সভানা কোংবা, লম্বী লমখাংদা তাহুনা তোক্লগদবা পামফলেট কয়া ইংরেজীদা অনুবাদ তৌহুনা দিল্লীদা পব্লিসিটি পীবস্নু ঐখোইনা থেংনখি। অহুগুম্বা অরানবা খরা য়াওখরব', মহুদি তুমিন্না লৈখোকতুনা অতোপ্পদা খংজিননবা হোৎন-বদি পুকচেল শেংবগী খুদম নত্তে।

ফত্তবা কনষ্টিটিউসন অমবু মহারাজনা ফাইল মরক্তা হাপচিন্দুনা আইন সভা পম্বা তাখরবদা সত্যাগ্রহ আন্দোলননা আইন সভা থুজিনহনখিবনি অমস্নুং প্রজাদা শক্তি খবা পীহুনা শাসন চলাইবা হৌখিবনি। অহুবু হৌজিক্তি মণিপুরগী রাজনৈতিক ইরাং অসি ইশি শিথখিবগুম তোরে অমস্নুং মহুগা লোয়না লোয়নননা প্রজাগী অধিকার অসি হম্থরকপগুম উরে। হৌজিক্কী রাজনৈতিক, অর্থ-নৈতিক অমস্নুং সামাজিক জীবন অসি অমুক হিংগৎহন্দুনা স্বাধীন ভারত্তা মণিপুরগী মতিক চাবা অধিকার তানগে অমস্নুং সভ্য সমাজদা মাইরোং হাইগৎনা তিনগে হায়রবদি ঐখোই থুদিংমক খোনা ফবা তাই। ঙসিগী মণিপুরগী কনজার্ভেটিজমগী মকম লৈতে, বিপ্লবী নেতাশিংনা ভাগ্য লেপ্পা তাই।

# (১০)
# মাদর মণিপুর

চেফোঙ্গী মরমদা—

নিতিগী চেফোঙ্ "মাদর মণিপুর" ১৯৫৩ ইংদা শ্রীরাহেংবম প্রহ্লাদ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ওয়ার্কসতা ছাপা তৌদুনা ফোঙ্লমই। শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহসু মতম খরা চেফোঙ্ অসিগী সম্পাদক ওইনা থবক পুরমই। নোংমগী চে অসিগী মমল মতম অদুগী পৈশা মরিনি।

সম্পাদক্কী মরমদা—

"মাদর মণিপুর"গী সম্পাদক শ্রীরাহেংবম প্রহ্লাদ সিংহ রাহেংবম লৈকাইদা পোকপনি। মহাক মতম খরা মণিপুর সরকারগী মখাদা থবক তৌরমই। থবক থাদোক্লগা মহাক রাজনীতিদা খোংদাখি অমসুং মণিপুর নেসনেলিষ্ট পার্টি শেম্বদা য়াওরমই অমসুং মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর ওইখিবা শ্রীয়াংমাসো সাইজা অমসুং শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহগা লোইননা জেলদা চংখি। মহাক চহি খরা চেফোঙ্ অসিগী সম্পাদক ওইদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহগী মরমদা "প্রজাগী মণিপুর"গী মতাংদা ইজখরে।

সম্পাদক্কী ৱারোল—

১বা চহি, ৬১ শুবা মশীং
তাং ২৪। ৩। ৫৩ ইং, লৈবাকপোকপা

**অগ্নি পরীক্ষা হন্না হন্না তৌবা য়ারোই**

মণিপুরবু হন্না হন্না অগ্নি পরীক্ষা তৌগদবগী শিনবদি কুনগুবা শেনচুরী অসিদদি য়ারোই। শ্রীরামচন্দ্রনা সত্তি সীতা দেবীবু অগ্নি

পরীক্ষা তৌবা বনদা গর্ভ পুনা ২ ছন্দোকপা অমসুং রাজ সভাদা অবাঙমুখি সীতাবু কৌদহুনা ইকাইবা পিহুনা সীতা দেবীবু মতোমতা ইকাইহন্দুনা শিজহনবগুম মণিপুরবু হন্না হন্না অরাবা পিরগা মতোমদা শিজহনগে লাক্লবদি ডেমোক্রেসি লৈরবা মতম অসিদদি শক য়ার্ রোই। সতি সীতা দেবীনা মাগী অচুম্বা খুদিংমক শ্রীরামচন্দ্রদা হায়রমদনা পুক্লিংগী অচুম্বা রাইে থরা ফোংদোক্লগা পৃথিবীদা চংখিবদি মতুংদা সুপী ওইবীশিংগী ফিদম ওইনবা ফজবা অহুতা উৎখিবনি। মণিপুরবু অহুন্না তৌ হায়রবদি ঐখোইগীদি ময়াবিরগে, নোংমা জগৎনা তাখিবা সুমিৎতা ভারত গোর্মেন্তপু করিনি হায়নগনি। মহাত্মাজীগী ভারতী রামরাজ্যনি হায়না পৃথিবীনা খংনখি অহুবু ঙসি চহি ৬/৭ লোন শুরবা মতম অসি ফাওবদা ত্রিপুরী মণিপুরী অমসুং কাছার ষ্টেট অহুমবুদি সীতা দেবী পরিক্ষা তৌবগুম তৌহুনা থাম্বরি। কয়া কপলাওনা হায়জৈ, থবক্লা কয়া উৎচৈ অহুবু তাবিবা লৈতনা শিথরক্লিবা ষ্টেটশি বু খুবাক খুহুনা খুহুনা খোইনা হেন্না থুনা শিনবা লাওশিনবিবদি মতমগা য়াম্না চুনদ্রে খংবিয়ু।

ঙরাংদা ঙাইখরি চাক ষন তাংহনবিহুনা মণিপুরগী ইজ্জৎ অমসুং মর্য্যাদা পুম্নমক মাংহনহনা স্বর তোন্দোকপা অহুবু হন্দকমুক চাক তাংবগী পাওনা অমুক মণিপুর শিনথুংনা নিল্লরে। নখোইনা হায়জগদি খোইনা হেন্না তৌগে মতাংম হিরল খুদিংমক্তা নোংমা নোংমগী মমা পোক্তবীগী চক্রিদা কুঞ্জমালানা কৈনা শোকহুনা শিবগুম মণিপুরবুসু শিনবা শিল্লি। প্রজাবু গোর্মেণ্টনা সুক সুংশিদবশি করম্বা লৈবাক্তা করম্বা মতমদা করিগুম্বদা লৈরমগদ্রা ? মণিপুর গোর্মেণ্টনা প্রজাবু সুক থোওইবিদবসি মমাংদসু হৌখিদরি, তুংদসু অমুক খোক্লকনি হায়বা থাজদে অমসুং খোক্তনবা ঈশ্বরনা মণিপুর প্রজাবু খোজানবিসনু।

মণিপুর প্রজা চীংতম পুম্নমক অমতা ওইনা পুকচেল খোইজেল

তিন্নবা থবক পাইথংত্রবদি মৈরানবিনা মৈস্নুংদা চো শিন্দুনা নথরাই থাবগুম মণিপুরী চীং-ভম প্রজা পুন্নমক মৈরামবী তাত্নুনা লোইনা শিংখা তাবে। অস্নুক য়াম্না হায়জবা লাওজবা পুন্নমক শামু মথুন্নদা পেনা খোংবা তাবে। নখোইনা হায়র হায়রগা খোইরা হেন্না তৌগে মতাগুম মীতৈ মচা ইঞ্জিনিয়ার মতিক চাবা কয়াম্সু লোই থারে। আই, জি, পি পুলিসগী থবক পুহল্লিবা মীবু ঐদি সেক্রিফাইস তৌবা ঙম্বা মীনি, ঐ পুগে হায়রগা হেকমক পুহল্লি হায়না তাবি, অসিনচিংবা কয়া নেপোটিজম ওইনা থবক কয়া কয়া খুদম ওইনা ঐখোইগী ইমাংদা লৈবি। চহি মরি মন্না মণিপুরদা থবক তৌরগা লুপা লিশিং ৫০/৬০ চংবা দলাল অমা শাবা ঙম্মী, অদুগী মথক্তা পাকিস্থান্দগী চেল্লকপনি হায়দুনা তাউনগী ময়াইদা লৈখ্রম মনিং তৌদুনা হেকমক লোবা মণিপুরী ঐখোইবু মণিপুরী ওইনা উদ্রমাল্লে, নারক শিংলক্তা লৈবা শা, উচেককুমনা উরব্রা ? নত্রগা বিশ্বাসঘাটক্তা মরৈবাক মমা মচা মতু ফাওবা য়োনবা ঙম্বা কাংবু থরগী মরাদা ঐখোইবু উশিং-শিদ্রমাল্লে। ঐখোইনা মতম অস্নুক কুইনা মণিপুর গোর্মেন্ট অমসুং ভারত গোর্মেণ্টপু ঐখোইগী অবাবা অসি থংবিযু হায়দুনা লাওজবদা বিশ্বাসঘাটক তৌবা ঙম্বা কাংবু থরনা হন্দক্তা ইকুই কুইদনা লৈবাক প্রজাবু বিশ্বাসঘাটক তৌবা ঐখোইনি হায়দুনা লাওথোক্লি মদুদি "শেনজাও পাইবা শেনজাও চাবা মী লংনকুগনু"। য়াম্না নোক্লিংবদি শেনজাও পাইবা শেনজাও চাবশিংনা কিননবা হায়যু হায়দনা ইন-সিল্লকপা ওইরিব্রা ?

লৈবাক প্রজানা য়ুম্না থংবিগদবদি অসিগুম্বা সরেন তাৎনা কদোইঙদসু তৌগে হায়না নিংথৌবা পুক্নিংবু হন্থহনবা ঙমমোই। মরমদি ঐখোইনা ঙসি হায়জরিবা লাওজরিবা অসি ইণ্ডিয়াগী কন্সটিট্যুসন এক্টকী মথক্তা রাইট তৌবনি হায়বদি ষ্টেট অমগী রাইট পীয়ু, মাইনোরিটি রাইট পীয়ু।

মণিপুরী ঐখোইবু ভারত মচানি, নখোইনা তাইবং মীদোনা উবিয়ু নত্রবদি জগৎনা নো'মা তারগা ভারত গোর্মেণ্টপু জগৎনা থিনা ঙাংনাখিগনি হায়তুনা লাওবনি। খবর অসিনা কারবার ওইনা তৌত্নুনা ঐখোইগী জীবন হিংনবা নত্তে, তাং পাং তৌত্নুনা খবর চংনবা, অরানবা কয়'বু খুমজিনতুনা থমলগা ক্ষেরেং তুরেং চিরোন খারোন্দুনা ইজবশু হৈতে। ঙসি ফাওবা ইজখিবা খুদিংমক লৈবাক প্রজানা উবিরিবা ফংবিরিবা অত্নুনি। পুন্নমক্কী ষ্টেণ্ডরগা ঐখোইগী ষ্টেণ্ডরগা য়েংবিরগা অমস্নুং চাং তন্নবিরগা খংবিগনি। ঐখোইদি মীগী থোজান্দা থিংবা পামদে, অচুম্বগী থোজান্দা চিংবা পাম্মী। অসিগুম্বা বিশ্বাস-ঘাটকসিং অসিবু ভাব তাননবা নিংথিনা তম্বিনবা মতম হোজিক্তি লৈজদ্রি, মরমদি তৌগদবা থবক্না মথং ২ ঙাইত্নুনা মাংদা লৈরে। তৌগদবা থবক হায়বদি মণিপুর অসি নোংম নোংমগী হিরম খুদিংদা অম্নুম অম্নুম সিথরক্লি। মসিদা বিশ্বাসঘাটকশিং কয়া কয়ানা মত্তেং পাংলি। নোংম নত্রগা নোংমদি শোয়দনা মমা লৈবাকপু বিশ্বাস-ঘাটক তৌবগী অনুতাপগী মৈনা চাকথেকলকখিনি। মতম অত্নুদা মখোইগী পুকনিং রাখল পুন্ন ক লাইনা চুমথোকপা ঙমগনি, হৌজিক-মক্তি মখোই মচু য়ামনা শ লবা পুকনিংবু চুমথোকপা লাকনবদি নোংমাংখাবু চুহি শেনফু ১০০০ হৈজিল্লবস্নু হামুগী হামু খাত্নুনা লৈবগুম য়াখিরোই। অরাবদি, লৈবাক প্রজাবু ফেরেংননা বিশ্বাসঘাটক্কী লম্বিদা চিংশিল্লিবা অসিনি। লৈবাক প্রজানা মুপ্পা থন্দুনা রাখন তৌবিগদবদি কদায়না অচুম্বনা বদায়না অরানবনো। মণিপুর অসিনা নোংমা নোংমগী লিবম ফংশিন্নকত্রবা অসি করিগীনো কনানা তৌহল্লিবনো অসিগুম্বা ভাব তানবা মতম য়োরক্লবা অসিদা থন্নত্নুনা ভাব অমা তান্নহৌত্রবদি মণিপুরী ঐখোইগী তুংগী ফিবমদি কয়া য়াম্না মমলিবা ঈশ্বরতনা খঙই।

# (১১)
# অনৌবা সমাজ

চেফোঙ্‌গী মরমদা—

নিত্তিগী ফোঙ্‌বা চেফোঙ্‌ "অনৌবা সমাজ" ১৯৫৩ ইংগী নবেম্বরগী তাং ১৪ দা শ্রীচিংগাংবম গৌরহরি সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা জিমসন রোড ( হৌজিক্কী পাউনা বাজার ) দা লৈবা আজাদ প্রেস্টিং রার্কসতা ছাপা তৌদুনা ফোঙ্‌খি। শ্রীথাংজম বিজয় সিংহ অমসুং শ্রীনব সিংহনা সম্পাদক্কী থবক পুরমই। শ্রীচিংগাংবম গৌরহরি সিংহনা হৌজিক ফাওবা "অনৌবা সমাজ"গী সম্পাদক ওইদুনা থবক পুরি। চেফোঙ্‌ অসিনা শুংস ফাওবা চহি ২৭ লোম লৈবাক্কী সেবা তৌদুনা লাক্লি। চেফোঙ্‌ অসিগী মমিংগী মখাদা "A Progressive Manipuri Daily" হায়দুনা ই। চেফোঙ্‌ অসিগী নোংমগী মমল পৈশা ৪ ওইরমই।

সম্পাদক্কী মরমদা—

"অনৌবা সমাজ" চেফোঙ্‌গী ইহান হানবা সম্পাদক শ্রীচিংগাংবম গৌরহরি সিংহ ১৯১৯ ইংদা রাংথৈ লৈকাইদা পোকখ। অপোকপগী মিং ৺চিংগাংবম মধুমঙ্গল সিংহ কৌই, অপোকপীগী মমিংনা থঙ্গোংলৈমা কৌই। ১৯৫১-৫২ ইংদা "লৌমী" "শিল্পী" অমসুং "লাম্মী"গী সম্পাদকসু ওইরমই। মহাক মণিপুর সোস্যালিষ্ট পাটিগী মশক নাইবা মীশক অমা ওইনা হৌরকই। মহাক চহি ২৭ লোম অসি পাউজেল-চেগী লমদা লৈবাক্কী সেবা তৌদুনা লাক্লি।

সম্পাদকী ৱারোল—

অনৌবা সমাজ, ২শুবা চহি, লৈপাকপোকপা
১৪৪ শুবা মশীং, ২০ জানুয়ারী,
১৯৫৫ ইং

## আন্দোলনগী মৈ

মণিপুরগী ময়ায়দা থা ২গী মমাংদা মী থরদনা হৌগৎখিবা আইন সভা আন্দোলনগী মৈ ঙসি ফাওবা মুৎপা লৈত্রি। অসিগুম্বা মৈ অসিনা প্রজা খুদিংমক্কী পেন্দ্রবদগী কংলবা থমোই খুদিংদা চুখরে। ভারত সরকারনা মসিবু কয়া থৌশাদনা লৈথোকপদগী ঙসি মৈ অসি চীং-মান য়ৌখরে, শন্দোকখরে। তাঞ্জা অসি য়ৌরবদস্থ অস্থম থৌণ্ডইদনা লৈথোকলবদি করি আবস্থা থোরক্কদগে হায়বা ঐখোয়না খংদে। অত্থমকপু—মৈনা চাকখরগা ভুং লৈহৌবগুমনা—মতুংদা থোকপা ফল অত্থ কংতবা শোয়দনা ওইগনি হায়নদি খল্লি।

প্রজাগী দাবী অসিবু ভারত সরকার ১স্থং কংগ্রেস পার্টিনা "লাল্লি" হায়না হায়দোকপদি ঙমদরে। মরমদি দাবী অসি লেপনমক অচুম্বা অমনি। অত্থমকপু মরী লৈনবা অথরিটি অমস্থং পার্টিনদি মণিপুর প্রজাগী দাবী অসি "পীথোকখিবদি লাল্লি" হায়বগী মঙংদা ঙসি ফাওবদা থবক চথরি।

মণিপুরগী অমস্থং ভারতকী অপুনবা মিৎয়েংদা থীন্দনমক মণিপুরদা প্রজাগী ফংকম থোকপা রাজনৈতিক অধিকার অসি পীথোকখিবদি থননবা য়াবা মরম খুদিংমক্তা ফননবা ওইগনি। অত্থবু ঙসি ফাউবা পীদবতা নৎতনা মতুং কুইনা ফাউবদা পীদনবা তৌরিবা অসিদা অচুমবা থনবা মী পুমনমকনা শোয়দনা ঙক্কনি।

অস্থমনা ভারত সরকারনা মণিপুরগী অচুমবা খোন্নাউবু নমথবা অমস্থং মসিদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসস্থ মখোয়গী পোলিসী অমগুমনা

অকনবা মতেং পীরিবা অসি মশাগী অমস্তুং পার্টিগী ওইবা মায়কৈদা ওইজবা য়েংবদগী ওইবতায় হায়না খল্লি।

অত্তবু প্রজাগী অচুম্বা খোল্লাউবু নক্কৎনবা তৌরিবা থবক অসিনা মতুংদা শোয়দনা কংগ্রেসতা অমস্তুং প্রজাগী বিরুদ্ধদা ঙসি থবক তৌরিবা পার্টি অমস্তুং মীশিংদা থোকহনগদবদি অমাঙ্বা ঙাক্তা শোয়দনা ওইগনি। অত্তগা হৌজিকস্তু রাখল অমুক হননা তৌবা চুমই।

আন্দোলনগী অস্তুম অস্তুম শন্দোরকলিবা মৈ অসি মুৎননবগী মায়কৈদা পুকনিং চঙবিবা চুমই। প্রজাগী দাবী প্রজাদা পীরবতদা প্রজাবু নেমথহনবা ঙমগনি—কিহনবা অমস্তুং সেক্সন ১৪৪ নচিংবা শুপনমগী থবকনদি ওননা তৈনবা ফল কংগদবতনি।

## (১২)

## মণিপুর জনতা

### ( A Progressive Daily )

চেক্সোঙ্গী মরমদা—

"মণিপুর জনতা" কৌবা নিতিগী কোঙ্লম্বা চেক্সোঙ্ অসি শ্রীকে, এস-এইচ, য়াইমা সিংহনা সম্পাদক ওইত্তনা তরুণ প্রিন্টিং রার্কস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা মশামক্তা ১৯৫৭ ইংগী জানুয়ারী থাগী তাং ২৯ ইংদা কোঙ্লমই। চেক্সোঙ্ অসি প্রজা সোস্যালিষ্ট পার্টিগা মরী লৈননা পুখোকপা চেক্সোঙ্নি। চেক্সোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল পৈশা মরিনি।

সম্পাদকী মরমদা—

নিতিগী চেক্সোঙ্ "মণিপুর জনতা"গী সম্পাদক শ্রীকে, এস-এইচ, য়াইমা সিংহ সংবাদ সেবী অমনি। মহাক্না "মণিপুর জনতা" হায়রিবা চেক্সোঙ অসি কোঙ্ত্তনা মতম খল্লা লৈবাকী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী রাবোল—

অহানবা চহি, ১৯৫৭ ইং,
১১ শুবা মশীং, ফেব্রুয়ারী তাং ৮
ইরাই

## ১৯৫৭ টেকষ্ট বুক

কুমসি ১৯৫৭ গী টেকষ্ট বুক করম তৌরে? থা অমা অনিগী মমাংদা টেকষ্ট বুক কমিটিনা থম্নবা লোইখরে। গোংবা চাওবগী লাইরিক অহু খনখরে, অহুগা চাওম্নাগী লাইরিক অহু খত্র ককখরে হায়বসি অন-অফিসিএল্লা তানখরে। টেকষ্ট বুক কমিটিগীদি মতুনা মফরে হায়না লোইখববা রাফম অহু এডুকেসন সেক্রেটরিদগী লিষ্টকা লোইননা লাইরিকশিং থাগৎলকউ হায়না এডুকেসন ডিপার্ট-মেণ্টনা থাগৎখি হায়বা তানখি। মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থবক মওং অমা চাওসনাখোইগী ইস্কুলএন্সতগী রা করিনো মওং অমা থোরে, কুমশিদি চাকহোং ঙাহোং, মী শোকউ হায়বা নৈ হায়বা পাঞ্জগী রা চুমনবা তৌবরা কবিনো? হৌজিকপু টেকষ্ট বুক কমিটিনা থম্নবা লোইহনা থমগ্রবা লাইরিকশিং অহু অমংতা চৎনররোই, ১৯৫৫-৫৬ তা খন্নখিবা লাইরিকশিং অহু ১৯৫৭-৫৮ ফাওবা তমহল্লু হায়বা সনা হাথং অমা তাওথরক্লে হায়ন মরোল শেংনা অন অফিসি-এল্লি তানরে।

হন্দককী টেকষ্ট বুক কমিটিবু নমথবা মওংগী টেকষ্ট বুক প্রেস-ক্রাইব মতৌ অসি কনাগী মতৌনো ফজনা শোকনৈ, ফনা ফজনা শেমগৎপি। এডুকেসন ডিপার্টমেণ্টকী মকোক অমা ওইনা D.P.I. (ডিরেক্টর অফ পব্লিক ইনষ্ট্রকসন) ওনারেবল সি, সি মক্না থবক অসি পাংথোকপিরকইত্রা হাযনা খনবদা খরদং চিংনিংঙাইনি। তৌবগীদি দায়িত্বদি D.P.I. গী চার্জ পুবিরিবা সি, সি না থোকই।

মখোইগী রানা ফাইনেল ওইয়ু হায়না শিন্নতুনা চহি ৩০/৪০ বু ফাইনেল অথরিটি ওইনা টেকষ্ট বুক খন্দোক খজিনগী থবক পুত্থনা লাক্লিবা বোড্ডি অমবু হেক তন্নাই ২ অঙাং নন্নাগী থবককুম মন্না লোৌদবা মওং অসি অথরিটি কনসার্নগী কা য়াম্না হেনজিন্নবা মওং অমনি। মাসিনা মতুংদদি শেন লৌদনা (ফংদনা) প্রজাগী থরাই য়াওরবসু য়াওদ্রবসু মতম মতমত্থগী ৫/১০ নি য়াম্না রানা থবক পুরিবা মীতাগী বোঙী অত্থ লৈরকতবা য়াই। টেকষ্ট বুক কমিটিনা ১০০ গী মন্থংদা ৭৫ দি গভর্ণমেণ্ট সারভেণ্ট ভাক্তা ওইবনা করিগুম্বা মওংগী আপত্তিদি মপান খোংদা থোরকতবা য়াই, অত্থবু মপুক মন্থংদদি মখোইবু মীগুম খনবিদবা সরকারগী হায় হেঞ্জেডনেশ পোলিসি কুমশি তৌরিবা অসিনা করিগু লৈনিংদবা ভন্থবা অমা পোকহল্লে—মাসি সরকারগীসু প্রজাগীসু য়াম্না অমাংবা অমনি।

হন্দক্কী টেকষ্ট বুক প্রীসক্রাইব মতৌ অসি প্রজানা য়াম্না চিংননিংঙাই অমা ওইরি, মরমদি টেকষ্ট বুক খনবদা য়াওদ্রিবা রাইটর খরদি গভর্ণমেণ্ট সার্ভেণ্টনি, খোইদোকনা রেষ্টপেকটেবল আফিসার য়াওরি। অত্থনা খনবা লোইপ্রবা লাইরিকপু অমুক অনৌবা প্রজাদা য়ামনা মাংবা মওং অমদা হোংদোকপা অসি খনবদা য়াওদ্রবা ভত্রলোকশিংগী ইনক্লু-এন্সগী তৌরীগদ্রা হায়না য়াম্না চিংননিংঙাই ওই। মাইকৈ অসোমদা D. P. I. অমা ওইনা চিফ কমিশনারনা মুম্না থিবীত্থনা প্রজাগী চিংনবা কাকহনবাগনি আশা তৌজে।

## (১৩)

# মতম

## ( An Independent Manipuri Daily )

চেকোঙ্গী মরমদা—

নিতিগী ফোঙ্বা চেকোঙ্ "মতম" শ্রীকোংব্রাইলাৎপম ইবোহল শর্ম্মানা সম্পাদক ওইতুনা শর্ম্মা প্রিন্টিং ওয়ার্কস, ইম্ফালদা সম্পাদক মশামক্না ছাপা তৌতুনা ১৯৫৭ ইংগী মে থাগী তাং ১৭ ইরাই হৌমিৎতা ফোঙ্লমই। চেকোঙ্ অসি পংকুই কুইনা পুন্সিরমদে। চেকোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল নয়া পৈশা ৭ ওইরমই, থা ৩গী চাঁদা লুপা মঙা, থা ৬কী চাঁদা লুপা তরা অতুগা চহীগী চাঁদা লুপা কুন্নি।

সম্পাদক্কী মরমদা—

"মতম" গী সম্পাদক শ্রীকোংব্রাইলাৎপম ইবোহল শর্ম্মা মশা নহা ওইনা পাওজেল-চেগী লমদা খোংদারকপা অতুগুম্বা মীশক অমনি। মহাক মৈতৈরোনগী পাওজেল চে ফোঙ্বদা থরাই যাম্না য়াওরমই। মহাক "মতম" হায়রিবা চেকোঙ্ অসিনা নিতিগী ফোঙ্বা চেকোঙ্ ওইহ্রিদ্রিঙৈদা মহাক্কী থাগী চেকোঙ্ "মতম" আজাদ প্রিন্টিং ওয়ার্কস ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা মতম পব্লিশিং হাউস, উরিপোক, অহন্থেম লৈকাইদগী ফোঙ্লমই। মতুং-দদি হায়রিবা থাগী চেকোঙ্ অসি মশামক্কী শর্ম্মা প্রিন্টিং ওয়ার্কসতা ছাপা তৌতুনা ফোঙ্খি। সম্পাদক মশাগী পুন্সি তেনথিবনা "মতম" নিতিগী চেকোঙ্ অসিগী মপুন্সিস্থ তেনশিনখি।

সম্পাদকী য়ারোল –

১বা চহি, ৫বা মশীং
মে ২০। ৫। ৫৭ ইং লৈবাকপোকপা

অমর ওইব মিংচৎ

হৌজিক্কী নহারোলশিং অসি মপান থোংদ উবদ নোংচুপলোমগী ষ্টাইল ফিজেৎ শাজৎ লেকটাই ফিব অসিনচিংবা অয়োৌবী য়াম্না তম্লি। চাওখত্তবা জাতিগী চাওখৎপা মরমদা তম্বা কৈ, অদুগা চাওথবা মাইকৈদা মতৌ তম্বদি কত্তে। মীনা পাম্নদে। চাওখৎপা জাতিশিং অসি শেন থুমগী মতুং ইন্না ফিজেৎ মুংজেৎ ষ্টাইল চাওখৎলি। অদুগা ভারতকী য়ুমথোং থুদিংদা অয়াম্বনা অনংবনি অদুগা খরদি মপান থোরকপদা অয়োৌবা ঙাক্তা তৌদুনা ইঙকশমদা ফদিগী থৌরি কোঙ্গোই হুকচিল্লে হায়বদি উনদে। মাসি অরাবা অমনি। ভারতকী মমুংদা মণিপুর অসিনা য়াম্না লাইরবা লৈপাক্কি হায়বা য়াই। মশাগী শেল থোক্লবা ইন্দস্ট্রিগী খোনিগী থবক অচৌবসু লৈজদে। অদুগা মী অয়াম্বনা থৌ লৈতবগী অরাবা লৈপাক অমসু ওইরিবনি। লুখরাবী অনংবীন পাল্লিবনি হায়বমক য়ারিবনি। মাসিদা নোংচুপলোমগী সমুদ্র রাংমগী অয়োৌবী ষ্টাইল থমথেংনা পুশিল্লক্লবদি লৈবাক্লা অরাবা অমা ওইরক্কদৌরি। মতিকচাবা আয় লিংবদি কৈ, মী পুমনমক ইনাক খুনবা ঙাক্তা ওইযু হায়বসু য়াদে। মসিমকসু কাউকম থোকতে। অদুদগী নোংচুপলোমগী মতৌ তমবদা লৈবাক্কী ইশাগী কাননবা ব্রহ্মচার্য্য, চুম্না লৈবা অমসুং রাখল নিংথিনা খন্দুনা তাকবং মীওইনা পোকলিবা জগত্তা ফাওরিবা মখোই ময়ামগী থোঙ্গুল অসিত থমনবা মতৌ তমবিরবদি লৈবাককী অমসুং মশাগী অমর ওইবা মিংচৎ লৈহৌগনি।

# (১৪)
# সীমান্ত পত্রিকা

চেক্ষোঙ্গী মরমদা—

মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মুখপত্র—নিতিগী চেক্ষোঙ্ "সীমান্ত পত্রিকা" ১৯৫৭ ইংদা শ্রীরাজকুমার রণবীর সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা শান্তি প্রেসতা ছাপা তৌরগা কংগ্রেস ভবন্দগী ফোঙ্বা থোখি। চেক্ষোঙ্ অসি ১৯৫৭ ইংগী নম্বর ৪৫৭৪ শুবদা রেজিষ্টর তৌবা মতুং ইন্না ফোঙ্বনি। চেক্ষোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল পৈশা তরেৎ ওইরমই। চেক্ষোঙ্ অসি হৌজিক ফাওবা চাং নাইনা ফোঙ্লি। হৌজিক্তি শ্রীপুলিন কান্ত সিংহনা চেক্ষোঙ্ অসিগী সম্পাদক ওইরি।

সম্পাদকী মরমদা—

"সীমান্ত পত্রিকা"গী ইহান হানবা সম্পাদক শ্রীরাজকুমার রণবীর সিংহ ১৯৩১ ইংগী জুলাই থাদা কৈশামথোং লোংজম লৈবক্তা পোকই। মপাবুংগী মমিংনা স্বর্গীয় রাজকুমার সনাহল সিংহ কৌই। মমাসিজগী মিংনা চোংথাম নিঙোল মাইপাকপী দেবী কৌই। মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা অল মণিপুর ষ্টুডেণ্টস্ কংগ্রেসকী মখাদা ছাত্রগী আন্দোলন কয়া য়াওরকই। কলেজদা তম্লিঙৈদা মহাক ধনমঞ্জুরী কলেজগী ছাত্রশিংগী আন্দোলনদা মরু ওইবা শরুক যাখি। মতুগী মরীদা ১৯৫১ ইংদা মহাক জেল চংখি। ষ্টেটহুড ফংনবা তানবা আন্দোলন্দা মহাকপু ১৯৭০ ইংদা জেলদা থমখি। মহাক মশামক জর্নেলিষ্ট অমনি। মহাক চহি তরা হেন্না "সীমান্ত পত্রিকা"গী সম্পাদক ওইদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। মহাক চহি নিপাল মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরমই। মহাকপু ১৯৭৪ ইংদা কৈশামথোং কনষ্টিটুয়েন্সীদগী মণিপুর

লেজিসলেটিভ এসেম্বলীগী মেম্বর অমা ওইনা মীখল্দা খনথি অমসুং মণিপুরগী কেবিনেট মিনিষ্টর ওইখি অতুগা ১৯৭৪ গী অরোইবা শরুকুগী ১৯৭৭ ইংগী অহৌবা শরুক ফাওবা রার্কস, ফাইনেন্স অমসুং লোকেল সেলফ্‌ গবর্ণমেণ্টকী পোর্টফোলিও পুবা মন্ত্রী ওইরমই। ১৯৭৭ ইংদা মহাক জনতা পার্টিদা য়াওরমই। ১৭৭৯ ইংদা মহাক মণিপুর ষ্টেট এসেম্বলীগী স্পিকর ওইরমই। হৌজিক ওইরিবা সম্পাদক শ্রীপুলিনকান্ত সিংহ থরাই য়াওবা কংগ্রেস কর্ম্মী অমনি। মহাক হৌজিক হৌজিকমক মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস (ইউ) গী এম, এল, এ, অমনি।

সম্পাদকী ৱারোল—

৭ শুবা চহি, মশীং ১৮৪
আগষ্ট তাং ১৫, ১৯৬৩ ইং
শগোলশেল

### ১৫ আগষ্ট জিন্দাবাদ

ঙসি ভারত স্বরাজ ফংবা চহি ১৬ মপুং ফারতুনা ১৭ শুবা স্বাধীনতা দিবস পালন তৌরি। চহি ১৬ অসি লন্নাই মীগী পুন্সিদদি কনা শাংলে হায়বা য়াই অতুবু জাতি ১গী লৈবাক ১গী শেমগৎ শাগৎ-পগী পুন্সিদদি য়াম্না তেল্লি। চহি ১৬ অসিদা ভারতনা মহাকী রাজনৈতিক স্বাধীনতা মপুং ফানা চেৎশিনহনবগা লোইননা গণতান্ত্রিক শাসনগী মথাদা অর্থনৈতিক স্বাধীনতা ফংননবা অকনবা লড়াই অমা চৎথরকলি। ভারতকী প্রজা কোটি ৪৪না প্রধান মন্ত্রী শ্রীনেহরু অমসুং কংগ্রেস পার্টিগী নেতৃত্ববু নিংথিনা সমর্থন তৌবদগী ঙসি লুরবা লড়াই অসি মথং মথং ঙমশিল্লকলি। শ্রীনেহরুগী পররাষ্ট্র নীতি অমদি ভারতকী প্লান ডিভলপমেণ্ট নিংথিনা লিংবা অসি উবদা ঙসি পৃথিবীদা ভারতকী অচৌবা ইকাইখুম্নবা মকম ফংলকলি ১সুং হায়নরি

মতুংদি চহি খরদংগী মনুংদা ভারত অসি পৃথিবীগী খাইদগী পাঙ্গল কনবা শক্তিশিংগী মনুংদা অমা ওইরগনি। ফিভম অসি ফংননবগী দমক শেংপা চাবা অমসুং মহৈ-মশিং দা শোংথারবা ভারতকী প্রজাশিংবু মামাননবা ওমননব ঐখোয়না তৌক্তক পাংথাকপ ওমননবা অর্থনৈতিক্কী অকনবা লড়াই লেংনরি। লড়াই অসি নিংথিনা পাংথোকনবা হোংনবদা ইহান হানবদা ভারতকী স্বাধীনতা অমসুং গণতান্ত্রিক শাসন ইস্তেগ্রেটি কাইহন্দবসি খাইদগ মরুওন অত্তবু অরাবাদ ওইসি ভাবতনা মখোয়গীদমক অফবতা তৌগনা লাকলিবা কমিউনিষ্ট চীনানা ভারতত্তা লান্দারক্তুনা স্বাধীনতা, ইস্তেগ্রিটিদা অকাইবা থোকহল্লে অমসুং শেমগৎ-শাগৎপদ থবক পুম্নমক্ত অপনবা পিরি। ওইসি কমিউনিষ্ট চীনানা লান্দারকলিবসি চুম্না লম পাবত্তম নত্রি, গণতন্ত্র লম্বীদা থাজবা পুম্নমকপু নাংথনগে হায়তুনা শিংনরকপনি। এশিয়াগী লোনা স্বরাজ ফংলকপ দেশশিংগী মনুংদা মপুং ফাবা গণতন্ত্রগী শাসন লৈবা ভারতনা চাউথংলকপাসি চীনানা পামদে। অতুনা ভারতকী প্রজাশিংনা অসিগুম্বা বিশ্বাসঘাতক চীনাবু চপচানা রাবকনব এখোয়গী লৈজবা পুম্নব খাদাওনা, নপা নওদা নও থেম্নবা পুম্নমক থাদোকনরগা অকনবা এক তাগী লিচিং মথাদা অকনবা থবক অমা লৌথংতবা ময়াদ্রব।। চাও কযা চুপনা এখোইগী ইপা ইপুশিংনা ঈগী দান কয়া তৌরক্তুনা ম্লানা ফংজরবা স্বাধীনতাবু ঙাকপা হায়বাদ ঐখোইগী লেংফত্রবা থববনি। ওইসি ভারতকী স্বাধীনতাগী গুংচাচরবা গুমিং ভাসদা দেশকা অমসুং জাতিগীদমক মথরাই কংখ্রবা অমসুং অর অনা থাংখ্রবা দেশপ্রেমিকশিংদা ঐখোইনা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপগা লোইননা মখোইনা তাম্লম্বা ভারতকী নীংতম্ববু য়ৈথাই থিনগাই য়াওদনা মশা মরেং ফম্না মপুং ফানা চাউ-খৎনবগী দমক অনৌবা রাশক লোশি।

# (১৫)

# সন্ধ্যাগী ভাগ্যবতী পত্রিকা

**চেকোঙগী মরমদা—**

"সন্ধ্যাগী ভাগ্যবতী পত্রিকা" কংগ্রেসকী অমতা ওইবা চেফোঙনি, নুমিৎ থুংগী সন্ধ্যা দা ফোঙবনি। চেফোঙ অসি শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফালদগী ফোঙবনি, কপি অমগী মমল পৈশা মারান। হায়রিবা চেফোঙ অসি ১৯৪৭ ইংদা ফোঙলম্লে।

**সম্পাদকী মরমদা—**

"সন্ধ্যাগী ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী সম্পাদক শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ ১৯১২ ইংদ ইম্ফালদা পোকখি। অপোকপগী মিংনা পুজারী হৌজং পুলিসিংহ কৌই অদুগা অপাকপীগী মিংনা ইবেয়াইমা দেবী কৌই। শ্রীযোগেশ্বর সিংহ জনস্টোন হায়স্কুলদগী মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌখি। ছাত্রগী আন্দোলন কয়া য়াওরকই। মহাক নারী রক্ষা সমিতিগী থবক অযাম্বা মাইপুননা পুরকপা মীশক্নি। ১৯৩৪ ইংদা মহাক চুরাচান্দ হায়স্কুল (হৌজিক্কী তোম্বীসনা হায়স্কুল) হৌরিবা মতম্দা ওজা ওইখি। মহাক মৈতৈরোন্দা শৈরেং ইবা মীশক অমনি। মহাক্কী অহানবা শৈরেং "নোংজম্বা" ডাঃ লৈরেন সিংহনা সম্পাদনা তৌরম্বা "য়াকাইরোল" থাগী চেফোঙদা ফোঙখি।

শ্রীযোগেশ্বর সিংহ রাজনীতিদা থরাই লুপ্পা অদুগুম্বা মীশক অমনি। মহাক রাজনীতিদা খোংদাবগা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী এসিষ্ট্যান্ট জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক পুবা হৌখি। মহাক "মণিপুর সমাজ সেবা সঙ্ঘ" গী সেক্রেটরী, "মণিপুর সাহিত্য পরিষদ" কী অহানবা জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা ১৯৪০ ইং দগী ১৯৪১ ইং

কাওবা থবক পুরমই। মহাক্না জেনরেল সেক্রেটরী ওইবা মতম অসিদা কয়া হোৎনদুনা মৈতৈ-মচা ছাত্রশিংনা বি. এ. দা কলিকাতা বিশ্ববিত্তালয়গী মখাদা ইহান হানবা ওইনা পরীক্ষা থাবা য়াখি। মহাক ১৯৪৬ ইংদা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরী, ১৯৪৭ ইংদগী হৌনা চহি খরা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী জেনরেল সেক্রেটরী, মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটিগী মেম্বর, ১৯৪৮ ইংদা অল আসাম মাইনোরিটিজ কো-ওর্ডিনেটিং কমিটিগী জেনরেল সেক্রেটরী, সুরমা ভ্যালি ব্রাঞ্চ, ইণ্ডিয়ান নেশনেল ট্রেড ইউনিয়ন কংগ্রেসকী ভাইস-প্রেসিডেণ্ট অদুগা ১৯৫০ ইংদা এ, আই, সি, সিগী মেম্বর ওইরমই। চিফ কমিশনার হিম্মত সিংহগী মতমদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকা চিফ কমিশনারগা মত থেন্নরকপদগী মহাক হায়রিবা এডভাইজরী কাউন্সিল অসিগী মেম্বরগী কম থাদোকখি। ১৯৫২ ইংদা শ্রীযোগেশ্বর সিংহ কংগ্রেস টিকেটতা ইন্নর মণিপুর পার্লিমেণ্টরী কনষ্টিটুয়েন্সীদগী কেণ্ডিডেট অমা ওইনা লেপখি। মতাং অসিদা শ্রীসনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ এম, এ, বি, এলনা অস্মুন্না হায়খি—"পার্লামেণ্টকীদমক কংগ্রেসনা লেপহল্লিবা শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহগী মখুত্তা মণিপুরগী লাইবক শিন্নবদা থাজবা য়াবা মীনি"। হায়-গুম্লহুনা শ্রীযোগেশ্বর সিংহ হায়রিবা চহি অসিগী মীখন্দা লোক সভাগী সদস্য (এম, পি) খনখি।

শ্রীযোগেশ্বর মমিং চৎপা জর্ণেলিষ্ট অমসুনি। মহাক ১৯৬২ ইংদগী ১৯৬৬ ইং কাওবা ইংরেজী লোনগী চয়োলগী চেকোঙ "*Eastern Express*" কী ইহান হানবা সম্পাদক ওইখি।

শ্রীযোগেশ্বর সিংহ "লৈশেম্বা" পার্টিগী সভাপতিসু ওইরমই।

সম্পাদকী রায়োজ—

২২ নি পানবা ইয়াই সুমিজাংরাই
মণিপুর ১১৫৯, আগষ্ট ১৯৪৮ ইং

শম্বীয়েন চোংবা

মণিপুরদা সভা সমিতিনা শম্বায়েন চোংবগুম প'চোংদা চো'খোরকলে। প্রজা সঙ্ঘ, কৃষকসভা, মণিপুর মহাসভা, মৈতৈ মরুপ, চন্দন সভা, সেবক সভা অমসুং পান্না সভা মখোই অসিনি। সভাশিং অসিগী মরু ওইবা থবক্তি খোই খোম্বনি। কৃষক সভানা হায়রি মণিপুর পুম্নমক কৃষক ( লৌউবা ) ১০০ গী মসুংদা ৯০ দি মাতোম্বা য়াওরে, নৌনা হোরকদৌরিব; মণিপুর মহাসভানা হায়রি হন্দক মণিপুর মহাসভাদা তিনগদৌরিবা মীশিং অসিদি চীংবুরোক্ত তপু'রোইদগী হাও পাঙনচি'বা 'পুম্নমক তিনগদৌবিবনি, অদুনা মপান কাংজৈবুং চল্লোইদৌরি, অচুবু বরিয়া ওইবনা মী লাকওইদৌরি, অদুনা মৈখোকলে। মৈতৈ মরুপনা করি অমুক হায়রি মাখোই ফীভাং লেংপা মী লিশিং তরা লৈ, অদুনা মণিপুর পুমঙাং ভাংলগনি। প্রজাসঙ্ঘনা করি হায়রি মাখোইগী কারাল অভাংবগী মথাদা মণিপুর প্রজা লাক ৫॥ কুন্নি। চন্দন সভানা অমুক হায়রি মায়দা চন্দন অনৌবা থিন'ংলকপা নৌনা ভক্তি তৌরকপা মী লিশিং য়াথৈ গুরকলে, অদুনা নাস্তিক চেকশিলজু। সেবক সভাগীসু সেবকমা হায়রি মাগী মথাদা সেবকনাও ৯৯৯ লৈরে। ইরোই লোইবদা পান্না সভানা হায়রি মাখোইগীসু কোর্ডান মরী অভাংবা জুড়া ১৫০ লৈজরে।

হন্দকী সভা সমিতি অমুক য়াননা চোংখোরকলিবা অসিগী উদ্দেশ্যদি মণিপুরদা ভোট লিভুনা মেম্বর হাপকদৌরে অর্দা মাগী মাগী কাংবুগী কেন্দ্র থাকতা য়াথৈ অসিনি। ইতোগা অমমা

মরৈশাক তুংশিবা নাস্তিক কংগ্রেসনা ধর্ম্ম মাংহনগদৌরে অমসুং নিংথৌনা মনিং মখা তমনা পায়রম্বা রাজশক্তি অহু কংগ্রেসনা লৌখিহনা প্রজাদা পীথোকখিগদৌরে, অহুনা প্রজানা চাউখিবা তারে, চাউহনবা য়াদে, নিংথৌদা পারার পীশিনসি, নিংথৌ চাউহনসি, প্রজাবু নৈখিসি, অহুনা কংগ্রেস শোলহনসি, কংগ্রেস থুগাইসি অসিনি।

মতম পুম্নমক্তা তুংহননা চৎপদা মপাঙ্বা, মাংলোমদা চংশিনবা পামদবা প্রতিক্রিয়াশীল ওইবা সভা সমিতিশিং অহুদা ঐথোইনা রার্নিংগী মওং ওইনা হায়নিংই—ঙরাংদা হো হো চোংলগা রাজনিতিগী পারার পাক পায়বা য়াবা নত্তে। শোই খরা থোম মিটিং খরা তৌরগা, মীবু খরা চৈরগা নিন্দা············তৌরগা রাজনৈতিক অনুষ্ঠান অমা হেক ওইরকপা য়াবা নত্তে। অহুগা মেম্বর ওইনবগী দমক ভোট থোমলগা ঙরাংদা হেক হোগৎলক্লগা নৈবাকপু থাজহনবা য়াবা নত্তে। রাজনৈতিক অনুষ্ঠান হায়বা অসিদি মন্ত্রি ওইনবা মেম্বর ওইনবা হোৎনবনা মাহুগী উদেশ্য নত্তে, মাহুদি প্রজাগী দাবী ফংননবা হোৎনবদা আন্দোলনগী ফ্রন্ট অমা ওইনা শিজিননবতনি। রাজ-নৈতিক অনুষ্ঠান খুদিংমক ক্রান্তিকার ওইগদবনি। মতম পুম্নমক্তা নিহুনা হায়জহুনা রাজনৈতিক শক্তি ফংবা য়াবা নত্তে। প্রজাগী গণ আন্দোলনদনা রাজনৈতিক শক্তি পুরকদবনি। রাজনৈতিক অনু-ষ্ঠান খুদিংগী বৈপ্লবী ওইবা মশাগী কাননবা থাদোকপা অমসুং মরৈ-বাক নিংবা নেতা কয়ামরুম লৈগদবনি। হায়রিবা অনুষ্ঠান অসিগী নিতি অমগী মখাদা লৈহুনা আর্থিক, সামাজিক অমসুং রাজনৈতিক আদর্শ থমগদবনি। অসিগুম্বা মওংদা থমলিবা রাজনৈতিক অনুষ্ঠান্দি মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসতনি। অতৈ ফন ফন শম্বীয়েন চোংবদৌনা চোংলিরা অসিদি নিংথৌগী মপাঙগল কননবা ভোট থোম্নবা মতম খরা য়াংবা হায়রা অহুনি। মাখোই অসি তৌসিন্নবা ওইবা মরমদা

মাখ.কঁনা নিংশিবা অহুম্ভ থুংবা ওমলোই, অহুগা য়ামনা থুনা মণি-পুরগী রাজ্নীতিগী মরুদ্গী লাকখিগনি অমসুং সমাজনা তুহৎপীরবা লাইরবা অরা অনাগীদমক লড়াই তৌগে অমসুং প্রজা লাক ৫৷। হুংঙাইহনগে হোৎনরিবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস মথন্তা লেপহৌগনি।

## (১৬)

## খোল্লাও

**(The Most Popular Manipuri Daily)**

<u>চেকোঙ্গী মরমদা—</u>

মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টিগী নিতিগী চেকোঙ্ "খোল্লাও" শ্রীথোকচোম বীর সিংহনা সম্পাদক ওইহনা ১৯৬২ ইংগী জানুয়ারীগী তাং ৮ দা ইউনাইটেড প্রেস, উরিপোক্তা ছাপা নমহনা কোঙ্বা হৌখি। মথংদা শ্রীনোংমাইথেম ধনবীর সিংহনা এতম থরা সম্পাদকী থবক পুরবা মতুংদা শ্রীথিয়াম মেঘচন্দ্র সিংহনা চেকোঙ্ অসিগী সম্পাদক ওইহনা "খোল্লাও" হায়রিবা চোকোঙ্ অসি ঙসি ফাওবা কোঙ্হনা লাক্লি। চেকোঙ্ অসিগী রেজিষ্টর নং এ ২৯৪ নি। কপি অমগী মমল পৈশা ১০ নি, থা ১গী চাঁদা লুপা ২.৫০, থা ৩গী লুপা ৭.০০, থা ৬কী লুপা ১৩.০০ অহুগা চহি অমগী চাঁদা লুপা ২৫.০০ নি। চেকোঙ্ অসি হৌজিক ফাওবা চাং নাইনা কোঙ্লি।

<u>সম্পাদকী মরমদা—</u>

"খোল্লাও" গী ইহান হানবা সম্পাদক শ্রীথোকচোম বীর সিংহ কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাইদা পোকপনি। মহাক মতম কুইনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মখিং চৎপা কর্ম্মী অমা ওইরমই। মহাক মণিপুর লেজিসলেটিভ এসেম্বলীগী মেম্বর ওইরমই। মহাক মতম কুইনা

কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর অমা ওইনা লৈবাকী সেবা তৌরম্বই। মথংগী সম্পাদক শ্রীনোংমাইথেম ধনবীর সিংহসু লৈবাকী সেবা তৌবা মীশক অমনি। মথংগী সম্পাদক শ্রীখিযাম মেঘচন্দ্র সিংহ ১৯২০ ইংগী জানুয়ারীগী তাং ১১ দা উরিপোক্না পোকই। অপোকপগী মমিং ৺খিরাম ইবোহল সিংহ কৌই অদুগা অপোকপীগী মমিংনা ৺অয়েকপম নিংথৌ ইবেমপিশক দেবী কৌই। অনিশুবা পৃথিবীগী লান্নাও মনাংদা শ্রীমেঘচন্দ্র সিংহ কলিকাতাদা বি, এস-সি তম্লমই। মহাক কমিউনিষ্ট পার্টি য়াওদুনা লৈবাকী সেবা তৌদুনা লাকপা মীশক অমনি।

সম্পাদকী য় িবোল—

ভোলিউম ১২—৩৫,

লৈবাকপোকপা মে ২৫, ১৯৬৫ ইং

## চিঙ্গাক অমসুং জাতিগী একতা

হোম মিনিষ্টর নন্দাগী হুজিকী অবস্থাদা জাতিগী অপুনবা পুখৎনবা হোৎনবগা লোইননা লৈবাকী মনুংদা লাইরু অনং থেংনবা, প্রোগ্রামদা চিঙ্গাক কংহন্নবা তৌবা চুমই। হায়রিবা অসি থবক্তা পাং-থোক্নম হোৎনবম থোকদে। ভারতকী সীমানা পরিংদা পাকিস্তান অমসুং চীননি লাল্মী লৈরি। মণিপুরগী চীংগী সীমানাদা, নাগাল্যান্দা খুংলায়াবাইবা কাংবু ওইরকনা লৈরি। অসিগুম্বা কিবন অসিদু য়োকখৎপিনবা সাহেব অমসুং আমেরিকাগী শক্তি লৈরি। ভারতকী সীমানাদা লাংহল্লগা খুদোংচাবা লোনবা কাংবুন্দু লৈরিবনি।

অসিগুম্বা কিবন অসিদা ভারতকী মীয়াম অহল নহা থাক্লনা মুন্না ওইদুনা জাতিগী ইজ্জৎ নিংতম্বা লৈবাকী লম কনবগী ......... চুমই। জাতিগী একতা লৈরবদা, মপানগী য়েকবা ......

সাম্রাজ্যবাদিবু থেংনবা ঙমগনি। অদুবু একতা জাতীয় একতাবুতা হায়রগা য়াদে। মীয়ামগী ফিবম কদাইদা অমসুং করম তৌরিবনো য়েংবা তাবনি।

ভারতকী মসুংদা লাইর অনংগী মশিং অসি মরাং কাইনা লৈরি হায়বা অসি কদৌবৈদসু কাউফম থোক্তে। কৌ চেংগী মমল হেনগৎলকপগা লোয়ননা মী কয়া চাবা থকপা ফংনবা ঙম্মক্তবগী খোল্লাও তানরকলি। অদুনা হৌজিক চিঞ্জাক ফংহন্নবগী অকনবা লালথেং মওং অমসু হৌজিকমক পুখৎপা থিল্লবনি। মীয়ামগী অপুনবা শাগৎকে হায়রবদি মীয়ামগী থরাইদগী দরকার ওয়বা অদু থিন্দনা ফংহন্নবা হোৎনবা চুমই। মীয়াম্না চিঞ্জাক ফংনদ্রুনা রারবদি অদুগুম্বা ফিবমগী থুদোং চাবা য়েকনবনা লৌথিগনি, একতাগী খোল্লাও পিবদসু থুম্বা রাৎলক্লনি। মরম অসিনা হুজিক্কী ফিবমদা ওইরিবা মীয়ামগী অপুনবা শক্তি শাগৎপা হায়বা অসি নিংথিনা ওইথোকনবগী দমক মীয়ামগী দরকার ওইবা কয়া অদু ফংহনবা তাই। চিঞ্জাক ফংহনগদবনি। পোৎচৈগী মমলসু হন্থহনবা তাই। লাইর অনংগী অরাবা কোকননবা থবক পায়খৎকদবনি। অদু ওইরবতদা মীয়ামগী অপুনবা শাগৎপা ঙমগনি।

হোম মিনিষ্টর নন্দজীগী রাঙাংদা পনথ্রিবা একতা শাগৎনবদা মীয়ামনা চিঞ্জাক ফংহনবা তাই হায়বা অসি অচুম্বনি। গভর্ণমেন্টনা চিঞ্জাকী লাল থেংনবগা লোইননা লৈবাক্কী নিংতম্বা ঙাকননবা একতাসু শাগৎশি।

# (১৭)
# অনৌবা মণিপুর ডেলি
## ( A Communist Party Daily )

<u>চেকোঙ্গী মরমদা</u>—

"অনৌবা মণিপুর ডেলি" মণিপুরদা নিত্তিগী কোঙ্-লবা চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি ১৯৫৭ ইংগী ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ২০ দা শ্রীঙাঙোম মহেন্দ্র সিংহ ( হৌজিক ভারতকী লোকসভাগী মেম্বর ওইরিবা ) না সম্পাদক ওইদুনা চিত্রাঙ্গদা প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা কোঙ্লমই। কপি অমগী মমল মতম অদুগী পৈশা মরিনি। চেকোঙ্ অসি মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টিগী মুখপত্রনি। চেকোঙ্ অসি মতম খরা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"অনৌবা মণিপুর ডেলি" গী সম্পাদক শ্রীঙাঙোম মহেন্দ্র সিংহ মণিপুরদা লৈরিবা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মরু ওইবা লুচিংবা অমনি। মনোহরশাই ঈশৈদা মমিং চংলবা লৈবাক্কী ওজা স্বর্গীয় ঙাঙোম যুগীন্দ্র সিংহ মহাকপু পোকপনি। মহাক পৃথিবীগী অনিশুবা লাজ্ঞাওদা ভারতকী আর্মিদা থবক তৌরমই। লাজ্ঞাও মতুংদা মহাক রাজনীতিদা খোংদাবা হৌখি অমসুং কমিউনিষ্ট পার্টিদা য়াওদুনা ঙসি ফাওবা লৈবাক্কী সেবা তৌদুনা লাক্লি। শিক্ষাগী লমদা মহাক বি, এ; এল, এল, বি-নি। মহাক মতম খরা ইম্ফালগী সব্যশরচী লো কলেজদা লেকচরর ওইরমই। হৌখিবা লোকসভাগী মীখল্লা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মীরেপ ওইনা লেপখি অমসুং মায় পাকখি।

<u>সম্পাদকী বাদোল—</u>

অহানবা চহি, মশীং ৯
তাং ১।৩।৫৭ ইং

## শক্তি পুন্সমক ফুগৎপা মতম ওইরে

হৌজিক কংগ্রেসনা চথরিবা অসিগা ডেমক্র্যাটিক লেফ্টকি কাংবু অসিনা চথরিবা অসিগা পুংখেন থৈরে। হৌখিবা থা কয়ামরুমগী মতুংদা বামপন্থী দলগী অপুনবা পুরক্লবা অথাকপা লৈতনা হোংনখ্রিবা অসি মীয়ামনা নিংথিনা উরে। হোংনখ্রিবা পুন্সমক মহৈ য়ানখিদে। তোহগুম্সুং মোংচুপ বাংলা, পঞ্জাব, আসাম, টামিলনাদনচিংবা মকম কয়ামরুমদদি বামপন্থী শক্তি কয়ামরুমনা কংগ্রেসকা নাকপাক তানতুনা থেংনরবগীদমক পুন্সমকি ওইনা য়ানখ্রে। য়ানদবা প্রদেশ কয়ামরুমদস্তু কনষ্টিটিউয়েন্সিগী মতাংদা য়ানবগী মথক্তা রেস্থোক রেনশিন তৌরম্খ্রে। অতুম ওইনমক, পুরকইবা অপুনবা অসি য়ামনা মরু ওই, অমম্তুং মসিনা লাকলিবা ইলেক্সন অসিদা অফবা ফল পুরকনি হায়না থম্নে।

হৌজিক কংগ্রেস মতুংদা থোকলিবা অসিনা কংগ্রেস অনুস্থানগী রাজনীতিদা চাওথরকপা শকলবদি বামপন্থী লিশিংনা পুন্নকলিবা অসিনা লৈবাক্তা অনৌবা শক্তি অমা ফুগৎলকলি হায়বা তাকই।

রাজনীতিদা মথক থোংলগত্তা ইলেক্সন জয় ওইগনি হায়বা করিস্নু লৈতে। ঙসি কংগ্রেসনা মচোই মচোই তৌরিবা অসিদা, ঐখোযনা ঐখোযগী লৈরিবা শক্তি অসিবু ঙাকতুনা থমগদবনি অমদি ঐখোযগী রাজনীতি অসি খুমাং চাওশিনহনগদবনি। ঐখোয়না রাজনৈতিক প্রচার তৌবতা নত্তনা মতুগা লোয়ননা অনুস্থান শেমগৎপগী থবকস্নু পায়খৎকদবনি।

হৌজিক বামপন্থী লিশিংনা পায়খৎলকলিবা থবকশিং অসি

নিংথিনা য়েংশিনগদবনি। বামপন্থী দলশিংগী অপুনবা লৈত্রবা ফাওবদা, দল-দলশিং অহুনা তৌরিবা থবকশিং অহুগী অহো অরাকশিং অহু য়েংশিন্দুনা মীয়ামবু পুনশিন্নবা হোৎনগদবনি। বামপন্থী দলশিংনা মাগী মাগী পার্টি মেম্বরশিংবু খোমগৎপদা নত্তনা মরৈবাক হুংশিবা হুপী নিপা অমত্তা ফাওবা চিথহৌদনা খোমগৎকদবনি। অহুস্থান শাগৎপগী মতাং হায়বসিমক্তবু ওর্গেনাইজার মশামকনা কন্না থবক পায়খৎপদনদি ওইদে, অতৈবুসু মহাকত্তৌনা থবক নোমহনগদবনি। ঐখোয়গী এজিটেসন, ঐখোয়গী প্রচার থাক য়ামনা রাংলে। হুজিক্তি অহুস্থান শেমগৎপগী মতাংদসু অরাংবা থাক পায়খৎলগদবনি।

ঐখোয়না কমিউনিষ্ট পুন্নমকপু বামপন্থী দলগী কর্ম্মী পুন্নমকপু অমসুং মরৈবাক হুংশিবা মীওই পুন্নমকপু মখোয মখোয়গী মতিক চাবা থৌদাং পায়খৎতুনা লাকলিবা ইলেক্সন অসি থেংনবিনবা কৌজে। ঐখোয়না লৈবাক্কি ডেমক্র্যাট পুন্নমকপু কংগ্রেসকী মনপলি পাররগা থেংননবা কৌজে। মতিক চাবা সমর্থন পিবিহুনা বামপন্থী দলশিংগী জয় লৌবিনবা কৌজে।

---

২

# চয়োলদা ফোঙ্বা চেফোঙ্

## (১)

## তরুণ মণিপুর

### ( সাপ্তাহিক পত্রিকা )

চেফোঙ্গী মরমদা—

"তরুণ মণিপুর" চযোলদা ফোঙ্বা চেফোঙ্নি। চেফোঙ্ অসিগী সম্পাদক রাজকুমার শ্রীশীতলজিৎ সিংহ বি, এ, নি। পত্রিকা অসিগী প্রতিষ্ঠাতা ৺অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহনি হায়না পত্রিকা অসিগী মমিংগী মথাদা ইরি। পত্রিকা অসিগী অহানবা মশাং ১৯৩৮ ইংগী আগষ্ট থাদা চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ওয়ার্কস্, ইম্ফালদগী ছাপা তৌদুনা ফোঙ্থি। চেফোঙ্ অসিগী চাঁদা চহিগী লুপা অহুম, থা ৬ কী লুপা অমঃ মথায়, থা ৩ গী সিকি অহুম অমসুং কোপি অমগী পৈশা মরিনি। য়াম্না রানা থিবা ফংজরবা "তরুণ মণিপুর"গী অহানবা চহি, ৪বা মশাং, নোংমাইজিং ১১/৯/৩৮ ই'গী চেফোঙ্দা ৺দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা ইবা "সোরজগৎ", ডাঃ লৈরেন সিংহগী "থংবদ কাম্নবা পাড" অমসুং শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহগী "অচুম্বা থিবা" য়াওই

সম্পাদকী মরমদা—

রাজকুমার শ্রীশীতলজিৎ সিংহ শকাব্দ ১৮৩৫ গী লাংবন থাগী তরাতরেংনি পানবা নিংথৌকাবা হুমিংতা কাওবম লৈকাইদা পোকই। চৌরজিৎ মহারাজগী মচ্চাইবু'ঙৌ নরেন্দ্রজিৎ সিংহ ( সনা চহা অহুম ) না পোকপা অঙৌম্না ( পিঙ্গুধ্বজ যদুকীর্তি

সিংহ ) না পোকপা লছমনসনা মহাকপু পোকপনি। কৈশান-থোংদা লৈবা মমিং চৎলবা রামলাল পালগী মচানুপী কামিনী মহাকপু পোকপী মমানি। মখাক্তী চহী নিপাল চৎলকপদা অপোকপী নোঙ্গাথ্রবা মতুংদা মামশিংনা কোন্দুনা কৈশামথোংদা লৈখি। মহাক কৈশামপাৎ এল, পি, স্কুলদা মতম খরা তম্লগা কৈশামথোং এল, পি স্কুলদগী নিম্ন প্রাইমারী পরীক্ষা পাশ তৌখি, মথ:দা চীংঙা ইউ, পি স্কুলদা ক্লাস থ্রী তম্লমই। ক্লাস ফোরদগী ক্লাস সিক্স ফাওবা বেঙ্গলী এম, ই, স্কুলদা তম্লগা মহাক জনষ্টোন হায়স্কুলদা তম্লমই। শক ১৮৫৪ দা মহাক কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌখি, মথংদা গৌহাটি কটন কলেজদা তম্লমই। বি, এ, গী মরিগুবা চহীদা নারকুনা পরীক্ষা থাবা ঙমখিদে, অদুনা চহী অমা পন্থরগা শকাব্দ ১৮৫৯ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি, এ, পরীক্ষা অনার্সকা লোইননা পাস তৌখি। বি, এ, পাস তৌরবা মতুংদা মহাক রামলাল পাল হায়স্কুলদা এসিষ্টেণ্ট হেড মাষ্টর ওইনা থবক তৌবা হোই। ওজা ওইনা ওইনা মহাক "ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা (মাসিক মণিপুর)" অমসুং "তরুণ মণিপুর" (চয়োলগী চেফোঙ্গী) সম্পাদক ওইদুনা লৈরাক্লী সেরা তৌবা হৌখি। মতুংদা ১৯৩৯ ইংদা "মণিপুর মতম" কৌবা অম্না চে অমা ফোঙ্ই। অসিগীসু মথক্তা মহাক এসোসিয়েটেড প্রেস অফ্ ইণ্ডিয়া (এ, পি, আই) গী পাউ পিবগী থবক তৌরমই। মহাক মতম খরা মহারাজকুমার জয়সিংহগী ট্যুটর ওইদুনা আজমীরদা চৎলি। অনিশুবা পৃথিবীগী লান্তাও মতুংদা মহাক মতম খরা তম্ফাম্না গার্লস হায়স্কুলগী ওজা ওইরমই, মথংদা কাঞ্চীপুর পোলিটেক্নীক স্কুলগী স্কুল সেকসনগী হেড মাষ্টরগী থবক পুরমই, মথংদা ধনমঞ্জুরী কলেজ লিংখৎলকপদা ইতিহাস বিভাগকী থবক পুরমই। অহুদগী মহাক জনষ্টোন হায়স্কুলদা চহী অহমলোম ওজা

ওইদুনা হৈরম্বগা রামলাল পাল্লা হায়রকলনা লান্ন মতুংদা অমুক হৌগংলকপগা লোইনা লোইননা মচুগী থেড় মাষ্টর ওইদুনা থবক পুরনই। হৌজিক্কি মহাকে থবকতগী পোংথারে। রামলাল পালগী ওজা ওইরিবৈদা মহাক লাইরিক লিংথিনা তম্বিবা ওজা অমা ওইরমী দমজা ভারত সরকারগী এরার্ড ফংখি। রাজকুমার শ্রীশীতজিৎ সিংহ লাইরিক য়াম্না লেংই—মহাকী লাইরিকশিংগী মনুংদা "হেতুরী' "ইথৌ লাংবা'', "বাল্মীকি'', "থাদোকপা'', "ইমা'', "রোহিনী'', "লৈনুংশি", "লৈক্লোম্নুংদা", "নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু" অমসুং "নরোত্তমদাসকী লালসা'' মমিং পনবা য়াই। মহাকী বৈষ্ণব পদাবলী মৈতৈরোলদা ছাপা তৌদুনা ফোংথরে। মহাকী English—Manipuri—English Dictionary সু ফোংলে। মসিদা নত্তনা স্কুলগী তম্ববা লাইরিক কয়া কয়াসু ফোঙরবনি।

সম্পাদকী য়াওল—

অহানবা চহি, ৪বা মনীং, লোংজাইজিং
১১। ৯। ৩৮ ইং

## লুপী য়াম্না থিবগী কাম্নবা

মণিপুরদা লুপী অককপ লৈতনা লুপা অমন থিব য়াই। অদুগ খাইননিংব মতমদা খাইনবসু য়াই। অদুদ নিপা অতুন এ মাবু লোয়রোই—মান থোকপা তৌজখিব য়ারে হায়রবদি লুপী অদু ময়ুম অমা পানজখিব য়াই, নত্তদুন মরা অতুন খাবিদ্রিবৈদা ময়ুম পান্নুরবদি লুপা ৫০—ময়েক ওইনা পিদুব য়াব নত্তে।

ফন ওকপ য়াব চংনবী অমনি। কনাগুম্বনা লুপী অম থিব মতমদা লুপা কয়া পিদুনা থিবগে নত্রগা লৈবগে? ঋমিংবকুসু 'মখল হনবা' ক্লৌনৈ—করম্বা মমলনো? নিপান লুপীব কবুব দলিল ইনদুন রেজিষ্টার তৌদুন লৈরগে? অদুদগী নিপা অহুরি

হুপী অহু খাইনরগা হুপী অম থিহুন মচা অম অনি পোকথ্রে, অহু কাওব হুপী মান খাইনখিব অহুদি মাগী মথাদ লৈরি—মাগী নিংব মতুং ইন্ন চত্তব য়াদ্রি। মতুগী চানবনি হাইহুনম্মু পিবিদে, মতুবু মরান ঙাকপিব হৌনবপুম্ব পুমথা থাদোকখ্রে। 'খাইনব' হাঙ্গৈববু 'তিম্নদ্রব' 'তোঙান তাম্নরব' নত্রগা 'য়েন্নব' হাইবতনি—অর্থশিং অসিগী মতুং ইল্লবদ হুপান হুপীগী মথক্ত করি মথুং লৈরিবগে? 'য়েন্নব' য়োমদ পুরবদ—মখোইগী পুনৃন লৈরম্ব শরুক হাঙ্গৈবদি থবক অমগীদমক অনি পুননা দায়ী ওইরম্বা য়েন্নবতনি; মতম অসিদ হুপান হুপীগী শরুকত করি থুং থিংজিনফম থোকপগে? অহুগী মথক্ত সরকারন পানব মতম অসিদদি মীনাই লৈবম্মু আইন মতুং ইনৃন দণ্ডি ফংই; 'মমল হনব' হাঙ্গৈবসিবু মীনাই ওইরম্বগী মমল হনবগী ভাবল? মীনাই ওইরবদি লৈবদ চংখিব শেল পিরগ অমুক মনিং তমজব য়াই—অহুনা আইনগী মতুং ইল্লবদি দণ্ডি ফংফমদি হুপানি। অমন, মশা পামহুনা হন্দোকখিবা পোং মীন খুন্দুন শিজিন্নবদ অমুক মিহৌব করম্ব অথুম্ন রাখনবো? খাইনব হাইহুনা মপামদা থিনবা অসিবু 'লোই'থাবগী ভাবত রারকপরা? মাগী মপোংপু মীঙোন্দ থমহুন রারক্কদবগী মহুত্ত সরকারগী মীদ পিহুন মতিক থোকপা রারকহনবন চুমই।

হুপান মতু অম থিব মতমদ হুপীদি রা অমত্ত ঙাংব য়াদরা? হুপাদি তাম্থোকে তাম্থোকলোই, লৈহনগে লৈহল্লোই ওমই। অহুন হুপান মতুগী রা তাদন হুপী অম থিরবদি লুপা ১০০্ লোবন মতিক চাই। হুপানা কনব হেনব অমম্মু, মাগী ময়ুমদ লৈরগা মশাগী ওইজব খরতদি সমাজদগী ফ ব য়ানবগীদমক হুপীন ময়ুম পাল্লি, মীনাই ওইব লাকপদি নত্তে; অহুগ হুপী লৈত্রব য়ুমন হুংঙাটবগী শরুক পিব ওম্বগে? মফম পুম্বদ থবক পুম্বদা হুপাদি হুপীনা লাজোনবীবগী পানজবনি হায়বম্মু য়াব অমনি। অহুগ ২০ শুব শতাব্দীদা হুপীবু

মুপান অমুক তোনবগী রাখল পুবা কন ইকাইজব য়াবমকনি।
ঙৈটনা লুহোংবা পুম রেজিষ্টার তৌবিহুন করম আইন কাই-রবদি মুপী খাইনবা য়াবগে অমলুং করম তৌরগা খাইনবা য়াব-নচিংব আইন শেম্বীহুন মুপান তৌবদি য়াব মুপীন তৌবদি য়াদব থিংবিব মতম ওইরে। মুপাস্নু মুপীগ রা লোইনব্রিভৈদ মতু অম থিরবদি মভিক চাব শেল মুপীন কংজব য়ানব আইন অম শেম্বীরবদি মুপী ঙাকপিব অম ওইন খোঙনি। শেংগ্রব লুহোংববু মোৎগ্রব মুপীগী লোনকম ওইব থিংবিব মতম ওইরে।

## (২)
## মণিপুর মতম

<u>চেকোঙ্গী মরমদা</u>—

"মণিপুর মতম" অহানবদা মুমিৎ হুমনিদা, মথংদা মুমিৎ ভরেৎনিদা কোঙ্বা জাতীয়তাবাদী পত্রিকানি। চেকোঙ্ অসি ১৯৩১ ইংগী এপ্রিল থাদা কোঙ্বনি। রাজকুমার শ্রী শীতলজিৎ সিংহনা পত্রিকা অসিগী ইহান হানবা সম্পাদকনি। মথংদা মতম খরা শ্রী কাউবা সিংহনা সম্পাদকা থবক পুরমই। অতুদগী অমুক রাজকুমার শ্রীশীতলজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইহুনা থবক পুরমই। মথংদা শ্রী তেলেম যোগেন্দ্রজিৎ সিংহনা একটিং সম্পাদক ওইহুনা চেকোঙ্ অসি মখা চথনা কোঙ্লমই। পত্রিকা অসি শ্রী নাহৈ-রাকপম কালা সিংহনা কৈশামথোং নিউ ষ্টার প্রেসতা ছাপা তৌহুনা কোঙ্লম্বনি। মনিপুরদা চেকোঙ্ অসিগী চহিগী চাঁদা লুপা অহুম, খা তরুকতা লুপা অমগা মখায় আনা, খা অহুমদা শিকি অহুম পৈশা মরি অহুগা মপালগী চহিদা লুপা মরি মখায়, খা তরুক্তা

লুপা অনি অনা তরুক, থা অহুমদা লুপা অমা শিকিনি। পৃথিবীগী অনিশুবা লান্নাও কাওবা পত্রিকা অসি হিংলমই। "মনিপুর মতম" পত্রিকাদা আসামগী শরুকনু য়াওরমই। মহাক্না সম্পাদক তি শ্রী দেবেন্দ্রনাথ বেজবরুয়ানি।

সম্পাদকী মরমদা—

"মণিপুর মতম" গী সম্পাদক রাজকুমার শ্রী শীতলজিৎ সিংহগী মরমদা "তরুণ মণিপুর" গী মতাংদা ইজখরে, মহু পাবিগনি।

মথংগী সম্পাদক শ্রীকাউবা সিংহ মশামক সমাজগী সেবা তৌবা মীশক অমনি। মহাক মতম থরা "মণিপুর মতম" গী সম্পাদক ওইরমই। শ্রী তেলেম যোগেন্দ্রজিৎ সিংহসু পত্রিকা অসিগী একটিং সম্পাদক ওইরমই। শ্রীযোগেন্দ্রজিৎ সিংহ মমিং চৎপা প্রাকৃতিক চিকিৎসাদা লায়েংবা হৈবা লৈপাক্না মশক থঙবা অমনি। মহাক "গীতা মণ্ডল" লিংথৎপশিংগী মসুংদা মরু ওইনা থবক পুরম্বা মীশক অমনি।

সম্পাদকী য়ারোল—

অনিশুবা চহি, ৮৩শুবা মশীং, নিংথৌকাবা
তাং৮।১।৪০ ইং

১৯৩৯ সালগী বিদায়

ইংরাজী ১৯৩৯ সাল লোইখরে, অমুক উবা ফংলরোই। তৌইগুম্মসুং চহি লোইখি হায়দুনা অতিয়াদা ঈশিং, নুংশিং অমসুং কংকাপ্পা অনৌবা অধ্যায় অমা হোৌবদি থক য়াদে। তুকান থাতাদা অমসুং পঞ্জিকাদা অনৌবা চহি হৌবা অমসুং লোইবা তশেংনা উবা ফংই অদুগা মীওইবগী পুন্সি খোংচৎতদি মহু থক উবা য়াদে। হৌখিবা চহিদা লৈরম্বা অরা অনংগী য়াথপ্লো মহাক চৎপ্রে হাইদুনা

থক লোইনবিখিবা ওমদে— অকাওবগী মুথমসু থনজিন্দুনসু থগা ওমদে। চহি লোইখরে, মহাক্নী মবুক মতুংদা চাক্লবা অয়া-সুংঙাইগী মৈদি থক মুক্তে, মথংগী চহিদা অত্নমক চারুহোই। মীওইবনা আশা-ভগী মঙাল য়েংহুনা সংসারগী ইথক কয়া পুং অমগী মথংদা পুং অমা চহি ১গী মথংদা চহি অমা শয়েং থৈনহুনা লাক্লি।

১৯৩৯ সাল থোখরে, কাওবদি য়াবা চহি নত্তে, ইতিহাসতা নিংশিংহোরগদবা অমসুং নিংশিংবদা মতিক চারবা সাল অমনি, চহি-সিগী লোইরকপা মতাংদা ইউরোপ্তা অকনবা লাল অমা হোই। হৌজিক মত্নগী ইচেন্দো অহোইনত্নম কনশিল্লকই। পৃথিবীদা লাল অসিগী মরুদি গণতান্ত্রিক অধিকার ঙাক্লবা ধনতন্ত্রবাদ অমসুং সাম্রাজ্য বাদ মাংনবগী দমকতনি হাইনরি। ভারতসু অয়াম্বনা পাম্নরিবা রাখল অত্ত থরদং কানবা লাক্লরি।

নোংপোকতা চীন অমসুং জাপান কয়া লাল সোকনরি। চীন্না জপানগী আক্রমন নোংম নোংমগী জয় তৌরক্লি হাইরি। মণিপুরদা নিপা য়াওদনা সুপিনা আন্দোলন তৌরি।

পৃথিবী শান্তি পাম্বা অমসুং রাখল চাওবা কয়ানা মাইকৈ পুন্নমক য়েংলগা মৃগতৃষ্ণিকাগুম্বা আশাগী মঙাল য়েংহুনা অয়া অনং কয়া কোকথোং নানরি। ঐখোইগী আশা হায়বমকতবু হোথিবা চহিগী অয়া অনং মরক্তা লৈরম্বা য়েম্নিং অনৌবা, চহিঙ্গী চীংথৈ কীত্নপ ও গা লোইন লোইননা হনগংমিন্নরক্তুনা মসা মরেংনা পৃথি শিন-থুংনা শন্দোক্লকপা অমসুং অনৌবা যুগ অমা হোত্নুনা শান্তি পিনবা অসিঙনি।

## (৩)

# অনৌবা যুগ

## ( চয়োলগী চে )

<u>চেকোঙ্গী মরমদা—</u>

"অনৌবা যুগ" ৺হিজম ইরাবত সিংহনা সাইক্লোষ্টাইল তৌহূনা কোঙ্বা চয়োলগী চেকোঙ্নি। চে অসি ১৯৪৭ ইংগী মার্চকী তারিখ ১৯গী দরবার রিজোলুসন নং ২৫ গী মতুং ইন্না কোঙ্বা চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসিগী অহানবা মশীং ১৯৪৭ ইংগী এপ্রিল থাদা কোঙ্খি। চেগী মমল কোপী অমদা আনা অনি, থা ১ দা মথায় অমা, থা ৩ দা লুপা অমা মথায়, থা ৬ তা লুপা অহুম অহুগা চহিদা লুপা মঙা মথায়নি।

<u>সম্পাদককী মরমদা—</u>

"অনৌবা যুগ" কী সম্পাদক ৺হিজম ইরাবত সিংহ ১৮৯৬ ইংগী সেপ্টেম্বরগী তাং ৩০ য়ুমশকৈশ লুমিংতা পোকই। অপোকপগী মিংনা ইবুঙোহল সিংহ কৌই, অপোকপীগী মিংনা থম্বালঙানবী কৌই। মহাক জনষ্টোন হায় স্কুলদা লাইরিক তম্লমই। স্কুল অসিগী ছাত্র ওইরিঙৈদা ক্লাস নাইনদা তম্লিঙৈদা ওজা অমনা ছাত্র অমদা খোংনা কাউরকবদগী মহাক্না ছাত্র ময়াম খোমহূনা ছাত্রগী আন্দোলন চথখি। মসিনা মনিপুরগী ইতিহাসতা ইহান হানবা ছাত্রগী আন্দোলননি। মহাক মেট্রিক পাস তৌখিদে। মহাক মহারাজ চূড়াচাঁদ সিংহগী ময়াম্বুংগী মচানুপী খোমদোনস্না দেবীবু লুহোংহূনা লৌরমই। মরোশিং লৈবা মীশক অম ওইবগা অহুগী মথক্তা ময়াম্বুংগী মচানুপী লৌবগা মহাক সদর পঞ্চায়েতকী মেম্বর ওইরমই। মহাক "নিখিল মণিপুরী মহাসভা"গী মরুওইবা মীশক অমা ওইরমই।

১৯৩৮ ইংদা "নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা" বু বে-আঈনী ওইরে হায়না লাওথোকপগা লোইন-লোইননা মহাক পঞ্চায় মেম্বরগী ফম থাদোকখি। মহাক ১৯৩৯ ইংগী চৌংভাগী ৪শুবা অধিবেশনদা সভাপতি ওইরমই। অধিবেশন অসিদা 'হিন্দু' হায়বা রাইহেসি লৌথোকখি, মহাসভা অসিগী মমিং "নিখিল মণিপুরী মহাসভা" হায়না হোংদোকখি। ইরাবত সিংহ ললিত মাধব শর্ম্মা, বঙ্কবিহারী শর্ম্মানচিংবা লুচিংবশিংনা চেং মপান্দা থাদোকপা থিংবগী হৌখিবা "লুপী লান" হায়না খঙনবা লুপীগী অকনবা আন্দোলনহ কম্না শৌগৎলমই। আন্দোলন অসিগী মরীদা ইরাবত সিংহ মণিপুরগী মপান্দা সিলেটতা জেল তাখি। ১৯৪৩ ইংগী মার্চ্চকী তাং ২০ দা জেলদগী থাদোরক্লবদা মণিপুরদা চংহনলমদে। মথংগী চহিগী মার্চ্চ থাদা মহাক বেজওয়াদাদা কিষাণ কনফরেন্স য়াওবা চৎলমই। মহুদগী হল্লকলগা মতম খরা বেঙ্গল কমিউনিষ্ট পার্টি অফিস ২৪৯, বহুবাজার ষ্ট্রীটতা লৈরমই, মহুদগী নবদ্বীপতা অহুপ্রভুগীদা থা অমরোম লৈরগা শিলচরদা লুমিং নিনি লৈরম্লবা মতুংদা মণিসিংহনা সভাপতি ওইহনা কম্বা সুর্ম্মা ভ্যালি প্রভিন্সিয়েল কিষাণ সভাগী চহিগী মীফম য়াওনবা সিলেট তাম্না চৎলমই। মিটিং অহ হবিগঞ্জগী সোণাপুরদা তৌরমই। ইরাবত সিংহ ১৯৪৩ ইংদা বোম্বেদা ফমখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অহানবা অধিবেশন অহ য়াওরুবদগী ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর অমা ওইরমই। মহাক পার্টি অসিগী কিষাণ ফ্রন্টতা থবক নোম্লমই। মহাক কাছাড় ডিস্ট্রিক্ট কিষাণ সভাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরমই অমসুং সুর্ম্মা ভ্যালি কিষাণ সভাগী ভাইস প্রসিডেন্টসু ওইরমই। ১৯৪৬ ইং সেপ্টেম্বরগী তাং ২১ দা 'এন্টি পূর্ব্বাঞ্চল' লুমিং পালন তৌবগী মরীদা পুংদোংবমদা মিটিং তৌবদা পুলিসতা নোংমৈ কাপলকপদা পুলিস অফিসার অমা শিখি। সরকারনা ইরাবতপু ফানবা হুকুম থোকখি। লুমিং অসিদগী

হৌনা ইরাবত সিংহ অন্দরগ্রাউণ্ডা লৈখি। ইরাবত সিংহ ব্রহ্ম-দেশতা চৎখি। মফম অতুদা মহাক লৈখিদে।

হিজম ইরাবত সিংহনা ১৯২২ ইংদা "মৈতৈ চনু" হায়বা থুৎনা ইবা ম্যাগাজিন অমা ফোঙ্লমই। মহাক্কী ছাপা তৌত্তনা ফোঙ্খিবা লাইরিক্তি "শৈদম শৈরেং", "দলিল অমসুং দরখাস্ত ইবা" নি। মহাক্কী চান্দনী হায়বা উপন্যাস অমা "মাকাই-রোল" থাগী চেদা মথং মথং ফোঙ্খি। মথংদা মহাক্কী "লোকমান্য তিলক" হায়বা বাল গঙ্গাধর তিলককী পুন্সি-রারী অমা ললিত মঞ্জরী" থাগী চেদা মথং মথং ফোঙ্খি।

সম্পাদক্কী রারোল—

(১বা চহি ২০ এপ্রিল নোংমাইজিং
১৯৪৭ ইং, ২শুবা মশীং)

ধর্ম্মগী আন্দোলন

মণিপুরতা নত্তনা ভারত ফাওথ্রবা মণিপুরগী "অমাং অশেং"। ধর্ম্মগী নামাদা ওৎপা নৈবনা হিন্দু প্রজাগী থাংভম-জবা অরাবা, সমাজদগী তাম্থোকপা, মপা শিরগা মচানা চংবা য়াদবা, লুপা মরিফুমরি আনা তরুক পাই মরিগী রা নিংশিংলুরগা তুচুংই। ধর্ম্ম ব্যবস্থাপক সভাগী মেম্বরশি সু মহুদগী লিৎথোকপা ভমখিদে। মাতুগী মরু ওইবা মরমদি রাজশক্তিনা ধর্ম্মগী রায়েন শক্তি লৌশিন-খিবা অমসুং মশাগী ওইজবা তানবা ধর্ম্ম গুরু শানিংবা মী থরগী থৌইনশিন্দগীনি।

অহুগুম্বা অমাং অশেং কোরুবা গৌরধর্ম্ম প্রচারিনী সভা, সনাতন গৌরধর্ম্ম সমাজনা অরাবা কয়া থাংহনা খুদোংথিবা কয়া মাইয়োরুহনা ধর্ম্ম কন্নবা হোৎনখি। লুপা মরিফুমরি অনা তরুক

পাই মরিগী দক্ষিণানা কংবা রাজশক্তিগী অত্যাচারদগী লৈপাক্কী অরাবা কোল্লবা হোৎনখি। মাহু আন্দোলননি। আন্দোলন অহু ভারত ক্তাওগ্রবা আন্দোলননি।

হৌজিক মনিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপদা নত্তনা মিতৈ মরূপ (স্নামহি), মিতৈ লাইনিং মরূপ (পাখংবা) অসিনচিংবা কল্লা লৈরে। অসিনা কাংবু কাংবু মরৈ য়েংনবা, খবরদা চৈনবা, ফি শেম্নবা ক্তাওবা য়াওরে। মাংলে হায়বগী দমক্তা কোর্টকী সাহায্য লৌনবগী থৌরাংদা কেশ তৌনবস্ত য়াওরে। অহুনা লৈবাক কুম্মৈ তারে।

## ব্রহ্মসভাগী অনৌবা লৌশিং

অহুগুম্না ব্রহ্মসভাস্তু অনৌবা লৌশিং অমা পুথোরকলি। ব্রহ্মসভানা তিম্নবা য়াদে হায়বগী নোটিশ পি, এম, এস, ডিদা পিথোক্নুনা ব্রহ্মসভা অসি ষ্টেট অফিস নত্রগা কোর্টকী মঙ্গুং চনবগুম তাহনবগী নাওং ওইনা, পি, এম, এস, ডিবুস্তু ধর্ম্মগী মরম ওইবা খবক্তা শিজিন্নবগুম, ব্রহ্মসভাগী হুকুম অহু পি, এম, এস. ডিনস্তু য়ারবনি হায়না খংদবা মীনা খন্নবগী মতাগুম্বা অনৌবা লৌশিং অমা শাম্নহুনা চপ চানা কোর্টলোমদা চংশিল্লি।

## হিগাইরা (বিভেদনীতি) শান্নবা কাংবুনা শান্নবা

বিভেদনীতি (হিগাইরা শান্নবা কাংবু) না মরকসিদা হিগাইরা শান্নরি। কৃষক সভাগী অধিবেশন পুংদোংবমদা তিনখিবা অহানবা জুমিৎতা কৃষক সভা নত্তে স্নামহিগী সভানি হায়না স্নামহি (মৈতৈ মরূপ) য়াদবা কাংবুদা হায়জিল্লমই। জাৎ, ধর্ম্ম খাইদনা লৈপাক্কী অরাবা কোল্লবা হোৎনরিবা কৃষক সভা তিনবা চত্তনবা হোৎনরমই। কৃষক সভাগী অপুনবা থুম্মুক মন্ত্র হিগাইরা কাইখি।

## মশেন মশেন খেংনবা

অম্মুম্না কাংবু কাংবু খৎনবা, চৈনবগী চৈরক্তা বৈষ্ণব বামোনগা স্নামহিগা পাখংবগা দল চাওনবা হোৎনরি। ক্ষমতা তাল্লকইবা

ব্রহ্মসভাগী ব্যবস্থা অদুমক শ্রীযুক্ত লৈরেনজাও শর্ম্মানা প্রতিবাদ তৌরক্লি। বামোন বামোন থেংনবগুম্না মৈতৈপা মৈতৈগস্থু থেংনরে। অদুনা ধর্ম্মনা য়াহো ওইদুনা হিন্দু মণিপুরি সমাজ মশেন থেংনবা অশান্তি অমা ওইরে।

### ধর্ম্মগী আন্দোলন নত্তে, ধর্ম্মগী শাসন সাম্রাজ্যবাদতা কৎসিনবনি

অসোমদা ধর্ম্মবু হুংশিবা কাংবুনা ( বৈষ্ণব, স্নামহি, পাখংবা ) ধর্ম্মগী মরমদা মাংই শেংই হায়বগী কোর্টতা দরখাস্ত থানদুনা বিচার লেপ্পরে। ব্রহ্মসভাস্থু অরানবা নীতি কুপখৎনবা ক্ষমতা তানবদা পি, এম, এস, ডি দা আশ্রয় লৌরে। পুন্নমক অসি থোং অমাতদা চংথ্রবনি। ধর্ম্মগী খৎনরগা সাম্রাজ্যবাদকী মমিত্তা ঐখোই মসেন খৎনবা মতাং তাক্তুনা খৎনবা হেনগৎনবা থৌরাংতনি।

অদুনা হন্দক শাসন সংস্কারগী নিয়ম শেম্নবা কমিটিনা ষ্টেট গবর্ণমেণ্টদা চৎকদবা নিয়ম খর রিকোমেণ্ড তৌগ্রে, অদুগী মনুংদা ধর্ম্মগী মরমদা চৎনিং চৎনিংবা মত চৎপা অমদি পুজানচিংবা তৌজবগী সমপূর্ণ স্বাধীনতা" অসি য়াওগ্রে হায়না তাই। অসি তারগা কাংবু থরনা হরাওনা হুংডাইতবা য়াওবা য়াই। অসিতনা হরাওগদবা ১হুং হুংডাইরোইদবা নত্তে। নিয়ম অসি চৎপা তারবদি মাগী সিমা অমা পিরখিনি, অকুপ্পা নিয়ম লাকাখগনি।

### জাতি খুদিংগী অধিকার

মণিপুরদা লৈরিবসি হিন্দু তাক্তা নত্তে। লৈপাক্তি পিকই, মীশিংস্থু য়ামদে অদুবু জাৎ অমস্থুং ধর্ম্মদি য়ামই। হিন্দু, মুসলমান, খৃষ্টানচিংবা ধর্ম্ম য়ামই। মৈতৈ হিন্দু ধর্ম্ম চৎপগী মনুংমক্তদা অমগা অমগা খৎনবা, য়েৎনবা, চৈনবনা লৈপাক্তী অশান্তি অমা ওইরি।

মুসলমান, খৃষ্টান লৈরিবা ধর্ম্ম অসিগীসু মাগী মাগী ধর্ম্মগী চাও-খৎনবদি হিন্দুনা তৌনিংবগুম্না তৌনিংফম থোকই। অদু ওইনবদি জাতি খুদিংনা মাগী হৌনবা চৎনবী অমসুং ধর্ম্মগী পুজা-নচিংবা অদুবু তৌবা য়ারোই হায়রবদি ধর্ম্ম ফাওবা পোন্দা থম্না অঙকপা শাসন ওইগনি, অদুতা নত্তনা ধর্ম্ম আন্দোলন কয়া থোক্লক্কুনা লৈবাক্কী অশান্তি অমুক হেনগনি। মাসি পৃথিবীগী মফম খুদিংদা থোকপ্রবনি।

## হৌজিক তৌগদবদি

ঐখোয়না হৌজিক তৌগদবদি ধর্ম্মগীনি হায়না খৎনদুনা দরখাস্ত থানদুনা বিচার লেপনরগা নাংকপাক তানদুনা হুংঙাইনদবা হেনগৎনবা তৌগদবা নত্তে। কাংবুগী ওইবা রাফম পুশিল্লগা হিগাইরা ওইহন্দুনা সভা থুগাইনবা হোৎনরগা রাজনীতি দল খুদিংমক্কী পাঙ্গল শোনহনগদবা নত্তে। ধর্ম্মগী আন্দোলননি হায়না শেরাম্নবা লম্বীদা অমগা অমগা খৎনদুনা ঐখোয়গী অপুনবা থুগাইগদবা নত্তে। লনাইগী হিংসানা ধর্ম্মদা পুশিনবিগনু। হিংসা হিংসি থাদোক-পিয়ু। ধর্ম্মগী মথক্তা আক্রমণ তৌনবা থাদোকপিয়ু। ধর্ম্ম খুদিং অচুম্বা লম্বীদা চাওখৎনবা হোৎনবিয়ু। অনৌবা যুগকি মঙাল্লা লৈপাক পুম্নমক ঙাল্লবা মতমসিদা ঐখোয় খৎনদুনা ভাবোক্কী কুম্মৈ তাহন্দুনা লৈথিগদ্রা? শুবনা মপুং চাবা শেৎপনা মনাতপ ওইবা মরাইবক থিরবা মী লক্ষা লক্ষা অরাবা কয়া থাংদুনা লৈরি। লৌউবা কয়া মীওইনা পানবা ঙমদ্রি। ঙসি ফাওবা লৈপাক্কী অরাবা অমত্তা কোক্রি, লৈপাক্কী দাবী দায়িত্বশীল শাসন ফংদ্রি। দাবী ফংনবা হোৎনবদা পুকচেল ভিম্নবিয়ু, দাবী অসি ধর্ম্ম জাৎ থাইদনা অপুনবা মণিপুরী জাতিগী দাবীনি।

# (৪)
# প্রজা
## ( চয়োলগী চে )

চেকোঙ্গী মরমদা—

প্রজা (চয়োলগী চে) ১৯৪৭ ইংগী জুন থাগী অহোইবা চয়োলদা শ্রীহরাইবম রণবীর সিংহ এম, এ, না সম্পাদক ওইদুনা তরুণ প্রিন্টিং রার্কস্, মোইরাংখোমদগী কোঙ্ই। চেকোঙ্ অসি চহি অসিগী আগষ্ট থাগী অরোইবা চযোলদা কোঙ্বা লেপখি। অরোইবা চয়োল অসিদগী হৌনা চয়োলদা কোঙ্-লম্বা তোক্তুনা "প্রজা" নিতিগী কোঙ্বা চেকোঙ্ ওনখি। প্রজা (দৈনিক) চেকোঙ্ অসি শ্রী এল, অচৌ সিংহ এম, এ না সম্পাদক ওইদুনা তরুণ প্রিন্টিং রার্কসদগী কোঙ্লমই। চয়োলগী চেকোঙ্ অসিগী কোপী অমগী মমল আনা অনিনি।

সম্পাদকী মরমদা—

চয়োলগী চেকোঙ্ "প্রজা" গী সম্পাদক শ্রীহরাইবম রণবীর সিংহ উরিপোক হাওবম দেরান লৈকাইদা ১৯২১ ইংদা পোকই। অপোকপগী মিং কবিরত্ন নবদ্বীপচন্দ্র কৌই, অপোকপীগী মিংনা সিনাম নিঙোল ইবেতোন কৌই। উরিপোক পাঠশালা, থাংমৈবন্দ উচ্চ প্রাইমারী অমসুং জনষ্টোন হায়স্কুলদা মথং মথং তমদুনা ১৯৩৮ ইংদা মহাক কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মেট্রিক পরীক্ষাদা সবজেক্ট মঙাদা লেটর ফংদুনা ষ্টার ফংখি। মহাক গৌহাটি কটন কলেজদগী আই, এ, পাস তৌরগা কলিকাতা রিপণ

কলেজদা বি, এ, তমলমই। শ্রীহট্টগী মুরারীচাঁদ কলেজদগী বি, এ, খাহ্নবা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দগী ফিলোসোফি অনার্স ফংহ্নবা রামতনু লাহিড়ি গোল্ড মেডেল ফংখি। কলিকাতা বিশ্ব-বিদ্যালয়দগী এম, এ, পাস তৌরগা মহাক মতম খরা কংগ্রেস কর্ম্মী ওইহ্নবা অমসুং চয়োলগী "প্রজা" চেকোঙ্গী সম্পাদক ওইহ্নবা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। মণিপুরগী ধনমঞ্জরী কলেজদা অধ্যাপক মতম খরা ওইরম্লগা মহাক মণিপুর সরকারগী এসিষ্টেণ্ট সেক্রেটরী, অণ্ডর সেক্রেটরী অমসুং এডুকেশন সেক্রেটরী ওইরমই। শ্রী হরাইবম রণবীর সিংহ জওহরলাল নেহরু ইউনিভার্সিটি, ইম্ফাল সেন্টরগী ডিরেক্টরসু ওইরমই।

সম্পাদকী বারোল—

প্রজা (নিংথৌকাবা জুন তাং ৩০, ১৯৪৭ ইং
ইঙেনগী ১২ নি পানবা)

জুন ৩ গী প্লানদা ষ্টেটশিং

বৃটিশ সরকারগী শোক ৪৭ জুন ৩ গী প্লানদা হায়রি— ষ্টেটশিংগী মরমদদি কেবিনেট মিসনগী শোক ৪৬ মে ১২ গী 'স্কিম' অমসুং বৃটিশ সরকারগী মে ৪৬ কী বিবৃত্তি অহ্নদা য়াওরিবা ফিবমদগী করিমত্তা হোংলোই। হায়রিবা মখাগী অনি অসিদা য়াওরিবদি অসিনি—

(১) ভারতকী যুক্তরাষ্ট্রদা প্রদেশশিং অমসুং ষ্টেটশিং য়াওগনি অমসুং করিগুম্বা ষ্টেট অমনা যুক্তরাষ্ট্রদা য়াওদ্রবদি ষ্টেট অদুগা যুক্তরাষ্ট্রগা রাজনৈতিক বন্দোবস্ত অতৈ তৌমিন্নগনি। কেবিনেট মিসনগী স্মারক লিপি অহ্নদা রা অমসু হায়রি মহ্নদি— মতুংগী ভারত অহ্নদা য়াওনবগী দমক ষ্টেটশিংসু ভারতকী ওই-

গাংদোরিবা মীওই মূর্তি অহু শেম্বদা য়াওনিংই হায়না ষ্টেটশিংনা বৃটিশ সরকারদা খঙহল্লে।

(২) অনৌবা সন্ধি তৌত্রিমথৈদি ষ্টেটশিংগা ভারত সরকারগা অনিগী মরক্তা হান্না লৈনরিবা মরি অসি অম্মম লৈ-খিসন্নু হায়বা প্রস্তাব অমস্থু বৃটিশ সরকারনা তৌরি।

(৩) ষ্টেট সরকারশিংনা মাগী মাগী লমদা লৈবাক্তা মীহুৎ খন্নুনা লিংজবা অনুষ্ঠানশিং শেম্বীদুনা প্রজাশিংগী মোত মুন্না অমস্থুং ইতৎ তত্তনা খঙ্ননবা শীনবিনবা আশা অমস্থু য়াওরি।

(৩) শুবা রাকম অসিগী আর্থদি—

ষ্টেটশিংগী ভাগ্য ষ্টেটকী প্রজাশিংনা মপুক্লিংনা পাম্বা মওংদা শেম্বগী অধিকার লৈ হায়বা অহু বৃটিশ সরকারনা মানি-রকপনি। মরম অসিনা বৃটিশ সরকারগী স্কীম অসি পাঙ্-থোকপদা, স্কিম অসিগী স্পিরিট অহু মাঙ্হন্দনা তৌগে হায়রবদি (ক) ষ্টেট সরকারশিংনা মাগী মাগী ষ্টেটশিংদা প্রজাগী গণতান্ত্রিক অনুষ্ঠানশিং লিংথৎদুনা অমস্থুং প্রজাগী সরকার শেমদুনা হৌনবী মতুং ইন্না ফোঙ্লবা প্রজাগী মোৎ খঙনবা তৌবা, অমস্থুং (খ) পাম্বৈ অসিগী মতেংনা ষ্টেট ষ্টেট অহুগা ভারতীয় যুক্তরাষ্ট্রগা লৈনগদবা মরিগী প্রজানা পাম্বা মওং অহু লেপ্পা, অমস্থুং (গ) অম্মম্না লেপ্পবা মওং অহু নিংথৌশিংনা লোখৎপিবা— থবক অহুম অসি দরকারনি। মত্তাং অসিদা পণ্ডিত নেহরুনা হায়খিবা কংগ্রেসনা ষ্টেটকী নিংথৌশিংগা মরী লৈনৈ, মখোয়গী মাঙ্নবা -কন্নিগুম্বা ১ত্তা থৌওইনা লুবা লৈতে। তৌইগুম্বস্নুং ষ্টেটশিংগী ভাগ্যদি -প্রজাশিংনা লেপচগদবনি হায়বা মক্ক ওইবা রাকম অসিদি কংগ্রেসনা

থাদোকপা ঙমদে। প্রজাগী সার্ব্বভৌম শক্তি লৈবা অসিদি পৃথিবীগী জাতি পুম্বগী অনুষ্ঠান ইউ, এন, ও, নম্থু য়ানখ্রবা রানি।

(২) শুবা রাকম অসিগী অর্থদি :—

ভৌগলিক, সামরিক, আর্থিক অমস্তুং পররাষ্ট্রীয় সম্বন্ধগী মরমদা লেঙবা য়াক্রবা মহোশাগী ওইবা অবস্থানা মরম ওইদুনা ভারত সরকাব অমস্তুং ষ্টেট সরকার অনিগী মরক্তা লৈরক্লিবা মরীশিং অসি বন্দোবস্ত অতৈদা মাযগৈ অনিমক যানদুনা যুক্তি তৌনখ্রিমথৈ, হান্নগী অহুদগী থোইনা কাইদনা অমুম লৈহনগদবনি'।

(১) বা রাকম অসিগী অর্থদি :—

ষ্টেটশিংনা ভারতীয় যুক্তরাষ্ট্রদা য়াওরে। য়াওখ্রবস্থু মথোযগা যুক্তরাষ্ট্রগা রাজনৈতিক বন্দোবস্ত খরা তৌদবদি য়াদে। অনৌবা বন্দোবস্ত মায়গৈ অনিনা য়ানদুনা ভৌখ্রিমথৈ হান্নগী অসি চৎনগনি, চৎনহনগনি। মাসি ষ্টেটকী প্রজাশিংনা যুক্তরাষ্ট্র য়াওনিংই হাযবা ঙাক্তগীস্থু নত্তে, যাওস্থু যাওনিংই। ভৌগোলিক হিসাবতা য়েংলুবদা চীং-মান সমুদ্রনচিংবা মহোশাগী খুৎশেন্না ভাবতপু অমত' ওইনা পুনব', ঙাক শেনবগী মরমদা খল্লুরবদা অমস্তুং আর্থিক অবস্থাদা য়েংলুববদা ভারতপু খুজিং অমতা ওইনা লোৌদবা য়াদবা অমদি আন্তর্জাতিক রাজনীতিগী দবকা'না যাদদুনা ভারতদতা ওইনা লোৌবা তাবা,— মরমশিং অসিনা ষ্টেটশিংগা ভারতকা শেংনবা য়াক্রবা মরী লৈ। মরম অসিনা করিগুম্বা ষ্টেটশিংনা ভারততগী পুমতোং তোংঙান্না স্বাধীন ওইনা লৈবা য়ারোই। স্বাধীনতা হাযবসি হেক লাওথোক্লগা লোইবা পোৎ নত্তে। ডিফেন্স (লান্দা ঙাকপগী মরম), আন্তর্জাতিক সম্বন্ধ অসিনচিংবা কীবম

কয়াগী মথকতা নন্দুনা লৈ। লম্নাই লাওজরগা স্বাধীন ওইদে, অতৈনা য়াবিরকপা য়ারিক্তবগী মথকতা রা য়ান্না লৈ।

মরম অসিনা পণ্ডিত নেহরুনা লাওথোক্লি মহৃদি লাকদোরিবা ভারত সরকারনা ষ্টেট অমত্তগী স্বাধীনতা মানিরোই। অহৃগী মথকতা কনাগুম্বা পৃথিবীগী জাতি অমনা করিগুম্বা ভারতকী নেটিভ ষ্টেট অমগী স্বাধীনতা মানিরক্লবদি শক্তি অহৃনা ভারতপু হুংশিদবগী থৃদমনি ( unfriendly act ) হাইনা লৌগনি। অহৃগা অমুক ঐখোইনা ত্রিবাঙ্কুর ষ্টেটকী রা হায়রবদি ভারত সরকারনা মহৃবু য়েক্লবা ষ্টেটনি (hostile State ) হায়না লৌগনি অমসুং লানমক তৌদ্রবসু আর্থিক, রাজনৈতিক অসিনচিংবা চাপ পীগনি। মাসিদা ত্রিবাঙ্কুরনা করি তৌগদবনো ? মণিপুবদা মসি থোকতুনা লান কক্না ইনং নত্তনা সপ্লাই থিংগ্রবা নত্রগা............... ঐখোয় করিনো তৌগদবা ? ঐখোইদগীহুম পোৎ পাম্লিবা অরাং বর্ম্মাদগী পোৎ সপ্লাই কংগত্রা ?

বৃটিশ ক্রাউনদা পেরামাউন্সি ( অশূপ্পা শক্তি ) লৈরিবা অসি লোইগ্রবদি ভারতকী ষ্টেটশিংদি মশানা সভ্রিন (সার্বভৌম শক্তি) ওইগনি হায়বসু য়াওরি। বিলাতী সরকারদা লৈরুবা য়াবা পেরামাউন্সি অহৃদি বৃটিশনা তোকখিবদা নেটিভ ষ্টেটশিংদা হললক্লে হায়বসু য়াই। অহৃবু মশানা জাজবা পেরামাউন্সি অমসু লৈরি। ভারতকী মহুংদা মপুং ওইবা ষ্টেট ( হায়বদি ভারতীয় সরকার ) অহৃদা মহোশাগী ওইবা পেরামাউন্সি লৈ। ভূগোল, ইতিহাস অমসুং লানদা শাকশেনবগী ফীবম্না মহানা য়াদহৃনা হৌজিক বৃটিশ ভারতনা নেটিভ ষ্টেটশিংগী মথক্তা অশূপ্পা শক্তি ওইজবনি। বৃটিশ ক্রাউনুনা নেটিভ ষ্টেটশিংগী মথক্তা পেরামাউন্ট পারার ওইরুবসু বৃটিশনা ভারত পায়বদগী ওইজবনি। অহৃনা হৌজিক বৃটিশ ভারত ওইরিবসি পায়হৌবা সরকার অহৃনা মশানা

য়াদহুনা হৌজিক নেটিভ ষ্টেট হায়রিবশিং অসিগী মথক্তা ( মখোইনা ভারতীয় যুক্তরাষ্ট্র য়াওত্রবদি ) পেরামাউন্ট পারার হায়বদি অশূপ্পা শক্তি ওইবা তাই। ভারতীয় যুক্তরাষ্ট্র য়াওবা ষ্টেটশিংগীদি যুক্তরাষ্ট্রগী সরকারদা শরুক য়াওগদবনিনা মখোইগী মথকতা পেরামাউন্সি লৈবগী রা লৈতে। যুক্তরাষ্ট্র য়াওদবশিংগীদি মখোইগী মথক্তা যুক্তরাষ্ট্রনা অশূপ্পা শক্তি মছানা ওইদবা য়ারোই, অমসুং মহুগী মহুত্তা মখোইনা শান্তি অমসুং য়েক্লবনা লান্দাবদগী যুক্তরাষ্ট্রনা মখোই ঙাকপীবা অহু কংগনি। কেবিনেট মিশনগী মে ১৬ কী য়ারোন মতুং ইন্নসু নেটিভ ষ্টেটশিংদা মখোইনা যুক্তরাষ্ট্র য়াওবা ময়াওগী মরমদা স্বাধীনতা থরদি পী, অহুগা মখোইনা থাক্লং-মকশেংনা যুক্তরাষ্ট্রগী মথাদা পুন্নে লৈবা য়াগনি হায়বদি উদবনি।

## ( ৫ )

# লৌমী

### ( চয়োলগী মেগাজিন )

**চেকোঙ্গী মরমদা—**

চযোলগী চেকোঙ্ "লৌমী" শ্রী এলাংবম য়াইমা সিংহ বি, এস-সি, না সম্পাদক ওইহুনা চয়োলগী চেকোঙ্ ওইনা তরুণ প্রিন্টিং রার্কস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা সোশ্যালিষ্ট পার্টিনা ১৯৪৮ ইংগী ডিসেম্বর থাদা কোঙ্খি। চেকোঙ্ অমগী মমল পৈশা নিপালনি। "লৌমী" লৌবগী থা অহুমগী চান্দা লুপা অমা আনা তরানিথোইনি, থা তরুকী চান্দা লুপা অহুম আনা মরিনি, অহুগা চহিগী চান্দানা লুপা তরুকনি। চয়োলগী চেকোঙ্ অসি চহি অনিরোম হিংলমই।

**সম্পাদকী মরমদা—**

হুমিৎ থুদিংগী কোঙবা চেকোঙ "লৌমী" গী মতাঙ্গা সম্পাদকী মরমদা ইজখরে। মহু পাবিগনি।

সম্পাদকী বারোল—

১বা চহি, মশিং ৪, দিসেম্বর তাং ২৪
ইরাই নুমিৎ ১৯৪৮ ইং

( ১ )

হন্দক আসাম গবর্ণর মণিপুরদা লাকপা অসিগীদমক হয়াউ কুম্মৈনচিংবা য়াম্না তৌরিবা অসিদা ষ্টেটকী পৈশা য়াম্না কাই-থোক্লে হায়না তাই। হৌজিক্তি বৃটিশকী মতম অতুগা মান্নদ্রে। প্রজাগী শাসন লাক্লে, বৃটিশনা প্রজাগী ফনবদি তৌদনা পৈশা অরেম্বদা মাংহল্লম্বা থবকশিং অতু হৌজিক অমুক তৌফম থোকদ্রে। আসাম গবর্ণর অসিবু প্রজাগী গবর্ণরনি, বৃটিশ এজেণ্ট নত্তে। সাহাবনা লাকপদা প্রজাশিংনা প্রজাগী গবর্ণর অমদা উৎকম থোকপা সনমান উৎকদবনি। অতু নত্তনা সনমান্দা হেজিন্নবদি চিরোন তারকই। মহাক লাকপগীদমক লাইরবা ষ্টেটনা হেন-জিন্না খরচ তৌবা চুমদে— ষ্টেটকী পৈশাদি প্রজাগী পৈশানি। প্রজাগী ফনবা থবকতা শিজিন্নগদবনি। অরেম্বা অকে-অমৌগী থবকতা পৈশা য়াম্না চংহনবা চুমদে।

( ২ )

পৃথিবীগী মফম পুম্নমকতা— থোইদোকপদি ভারত্তা চাবা তাংবা অসি য়াম্না চ ওরবা সমস্যা অমনি। ভারতনা মীরৈ-বাক্তগী চানবা পোৎ লৌরকপা অসি চহি ২/৩ শুজিল্লক্লে। হন্দক্তা ভারতকী ফুড মিনিষ্টরনা ( দৌলতরাম পাকরাসা ) চহি মঙাগী প্লানিংগী মরমদা লাওথোকখ্রে মতুগী মতুং ইন্না লম অরেম্বা লৈরিবা মরাম অসি লো ওস্থোকনবগী রাম্বু য়াওরি। মণিপুর অসি ভারতকী মফম অতৈগুম্না চাবদা নংবদি তৌত্রি হায়ববু চাথোক

চাথোক য়ামদবা অমস্তুং লৌ লৈজদবা প্রজাগী মশিং য়ামই। মণিপুরদগী মপান্দা থাদোকখিবা মণিপুরগী আয় ওইবা পোৎতি চেং অসিতনি— অতুগা হিংনবা লম্বীদা চংলিবা পোৎ অতৈদগী মণিপুরদা মপানদগী তাংবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী পোৎ থাদোকখিবনা য়ামদ্রবা, মীরৈবাকী পোৎনা য়ামলবদি মতম থরগী মতুংদা হিংবা য়াররোই। অতুনা মণিপুরগী তৌগদবা মরু ওইবদি কৌগী চাথোক হেনগৎনবা, লৌনৌ নিনবা অমস্তুং হান্নগী লৌয়াম্বুম্ব ফগৎনবা তৌবিবা অসিনি। লম অরেম্বদা লৈরিবা ময়াম অসি য়ারিবমথৈ মহৈ মরোং থোকহন্নবা লৌফম ওস্থোকদবনি। অত্তবু লমলেমশিং অসিদগী কাননবা ফংগদৌবা মীদি— শেঙাও পায়বশিংবু ওইহনগদবা নত্তে। লৌ লৈজদবা লাযরবা প্রজাশিংদা কান্নবা তৌবিগদবনি। হৌজিক চৎনরিবা লৌচা পথাপ অসিস্তু শেমদোকফম য়াম্না লৈরি— অচাবা থরনা চারগা ফংদবমথৈনা য়েংহুনা লৈহনবা অসি থুনা তোকহনগদবনি। নিনগদৌম্বিবা লৌনৌ ময়াম অসি লায়রবা প্রজাশিংদা— কো-ওপরেটিভ ফার্মিং তৌহনগদবনি। মসিগীদমক ষ্টেটনা শিনবীগদবনি। অস্তুম তৌত্তুনা লমলেমশিং অসি মথৈ মরোং থোকহনতুনা— থোকলকপগী কাননবনা লাযরবা প্রজাশিংনা ফংজববতদা লায়রবা কোকনতুনা মণিপুরগী য়ুমলৈ কৈবৈ ফগৎহনবা অমস্তুং লাযববা ইনাক থুনবা থাযরিবা অসি কোকহনবদা মতেং ওইগনি। ঐখোযনা শিজিননবদগী লেমগদৌবা অতুনা ভারতকী মকম অতৈদা লৈরিবা চাবা ফংদ্রবা মীশিংগী মতেং থরতস্তু পাংবা ঙমগনি।

# (৬)
# ভাগ্যবতী
## ( নোংমাইজিংগী সংস্করণ )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"ভাগ্যবতী" — নোংমাইজিং খুদিংদা সাহিত্য মক্তা কোঙ্বা চয়োলগী চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি কোঙ্বগী উদ্দেশ্য অদু "ভাগ্যবতী" গী ২ শুবা চহি, ৫ অক্টোবর, ১৯৪৭ ইং নোংমাইজিংগী মশাংদা অমুম্না ইরি— "ভাগ্যবতী পত্রিকা প্রচার তৌবগী উদ্দেশ্যদি ঐখোইগী সাহিত্য য়াম্নবগীদমক্তনি। ঐখোয়না অহানবদা আশা তৌরমই— মুমিৎ খুদিংগী সাহিত্য খল্লা ২ কোঙ্বা অমুম্না আশা তৌরমই। মদু মতম অসিগী ফিবমনা ওইবা য়াবা থোক্লে, অদুনা নোংমাইজিংগী সংস্করণ অসিদা সাহিত্যমক্তা কোঙ্বনা ঐখোয়গী উদ্দেশ্য অদু থোক্লগনি হায়দুনা লাইরিক ওইনা ওইনা ফোংবা হৌজরি।" চয়োলগী চেকোঙ্ অসিগী মমল সিকি অমনি, থা অহুমগী শেনথায় লুপা তরুকনি। ১৯৪৭ ইংগী মেগী তাং ১১ দগী চেকোঙ্ অসি "চয়োলগী ভাগ্যবতী" হায়না মমিং হোংখি অমসুং মুমিৎ অসিদগী অহানবা মশাং কোঙ্লমই। চেকোঙ্ অসি মেগাজিন ওইনা কোঙ্লমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"ভাগ্যবতী ( নোংমাইজিং সংস্করণ )" গী চয়োলগী চেকোঙ্ অসি শ্রী অরাথম লালমনি সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং য়ার্কস্, সগোলবন্দ, ইম্ফালদা কোঙ্লমই। চে-

কোৎ অসিগী সম্পাদক শ্রী অরাম্বম লালমনি সিংহগী ময়মদা "দৈনিক ভাগ্যবতী পত্রিকা" গী মতাংদা ইজখরে। মন্থ পাবিগনি।

সম্পাদকী য়ারোল—

১বা চহি, ২১ নি পানবা কালেন, নোংমাইজিং,
মশীং ১, ১১ মে ১৯৪৭ ইং

ভাগ্যবতী

ঙসিদগী হৌহনা ভাগ্যবতী দৈনিক পত্রিকাগী চয়োলগী নোংমাইজিং খুদিংদা কোংবা সংস্করণ অমা কোংবা হৌজক্ষ। মাসিগী উদ্দেশ্যদি মণিপুরী ভাষাগী চাওখৎনবগীদমক্তনি। অকাউবগী ঈপাক্তা লুপত্রগদবা মণিপুরী সাহিত্যশিংবু ওম্বমখৈ থাক্তৎনবা অমস্থ বিদেশী সাহিত্যগী ভাবপু মণিপুরী জাতিদা ওম্বমখৈ উৎনবা অনি অসিগীদমক্তনি।

মতম অসিদা ছাপাগী মপোৎ ফংদবা অসিনা থবক অসি তৌগদবদা ওহোকপা খুদোংথিবা অমনি হায়বা পাঠক পুম্নমক্না খংবিরিবনি। মদোমদা এংলুরবদি ঐখোয়গী থৌরাং অসি তৌওমদবা মওং অমা ওইনা উবিগনি অতুবু জাতিগী সেবা তৌজনিংবসিমক্তনা তৌওমদবা থবক অসিদা পুক্নিং চংজরুবগীদমক ঐগী তৌওমদবা কৌবা দোষ অসিবু কোকপিয়ু হায়না হয়্রা ২ নোম্নুক্না ইচিন ইনাও পুম্নমক্না চংজরি।

মণিপুরগী সাহিত্য সেবী পুম্নমকনা ইবা য়ারেং পিনবিহনা পত্রিকা অসিবু লৈতেংবিয়ু, ঐদি লাইরবা পাংদবা জীবনি, মাহুগী মতিকচাবা খুদোন পিজবা ওমত্রবস্থ চে অসিবু ঐখোইগীনি নিংবিহনা হিংহনবিয়ু হাইনা হয়্রা ২ চংজরি।

ঙসি কালেনগী ২১ নি পানবনি, সাহিত্যগী অনৌবা অমুক মচাক হুনবা মতমনি, মণিপুরগী নিংশিংনবা নুমিৎ অমনি। সাহিত্যনা ফজরবদা মণিপুরী জাতিনা জগৎ মমাংদা নিংখিবা লুরবা মফম অমা লৌহুনা লেমনা ফম্লগনি।

ইবিদহুনা রাৎপনি, খম্নদহুনা তৌবনি, মণিপুরগী করিন্নু অমতা রাত্তে; মচাক রাৎপা নত্তে, হোৌগৎলকলিবা ইচিন ইনাও পুম্নমক্না ঐতিহাসিক ওইববা ঙসি কালেন ২১ নি পানবসি নি শিং নিংশিংবিহুনা সাহিত্য মচাক হুনগদৌবি, সাহিত্য চারা শেমগদৌরি। চহি চা কয়াগী মতুংদা ঙসি শোন্নম্বা মখোং অসি ইচা ইশু হাক্তক্তা নিংথিনা মহৈ চারগনি. ঙসিদদি রাহৈ মতেক ওইবা য়াই, কাইনথংদদি মাংত্রবা লল অমা ওইগনি।

মতমগী তোর্ব্বান্দা তাইবং মীওইবা ঐখোইনা পুন্সিগী মতুংদা থরাইনা শিংথানবদা মতিক থোইনা চাত্রবসু তৌজবম্বা থরা লৈহোৌবা অহু হৌজিক্কী মীরোননা অমদি তুংদা লাক্কদবা মীরোননা নিংশিংবদা মুংঙাইবা পোক্কনি, মতমগী ইচেলদা অচুম্বনা পাঙ্গল ওইহুনা মীওইবা ঐখোইনা তাওহুনা চৎকদবনি, তাইবংপানবা অসিদা লৈবিবা পোৎ পুম্নমক অসি মাংখিনি, মশক ওনখিনি, লেংদনা লৈহোৌগদবদি অচুম্বদনি, সাহিত্যগী মত্তেংনা মীওইবনা অচুম্বদা লুপকদবনি। তুংদা হোৌবক্কদবা মীবোলসু মাংদা চৎখিবগী খোঙ্গুন লিরক্কনি।

# (৭)
# প্রজাশক্তি

## চয়োলদা ৩ লক ফোঙ্বা

চেফোঙ্গী মরমদা—

"প্রজাশক্তি" ১৯৪৯ ইংদা চয়োলদা অনিরক ফোংলম্বা চেফোঙ্নি। চেফোঙ্ অসি চয়োলদা অনিরক ফোঙ্লম্বা তোকতুনা তাং ১৫।৮।১৯৪৯ ইংদগী হৌনা চয়োলদা অহুমলক— নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশ অমম্বং ইরাইদা থোকপা হৌখি। চেফোঙ্ অসিগী সম্পাদক রাজকুমার শ্রীমাইপাকস্নানি। চেফোঙ্ অসিগী মমিং মথাদা "Service to Mankind is the greatest virtue" ( মীওইববু সেবা তৌবনা খ্বাইদগী অথোইবা ধর্ম্মনি ) হায়না ইরি — মসিনি চেফোঙ্ অসিগী পান্দম। চেফোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল পৈশা নিপাননি। হায়রিবা চেফোঙ্ অসিগী সহকারী সম্পাদকত্তি জে, সি, সিংহনা ওই। তরুণ প্রেস, ইম্ফালনা চেফোঙ্ অসি ছাপা তৌতুনা ফোঙ্লমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"প্রজাশক্তি" চেফোঙ্গী সম্পাদক রাজকুমার শ্রীমাইপাকস্না সিংহগী মরমদা "প্রজা" চেফোঙ্গী মতাংদা ইজথরে। মহু পাবিগনি।

সম্পাদকী রারোল— ১বা চহি তাং ১৫।৮।৪৯ ইং

স্বাধীনতা দিবস

৬সি, আগষ্টকী তাং ১৫ অসি খৃঃ ১৯৪৭ তা ভারতনা বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদীগী মখুত্তগী স্বাধীন ফংখিবগী নিংশিংনবা

হুমিংনি। হুমিং অসিগী অচিং পুং ১২ তাবদা ভারত ঙাকপগী শক্তি অসি ভারতবাসীগী মথুক্তা শিন্নখিবা হুমিংনি, মতম কুইনা বৃটিশকী মখাদা লৈরুবদগী অমসুং মতু তোক্লবা মখল মখা অয়াম্বা আন্দোলন তৌতুনা দেশপ্রেমী স্বার্থত্যাগী কয়া কয়ানা মশাগী হী অমসুং থরাই বলিদান তৌতুনা, কয়ানা জেলদা পুন্সিগী অয়াম্বা মতম লেললুতুনা মখল মখলগী অরা অনা কয়াগী মতুংদা চহি ১৫০ গী মিনাই ওইরুবদগী স্বাধীনতাগী অনৌবা মঙাল অমা অমুক ফংবদা ভারতবাসী পুম্নমক্কী থম্মোইদা হরাওবগী ইপোম অমা কাখি। ভারতকী মফম পুম্নমক্তা উ, রা, মথরাই পানবা পান্দবা যাওনা স্বাধীন ফংবগী হরাওবা অতু উৎখি। খৃঃ ১৯৪৭ আগষ্ট তাং ১৫ গী মমাংদদি কংগ্রেসনা খৃঃ ১৯৩১ দগী হৌতুনা জানুয়ারী তাং ২৬ তা স্বাধীনতা দিবস পালন তৌনরকলিবনি। মতম অতুদদি কংগ্রেসনা তাল্লিবা দাবীগী মবিদা রাশকতুনা অনৌবা থৌনা হাপকৎনগীদমক রারেপ তানরমই অমসুং পালন তৌনরমই।

খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ দগী হৌতুনা স্বাধীনতা দিবস পালন অসি ভারতকী কেন্দ্রিয় অমসুং প্রাদেশিক সরকার পুমনমকনা তৌনরি। মরু ওইনা কুমসিগী দিবস পালন অসিদদি উ, রা, মনামশিং অমসুং চিঙ্গাক থানবা প্রোগ্রাম লৌখৎনবা শেম-শাখরে।

স্বাধীনতা দিবস পালন অসি আমেরিকাগীসু মখোইনা বৃটিশকী মথুক্তগী স্বরাজ ফংবা হুমিত্তা তৌরি। হুমিং অসিদা হরাও তয়াম্বা অমসুং মখল মখা অয়াম্বা কুম্মৈ তৌই। মতুদা মী ৪০০ দগী হেন্না শিনৈ। ভারততদি অতুক রাম্না হরাও তয়ামফম লৈতে মরমদি স্বধীন ফংলবা মতুং চহি ২ শুরবা কাওবদা নৌনা থবক পুম্নমক

পাইখৎপনা অমসুং মখল মখা অয়াম্বা অসুবিধা কয়া লৈবনা কংগ্রেস সরকারনা ঙম্মথৈ হোৎনহুনসু সমস্যা কয়া কোকহনবা ঙমদ্রি। দিবস পালন অসি তৌবদা হরাওমনখিহুনা শিবা য়াবগী মওংদি ভারত্তা উদ্রি। মুংঙাইগদৌবা মুমিৎ অসিদা অরাবগী রাখল লাক্কবা ঙমদে— মুমিৎ অসিদনি ভারতপু অনি থোকতুনা পাকিস্থান অমসুং ভারত দোমিনিয়ন হায়না শেমখিবা। অহুগী মতুংদা ভার জাতীয় কংগ্রেসকী লুচিংবা অমসুং স্বাধীন ফংনবগী লানদা মাংজিনথাবা, হিন্দু মুসলমান একতাগী থরাই থাখিবা বাপুজী লৈখিদবগী ১সুং নেতাজী সুভাষচন্দ্র বোসনা মফম থংখিদবগী অরাবা লাকই।

অমরোমদা অমুক য়েংলবসু সাধারণ প্রজা কয়াগী মপুকনিংদা সাহেব চৎখরে হায়বা থাজদবা য়াওরি, কয়ানা সাহেবনা পাল্লম্বনা হেন্না মুংঙাই, হৌজিকনা হেন্না রারে হায়নবসু য়াওই, মখল মখা অয়াম্বা থবক হেনগৎলক্লে হায়না চার্জ্জ তৌগনি, স্বাধীন হায়বহু করিনো খংদবনা মুংঙাইফম হরাওফম খংনদে, হান্নগী হান্নগুম অদুম মখল্লি।

তৌইগুম্বসুং স্বাধীন হায়বসিদি মরু ওইবদি রাখলগী রানি থম্মোইদা ফাওবনি, মশক উবা নংতে অমসুং স্বাধীনগী পুকচেল লৈতবনসু মুংঙাইবা ঙমলোই। অমরোমদা স্বাধীন কংলে হায়হুনা মী খুদিংমক মানা মানা তৌনিংবতা তৌবা য়াম্রী থংদবগী রাসু নংতবনা রাজনৈতিক জ্ঞান লৈতবা মীনদি স্বাধীনগী মুংঙাইবসি মপুং ফানা মহৈ চুপপা ঙমদে।

ভারত অসিদা বৃটিশনা লাক্লগা মখোইনা শাসন তৌহুনা ভারতবাসীশিংবু মিনাইগুম শিজিন্নরমই হায়বা রাখল অহুদা মুংঙাইরমদবা অমসুং নিংতমনিংবা পুকচেল অমা হান্না পোক্কত্রবদি ১সুং

মতুংগীদমক ঐনা ঐনা ঙম্বা থবক তৌতুনা মিনাই য়োহ্নিং থদংকে খনখিদবা মী কয়াদদি স্বাধীন ফংবদগী পোকলকপা মুঙাইবা অহু ফাওবা ঙমলোই।

সভ্যতাগী অহানবা মফম ওইরম্বা ভারতনা হৌজিকসু পৃথিবীগী মী পুম্নমক্কী শরুক মঙা থোকলগা শরুক অমা লৈবা ভারতনা ঙসি পৃথিবীগী জাতিশিংগী মরক্তা অরাংবা থাক্তা লৈহনবা ঙমনবা অমসুং ভারতনা পৃথিবীদা শান্তি পুরক্নবা অশোনবা অতোনবা জাংপু তেংবাংহুনা রাজনৈতিক, আর্থিক অমসুং সামাজিক অবস্থাদা চাং মান্নবা ফিবমদা পুরকনবা হোৎনবদা অমসুং থবক পাংথংপা হৌবগী তৈযারিদা লৈনবা অমসুং ভারত স্বাধীনতা মতম কুইনা লৈনবগী মরিদা থরাই থাদোকনবা হোৎনবা মুমিৎনি।

## ( ৮ )

# ঙসি মেগাজিন

( নিংথৌকাবা খুদিংদা ফোঙ্বা )

চেফোঙ্গী মরমদা—

চযোলগী নিংথৌকাবা খুদিংদা ফোঙ্বা "ঙসি মেগাজিন" অসি শ্রী কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৫০ ইংদা চিত্রাঙ্গদা প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা ফোঙ্দুনি। চেফোঙ্ অসি মতম থবা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। চেফোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল আনা অনিনি।

সম্পাদকী মরমদা—

"ঙসি মেগাজিন" গী সম্পাদক শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহগী মরমদা "ঙসি" নিতিগী ক্ষোঙ্‌বা চেক্ষোঙ্‌গী মতাংদা ইজখরে। মহু পাবিগনি।

সম্পাদকী রারোল—

১বা চহি, ১৩শুবা মশীং
ওক্টোবর ৩০, ১৯৫০ ইং

সনামহি পালা

হাইদবদি য়ারোই— সনামহি মরুপ হাইবা অমা মণিপুরদা থোরকপদগী মৈতৈরোল অসি খরা কন্না নৈনবা হেল্লে— থোইদোক্না লাল মতুংদা কন্না মৈতৈরোল অরিবা চাওখৎলকপগী মওংসু। মাহুগী লম্মনসু অয়াম্বদি সনামহি মরুপতা ঐখোয়না তোল্লবনি।

সনামহি ধর্ম্মগী মরমদা কনাগুম্বনা পাম্বা য়াই, পামদবা য়াই। অদুবু সনামহি ধর্ম্ম চৎলিবনি হাইদুনা চৎলিবা কাঙবুনা মৈতৈ ঐখোইগী ইরোলনা লাই নিংজবনি হায়না প্রচার তৌরকপদা সমাজদা মৈতৈরোল নৈননি-বগী অপাম্বা অমা লাকপা হৌখি।

অপাম্বা অসি সনামহি মরুপপু তাথিবা মীদসু ঈরোল চাওখৎহান্নবগীদি নেশা অদু য়োনা কানবনিনা মৈতৈরোলগী সাহিত্য অসি হান্নদগী শরুক অমদি চাওখৎপা হেল্লি।

মতৌ অসি ভারত্তসু থোক্তবা নত্তে— ইংগ্রেজী লোল মখৈ থাদোকতুনা রাষ্ট্রভাষা ১গী আশাদা কন্না প্রচার হেক্তংনরকতুনা আইনগী, অফিসকী অমদি অরূবা কনষ্টিটিউশনগী রাইহেশিং ক্ষাওবা রাষ্ট্রভাষা হিন্দিদা রাইহ হন্দোক্তুনা ইবা অনৌবা রাইহেন্সু সংস্কৃতকী মত্তেঙ্‌না মেনখৎতুনা ছাপা তৌবা হৌরে।

পৃথিবীগী ওইবা লোল অমা ওইনা ইংলিশপু পুমথা, থাবদি ত্তোরোইদবগুমনা মণিপুরী ঐখোইস্থ মৈতৈরোল অরিবা ঙাক্লনা মহুৎ শিন্দুনা ১দি অনৌবা রাহৈ শেমহুনা লাকবস্থ রাদবা মতাং লৈ। অহুনা থাইনা থগুনরবা রাহৈশিং অসি অহুম্মক শীজিন্ন-নবা হোংনবা, হেন্না হেন্না মীওইবা অতৈনা ফংনরিবা চাওখৎপস্থ খণ্ড্‌ননবা হোংনবা তাই।

লাইনীংবগী মরমদস্থ— মীওইবগী লাইনীং ময়ামগী মরুহুদি থিজিন্দুনা খগুননবা হোংনরগা—ঐগী ইছাগী অমম্বা হেন্না কোক্লনি— ঐগী ধর্ম্মবু হেন্না মুংশিবা— থাজবস্থ লাক্লনি— অহুনা ধর্ম্ম অতৈবু নিন্দা ত্তোবস্থ ইছাগী দোষ ওইরক্লনি।

ঐখোইনা রাখল অমগা থম্বা তাই— হৌজিক মণিপুরগী মাই ওইরিবা কলা বিদ্যা অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা অয়াম্বা ত্তোংলি। থাঙ্গনগী উমংলাই হরাওবদা লৈরিবা অসিদি তঙাইফদবা খরদমক ঙাইরে। হান্না য়াম্না নিংথিনা মপুং ফানা লৈরমখিগনি নিংই। অহুবু মহু কনানা পুরা পুথোকপিগনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মদা ত্তোংলিবা মৈতৈগী কলাবিদ্যা অসি জগোই রাস (মুদ্রা ৬৪), নোট পালা ইশৈগী রাগ (৬৪ লৈ হাইনৈ, পুরা থগুজদে), পুংগিদা ধুমেন। অসিতা নত্তনা গৌরলীলা, শঞ্জেনবা, খুবাক ইশৈদগীনা পোরোক শোনবা— লাইরিক তাবগী ইশৈ ফাওবদা— থবক্কা কোন্ননা ইশৈ লৈশক, তাল, ছন্দ, রস ত্তোঙান্না পরেং নাইনা লৈথ্রি। অমুকম্থ মনোহরশাইদগী ত্রিনাথ খুরুম্বা ফাওবদা মণিপুরত্তগী ওইবা ইশৈ ছন্দ রাওনা হিন্দি, বেঙ্গলী সংস্কৃত ফাওবগী ইশৈ শকলি।

পুন্নমক অসি মৈতৈ মরুপনা মহুৎ শিনবদা মতম খরদি কুইনা চংবা তাই অত্তগা মৈতৈ মরুপকী রাখলদা মণিপুরদা

হৌজিক চৎলিবা মৈতৈ পুং কোর্তাল (করতাল) অসিবু য়ানিং-দবসু চুংশাইদমাল্লে নিংই। মরমদি মাসী মণিপুরী অশেংবনি।

### ইশৈ

সনামহি পালানা শকপা ইশৈ অসিগী শৈহেক শৈদা অসি মনোহরশাইগা য়াম্না মান্নবা য়াওরি। পুংসু খোলনা মী ১ তনসু য়ৈরি। মাসিদা ঐখোয়দি মৈতৈ পুংনা নোট পালাগী ছন্দদা নত্রগা অতোপ্পা ফজবা নোম্না অমদা শকপনা হেম্না ফগত্রা খল্লি। মরমদি মনোবশাইগী ইশৈ অয়াম্বদি— ছন্দ অয়াম্বা, পুংলোন অয়াম্বদি গৌড়ীয় সমাজগী অপুনবা ওইনা লাকই। থরতনি তোঙানা লৈনরমগদবা।

### ঐখোইগী মত

ঐখোইগী সমাজগী মনুংদা চাওখৎলক্লিবা অকবা মী অমদি কাঙবুগী পুজারীনি! অহুনা ঐখোইনা পামই। মীওইবগী কলা বিদ্যা, কৃষ্টি (কলচর) অসি ধর্ম্মগা (লাইনিংগা) য়াম্না মরী লৈনৈ। খোঃদোক্না হাইরবদা অয়াম্বদি ধর্ম্মদা তোংলি। অহুনা ঐখোইনা তত্তনা য়েংলি— মাহুদি মীতৈ মরুপকী ধর্ম্ম অসিদগী করম্বা কলাবিদ্যা নত্রগা কলচব অনৌবা থোক্লকদোরি!!

## (৯)

# অনৌবা মণিপুর

## Anouba Manipur

### (কম্যুনিষ্টকী চয়োলগী চে)

<u>চেকোঙ্‌গী মরমদা</u>—

"অনৌবা মণিপুর"— কমিউনিষ্ট পার্টিগী চয়োলদা কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌নি। চেকোঙ্‌ অসি ১৯৫৬ ইংদা শ্রীথিরাম

মেঘচন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চিত্রাঙ্গদা প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা কোঙ্লমই। কপি অমগী মমল আনা অনিনি। চেকোঙ্ অসি মতম খরা লৈবাক্কী সেবা তৌবমই।

<u>সম্পাদক্কী মরমদা—</u>

"অনৈবা মণিপুর" গী সম্পাদক শ্রীথিযাম মেঘচন্দ্র সিংহগী মরমদা অহানবা পন্দুপকী (১৬) "খোল্লাও" চেকোঙ্গী মতাংদা লাইবিক অসিগী লামাই ৫৬ শুবদা ইজখবে। মহু পাবিগনি।

<u>সম্পাদক্কী ৱারোল—</u>

অহানবা চহি, ১৯ শুবা মশীং
তাং ১০।১২।৫৬ ইং, নিংথৌকাবা
রেলরেগী মীহাৎ

ঐখোযগী রেলওরেগী শাসন মওংনা হন্দকমুকসু দষা অমা থোকহল্লবে। মসিবু ঐখোযনা ওন্থোকপা মাহাৎ অমনি হায়না লৌনিংই।

নবেম্বর তাং ২৩দ সাউদরন রেলওয়েগী আরিযালুর মনাক্তা থোকখিবা রেলওয়েগী দষা অসিদা মা ১৫১ খক মথৎই মা থে হায়না অফিসিয়েল রিপোর্ট তাবে। আনিবগী থাবাওগী নাম্থোক-হৌবশিং অদম্মু তেক্কিক হোসপিটালদা লৌরি

রেলওয়েগী শাসন মওংনা শিহনখরিবশিং অসিগীদমক ঐখোয়গী থরাই তুংভাইতবা কোংদোকপা মশানা তারবনি। শোক্লিবশিং অদুগীদমকসু ঐখোযনা থরাই লা তকনৈ অমসুং মখোয়না থুনা করকপা পামই। ৱারিবা ইমুং মচুং মীশিং অদুগীদমক ঐখোয়না ৱাবিবা নওনা অতৈ করিসু ঙমদে। তৌইগুম্বসু ঐখোয়গী রেল-ওয়েগী আসিগুম্বা- মীহাৎ আস অমুক হন্না থোক্তনবা ঐখোয়গী

রেলওয়েগী শাসন মণ্ড' অসি লেম্বা ওম্বগী শক্তিদি মখোয় ১ম্বুং ঐখোয়গী থুংতা থাক্কে-শনা লৈরে। মসিগীদমক লৈবাক অসি শিন্নবা থুংনা প্রজাগী মত য়েংবা তাবনি। ঐখোয়গী রেলওয়েগী শাসন পুরিবা মুংশি হৈত্রবা অমসুং তৌনিংবতা তৌবা বুরো- ক্রেটশিং অসিবু খংহনবা তাবনি মতৌদি অসিগুম্বা কিরবা দম্বা অসি অমগী মথংদা অমা থোকহল্লু অমসুং ঐখোয়গী প্রজাশিংবু হাৎত্তোকউ হায়তুনা মখোয়বু কনানসু শিন্নদে।

শোক ১৯৫২ গী ফেব্রুয়ারীদগী হৌতুনা অচৌবা বেলওয়ে এক্সি- ডেন্ট অসি ১৩ লক থোকখ্রবনি। ওফিসিয়েল ষ্টেটীকসকী মতুং ইন্না এক্সিডেন্টশিং অাসদা থরাই ৪৮৭ মাংহনখ্রবনি। হায়রিবা অসিগী মনুংদা সাউদরন রেলওয়েগী শকক ৪০৫ নি, মসিসু চহি ২ গী মনুংগী মশি নি, অতুগা দম্বাসু শহুমলকুনি।

মরম অসিনা রেলওয়ে মিনিষ্টর অসিগী হাকুক্তা মী য়ামনা শিবা তারে হায়বা অসি লাল বাহাদুর শাস্ত্রী মশামকনা খংজ- রকতুনা মহাক্কী দাযী অতু পুদনবা অফিস থাদোকলে। মহাকনা রিজাইন তৌতুনা অচুম্বা অমা হোৎনরক্লে। তৌইগুম্বসুং শ্রীলাল বাহা- তুর শাস্ত্রীগী ফম থাদোকপা অসিদি, ওসিগী বেলওয়েগী শাসন মণ্ড ওমা শোংদাকপা দবকাব ওহৈবিবা অসি হৌবকপদনি।

অারিয়াপুরগী মীশি অসিগী নবনদা হাযক্রগদি, লৈবাকনা থোদোক অসিগী অবস্থা খংই। হৌজিক্তি জুডিসিয়েল ইনকারী তৌবা তারে অমসুং মতুতদা মরোল অকুপপা খংনরককনি।

তৌইগুম্বসুং মতাং অসিদসু ঐখোয়না হায়নিংবা অমা লৈ। জুডিসিয়েল ইনকারী অসি তৌতুনা হৌজিকমক থোকখ্রিবা দম্বা অসিগী মরম থিজিনবদা অচুম্বা খংগে হায়রবদি রেলওয়েগী শিন্নী অমসুং অতৈ প্রজা মীওইশিংগা তাম্নতুনা শাংথোকপদা লৈরে।

নত্রবদি ঐখোয়না কন্না থাজে মতুদি মথকী মীওই শোক্তনবা হায়তুনা ইনকারী তৌবা অতম্ মতুম তৌখিগনি।

লোকসভাদা নবেম্বর তাং ২৭ তা কম থাদোক্কদৌরিবা মিনিষ্টর শাস্ত্রীনা বক্তৃতা পীবা মতমদা হায়খি মতুদি "হৌজিককী রেলওয়ে বোরড অসি ঐনা থংবদা থরাইদগী কবা বোরডনি।"

কম থাদোকলগে থল্লবা মিনিষ্টর অমনা অসিগুম্বা ষ্টেটমেণ্ট পিতুনা রেলওয়ে বোরডকী মরাল কুপশিনবা য়ানবা শিল্লিবা অসিমক য়ামনা চুমদবনি। থোকখ্রিবা থাদোক কয়াগী রিকোর্ডনা রেল-ওয়ে বোরড অসি মরাল লৈবে হাযবা প্রমাণ ওইজরবনি।

থৌদোক অসিদা রেলওয়ে বোরডকী দায়িত্ব চাওনা য়াওরিবনি অতুগা করিগীদমক অসিগুম্বা মেম্বরশিংবু সসপেণ্ড তৌথোকত্রিবনো হায়বগী মরম ঐখোয় ভাব তাদে।

অতুম ওইনমক ঐখোয়না হৌজিক্কি রেলওয়েগী থোকখ্রিবা এক্সিডেণ্ট অমম্পুং দষাশিং অসিগী মরি মথোং য়েংবা তারকই। রেলওয়ে বোরড অসিনা রেলওযেগী শিনমীশিংগী দাবী কয়া নম-থতুনা থম্নবা হোৎনৈ। মীওইবনা হোনত্রবা মওংদা শিনমীশিংবু থবক শুতনথি। মথোয়গী ট্রেড ইউনিয়ন মুভমেণ্ট অতু থুগাই-নবা শিনলি। সাউদরন রেলওয়ে লেবর ইউনিয়ন অসিবু রিকোগ-নাইজ তৌথিদ্রিবা অতুগুম্বা রেলওয়েগী শাসন মওংনি। বোর্ড অসিনা পামদবা ট্রেড ইউয়নশিংগী মরমদা রারী ফাওবা শানিংদে।

অসিগুম্বা ডিমোরেলাইজিং ওইবা লমচৎ অসি হোংত্রিবমখৈদি অতুগা রেলওয়েগী শিনমী অমম্পুং প্রজাশিংগী মত লৌতুনা দায়ী মশক থংনা তৌগদবনি হায়বা অতু রেলওয়েগী মকোক ওইরিবশিং অসিদা তম্বীত্রবদি ইনকারী অতুদগী করিশু তৌবা ওমলোই।

রেলওয়েগী শাসন মওংদা প্রজা বিরোধ ওইবা গণতন্ত্র য়াদবা

প্রিন্সিপলশিং অহু হন্দক্তগীদি পুংকোক কোকথরগনি হায়না আশা তৌই ।

( ১০ )

# ভারত সেবক

## ( চয়োলগী ওইবা পাওজেল চে )

## ভারত সেবক সমাজগী মুখপত্র

চেকোঙ.গী মরমদা—

"ভারত সেবক" হায়বিবা চয়োলগী চেকোঙ. অসি ভারত সেবক সমাজ, মণিপুরগী মুখপত্রনি। চেকোঙ. অসি ১৯৬৩ ইংদা শ্রীরাইখোম মেঘবর্ন সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা জি, এম, প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা মণিপুর ষ্টেট ভারত সেবক সমাজগী সেক্রেটরী শ্রীচবুংবম রাজেন সিংহনা থাঙ্গাল বাজার, ইম্ফালদা ফোঙ.লমই। চেকোঙ. অমগী মমল পৈশা ১০ নি। চেকোঙ. অসি মতম খরা লৈবাক্তী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"ভারত সেবক"কী সম্পাদক শ্রীরাইখোম মেঘবর্ন সিংহ থাংমৈবন্দা লৈবনি। মহাক মণিপুর ষ্টেট ভারত সেবক সমাজদা মতম খরা থবক তৌরমই। মতম অহুদনি মহাক্না মণিপুর ষ্টেট ভারত সেবক সমাজগী মুখপত্র চয়োলগী চেকোঙ. "ভারত সেবক" কী সম্পাদকী থবক পুরম্বা। মহাক এম, এ, নি, হৌজিক কলেজগী লেকচরর ওইরি।

সম্পাদকী রারোল—

১বা চহি, ২৪ শুবা মশীং
জানুয়ারী তাং ৩১, ১৯৬৮ ইং

সমাজ সেবক

অশেংবা সমাজ সেবক অমা ওইবা অসি লৈবাক অমা চাউখৎ-

নবগী মরুনি। গভর্ণমেণ্টকী নত্রগা লন্নাইগী থবক ত্তোরবস্থু অশেংবা সমাজ সেবক অমা ওইনা ত্তোরবদি লৈবাক্কী অফবা ওইগনি। থবক ত্তোবা মতমদা ঐখোয়না ইশাগী, ইমুংগী ফননবা হোৎনবগা লোইননা লৈকাইগী, সমাজগী, লৈবাক্কী ফননবা হোৎনবা অসি ত্তঙাইফত্রবনি। সমাজ সেবক অমা ওইনা থবক তৌরবদি মতম চানা চানা থবক পাংথোকতুনা লৈবাক্কী অফবা ওইরক্কনি। ফনবা হোৎনবদা অরাবা কয়া নংবা হৌনশানি। অরাবা, অনংবা, য়ৈখাইবা কয়া থেংনত্তুনা থাংবা কনবগা লোইননা থবক তৌরবত্তদা অফবা ওইরকপনি হায়বা অসি ঐখোয় পুম্নমক্কা উনরবনি অমস্তুং থংনরবনি। পুকচেল শেংনা, থবক নিংথিনা তৌনিংদবা চুম্না স্থুংঙাইবত্তা পাম্বা অসি পাংদবনি হায়না অফাওবা মীওইশিংনা হায়নৈ। রোমগী অক্কাওবা ষ্টেটসম্যান সাইসেরোনা ঐখোয়গী পুন্সি অসি থবক্তুগী ফি ওইবা ঙমদে হায়খি। অত্তুনা ঐখোয়না নীংথিনা মরম চুম্না থবক তৌত্নুনা ইশাগী, ইখুলগী, ইরৈবাক্কী য়াই-ফনবা হোৎনসি।

ভারত্ সরকারনা মী থুদিংমক্কী ফিবম অসি নী থিনা স্থুংঙাইনা লৈনবা থুঞ্জিল থোরাং কয়া শিন্দুনা হোৎনরি। অসিগুম্বা থোরাং পাংথোকপা অসি প্রজাশিংগী থুত্তা লৈরবনি। অত্তুনা ঐখোয় পুম্নমক্কা মতম চানা নত্তবা, ওইদবা, মীনম শোরিবা থাদোক-তুনা অশেংবা সমাজ সেবক অমমম ওইত্তুনা থবক তৌমিন্নবনা লৈবাক্কী অফবা ওইরোইদ্রা ?

# (১১)
# মরূপ

## ( ত্রিপুরাদা ফোঙ্বা চয়োলগী চেফোঙ্ )

চেফোঙ্গী মরমদা—

"মরূপ" তখেল ( ত্রিপুরা ) লৈবাক্কী অমতা ভাইরবা মৈতৈরোলগী চয়োলদা ফোঙ্বা চেফোঙ্নি। চেফোঙ্ অসি ১৯৬৯ ইংগী ২৫ শে বৈশাখ ( মেগী তাং ৬ ) তা শ্রীময়েংবম নীলমনি সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা শ্রীমতী অলকা সিংহনা সত্বাধিকারী ওইরগা বীণা প্রিন্টিং ওয়ার্কস্, মোটর ষ্ট্যাণ্ড, আগরতলাদা ছাপা তৌরগা মরূপ কার্য্যালয়, বনমালীপুর, এ, এ, রোড, আগরতলাদগী ফোঙলকপনা তরুক শুবা চহী, ৪১ শুবা মশীং, ইরাই, ১৯৭৫ ইংগী ফেব্রুরারী থাগী তাং ২৮ দগী রাজকুমার শ্রীকমলজিৎ সিংহ এক্স-এম, এল, এ, না সম্পাদক ওইদুনা ভসি ফাওবা চেফোঙ্ অসি চাং নাইনা ফোঙলি। চহী খুদিংগী শরৎতা চেফোঙ্ অসিগী "শরৎকী ঈচেল" হায়বা অথোয়বা চেফোঙ্ অমসু চাং নাইনা ফোঙ্দুনা লাক্লি। অহানবদা "মরূপ" কী শেনখায় ডাক য়াওনা চহীদা লুপা তরুক, থা তরুকতা লুপা অহুম ওইরমই; ডাক য়াওদনা চহীদা লুপা মঙা অদুগা থা তরুকতা লুপা অনি মথায় ওইরমই। হৌজিক্তি চহিগী শেনখায় লুপা তরামরি য়োরে।

চেফোঙ্গী মরমদা—

"মরূপ" চেফোঙ্গী অহানবা সম্পাদক শ্রীময়েংবম নীলমনি সিংহ ত্রিপুরাগী বীর বিক্রম কলেজদগী বি, এ, পরীক্ষা পাস তৌথি। মহাক চহি তরুকলোম সংবাদ সেবী অমা ওইনা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। মহাক হৌজিক হৌজিকমক ত্রিপুরাগী

বামুটিয়া ( সদর ) দা লৈবা জুনিয়র হায় স্কুলগী ওজা ওইরি। মশাগী চহি হৌজিক ৩৫ রোম শুরে।

মথংগী সম্পাদক হৌজিক হৌজিকমক "মরূপ" কী থবক পুরিবা রাজকুমার শ্রীকমলজিৎ সিংহ ১৯২৪ ইংদা আগরতলাদা পোকই। অপোকপা মপাবুংগী মিং স্বর্গীয় রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহ কৌই। রাজকুমার শ্রীকমলজিৎ সিংহ ৺রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহগী অহমশুবা মচানিপানি। মহাক আগরতলাদা লাইরিক তম্বা লোইরগা ত্রিপুরাগী মপান্দা লাইরিক মথা তমথরমই। মপাবুংনা থুপথ্রবদা মহাক মতম খরা ত্রিপুরাগী মহারাজনা লিংখৎপা শিল্পাশ্রমদা ১৯৪২ ইংদা সুপরিনটেণ্ডেণ্ট ওইনা থবক পুরমই। মহাত্মা গান্ধিগী "ভারত থাদোকউ" হাযবা আন্দোলন অহুদা মহাক য়াওশিল্লমই অমসুং রাজ্য সরকারগী থবক থাদোকখি।

ত্রিপুরাদা লৈবা মণিপুরীশিংগী শিক্ষা অমসুং সমাজগী ফিবম ফগৎহন্নবগীদমক মহাক্না ১৯৪৫ ইংদা "ত্রিপুরা ষ্টেট মণিপুরী শিক্ষা সমিতি" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎতুনা মহুগী ওর্গানাইজিং সেক্রেটরী ওইরমই। ৺নিংথেম মাধবজিৎ সিংহনা ত্রিপুরাদা থাথায়দা ফোঙ্লম্বা "খোঞ্জেল" চেকোঙ্ ফোঙবদসু মহাক্না মতেং পাংলমই। মৈতৈ য়াম্না ভাবা বামুটিয়াদা বামুটিয়া হার স্কুল লিংখৎপদা মরু ওইবা শরুক যারমই। দিল্লিগী সেনট্রেল সোসিয়েল ওয়েলফিয়ার বোর্ডনা শেমগৎপা বামুটিয়াগী ওয়েলফেয়ার এক্সটেনসন প্রজেক্টতা মহাক শিংথানবা য়াবা থবক কয়া পাইখৎলমই। ১৯৫৩ ইংদা মহাক ত্রিপুরা ষ্টেট কংগ্রেস কমিটিগী মেম্বর ওইরমই। মহাক ভারত সেবক সমাজগী ওর্গানাইজিং সেক্রেটরী ওইরমই, অহুগীসু মথক্তা ত্রিপুরা খাদি অমসুং ভিলেজ ইন্দষ্ট্রি বোর্ড'কী মেম্বর অমসু ওইরমই। ১৯৬৩ ইংদা ত্রিপুরা

সরকারনা মহাকপু ত্রিপুরা টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী মেম্বর হাপলমই। ১৯৬৬ ইংদা মহাকপু ষ্টেট কোওপরেটীভ ইউনিয়ন লিমিটেদকী মেম্বর খল্লমই। ১৯৬৭ ইংদা মহাকপু অমুক হন্না ত্রিপুরা ষ্টেট বিধান সভাগী মেম্বর ওইনা খল্লমই। ১৯৭১ ইংদা মহাকপু ভারত সেবক সমাজগী চেযারমেন ওইনা হাপলমই।

রাজকুমার শ্রীকমলজিৎ সিংহনা ১৯৬৩ ইংদা ত্রিপুরাদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ব্রাঞ্চ অমা লিংথৎমই। মহাকপু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ত্রিপুরাগী সভাপতি ওইনা থনখি।

সম্পাদকী রায়োল—

২শুবা চহি, ৪৬শুবা মশীং
লমদা, ইরাই, ২৬ মাচর্চ ১৯৭১ ইং
ত্রিপুরা ১দি ঐখোই

"ত্রিপুরাদা মণিপুরী ঐখোই কয়া য়াম্না লৈরি, করম্বা মওংবু ওইরিবগে, ঐখোইবু মতিক চানা মীমাম্ননা লৈবা ঙমলিবরা, মীগা মীমাম্নহুনা লৈনবগী করম্বা থৌরম শিল্লিবগে"— হায়বগী ওয়াখল অসি ঐখোই ইশাতনা খল্লুবা লৈতনা ময়ামগা তিন্নরগা খন্নবগী মতম অসি ঐখোইনা মাংহঞ্জরি। ত্রিপুরাদা জাতি অতৈগী মরক্তা রাজ্য অসিমা পুমশিন শিন্না মরক মবক্তা হৎল হৎলহুনা খুন্দা-রিবা ঐখোই যামনদি ওযানরে। অহুবু করি করম তৌরগা হিংবা য়াগদগে হায়বগী ওয়াখল অসি পুবিরবসু ঐখোই ইশেন্তা শ্রেং-থিনহুনতা লৈথোকলগা অমনা অমবু থৌশানত্রগা লোইরে হায়হুনা লৈরে। অসিগুম্বা ওয়াখল অসি থাদোকতুনা অমত্তা ওইবগী পুকচেলদা হিংননবগী লম্বী শিন্দ্রবদি ঐখোই রাজ্যসিদা পুম্নাং মাংবা হায়বহু শোয়দনা ওইরগনি।

মুংশিনবগী মরি অসি তিন্নরগা, শকখং মাইখংনরগা অমনা

অমবু য়েংমিন্নরগা চেৎলি। অসিগী সমস্যা অসি ত্রিপুরাদা মণি- পুরী ঐখোইগী ওইনা চাওরবা সমস্যা অমনি। খোইদোক্লা থাপনা থুন্দাখিবনা মক্ষম অমদা পুন্নপ লৈবগী খুদোং চাবা খোক্তবনা সমস্যা অসি খোইদোকপনি। অসিগী মরম অমনা ত্রিপুরাদা ঐখোই লোলগী মরমদা অনি থোকখিবনা ১স্নং সমাজ ব্যবস্থাদা ত্রিপুরাদা ঐখোই মশেল্তা লোনা খোৎনবগী মরমদা অকাইবা লাকপনা সমস্যা অসি শরুক কয়া অতৈম্বু হেল্লিবনি। অসিগী মরমদা গোবিন্দ কুমার সিংহনা "মণিপুরী সমাজদা অনৌবা ওয়া- থল" ইরিবা আর্টিকল অসি থোইদোক্লা থাগৎনিঙাইনি।

ত্রিপুরাদা মণিপুরী সমাজ ব্যবস্থাদা হান্নগী অরিবা ওয়াথল থাদোকলতুনা অনৌবা ওয়াখল হায়বদি অমত্তা ওইবগী পুক- চেলদা লোলগী মরম থাদোকলতুনা মরু ওইবা খৌরম "ঐখোই ত্রিপুরাদা মীমান্নমা হিংদবা য়াদে"— পাংথোকনবগী হোৎনবা মথৌনি।

খুদোং য়াম্না থিজিল্লকলবা ত্রিপুরাগী ঐখোই মপানদগী ইজা- তিশিংনা কয়া য়াম্না পাংবিবা ঙমলগান। ঐখোই ইশাতনা খঙতনা চহি খরগী মমাদা লৈরম্বা ঐখোইগী অবস্থা হৌজিক করি ওইখরে খন্নুনা য়েংবিয়ু। ইজাতিবু কন্ননবগী ওয়াখল লাক- তবনা অতৈ জাতিগী মরক্তা লৈবা খুদোং চারক্তবনা ত্রিপুরা থাদোকতুনা মপান্দা চেনখিবনা ঐখোইগী অবস্থা অতৈম্বু হেন্না শোকখিবনি। মরম অসিগী ত্রিপুরাদা ঐখোই অমত্তা ওইনা অতৈ জাতিগা মান্ননা হিংনবগী লম্বী শেমলসি। নত্রবদি ঐখোই ত্রিপুরা থাদোকতুনা চেনবা হায়বদু শোয়দ্রবনি।

# (১২)
# যুগকী ঈচেল
## ( চয়োলগী চে )

চেকোঙ্‌গী মরমদা—

"যুগকী ঈচেল" হায়রিবা চয়োলগী চেকোঙ্‌ অসি ১৯৬৯ ইংগী জুনগী তাং ১ নোংমাইজিং তুমিৎতা ৺ইরোম চন্দ্রহাস সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চন্দ্রহাস প্রিন্টিং ৱার্কস্‌, লোকলাওবুং, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা কোঙ্‌লমই। "যুগকী ঈচেল" গী মমল চহিগী লুঃ ১১, থা তরুকী লুপা ৬, থা অহুমগী লুপা ● অদুগা মশিং অমগী পৈশা ২৫ নি। চেকোঙ্‌ অসি মতম থরা লৈবাকী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

১৯০৬ ইংগী এপ্রিল থাগী নিনি চনবদা শ্রীইরোম চন্দ্রহাস সিংহ লৈখিদ্রবা ৺ইবোম কালাচান্দগী মচা মপা ওইনা ইম্ফালদা পোকই। পূর্ব্বাশ্রমদা খোংবান্তাবম নিংভোল য়াইমবী কৌরবী, ৱাধামাধব দাস কৌগ্রবী বৈষ্ণবীনা সম্পাদকী পলেম্নি। সম্পাদকী চহি অহুম শুদ্রিভৈদা মহাকী পলেম অমসুং পম্মৌ অনি তোঙান তোঙান লৈবনা মমা পোকপা মপু-মবেলগী য়ুমদা লৈরকই। লাইরবদগী মতমগা চানবা মহৈগী থাক ৱাংনা তম্বা মহাক ওমখিদে। ছাত্রগী পুন্সিদা "মৈতৈ চনু" কৌবা মৈতৈ পত্রিকা অমা ইং ১৯২৪ দা কোঙ্‌বদা মহাক শরুক য়াখি। ১৯২৬ ইংদা "মাদর ক্লব স্কুল" মযুমদা চহি মঙা তরুক লিংজদুনা অনৌবা হৌরকপা স্কুলগা তিন্নদুনা উচ্চ প্রাইমারী পরীক্ষা পাস তৌবা ছাত্রশিংগী লাইরিক তম্ফম লৈজদবদ্ধ ৱোক্রবা কম্না হোৎনরমই। লৈবাকী কনবা নিংবা কাংবুশিংনা হোৎনবুদগী স্কুল অসি হৌজিক্কী চূড়াচাঁদ হায়র সেকেণ্ডরী স্কুল অসি মণিপুরগী

মহারাজ শ্রীযুৎ চূড়াচাঁদগী সনা মিংদা থোন্দুনা মহৈ তম্বা কংনরিবা অসিনি। ১৯৪৬ ইংদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস হায়বা রাজনীতি সংস্থান অসি লিংথৎপদা জোইণ্ট সেক্রেটরী ওইনা মহাক্না শরুক য়াথি। ১৯৪৭ ইংগী জেনরেল ইলেকসনদা মহাক মীয়েপ অমা ওইথি; কাবদি ঙমখিদে। শেলগী ফিবম কৎত্তবদগী মহাক রাজনীতি থাদোক্তুনা জনষ্টোন হায় স্কুলগী ওজা অমা ওইনা সরকারগী থবক তৌথি। ১৯৬৩ ইংদা মণিপুবগী শিক্ষা বিভাগতা সব-ইনসপেক্টরগী থবক তৌরমই। ১৯৬৮ ইংদা মহাক সরকারগী থবক থাদোক্লগা প্রেস অমা লিংহুনা "চন্দ্রহাস প্রিন্টিং ৱার্কস" থোন্দুনা লৈবাক্কী সেবাদা অমসুং শেন তানবদা থবক চৎথরমই। ১৯৬৯ ইংগী জুন থাদা "যুগকী ঈচেল" কৌবা চয়োলগী চে অমগী সম্পাদক ওইনা লৈবাক্কী সেবা তৌবদা ঙমজবা থৌদাং য়াথি।

<u>সম্পাদকী ৱারোল</u>—

লোংমাইজিং, জুন ১, ১৯৬৯ ইং
অহানবা চহি, মশীং ১

### যুগকী ঈচেল

লৈবাক্কী সেবা তৌজনিংব পুকচেলগ লোইনন ময়ামগী সেবা তৌবদ মতেং খজিক্তং ওইগদর নিংজহুনা, লৌশিং লৈত্রব অমসু পংলব সম্পাদক, "যুগকী ঈচেল" কৌব পাওচে মচা অমতং লৈবাক্কী ইবুঙো ইবেমশিংগী মকমদ লাপ্তোকচরি। পত্রিকা অসি পাবিহুন, গ্রহক অম ওইন লৈবাক্কী সেবাদ শরুক য়াবিনব, পাংত্রব সম্পাদক্ন লৈবাক্কী মকমদা হন্ন হন্ন চংজরি। চে অসিদ পুক্নিংগী অপাম্ব পুন্নমক ইবিরক্তুন ময়ান্ন তৌনিংব থৌরাংদ লৌশিং তাকপিব ওইনব নোক্নক হায়জরি। লৈবাক্কী অক-কত্ত, পুন্নমক,

লৈবাক অসিদ লৈরিব প্রজাশিংন কংগদব লৈরবনিনা, লৈবাক নংথরকপা লৈরবম্ম য়াওজরুছন কায়দে হায়ব রাখল পুথোকপিছন, অপংববু ভাকপিছন অমম্ম অশোনববু কনবিছন লৈবাক অসিগী য়াইকনব হোৎনবদ মীপুম খুদিংন শরুক য়াকম থোকই হায়বসি অচুম্ব রাখল ওইগনি হায়ন পুক্লিং লেপচৈ। মীওইব হায়বসিদি ভাইবংপান থাদোক্তুন চৎপ য়াদবন অছুগ হিংনব থৌয়াংম্ম ভোকপ য়াদবন, নোম্বদি ভোকপ য়াদ্রে। ময়ামগী কননব রাখলগ লোইনন অমম্মং মশাগীদ থনব থাদোক্তুন, নোম্ব খুৎনোম অছু থ্বাইদগী করব শাজৎনি হায়ন অথং অহৈশিংন লাওছন থনম্লে। হায়জরিব পুক্লিং অমম্ম রাখল অসি মীপুম খুদিংন থম্মোইদ কোন্দুন, মী খুদিংন মীরমলেন থাদোক্তুন লাইরমলেন ভানবদ, অকব লম্বী কংলুনব অমম্ম লৈবাকীম্ম লাইগী নিংথিব লৈবা ওইহন্দুন লাই ওইছন, লেংত্রব, সুংঙাইবগী অয়োবী হরাওবগী কিবম অছু কংনব, হৌজিক কংলিব মতম অসিমক্তদ, থরাই অমম্ম হকচাংবু মওং চুম্ব শিম্বা পিথিব মতম ওইরমান্নে হাইন করিশ্ম হৈত্রব সম্পাদক্ষ ভোইন লাওজরি। মীওইবগী সেবা ভৌজবদ লাইন অচুম্ব রাখল অমম্ম থৌনা পিনবিনি হায়ন ভোল্লবন নিংজরি। লৈবাকী থৌগৎপ পুকচেল অমম্মং মভেং ঙাইজরি।

## ( ১৩ )

## পম্মুং

## (CHUNDAY WEEKLY)

<u>চেকোঙ্গী মরমদা—</u>

"পম্মুং"—নোংমাইজিং খুদিংদা কোঙ্বা চয়োলগী চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি শ্রীরাই, অচৌবা সিংহনা সম্পাদক ওইছনা সমাজ-

বাদী সভা মণিপুরগী ওইনা ১৯৭০ ইংগী জান্নুয়ারী থাদা কাইন প্রিন্টিং রার্কস্, সগোলবন্দ, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা কোঙ্লখ্বা চয়োলগী চেকোঙ্নি। কপি অমগী মমল পৈশা ২৫ নি।

সম্পাদকী মরমদা—

"পম্বুং" চেকোঙ্গী সম্পাদক শ্রীরাই, ইরাবত সিংহ সমাজবাদতা থাজবা মীশক অমনি। মহাক্না চেকোঙ্ অসি কোঙ্হনা মণিপুর প্রজাগী মতম খরা সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী য়ারোল—

১বা চহি, ৫ শুবা মশীং
মে ১৭, ১৯৭০ ইং

চনৈনবগী মতম নত্রে

মণিপুরদা ষ্টেটহুদ দাবীগী দমক থবক কয়া মণিপুরদা লৈরিবা রাজনীতিগী দল কয়ানা, সংস্থান কয়ানা অভম্বা মওংগুম উৎনহনা থবক চথনরক্লি। তাল্লিবা ষ্টেটহুদ অসিমক্তদা অমগা অমগা মায়ন্দ্রি। অহানবা কাংলুপনা আসাম বেঙ্গলগীগুম্বা অসি ওইনা তাল্লি। অনিশুবা কাংলুপনা হিরম খুদিংমক্তা ভারতকী অতৈ লমদগী শোথহৌরবা মশিং য়ামদ্রবা মণিপুরীশিংবু ময়াংশিংদগী কনবা য়ানবা অমম্লুং চৌংমী থরদা য়ুমলোম্নবা নাগালেণ্ডগী খুদোং চাবদা য়াওননবা দাবী তৌহনা লাক্লিবা, মণিপুরগী দিসইন্টিগ্রেশন অমা ওইহল্লিবা অসি কনবা য়ানবা য়ামদ্রবদা নাগালেণ্ডদগী তাদবা স্পিসিয়েল প্রোভিজন য়াওবা ষ্টেটহুদ অমা তাল্লি। অহুমশুবা কাংলুপনা সিকিম, ভূটানগীগুম্বা প্রোটেকটরিয়েৎ ষ্টেটহুদ অমা তাল্লি। অতোপ্পা কাংলুপ কয়াম্না লৈরম্মোই হায়রবা ওমদ্রি। খেৎনবা ময়াম অসিনা ইম্ম অসিদা তোখাই তাহনবা, পাঙ্গল শোম্নহনবা ওইহল্লি। অম্লিগী মথক্তা দাবী অসি তায়নবগী লম্বীদম্ম খেৎনবা কুয়্যানরুম অমুক লৈরি। মণিপুর প্রজানা ষ্টেটহুদ ফংদ্রিবা ফাওবা মিদ

টার্ম ইলেকসন বোইকোট তৌহন্নিংই। পার্টিশিংনা লেপনিংবনা রাকম অসিদদি ইহৈ হৈনত্রি; মহৈ মহৈ অমগা অমগা লৌতান্নরক্লি। ঙরাংতা মিদ টার্ম ইলেকসন তৌবীনবগী টেলিগ্রামবু তৌবনে, দিল্লিদা রানোমলুবনে খোর হোনদোকপা ফাওবা লোইদ্রি।

তৌনরিবা মওং অসি মণিপুরদা লৈরিবা এজেন্টশিংদগী কেন্দ্র সরকাবনা মুন্না খংই, অতনা থোইনা মণিপুরগী পার্টিশিংবু উশিংপিদে। মিদ টার্ম ইলেকসন য়াম্না থুনা তৌগনি রারুগমু হান্নরা অমুকমু মন্ত্র কামশিল্লি।

তান চাবে খন্দুনা ভাবতকী এম, পি, তরাবু মণিপুরদা কৌথোকতুনা দিল্লি পোপুলারিটি মাংলক্লবা কঙ্গ্রেল পার্টিশিংগী সংগঠন শাগৎনবা মতেং ওইহল্লি— মণিপুর ষ্টেটহুদ অমসুং সিনানাগী নামাদা ভাইশিন্দুনা। চন্দ্রশেখরনা, য়াজিনা মণিপুরদা লাকতুনা মণিপুবদা ষ্টেটহুদ তানবা দরকার লৈতে। মখোইগী পার্টি অমত্তদা লৈবিবা কোকপিবেল ইন্দিরা অমসুং চারান্দা হান্না য়াননবা ভাংনগদবনি। মণিপুর ষ্টেটহুদকী রাকম জর্জ করনান্দেজগুম্বনা পার্লিযামেন্টতা পুথৎলুবদা মযাং এম, পি, শিংদগী সহযোগ ফংথিদবদগী তোকথিবনি। থোদোক অসিনা মণিপুরীশিংদা থাজবা অচু মাংখিবনি। ষ্টেটহুদকী ইসু অসি ইনৌ নৌবা ঙরাংতগী নত্তে, নৌনা ষ্টদি তৌরনবগীসু দবকার লৈতে।

মণিপুব প্রজানা লিংজেল মান্নবা, পুকচেল শেংনা দাবী অসি তানবা নত্তনা মংত্রংদা রাজনীতিরালা খন্নগী থোক্লা হোজিকমক থাজবা যাদ্রি। প্রজাগী অপান্বা মতুং ইন্না ষ্টেটহুদ ফংত্রিবা ফাওবা ইলেকসন বোইকোট তৌনত্তুনা পুকচেল শেংবা অকন্নবা ফিরেপ পার্টিশিংনা লৌবিগদবনি।

অহানবা টর্গেট— মণিপুরগী চীং তমগী ইন্টিগ্রেসন কনবা ঙমনবা, মাইনর ক্লাস মণিপুরীবু মরাং শেঙাও পায়বা চোরা কারবাররালাশিংদগী কঙবা ঙম্নবগী দমক অহানবগী ওইনদি স্পি-সিয়েল প্রোভিজন অমসুং সেভগার্দ য়াওবা ষ্টেটহুদ তানবনা অকবা পোলিসি ওইগনি। মণিপুর মণিপুরীবু কনবা ঙমহোদরবদি পুম্নমক অরেমবদা তাগনি।

## (১৪)

## ইম্ফাল টাইমস

### ( চয়োলগী চে )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"ইম্ফাল টাইমস"— মৈতৈরোল্দা কোঙ্বা চয়োলগী চে-কোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি ১৯৭৪ ইংগী জানুয়ারী থাদা শ্রীএল, পাচানা সম্পাদক ওইদুনা টি, এম, সি, প্রিন্টিং রার্কস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা পাসস পাবলীকেশন্না কোঙ্লম্মনি। চেকোঙ্ অমগী মমল পৈশা ৩০ নি। চেকোঙ্ অসি মতম খরা লৈবাকী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"ইম্ফাল টাইমস" গী সম্পাদক শ্রীএল, পাচাময়াম্না শক-খঙনরবা অহুওম্বা মীশক অমনি। মহাক লাইরিক ইবা মীশক অমনি। মহাকী "ইম্ফালগী ঈশিং তুংশিং" হায়বা লাইরিক অহু সাহিত্য একাডেমী এরার্ড কংখি। মহাক্না ইবা লাইরিকশিংগী মহুৎদা "না তাখিবা অহল অমা", "হয়েদ বেগম" অমসুং "থাম্নিল" মনিং পাম্নবা য়াই।

<u>সম্পাদকী রায়োল—</u>

অহানবা চহী, ও শুবা মশীং
জানুয়ারী ২০, ১৯৭৪ ইং
লোংম্যাইজিং

মণিপুর ষ্টেটহৃদকী কুমওন অহুমশুবা নিঙশিং
রারিদা পি তাবা

ফুগনী কীহনা লোকপা মীয়ামগী থম্মোই লাইমন্দী
কোক্করী।

অতিয়া সুংওয়াংঙাই মশক ওইখী। তরং তরংবা অতিয়ানা মৈত্রবাক লৈতেংখী। মনা-মশীং ইশং শংনা কুম হোৌবদা হয়াওদ নখী। অহুবু করিনো মৈত্রবাক মচা খুদীংনা অনৌবা কুমওন-সিদা হয়াওবা ফোংদোক্লখিবা থমোইগী রাখনহু। কনানসু খংবীদনা লৈরী।

পুকচেল পীকপা মথোং হুক্তবা রাজনীতি য়াওবা নহা খর খরনা মীকৌলাইকিদনা চোংথোক চোংশিন তৌখী। কমদমক মীহোয়বা রাজনীতি য়াওবা অহললোনশিংনা থাগংলী ১স্তুং থাদবী মখোয়বু। অমাংকৈরোয় তাম্নরিঙৈ অশোক অশোকপা মাংন-রক্তুনা মৈত্রবাক্কী অহানবা ষ্টেটহৃদকী শক্তম মাংখী ১দী প্রেসি-ডেন্ট শাসন লাক্কুনা কম তানখী। লৈবাক কায়। মসিদরা মৈতৈ মচাশিংবু ষ্টেটহৃদকী অহুমশুবা কুমওন লাক্লে হয়াও হায়রিবসি।

কী শাবীশিং লং কংহন্দে। মৌ নহাশিং কী শাবা লেপপ্রে। তৌকম থংহনখিদে। কৈথেলদা তোয়না কাহল্লকই। ময়াং লংগীবা ওক্ক-শিংগা খুদোংচাবা লোনহল্লি। পুন্সীগী চেংজেন তামজবী ইচন ইচেম-শিং হাইনোক তৌবা তম্বী, লমচৎ কামহল্লি। সমাজগী শক্তম থী-হল্লী, মসিদরা ষ্টেটহৃদকী কুমওন ওত্তবদা হয়াওদ্রো তাকপিরিববি ?

চীফ মিনিষ্টরগী শংগায়দা কিশেৎতবা সিনেমা য়েংহন্দুনা, মথোং হুক্কবা লৌনম তৌহুনা কারকপা ইণ্টিলেকচুয়েল ওইদবা, মশাগী ইজ্জৎ য়েংদবা পাখং এম, এল, এ,শিং খরা কানবা হোংনখি। শাওনরকপদা মচীন থীবা অঙাং (এম. এল, এ, নহাগী প্রমাণ) অমনা মমীং চাওনা খাহুনা মীয়ামদা তমথোরকই। ঈমা ঈচা যুমদা কন্মীন্নহুনা পাবা য়াদে পাখং শরী মথোং হুক্কবা ইডিটরগী খবরদ। মখোয়না লৈবাক মীয়ামবু কীদে, উশীৎতে, অসিগুম্বা মতীক চাদবা রাখন অঙাং এম, এল এ, শিং মশানা লমচৎ কায়রে য়ারবা হৌখিবা নেতাশিংবু ইদিতরশিংবু কাজিন্দুনা লোকঅপ য়োহন্দে। মী ব্লারকপদা মীচং মীথায় নাই। মসিদরা মৈত্রবাক মচা ঐখোয়বু ষ্টেটহুদ কুমওন ও সুবদা হরাওজো তাকপিরিবসি।

ঐখোয় হরাওজৈ, মৈত্রবাক হরাওজৈ।

## ইম্ফালদা লমচৎ

ইম্ফাল লৈবাকমচাসিগী 'তুশোল্লবা' কোন্নুংনী, মহৈ হৈ-নিংবশিং কোন্নুংসিদা লাকই। লৈরে। শেন তান্নীংবশিং কোন্নুং-সিদা লাকই। অকে অমোদা ঙাওরবশিং কোন্নুংসিদা ঙাওরে। চান্নীবশিং কোন্নুংসিদা চংলৈ। হিংবা পাম্বশিং মখোয়সু অপীকপা কোন্নুংসিদা নপ-তাংহুনা পুন্সী হিংলৈ।

অহুবু কোন্নুং অসিগী রাখন লমচৎ (মোরেল) করিনো? হংব তারবদি নীংবা কায়নীংঙাই ওইরি।

ইম্ফাল কোন্নুংসিদা অচৌবা হোতেলশিং লৈ, মফমহুদা মশানা রাদনা (ঙাওবদি পামজবা) লৈশাবী পাখংশিংগী ঙাওফম ১দী ওক্তফম ওই। ইম্ফালদা সৈনেমা হোলশিং লৈ, ইম্ফালদা অচৌবা মমল হেমা হৈবো লৌরবা কীগী ১দী মংগী নীংখিবা পোৎয়োনফম

লৈ। মখোয়না শেনগী ঈ চুপতুনা লৈ। ইম্ফালদা ওক্তবীগী শং লৈতে অহুবু মশক থংদবী ওক্তবীশিংনা য়াই চাই। অহুনা অম্বী চৎচবীশিংবুম্নু ওক্তবী ওইনা থম্মে, নৎত্তবা লমচৎ কয়া হৌরুই, ওইরমদহুনা থংনৈ। কাংবু নাইনৈ। মৈ থাই। শাওই, অচুম অয়ান খিপৎতনা মী পংকা কাই। কেশ তৌই। লমচৎ নাইনরক্তে।

অমুয়া অপীকপা কোমুংসিদা নোংম নোংমগী লমচৎ মাংথরক্লীবসি লৈশাক পায়রিবশিংগী ময়াম নত্তনা কনাগীমু নত্রবনী।

# ৩ থাদা অনি অহুম্লক ফোঙ্‌বা চেকোঙ্‌

## (১)

## ঙসি

( থাথায়দা কোঙ্‌বা )

চেকোঙ্‌গী মরমদা—

থাংবায়দা কোঙ্‌বা "ঙসি" চেকোঙ্‌ ১৯৪৬ ইংদা শ্রীকৈশামে কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদক ওইহুনা কৈশামথোং চিত্রাঙ্গদা প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌহুনা কোঙলম্বা চেকোঙ্‌নি। চেকোং অসিগী কপি অমগী ময়ল মথায়তনি।

সম্পাদকী মরমদা—

থাথায়গী চেকোঙ্‌ "ঙসি"গী সম্পাদক শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহগী মরমদা নিত্তিগী কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌ "ঙসি"গী মঙাংদা উজখরে। অহু পাবিগনি।

সম্পাদকী য়ারোল —

২বা চহি, ৫বা মশীং
ইরাই. তাং ২০ জুন ১৯৪৭ ইং

মণিপুরগি অরুবা মতম

হৌজিক অসি মণিপুরগি অরুবা তাঙকমনী। অসীগুম্বা মতম থসী শ্রীযুৎ মহারাজ অমসুং স্বদেশপ্রেমী পুন্নমক্না পুক্নিং লৌচিং অমত্তু ওইনা য়াইফগদবা লম্বী যেংবিদবা য়াত্রবা মতমনী।

ভারত্তা ভাইসরোই অনী, বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবতা গবর্ণর অনী অনী লৈররগনী। মাসি ৩ জুনদা ভাইসরোইনা পীখিবা প্ল্যান অহূগী মতুং ইন্না খোক্কদৌরি। ভারতনা পূর্ণ স্বরাজ তানবনি। অহূবু ডোমিনিয়ন ষ্টেটস্‌ ওইনা লৌবদা হিন্দু অমসুং পাঙলশিংনা মরোঙ অমা ওইনা লোরি। মমাঙথৈদা ভারত্তা হাঙ্গৈরিবা ডোমিনিয়ন ষ্টেটস্‌ অসী বৃটিশনা পীগে হাঙ্গৈরম্বনী; মতম অহূদা মহাত্মাজী-মক্না য়াবিরমত্রগা কুমশি জুনগী প্ল্যান লৌশিনবগি মরমদৌ ইন্টে-রিম প্যারিয়ডকি দমক ( মতম থরগীদমক ) ওইবননী।

মতম অসিদা ভারতকি নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগি য়া অমা য়াম্না কন্না লাকুরি। মহূদৌ ১৯৪৬ মে ১৬ কি বৃটিশ কেবিনেট মিশন প্ল্যানদগী খুদোং চাবা লৌহূনা নিংথৌশিংনা ভারতকি গনপরিষদতা য়াওরোই, তোঙান্না মনীং তৌনা পানগনি হাই-নবসু য়াওরক্নি। মাহূদৌ— ভোপাল, কাশ্মীর, ত্রিবাঙ্কুর অমসুং হায়দ্রাবাদনচিংবা। মাসিনা ভারতকি পূর্ণ স্বাধীনতা কংনবগী অকায়বনী। অমরোমদা ষ্টেটশিং অসীগিনহূম থাইদগী হেন্না অমাঙবা ওইগনী। তুম্বা খোংবা তারগা মহূ পুবা লীন্না মহামকপু কাউ-জখিহূনা জগোই শাবগুম কাশ্মীরগি নিংথৌসু ভারতবাসীনি হাঙ্গৈবা কাউরি।

বৃটিশকি কাংচুপকি মৈথুনা ধ্‌ মজালগুম্না রোমথিবনা

অঙাওবা কনবা লাইয়েংবা মাইববু অঙাওবনা কু:গ হোংনবগুম— ওল ইন্দিয়া ষ্টেট পিপলস কনফারেন্সকি প্রেসিডেন্ট সৈখ মহম্মদ আবদুল্লাবু কাশ্মীরগি গবর্ণমেন্টনা কাহনা জেলদা থমলি, অদুগা অতৈ দেশবাসী কয়াবুমু সুংশিং শেংত্রব অরুম হৌগল্লবা মফমদা কাহনা থল্লি। মখোইবু বিনাসর্ত্তদা থাদোক্লবা, সিভিল লিবার্টি পীননবা এ. আই. এস. পি. কনফারেন্সকি ষ্টেণ্ডিং কমিটিনা করা দাবী তৌরি। অদুগা প্রজাশিংবু থোকপা য়াবা অথু-অকাই কয়াগিদমক কাংবু শেমগৎনা খুৎকউ শেনগদবনি হায়বদী— আন্দো-লনগিদমক শেম শারগদবনী হায়না প্রস্তাব তৌরি।

(১) হৌজিক মণিপুর অসী ষ্টেট অমনী।

(২) ইনিংথৌনা প্রতিনিধি থাননবগি মৌহুৎ থনবিবা উত্রি।

(৩) মণিপুরদী কিলা ১ গি মসুংদা ভোঙানবা জাতি কয়ামুক্তা লোয়্নননা ভারত অমসুং বর্ম্মা অনীগি মরক্তা লৈরি।

(৪) মণিপুরগি কনষ্টিট্যুশনদী শেম্বা লোইশ্রে, অদুবু মাহুগি অফিসিয়েল এনাউন্সমেণ্ট হৌজিক ফাওবা উত্রি।

(৫) মহারাজনা মণিপুরবু করম্না শেম্বিনীংবনো ?

(৬) শ্রীযুৎকি সনানাক্তা থোগল তৌরিবা কাঙবুনা শ্রীযুৎ অমসুং লৈবাক্কি ফননবা রাথল তৌদনা মরম্নাইগিভা য়েংবিরিবা করিগীনো ?

অসিনচিংবা রাহং কয়ানা মণিপুর অসী শীনবা থুংনা নিরম্রি। হৌজিক মণিপুরগি ষ্টেট কংগ্রেসনা পামলি, মাহুদী— স্বাধীন ভারতা স্বাধীন মণিপুরনা য়াওবা। মাওগি অমসুং তুংগি রাথল

তৌরিবা প্রজা পুন্নমকনা অসোঙবা দাবী অসীবু সমর্থন তৌরি। শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বরনসু পাম্বিন্নমগনী নীংজৈ। অদুবু শ্রীযুৎনা যা য়াথং তাকপিবদা লোংম ২ গি মতম হৌজিক্তকপনা হৌজিক প্রজা-শিংনা য়াথল তৌনরক্লি — নয়াদিল্লীদা এ, আই, এস, পি, গি ষ্টেণ্ডিং কমিটিনা তাং ১৩ জুনগী অয়ুক্তা লৌখৎখিবা প্রস্তাব "......The people of the States to be vigilant and be prepared for all contingencies" হায়বদি— ষ্টেটকি প্রজাশিংনা থুনমক থোক্লগদবা খুদোং থীবশিংগি দমক খুৎলিংহনা শেম শারগদবনি হায়বসি মণিপুরী প্রজা ঐখোইবুন্নরা !

অসুমনা অয়ানবা য়াথল তৌনরিবসি "অয়ানবনি" হায়না তাকপিগদবদি অতোবা কনাগিসু মতীক লৈত্রে— প্রজা কনাগি মথোসু ওইদ্রি ; সুপ্না ইনিংথোতনা মাসিগি শক্তি অসী ওইবিরি।

হৌজিক ভারতকি ষ্টেট অতৈনা লুবদা নিংথৌ কত্তবা অমসুং মরীল লৈতবনা লুবনি ; মণিপুগিদী লৈকম কত্তবা অমসুং প্রজাশিংগি মরক্তা খুরককি য়ৈনালাইশাবা য়াওবা। হায়বদী চীংগা তমগনা শারিবা লৈবাক মণিপুর অসীবু চীং-তম থাইদোকনবা পামহল্লবা. মরমসু চাদনা মতীকসু লৈতনা মণিপুরবু কবোদা থাজনবা হোৎনরমহনা য়েংনবা গুপা কৌরম্বা অসিনচিংবা।

অহনা মণিপুরগী অরুবা তানকম অসিদগি কোকননবা হোৎন-বিগদবা ১সুং শক্তি অদু পায়বিরিবদী শ্রীযুৎ মহারাজতনী। প্রজা-শিংগি য়াইকনবা হোৎনবিবদা শ্রীযুৎকি য়াইকবা অসী থোকহন-বিনবা সনা মিৎয়েং চিংশিনজবতনি।

মৈতৈগী লিংজেন, থৌনা, পাজল মৈতৈ ঐখোয়তনা খঙকম থোকই। মণিপুরদী মীথা পোনথিবা কুইত্রিবগি হৌন্নরা 'অহিংসা' লীজিবু গাকমা হল্পা অসী য়ানা থোককনী। হায়বদী পাজল অমসুং লোশিং চাং. য়েংনবী মরুপ শাক্সবা অমসুং-মাইশেন ওইরবগী

রাজীবু কোং ২ শানা তারি। অসীগুম্বা পাঞ্জল অমস্থং চাং য়েংন-নবনা মতম অহুগি মুপামচা ওইবা থামরম্বনা করিগুম্বা লৈবাক্কি আন্দোলন থোক্লকপা তারবদা শোঈদনা হিংসা য়াম্বরক্কনি হাঈ-বদা চিংনেকম লৈতে। মাসী কনাবুম্বু কিহনবগি রা মচ্ছদে, থোক্লবা তাবা রাকম অহুত পঞ্জরুবনি। অসিগুম্বা মতমদা ষ্টেট কংগ্রেসনা থাম্ব ভমগনি থাজদে হাঈবম্বু শ্রীযুক্ত কৃষ্ণমোহন সিংহন উৎখ্রিবা অহুনী। অহুবু মাসিগি ফলাফলদা শ্রীযুৎকী ম্লাখুংতা লৈরি।

(২)

# খোঞ্জেল

( ত্রিপুরা রাজ্যগী থাখায়দা কোঙ্‌বা চে )

চেকোঙ্‌গী মরমদা—

"খোঞ্জেল" ত্রিপুরাগী থাখায়দা কোঙ্‌বা মৈতৈরোনগী চেকোঙ্‌নি। চেকোঙ্‌ অসি ১৯৪৭ ইংগী আগষ্টগী তাং ৩ দা ৺নিংথেম শ্রীমাধবজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইহুনা ত্রিপুরাগী কোম্মুং আগর-তলাগী সাকিয়া প্রেসতগী মৌলবী নাজু মিয়ানা ছাপা তৌহুনা কোঙ্‌লম্বনি। চেকোঙ্‌ অমগী মমল আনা অমনি। চেকোঙ্‌ অসি চহি থরা লৈবাকী সেবা তৌরমই। ত্রিপুরা লৈবাক্তগী কোঙ্‌বা মৈতৈরোনগী চেকোঙ্‌শিংগী মহুংদা ৺নিংথেম মাধবজিৎনা কোঙ্‌লম্বা চেকোঙ্‌ "খোঞ্জেল" মা ইহান হানবনি।

সম্পাদকী মরমদা—

"খোঞ্জেল" গী সম্পাদক ৺নিংথেম মাধবজিৎ সিংহ লৈবাক্লা লকখঙ্‌বা, ত্রিপুরাদা লৈবা মৈতৈ মচাশিংগী ফিবম চাওথংনবা হোৎনজরম্বা অহুগুম্বা সমাজ সেবী নিমজ। মহাক্লা "খোঞ্জেল" হায়রিবা মৈতৈরোনগী থাখায়গী চেকোঙ্‌ অসি চাং নাইনা থাপ্রবা

ত্রিপুরা (তখেল লৈবাক) তা কোঙ্লখা অসি য়াম্না থাগৎ-নিংঙাইনি। লাইবক থিবদি হায়রিবা সমাজ সেবী অসি হুইনা চিক্তুনা সংসার অসিদগী মতম কুইনগী দমক্তা বিদায় লৌখি। মহাক্না মপুং মতম চাদনা লৈথিদবা অসি মৈতৈ সমাজগী থোই-দোক্না ত্রিপুরাদা লৈবা মৈতৈশিংগী শিংগৎপদা রারগদবা অমাংবনি।

সম্পাদকী রারোল—

আগরতলা, ইঙেল তারিখ ৩১
নোংমাইজিং, ১৩৫৭ ত্রিং
১৭ ই আগষ্ট ১৯৪৭ ইং
১বা চহি. ২বা মশীং

য়াকায়রোল

মহৌদগি হৌহুন তাইবং পানসিগ মী হায়বসি ফুরুপ্ সিংলুপ্ নাইনহুন লৈমিন্নরক্লিবনি। মতু মচা লোয়নন ময়ুম্ পানুব, সাগৈ, সিংলুপ, সমাজ পঞ্চাইৎ, লৈপাক্ অসিগুম্ব ফুরুপ্ ময়ামসি মহুদগি থোক্লক্লিবনি। ফুরুপ্ অচৌব মচা থায়ন ফুরুপ্ ফুরুপ্হুগি চিন্জাক্ তানুবনচিংব মহোয় মহোয়গি কানব থবক্ পাংনব লুচিংব মকোক্ অমমম্ হাপ্নরকই। অমুমন য়ুমগি অহনুন য়ুমগি পিবান শাগৈগি, ব্যবস্থা কারিন সমাজকি, নিংথৌন লৈপাক্কি মকোক্ ওয়নহুন মীরমলেনসি পালক্নরিবনি। মকোক্ মকোক্সিংসিন ফুরুপ্ ফুরুপ্হুগি অক-কত্তা য়েংই ঙাকই, তৌইগুম্বমুং থোরক্ থোরক্প থৌদো মওং মতুং ইন্ন ফুরুপ্কি মীসিংগ তান্নহুনা থবক পুনরকই, মীসিংহুনমু মকোক্কী মীসিংন ওয়নরম্মি। লুচিংব মকোক্সিংহুনসু মহোয়দি ফুরুপকি মীয়াম-হুগী প্রতিনিধি হায়বদি মহোয়গি থবক্ শিন্নবা, পুনবা, থনগৎপ, অঙম্বমীতনি হায়ন নিংনরম্মি। মতম্ কুইন অম্নমৃত্তোন সিন্নহুন চৎলক্পদগি মকোকসিংহুবু মীয়ামন নিংব চানুব হেন্নকতুন, মী-

য়ামসি হুন রানিংদব, মথৌ নাম্বোক্ সিংমররকপদগি লুচিংব মকোক-সিংহুগি মখূৎত থবক্ অপুম থাদোক্প সিমরক্প য়াউরক্ই। লুচিংবসিংহুন থৈব সিংব হেন্লক্তুন মত্তিক্ মগুণ চাউব হেন্-লক্তুনমু ফুরুপ্কি মীসিংহুবু রাওয় থৌওয়বিরক্ত্রদন মনিং মথা ভৌন পান্বসি চৎনব হৌথি। প্রজারোম্গি অরাৎপ অনংবসি য়াম্সিল্লকপ হেন্জিল্লক্প অমরোম্দন নিংথৌন মহোয়গি মপুক্নিং থুংহন্বিব ওমলক্ত্রব মরম্দগি মহৈ মহৈ হুংঙাইনকত্তব য়াউরক্ই। নিংথৌগি থোদোক্ছ প্রজাগি মহুংদ য়ানিংঙক্তব য়াউরক্ই। প্রজান নিংনব য়াউরকই নিংথৌন মহোয়বু মচা মনাইনি হায়ন নিংবিদবদগী, নত্তরগ মপাং পাংদব, মথৌরাং হৈত্তব মরম্ন প্রজান নংইবনি। লৈপাক্ পুবসি প্রজান নিংব, পাম থুংনব পুবিরবদি মসি থোক্লোয়দবনি। মহুমন হুংঙাইনদব পোক্থিবদগি য়েংথিনবা য়াউরকই। অত্থদগি লৈপাক্ পুবসি নিংথৌবু মনিং মথা ভৌন পুহন্দন প্রজায়াউন চংহুন পুবসি লেপ্-নব য়াউরক্ই। মহুম্ ভৌবদগি প্রজান থরথর ভৌহুন তান্-সিনলক্তুন লৈপাকসি প্রজাগি মথুং চনথিব য়াউই। করি করি করিগুম লৈপাক্তদি নিংথৌ থুবমসি পুম্লো লোথোক্তুন প্রজান মহোয়গি মরক্তগি অঙম মী খন্গংতুন চহি মতাং কক্-তুন মতম্ মতম্হুগিদমক্ লৈপাক্ পুবা কম্ পিনব হৌথি। মরম্ অসিদগি হৌজিক্তি নিংথৌ পান্ব লৈপাক্সি য়াম্সিলক্ত্রে। নিংথৌ পান্ব লৈপাক্সিংসিমু প্রজাগি রা লোহুনা লৈপাক্ পুনব য়ারক্ত্রে। তৌইগুমম্মুং পান্লিবা লৈপাক্ ময়াম্সিমু মহোয় মহোয়গি মনিং ভৌন পানব য়ারক্ত্রে। মসিন লৈপাক্ অমগি পান্বগি হিরম্ লেপ্নবদ অতৈ অতৈ লৈপাক্কি পোইরৈ ইরাং য়েংহুন লেপ্নদব য়ারক্ত্রে। চম্মক্ত হৌগ্রীব লানজাউ-সিদগি লৈপাক্ পান্বগি ( নিংথৌ পান্ব পাম্মব নায়দন ) হি-

মন্সি ভঙ্গৈখ য়াবমখৈ মানব য়ানব হোৎনবসি থোইদোক্ন কন্-সিন্গ্রে য়াংসিল্লক্লে। মতুগি ইথক্তু ভথেল লৈপাক্তগী চোৎখরে থৈরে। মতুনলী লৈপাকসি নিংথোপান্ব লৈপাক্ ওয়-ভুমথু লৈপাক্সি পানবসি হিরমসি হোংহুন অতৈ অতৈ লৈপাক্ক কিবন্ মানদব য়ারক্ত্রিবসি। হৌজিক্তি অতৈ অতৈ লৈপাক্ তৌন প্রজাগি মরা লৌহুন লৈপাক্দি পুবা তারক্লে।

কিবমসি তারমদায়সিগ মৈতৈ ঐখোয়গী অতৈ অতৈ প্রজাগ মানন হোৎনহৌত্রবদি চংলুত্রবদি মরক্ত কহামাং ওইহুন মা'ব তাগনি হায়বসিগ চিংনকম্ লৈতে। অতৈ অতৈ মীদি মহোয় মহোয়গি অকব ওয়জব খুদোং তারবন মৈচ্রাং পাইনরে। মৈতৈদি ভুম-দগি মিকপ্ফাউব থোক্লত্রিবগি মতৌদ লৈরি। মতৌসি য়েংহুন লৈব য়ারক্ত্রে।

মরম অসিন মৈতৈ মচা ময়ামদ নমায় "খোঞ্জেল" পিক্লব সোরবসিন ভম্মখৈ লাউজরি তাবিনি নিংজহুন :—

থেংদখরেকো য়ামন হুমিং মতাংসি।
লান্থোক্থিংদোরেকো মতম্ লোয়াংসি॥
য়াকায়বিরো হৌগৎপিরো মৈতৈ ও।
মীমামব ভমনব নোম্বিরো পালেম ও॥
মীথাপোম্ লৈবসিদি সিবনি মৈতৈ ও।
মীমানন পান্বদি হিংবনি থংবি ও॥

# ( ৩ )

# মৈত্রবাক

## ( MEITRABAK )

## ( A Trio-Monthly Journal )

চেকোঙ্গী মরমদা—

মৈত্রবাক হায়রিবা চেকোঙ্ অসি থা অমদা অহুমক কোঙ্বা চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি শ্রীমোইরাংথেম নীলকমল সিংহনা সম্পাদক ওইহনা এলাইড নিউজ সার্ভিস, উরিপোক, কাংচুপ রোড, ইম্ফালগী ওইনা মশানা শ্রীপ্রেস, পাউনা বাজার, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা ১৯৬৬ ইংগী নবেম্বর থাদা কোঙ্বনি। চেকোঙ্ অমগী মমল পৈশা ৩০ নি। চেকোঙ্ অসি মতম থরা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"মৈত্রবাক" চেকোঙ্গী সম্পাদক শ্রীমোইরাংথেম নীলকমল সিংহ নহা ওইবা সংবাদসেবী অমনি। মহাক উরিপোক্তা লৈবনি। অপোকপগী মমিং শ্রীমোইরাংথেম দেব সিংহ কৌই। মহাক মতম থরা চেকোঙ্ অসি কোঙহনা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী ৱারোল—

৫ শুবা মশীং
তাং ১। ১২। ৬৬ ইং
শগোলশেন

### ফেমিলি প্লানিঙ্

ফেমিলি প্লানিঙ হায়বগী অর্থদি "Family planning is the planning by the family for the family." ফেমিলি প্লানিঙ্ অসি ইমুং মহুংগী মীশিংনা শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরমনি।

ফেমিলি প্লানিঙগী থাইদগী মরু ওইবা থবক্তি মশা মশাগী ফিভম অমদি শেন থুমগী ফিভম মতুং ইন্না চাবোক ককথবনি। মরমদি কনাগুম্বা নিপা অমা মহাক্কী ইনকমদি মত্তিক চাদবা অত্তগী মচা অসি মশিং য়াম্না পোকপা ত্তারবদি, মহাক্কী অমদি মচাসিংগী অসিভন্সু নওনা সমাজগীসু অমাংবনি। পোক্লিবা অঙাং ময়াম অত্তসু মশা ফবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। ময়াম অসিগী মহুত্তা অককনবা অঙাং থরত্তা ওইরবদি অঙাং খুদিংমক মশা ফরগনি অত্তগা মশা মউ ফরবা অঙাং খুদিংমক য়াথনসু অফবা ওইরগনি অমসুং শেন্নদসু খুদোং চারগনি। ফেমিলি প্লানিঙগী অর্থ অসিনা মীওইববু মচা পোকহন্দবা হায়বা নত্তে। মসিনা ত্তাকপদি চাবোক মশিং ককথবা অমসুং নাওরোল লাওবনা ঐথোয়গী য়ুম্বানগী থৌরাং অমদি লৈবাক্কী সমস্যাদা কয়া য়াম্না ফান্নবগে হায়বা অত্তদি মীপুম ত্তিংনা খংনরে। নাওরোল লাওবা মমা মপাশিংনা চান্নোক নাও-য়োকতসু কয়া করমনা অমদি অঙাংগী মশা মউ ফহন্নবদা থাইদগী মরু ওইরবা মচাক্কী।

ফেমিলি প্লানিঙ অসি কনাগুম্বনা জীব হাৎপনি, মসি পাপকী থবক্কী হায়বা য়াই। অশেংবদি মত্থ নত্তে। ফেমিলি প্লানিঙ্গী নিয়ম অসিদি মরু ত্তান্ত্রিকৈগী মমাংদা মুপা অমদি মুপীগী বীর্যবু মহিক ময়াই চমহন্দুনা মাংহনবনি। ফেমিলি প্লানিঙ্না গর্ভধারণ ওইথ্রবা জীব আত্মাবু মাংহনবা নত্তে। ঙসি মণিপুরগী য়ুম পানবগী থোংদা থোংদারিবা মীওই খুদিংমক্ন। ফেমিলি প্লানিঙ্ অসি মরিক চুম্না পাংথোক্লবদি মশা মশাগী সমাজগী য়াইফ মুং-ঙাইগী সংসার অমা ওইরগনি।

## (৪)
# লাসানী

### ( থাথায়গী চে )

<u>চেকোঙ্‌গী মরমদা—</u>

"লাসানী" থাথায়দা কোঙ্‌বা চেকোঙ্‌নি। লাসানী হায়বা রাহৈ অসি অরিবা লোন্নি অর্থদি লাম্বা লৈতবা ( Matchless ) হায়বনি। শ্রীহট্টদগী থোরকলম্বা শোনি ( Sonney ) না চেকোঙ্‌ অসিগী সম্পাদকনি। চেকোঙ্‌ অসি সিটি প্রেস, পাউনা বাজার, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা ১৯৬৭ ঈংগী অহানবা চয়োলদা কোঙ্‌খি। মতম অদুগী মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রী শ্রীমাইরেম্বম কোইরেং সিংহনা "লাসানী" দা থাবা পাউজেল অমদা অস্নুম্না ইরমই— "লাসানী হায়বা থাথাইগী চে অসি ঐনা মতম থরা পারে মসিদগী ঐঙোন্দা চাওরাক্না থংবদি মণিপুরগী অতৈ লৈরিবা চেশিং অসিদগী তোপ তোপ্না অনৌবা মরোং অমা ওইনা পুথোরকপা উই। সাধারণপ্রজা চন্না থংনিংবা নাগরিকশিংগী যাম্না কান্নবা পিবা ঙমগনি নিংই। চে অসি মতম কুইনা হিংদুনা হিংসা হিংসি অমম্নুং মিচং মিথাই নাইদবা মীপান তাংনিংদবা মীওই কয়া থোরক্নবগী অচৌবা লমজিং অমা ওইগনি।" চেকোঙ্‌ অসি পাউনা বাজারদা লৈবা সিটি প্রেসতা ছাপা তৌদুনা কোঙলম্বনি। কোপী অমগী মমল পৈশা ৩০নি, চহিগী মমল লুপা ৬.৫০, থা তরুক্কী লুপা ৩.৫০, অদুগা থা অহুমগী মমল লুপা ১.৭৫ নি। চেকোঙ্‌ অসি লামাই ১২ পাল্লি। "ঋতু" চে-কোঙ্‌গী ২১ শুবা মশীং নোংজু পাউজেলদা "লাসানী" থাথায়গী চেকোঙ্‌গী বিজ্ঞাপন অমা অস্নুম হায়না কোঙ্‌খি— লাসানীদা এভর-তাইজ তৌবিয়ু। লাসানী দা আর্টিকল ইবীয়ু। লাসানী পাবীয়ু—

মতমগী ইরাং থন্ডননবা। থাথয় থুদিংগী কোড়্বা মৈতৈলোনগী অনৌবা চে।"

সম্পাদককী রারোল—

জুন তাং ৬, ১৯৬৭ কী "ঙসি" খবরগী ইদিটরিয়েল কলমদা ইদিটর মহাশয়না "লাসানী" গী মে তাং ১ গী চেকোংদ য়াওখিবা রাহং পাউখুমগী মতাংদ পিখিবা মত অদু করি লৈবগে হায়রা রারোল অমা লেংল্লিংঙাই ওই। হায়রিবা রাহং পাউখুম অসিগী মতাংদা শ্রীএন, কেরাণী সিংহ চেয়ারমেন অপুনবা নহা-রোল মরুপনা রাকম অসি দৈনিক খবর খরদ লুমিং ৭ নিগী মনুংদা শেংদোক্লবা য়াদে অমসুং মতৌক চাব থবক পাইখৎক্লি অসিমচিংব থমকাগা লোয়নরবা রাহৈ ক্রিটিক অমা ওইবগী গুণ রাংলবা মওংদা কোংথবনি। "ঙসি" ইদিটরিয়েলদ "লাসানী" না ধর্ম্মদ অশোকপা রাকম পল্লে হায়বগী রাকমদ ইথি। ইদিটর অমা ওইনা গুণ রাংলে হায়বা তাকপগী মওংদা রাহং হংলিবা মীওই কাওবা লুপানি নত্রগা লুপীনি চিংনবা পোকই হায়দুনা এটেক তৌবিখি। অদুগা মতাং অসিদ পনগদবা রাকমা অমনা "খংপা" হায়বা রাহৈ অসি পৃথিবীগী দিক্সনারি অমত্তদ হেক পনবদ মপা-মচা ইকাইনবা রাকমনি হায়না অর্থ হনবা ঐথোয়না থেংনদে। "রাধানা কৃষ্ণদত থংচবনি" হায়বসিনা কদায় কাওবা হিন্দু ধর্ম্মদা এটেক তৌরিবা ? ইখন খম্বদনা ঙাংবা রাঙাং দেমোক্রেটিক ওইবা মওং ওইবা য়াগনি থাজদে। লাসানীনা লাক্লবা য়াই নত্রগা চুক্লবা য়াই অদুমকপু মমাংঙৈগী সংসারদা মীয়াম চংদুনা অমদা তুংদুম থাদুনা হাংপগী নীতি অদু কুনগুবা শন্তাবাদদি কাওথোকমল্ল-মাল্লে থক্লে। অরোয়বদ মৈতৈগী ওইবা মৈতৈগী করিগুম্বা অমা পুথোকচবদ উৎসাহগী মীংয়েংদ পুন্নিয়ু হায়জরি।

## (৫)

# ভারত ইমা

## The Bharat Ima

( অরাং নোংপোক ভারতকী লুচিংবা মহানগরগী মণিপুরী-ইংরাজী থাথায় চেকোঙ্‌ )

চেকোঙ্‌গী মরমদা—

"ভারত ইমা" — থাথায়গী মণিপুরী ইংরাজী চেকোঙ্‌ অসি শ্রীধুম্ররায়না গীতা আর্ট প্রেস, গৌহাটি-১১ দা ছাপা তৌরগা টেমপল ঘাট, গৌহাটি-১২ দগী ১৯৭৫ ইংগী এপ্রিলগী তাং ২৫ দা ফোঙ্‌বা হৌখি। চেকোঙ্‌ অসি নিউদিল্লীদা লৈবা রেজিষ্ট্রার অফ নিউজ পেপারস্‌না তাং ৩১।১।৭৫ ইংগী নম্বর ২২, ৭, ৭৫ এন/টি শুবদা রেজিষ্টার তৌরকখিবনি। শ্রীধুম্ররায়না চেকোঙ্‌, অসিগী মরৌদা তাং ১৭।৭।৭৫ ইংদা "মৈতৈ-চেকোঙ্‌" গী সম্পাদকতা ইরকপা চিঠিদা অসুম্না হায়রি— "নহাগী থবক অসি চহী ছুমফু মথক ঐনা ওমগনি হায়দুনা পায়খচবা নত্তে। চক্রারূঢ়বৎ মায়য়া, সংসার চক্রগী ইরৈদা নাপী মকাগী মওঙ্‌দা কোয়রৈ লৈজবনি। মহৈদি, মহাবলিগী মপুক্রংদা চাং অমদা চৎপা ( regular ওইবা ) ওমজদ্রু। ভারত ইমাগী অশোনবা অরাংপা নুংশিবিত্তুনা ওাকপিগনি।" "ভারত ইমা" গী শেনথায় চহিদা লুপা ১০,০০, থা তরুক্তা লুপা ৫.০০ থা অহুমদা লুপা ৩.০০ অহুগা কোপি অমগী পৈশা ৪০ নি।

সম্পাদকী মরমদা—

"ভারত ইমা" গী সম্পাদক শ্রীধুম্র রায় আই. আর, এস, ( ইণ্ডিয়ান রেলওয়ে সার্ভিস ) গী অফিসার অমা ওইদুনা কলিকতানচিংবা মকম কয়াদা রেলওয়েগী সার্ভিস তৌরমই। সার্ভিস

থোরিবৈদা কলিকতাদগী ফোঙবা "নহারোল" নচিংবা মৈতৈরোনগী চেকোঙ্শিংদা মমল য়াম্লবা আর্টিকল য়াম্লা ইথি। মহাক্না "লোমীগী ঈশৈ" হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অমা ইহনা ফোঙ্খি। মহাক রেলওয়ে সার্ভিসতগী পেন্সন লৌহনা পোৎথারগা গৌহাটিগী টেম্পলঘাট, মালিগাঁওদা মরনাই ইল্লোলদা ময়ুম শাহনা লৈরে। মহাক্না ১৯৭৫ ইংদা "ভারত ইমা" কৌবা মৈতৈরোল/ইংরাজীগী থাথায়গী চেকোঙ্ গৌহাটিদগী চাং নাইনা ফোঙ্হনা চহী মরী-রোম লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। মিৎ উরক্তবনা মরম ওইহনা "ভারত ইমা" ফোঙ্বা লেপ্পা তাথি।

<u>সম্পাদকী রারোল</u>—

ভোলুম ১ মশীং ১
গুরাহাটী, ইরাই
এপ্রিল ২৫, ১৯৭৫ ইং

সুমিৎ-থা উজবা

ঙসিগী সুমিৎ ভারত—ইমা সুমিৎ·থা— উজরে। পাক চাউরবা তাইবঙ মালেমদা ঐখোয় হিংজনীঙই— মশীঙ য়ামলবা, অপীকপা, অচৌবা, ঐখোয়গা খোঙচৎ তিন্নবিরিবা থায় অতৈশিংগা লোয়নহনা। ঐখোয়না ঙমজবা মরোঙদা তাইবঙমী— পুন্নমক্তা সেবা তৌজনীঙই। বর্ণ, বিশ্বাস, ধর্ম, জাতি, লোল, হুপী হুপা, অসিনাচিংবা করি অমত্তনা অপনবা লৈহনদহনা। মী-ওইবগী রাখল পুবতা ঐখোয়গী ধর্ম ওইজ্ঞে। সুবিচার মীচং মীথাই নাইদবা নীঙতম চৎপা, মীগা মীগা খেন্নদবা, ইচিনাউ ভাব পুমিনবা,— মসিনা ঐখোয়গী নীতি-খোল্লাউনি। চৎপা লেপ্তবনা ঐখোয়গী থৌজীন পহৌ-নি। থায়দগী হেননা অশোনবা মীগী রাইফবা, চাওখৎকিবম ওইবা— মাহনা ঐখোয়গী পান্দমনি। তশেংবা, সভ্যতাগী মঙ্গান-লৈনা, নমজা নমথেক লৈতবা পুনশীগী রাজনীতি নত্তবা ঐখোয়গী

রাজনীতি অতৌ লৈজগে। ইচম চম্বা চৌঙাক, লৈকম, যুম, খিজেৎ, ফিকা অমসুং সুবঙমশিংবা পুন্নমক্তা থবক — মসিগী ভাগ্যরুগ্রবা পোক্লিং অসিগী অর্থনীতি নত্তবা ঐখোয়গী অর্থনীতি অতোপ্পা লৈজগে। অমোং লমচৎ, ঐখগদবা অমসুং অরাপ্লমচৎ, —মসিশিং নত্তবা ঐখোয়গী য়েন্নবা লৈতে। অপুন্বগীদমক য়াইক রাখলপুবা, মরুপ অমসুং য়েন্নবগীস্মু মায়োক্তা কত্ত-রাখল থম্নদবা, — মসি ঐখোয়গী থবক্লি। অকা অপুন লৈতনা পুন্নমক হিংশস্মু, হিংমিন-নশস্মু— মসিমক্তবু ঐখোয়না পামজবনি। জয় জগৎ।

# ৪ থাদা ফোঙ্বা চেকোঙ্

## (১)

## মাসিক
## জাগরণ

<u>চেকোঙ্গী মরমদা—</u>

"মাসিক জাগরণ" শ্রীঅর্জুনসিংহ বি, এল, না সম্পাদক ওইদুনা শ্রীপারিজাত সিংহ অমসুং শ্রীরামকৃষ্ণ সিংহ অনিনা সহকারী সম্পাদক ওইদুনা ইসলামিয়া প্রেস, সিলেট ( হৌজিক্তা বাংলাদেশগী মনুং চনথবা ) তা শ্রীনিত্যাইচাঁদ সিংহনা ছাপা তৌরগা ১৯২৪ ইংদা হায়বদি ১৩৩১ সনগী মাঘ থাদা মাছিমপুর, শ্রীহট্টদা ফোঙলম্নি। চেকোঙ্ অসিগী রেজিষ্টর নম্বর সি, ১০০২ নি। চেকোঙ্ অসিগী মথুমদা ইরি — "উত্তিষ্ঠত, জাগ্রত, প্রাপ্যবরান্ নিবোধত!" চেকোঙ্ অসি বাঙালাক্কী থা থাগী অহানবা চয়োলদা ফোঙ্লম্লই। চেকোঙ্ অসিদা বাঙালা অমসুং মৈতৈরোন নত্তনা অতোপ্পা লোনগী রারেং-শৈরেং ফোঙ্বা য়ারমদে, তৌবদি সংস্কৃতকী শ্লোক কয়না-বচিংবদি ফোঙ্বা য়ারমই। চেকোঙ্ অসিগী ওত্তবা মসীংদা শ্রীহট্টদা

তজা ওইবা শ্রীললিত মোহন সিংহগী মৈতৈরোনদা ইবা "মৈতৈলোন" হায়বা রারেং অমথক্তুং য়াওরি। বাঙ্গালা অমসুং মৈতৈরোনগী খাগী চেকোঙ.দি মণিপুর অমসুং মণিপুরগী মপান্দা কোঙ.বা চেকোঙ.- শিংগী মনুংদা মসিনা মঙালে। কপি অমগী মমল সিকিতনি, থা তরুক্কী চাঁদা লুপা অমগা মথায়নি অহুগা চহিগীনা লুপা অহুমনি।

সম্পাদকী মরমদা—

"মাসিক জাগরণ" গী সম্পাদক শ্রীঅর্জ্জুন সিংহ বি, এল অমসুং সহকারী সম্পাদকশিং শ্রীপারিজাত সিংহ অমসুং শ্রীরামকৃষ্ণ সিংহ মতম অহুগী লাইরিক হৈবা অমসুং মণিপুরগী মপান্দা বিষ্ণু-প্রিয়া অমসুং মৈতৈগী চাওখৎনবা হোৎনজবা অহুগুম্বা মীশকশিংনি।

সম্পাদকী রারোল—

১বা চহী, ৩ শুবা মশীং

চৈত্র ১৩৩১ সন

সম্পাদকীয় ( বাংলা )

গত মার্চ্চ মাসে তনুবাবুর বাড়ীতে কাছাড়ের প্রথিত-নামা সুবাদার খেলেন্দ্র সিংহের সভাপতিত্বে একটি সভার অধিবেশন হইয়া গিয়াছে। সভায় দেশী বিদেশী ও গণ্যমান্য লোক উপস্থিত ছিলেন। প্রথমেই শিলচরের মৈতৈ লৈমার প্রস্তাব উত্থাপিত করিবার জন্য তনুবাবুকে অনুরোধ করা হইয়াছিল, কিন্তু তিনি মহেন্দ্র-বাবুর নিকটই এই ভার প্রদান করেন। বক্তা জাগরণের উৎপত্তির কারণ ও উদ্দেশ্য সংক্ষেপে বিবৃত করিয়া পত্রিকার ভাষা সম্বন্ধে সমালোচনা করেন। মৈতৈ ভাষায় প্রবন্ধ লেখকের সংখ্যা অত্যন্ত কম এবং বিষ্ণুপ্রিয়াদের মধ্যে মৈতৈলোন বুঝিতে পারে এমন লোকও আবার কম — বিশেষতঃ জাগরণের অধিকাংশ গ্রাহকই বিষ্ণুপ্রিয়া বলিয়া আপাততঃ মৈতৈ ও বাঙ্গালী ভাষায় পত্রিকা চলিতে থাকিবে এবং মৈতৈ প্রবন্ধের বৃদ্ধির সহিত ও শিক্ষিত বিষ্ণু-

প্রিয়াদের জাতীয় ভাষার জ্ঞান বৃদ্ধির সহিত উক্ত ভাষা বাঙ্গালার স্থান অধিকার করিবে। বর্ত্তমানে দলাদলি প্রভৃতি নানা কারণে আমাদের সমাজ ছিন্ন বিচ্ছিন্ন ও বিক্ষিপ্ত বিশেষত: পরাধীনতার দরুণ "ভাই ভাই ঠাঁই ঠাঁই" হইতে আরম্ভ করিয়াছি। এমতাবস্থায় জাতীয় আন্দোলনের প্রারম্ভেই এই বিষয় নিয়া মৈতৈ ভাষাভাষী ও বিষ্ণুপ্রিয়াদের মধ্যে একটা রেষারেষি অবিশ্বাসের সৃষ্টি করিয়া মৈতৈ লৈমা প্রকাশ করতঃ জাতীয় উন্নতির মূল একতাকে বিনষ্ট করা কিছুতেই সমীচীন নহে। জাগরণের ভাষা যখন ভবিষ্যতে সম্পূর্ণ মৈতৈ হইবে. তখন উক্ত ভাষায় লিখিত মৈতৈলৈমার আবশ্যকতা যে কি — বুঝিতে পরিতেছি না। আমাদের প্রতি কাছাড়ের মৈতৈ ভাষাভাষী ভাইরা কি কতটুকু বিশ্বাস করিতে পরিতেছেন না ?

## ( ২ )

## য়াকাইরোল

চেফোঙ্গী মরমদা—

"য়াকাইরোল" মণিপুরদা ফোঙ্বা মৈতৈরোনগী ইহান হানবা থাগী চেফোঙ্নি। চেফোঙ্ অসিগী সম্পাদকতি ডাঃ নিংথৌজম লৈরেন সিংহনি। চেফোঙ্ অসিগী অহানবা চহিগী অহানবা মশীং ১৯৩০ ইংগী অক্টোবর থাদা ডাঃ লৈরেন সিংহ মশামক্না নূতন বাজার, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা ফোঙ্থিবনি। চেফোঙ্সিগী চহিগী শেনথায লুপা ৩ নি। কোপী অমগী মমল আনা মঙানি। অহানবা চেফোঙ্ মথুন থারগা লামাই নিকু পাল্লি। অহানবা চেফোঙ্ অসিদা য়াওরিবা শৈরে "শ্রীশ্রীসরস্বতীবু থুরুমজবা" শ্রীনবদ্বীপচন্দ্র সিংহনা ইবনি," "ঐ" হায়বা শৈরেং অমা শ্রীযুমজাও সিংহনা, "তোবান হুমক্রু" হায়বা শৈরেং খাইরাকপম গিরি সিংহনা, "হকচাং ফনবা

লাঈগা" লৈরেন সিংহনা, "ঐগী অমসুং থরাইগি" হায়বা লৈরেং শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মানা. "ব্রহ্মচার্য্য করিনো" হায়বা রারেং চন্দ্রহাস সিংহনা, "মরুপ" লৈরেন সিংহনা "রারী" সর্ব্বজিৎ সিংহনা, "হি-গাইরা" শ্রীললিত সিংহনা " আর্য্যগী পোক্লকম মরু" ললিতা শর্ম্মানা ইরমই। "বিদ্যা ও অন্ন সমস্যা" হায়বা বাংলাগী রারেং অমা শ্রীযুগলহরি চট্টোপাধ্যায়না অহুগা "Poireiton" হায়বা ইংরাজীগী রারেং অমসু শ্রীযুমজাও সিংহনা ইবা য়াওরি।

সম্পাদকী মরমদা—

"য়াকাইরোল" গী সম্পাদক ডাক্তর নিংথৌজম লৈরেন সিংহ শকাব্দ ১৮১৫ গী কাইরেন থাদা পোকই। অপোকপগী মমিং জামাদার দামু সিংহ অহুগা অপোকপীগী মনিংনা লাইরেনলাকপম লৈপাকলৈমা দেবী কৌই। পিকলিভৈদা লুথা ওইনা মমানা মামগী ময়ুমদা য়োকলমই। অঙাং ওইনা মিংশিংনা হোরকই। হায়স্কুলদা তম্লিভৈদা মহাকী হৈ-শিংবা উহুনা মতম অহুগী সরকারনা মহাকপু ডাক্তর তম্বা ডিব্রুগড়দা থারমই। মহাক ১৯১৭ ইংদা বেরী হোয়াইট মেডিকেল স্কুলদগী এল, এম, পি, ( L M. P. ) পাস তৌখি। মতুদগী হৌনা মহাকপু লৈপাক্লা শক খঙবা হৌখি অমসুং ডাক্তর লৈরেন হায়না কাওরকই। মহাক ১৯১৮ ইংদা ষ্টেট সার্ভিসতা চংই। পৃথিবীগী অহানবা লাঙাওদা মহাক গারো লেবর কোরগা লোইননা ফ্রান্স ভান্না লাল চৎপদা লণ্ডেলদা করাচী য়োরবদা মণি-পুরদা খোংজাই লাল হোরে হায়ত্থনা কোথোকত্থনা চহি অহুম একটিভ সার্ভিসতা লৈরমই। থরা লৈরগা ষ্টেট অথোরিটিগা পুক্নিং তিন্নরক্তহনা মহাক ষ্টেটকী সার্ভিস থাদোকখি। মতুদগী হৌনা মহাক প্রজাগী সেবা তৌবা হৌরমই। মণিপুরগী লাইরিক হৈবা মশীং হেঙ্গংহন্নবা মহাক্না লুচিংবা অমা ওইনা চূড়াচাঁদ হায়স্কুল লিংখৎপা য়াওখি। মহাকপু যুমলোম্নবা লৈবাক আসামনা "তরুণ

নেত্তা" হায়বা মিংথোল পিরমই। মহাক্কী পুন্সিগী থবকতি লৈবাক্কী সেবা তৌবনি। সাবালক ভোটনা ইহান হান্না থনখিবা মণিপুরগী মীথলদা বিধান সভাগী সদস্য ওইনা কারক্তুনা ১৯৪৭ ইংদা মণিপুরগী মন্ত্রী ওইরমই। ডাক্তর লৈরেন সিংহ ১৯৭৮ ইংগী অক্টোবরগী তাং ৬ তা সংসার থাদোকখি।

সম্পাদকী ৱারোল—

অহানবা চহি, অক্টোবর ১৯৩০ ইং, অহানবা মশীং

পেপার অসি পারগা য়ামনা কচুনা মী পুন্নমক্কী নিংবা থুংগনি হাঙ্গবগী আশাদি উজদে। জাতিগী অকবা অমসুং ভগাইক্কদবা তৌদবা থবক অমনি হাঙ্গনা থনবিদুনা চাঁদা পিনবিদুনা চে অসিগী maintenance ( থবর পুদুনা ) চৎহনবা ঙমনবা মতেং পাংবিয়ু হাঙ্গনা হঞ্জৎচরি। ছাপা অসি অনৌবা মী ওাক্তনা হোৎনব। মরমনা ময়েকশু নিংথিনা তাদ্রে। মতুংগী চে অসিদা পাবদা মত্তিক চানবা অমসুং ময়েক তানবা হোৎনরক্কে।

## (৩)

## ললিত মঞ্জরী পত্রিকা

( মাসিক মণিপুর )

চেফোঙ্গী মরমদা—

"ললিত মঞ্জরী পত্রিকা" — মণিপুরদা ছাপা তৌদুনা ফোঙ্খিবা থাগী চেফোঙ্শিংগী মনুংদা অনিশুবনি। চেফোঙ্ অসি ৺শ্রীদরেন্দ্রজিৎ সিংহ বি, এ, না ১৯৩৪ ইংগী সেপটেম্বর থাদা চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ৱার্কস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা মথামক্না সম্পাদক

ওইহনা কোঙ্থি। হায়রিবা থাগী চেকোঙ্ অসি সেঠ সূরযমল সরাউগী বরজাতীয়না শ্রীলশ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চূড়াচাঁদ সিংহ সি, বি, ই, ; কে, সি, এস, আই. ভক্তরাজর্ষি. শ্রীকৃষ্ণসেবাবিনোদ, ধর্ম্মপালক, বীরচূড়ামণিগী ম্নাখুত্তা উৎসর্গ তৌরমই। চেকোঙ্ অসিনা চহি মরি মপা লৈবাকী অমস্তুং মণিপুরী সহিত্যগী সেবা তৌরমই। চেকোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমলনা লুপা অহুমতনি।

সম্পাদকী মরমদা—

"ললিত মঞ্জরী পত্রিকা" গী সম্পাদক ৺শ্রীঅরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ স সগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা পোকপনি। অপোকপগী মিংনা ৺অরাম্বম মৈনয় কোই. অপোকপীনা মহারাজ শূরচন্দ্র সিংহগী মজা ইবেম্মা ৺খোমদোনস্না দেবীনি। মহাক মণিপুরী সাহিত্যদা অমস্তুং ড্রামাদা য়াম্না থরাই য়াওবা মীশক অমা ওইরমই। মণিপুরী সাহিত্যদা মমিং চৎলবা মীশক অয়াম্বা মহাক্কী চেকোঙ্ অসিদা থুং থাখিবমক্তনি। মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংগী মপুংদা "মোইরাংথাইবী" ( নাটক ), "ভাগ্যচন্দ্র" ( নাটক ), "কংসবধ" ( কাব্য ) থোইদোক হেন্দোক্না মমিং চৎলি। মহাক্না ইবা রারেং অমস্তুং শৈরেং কয়া মৈতৈরানগী চেকোঙ্শিংদস্ত কোঙ্থি।

সম্পাদকী রারোল—

১বা চহি, ৬শুবা মশীং
ফেব্রুয়ারী ১৯৩৪ ইং

অরাং-নোংপোক ভারতকী
নিংথিজরবা লৈকোন্দা
সনাগী থম্বাল শাৎলকপা

হন্দক মণিপুরেশ্বর মহারাজগী স্না মিংথোল অনৌবনা লৈতেংবা অসিদি মণিপুরী জাতি ঐখোয়গী লাইবক্তা মুক্তা

থিন্দোরকপা হাঙ্গৈবা অহুনি ; ভারতকী জাতি পুম্নমকী মথাংদা ঐখোই মণিপুরীনা ইমাই পাক্না নাপলগা লোইননা লেপপা ঙমজরে। অসিবু কনাগী মপান্ননো ? প্রজা পুম্নমকপু নিংথিনা শাসন তৌবিবা, ঐগী প্রজাগী করি তৌরগা নুঙাইগদগে হাইবা অদোমদা অহিং নুংথিল কাংদনা গনা রাখল তৌবিবা, থাংহৈবা অমসুং নোঙ্খা কনবগা লোইননা প্রজাগী কননবা হোৎনবিবা, হুমিৎ চুপ্পা প্রজাগী রাখলতনা নুঙাইবা ওইবা অমহিক্তি বৃটিশ সরকারগী মকমদা মতিক চাবা সাহায্য তৌবা ইবুঙো মহাক্কী গুণ খিবিক অহু উবদগী তাংনা ফংবা উপাধি অসি ঐখোইগী ইবুঙোদা ভারত সম্রাটনা দান তৌবনি।

শ্রীযুৎ ইবুঙোগী সনা হাক্তকুগী মৈতৈনা লৌশিংগী থোংদা মিৎ পাংই অমসুং চহি খজিক্তুগী মনুংদা ভারত্তা চাওখৎলকপা জাৎ পুমনমক্কী মরক্তা লেপচবা ঙমলে।

হন্দক সনা মিংথোন অনৌবা অসি ফংহুনা শ্রীযুৎনা শ্রীকুণ্ড-দগী লেংথোরকপা হুমিৎ তাং ১৭ জানুয়ারীদা লৈবাক্কী অঙম অথৌপ্রজা পুমনমক তিম্নহুনা গেট অমা চিংমৈরোংদা শারগা মহারাজবু আভ্যর্থনা তৌই। মাহুদা মণিপুরগী প্রজা পুমনমক, মণিপুরদা লৈবা জাৎ পুমনমক লোইনা তিন্দুনা মঙ্গলগা লোইননা শ্রীযুৎপু ওকই। মপু অমসুং মনাই, নিংথৌ অমসুং প্রজা অনিগী মরক্তা করম্না রাংলবা স্বর্গগী ওইরবা প্রেম লৈনবগে হাইবত্থ ঐখোই-না মাহুদা থংবা ঙমই। মবুঙোবু উবদা প্রজাগী নুঙাইবা হরাওজবা অমসুং রাজভক্তি উচ্চরকপা অমহিক্তি মনাইশিং প্রজা ময়াম উবদা শ্রীযুৎকী মোমোন নোকপা সনা মাইথোংদা প্রজাবু নুংশিবিবগী ইচেল অদো তরং তরং চেল্লকপা — মাহু উবদা ঈশ্বরনা তাইবং মী ঐখোইবু শা-উচেকতগী তোঙাম্না শেল্লকইবা অসি করিনীনো হাইবা থংবা ঙমই। মণিপুরী— ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বাঙ্গালী, মাররারী

অমসুং পাঙল প্রজা পুময়মককনা মাগী মাগী ওমজবা অভিনন্দন পত্র অময়ম ইদুনা শ্রীযুৎতা কতুনা পাই অমসুং শ্রীযুৎনা হয়াঙবিবগা লোইননা মাঁছ পুক্লৌং চংনা তাবি।

হুয়িং অহুগী কজবা অহুদি করিদা চাংদমনগনি ? অরাবনি, মনোহর শাই পালা অমথক ( লৈবাককী কনা মচিন তোংবা অহৈ-অশিং ওাক্তনা শেন্না ) তি শ্রীযুৎতা মঙ্গল তৌজবা কংথিগ্রে। পালা অসি পুং ১।। য়োম তাবদগী চিংমৈয়োংদা য়োরকই ; মৈতৈ য়োর্ককী পালা নাক য়েংতা লেংহুনা লৈরিবা লময়াও অহুগী ময়াইদা ইশৈ শকতুনা ধুমবামগা লোইননা নাম শোন্দুনা লৈ। শিল্লাংইবা কাংবুনা হায়বা কয়া থৌশাদনা মথোয়না তৌনিংবা তৌহুনা মৈতৈ পালাগী লেংলিবা সাজ অহু থুগাইরপ তৌনা লময়াও ময়াইদা লেপতুনা ইশৈ শকুনা লৈবনি। সনা জন্মস্থানগী পালা কাংবু অহুদি হাইবা ইন্দবসু তৌদে, অহুগা লেংলিবা পালাশিংগী ময়ক থাইবসু তৌদে ; লিংথিনা মমৈদা লেপতুনা লৈ। ময়াম পুমনমকী অভিনন্দনচিংবহু লোইরবদা সনা জন্মস্থানগী পালা কাংবু অসিদি শ্রীযুৎকী নাক য়োরকতুনা শ্রীযুৎকী মঙ্গল লৈপরেংনচিংবা চাইহুনা হরি সংকীর্ত্তন তৌরগা সনা কোহুং কাওবা কীর্ত্তন তৌহুনা চৎলি। তৌইগুম্বসুং অহানবগী পালা অহুদি অহুম নিংবা থুংথিগ্রে। শ্রীযুৎ সনা খোংনেৎ গাড়ীদা লেংথৎপ্লে অহুগা মথোই অহুনা থরা ইন্দুনা তানথোকপ্রে।

## (৪)
## মৈতৈ মাইবা

চেংকোঙগী মরমদা—

"মৈতৈ মাইবা"— হকচাং শাজেল অমসুং অনাবা

লায়েংবগী মরমদা কোঙ্লম্বা থাগী চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি ১৯৩৮ ইংগী জুলাই থাদা শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা শ্রীজিংজোশম মণি সিংহনা থাবল প্রিন্টিং রার্কস্, উরিং-পোক, ইম্ফালদা হাপা তৌদুনা কোঙ্লম্মি: কপি অমগী মমল আনা অহুমনি, চহি অমগী মমল লুপা অনিনি। থাগী চেকোঙ্ অসিগী অহানবা চহিগী ৩ শুবা মশীংদা সম্পাদকনা ইবা "লাইয়ে—খমোইগী লায়না", শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ এম, এ, বি, এল, না ইবা "মৈতৈ মাইবা". কবিরাজ ৺কীর্ত্তি সিংহনা ইবা "মখল মখা অয়াম্বা অনাবা য়েংনবা উপায় অমসুং পৈশা য়াম্না চংদবা" হায়বা রায়েং, ৺জোশম যোগেন্দ্রজিৎ সিংহগী "ব্রহ্মচার্য্য" নচিংবা য়াওরি।

সম্পাদকী মরমদা—

"মৈতৈ মাইবা" চেকোঙ্গী সম্পাদক শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমনি সিংগী মরমদা লাইরিক অসিগী অহানবা পন্দুপকী (৫) "ঐখোয়গী মণিপুর" চেকোঙ্গী মতাংদা লামাই ১৯—২০ দা ইজখরে। মচু পাবিগনি।

সম্পাদকী য়ায়োল—

অহানবা চহি, ৩ শুবা মশীং
সেপ্টেম্বর ১৯৩৮ ইং

দিসপেনসরী

মৈতৈ লৈবাকপু অসোন অনা লৈহনদনা মশা কবা অকন অথৌগী জাং অমা ওইনা শেম্বিগে নিংবীরবদি নিংথিরবা দিস-পেনসরী থরা লিংখৎপিবা তাই। লুপা লাখ লাখনা খুজিং ওইবা দিসপেনসরীদি পামজরসু মথিক নেম্বনা থা লাম্বম থোকপনা ওইদবনা মৈতৈ মচাগী মতিক চপ চাবা মগুণদি পুন্নমক্তগী পুমহেন হেনবা স্বর্থগী দিসপেনসরী অমা যুমথোং খুদিংগী লিংনবা হজৎচৈ।

মাসিগী খম্বীরবদি অনাবা মশক খংবীরোই। মীওইবগী মপোকস্তা পোকপা জীবনদি হিদাকশিং অসিগা মান্নবা শেম্বদি ওইররোই-দবা হিদাক ওাক্তনি। স্বর্গগী অমৃতদনা শেমলবা মথরাই য়াও-রিবা থুম অমস্তুং ভীটামিন্না থল্লবা হিদাকনি খনবিয়ু। লৌ পরি ১০ দগীনা চুরগী লৌখাইগী হিংগোল অমদা লিংবা য়াই। খম্বীগদবা হিদাকতি হৈ, মনামশিং অনি অসিতনি। চাকথুম চাকথুম্বা লেব-রেতরী ওইগদবনি। মনামশিংগী লৈবাক ওইবনা মাসিগী মগুণদি অয়াম্বনা হেন্না খংবিরীবনিনা হৈগী মরমদা হান্না হাইজগে। অরা-বদি খংজগে তানজবদা খংখিত্রবা মরম খন্নদগী মৈতৈ লৈবাক্তা অয়াম্বনা হৈ চাবা ইহৈ হৈনরকত্রে। অশোন অনা শিগদৌরবা মীদদা হৈ পীজগদবনি। হৈনা লাইনা পোকহল্লি অস্তুম্না খন্নখ্রে। অসিগুম্বা শেরাম্নবা রাখলসি য়াবমথৈ থুনা থাদোকপিবা তাই। মরমদি ইশানা চাং য়েংবদা শেন অমস্তুং মতম চংবা নত্তবনিনা মিৎনা কুপ্পদা অমম্বা কোকপিবা য়াই। হৈগী মরমদা মহাত্মানচিংবগী মত ঐনা হাইজখ্রে। চহি লিশিং লিশিং পুনসিবা যোগী ঋষিশিংগী চীঞ্জাকপু হৈনি। হৈগী ওইনা লৈজবা ভীটামিন 'সি' হাইবসি য়াওত্রবদি ঈনা শেংনা লৈবা ঙমদে। মচা চেনবী, মশা রাইশংদবী, তুবর কুলোসিসনা নাবা, চাওখৎলকইবা অঙাং, শঙ্গোমনা য়োকপা অঙাংদা মখৈ লৈতনা কান্নে। তিনদা হানবা চিনি হাপচিনবা, সলফর চাইরবা অকংবা হৈদি 'সি' য়াওদবনা কয়া থোইনা কান্নদে। য়েংবিয়ু স্বর্গগী দিস্তিলদ রাটর খরাই হিংনবগী মরু ওইনা চংলবা ওক্সিজন হাইবা অসিনা মরু ওইনা য়াওরিবা কান্নরবা সাইত্রস এসিদ, মৌলিক এসিদ, সলফরিক এসিদ, চিনিগী মখল পুন্নমক য়াওরিবা হৈনি। অপৎপা অপুম্বনা অকবা ওইনা লল্লোম্নহনা মীওইবগী হিংননবগী পাঞ্জল ময়েং তাহল্লিবা যুগ অসিগী হু পুন্নমকপু কোক-হনগদবদি হৈদনি। থাইনা মমাংহৈদা চৎনরকপা মতুং ইন্না চাক৷া

তোকলকপদা হৈ চানৈ, সুংদাংস্তু চানৈ। সাহেবতি সুংদাং হৈ চানদে। ঐনা পামজবদি অয়ুক্তা শঙ্গোমগী চন্না অমতং থম্বীবা পামজৈ। চাকচা তোকপদস্ত্র অথুম্বা হাইরপ শিনবা হৈ থন্না চাবিন্নবস্ত্র য়াগনি। অপুম্বা অপৎপা হৈদি থাদোকপীয়ু।

## (৫)

# মণিপুরী মহিলা

## ( মৈতৈ চনু )

## The Manipuri Mahila

## A Monthly Magazine

চেকোঙ্গী মরমদা—

"মণিপুরী মহিলা ( মৈতৈ চনু )" হায়বা থাগী চেকোঙ্ অসি মোইরাংখোম লোক্লাওবুংদা লৈরম্বা ৺শ্রীপুণ্ডম্বম পারিজাৎ সিংহ না সম্পাদক ওইদুনা মোইরাংখোম লোক্লাওবুং প্রেসতা ছাপা তৌদুনা ১৯৩৯ ইংগী ডিসেম্বর থাদা কোঙ্লমই। চেকোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল আনা অনিতনি। মঙাশুবা চেকোঙ্গী মথুমগী মথক ইথং থংবদা "Give me good mothers I will make the world a good nation ( Napoleon )" হায়না ই। মৈতৈ নুপীগী মরমদা ইবা থাগী মৈতৈ চেকোঙ্ "মনিপুরী মহিলা" না ইহান হানবনি।

চেকোঙ্গী মরমদা—

৺শ্রীপুণ্ডম্বম পারিজাৎ সিংহ মোইরাংখোম লোক্লাওবুংদা পোকপনি। মহাক মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবশিংগী মমুংদা শক্লাইবা মীশক অমনি। মহাক "য়াকাইরোল" যুগকী অক্লাওবা মৈতৈরোনগী ল.ইরিক লেংবশিংগী মমুংদা লৈবাক্লা শীংথানরবা

অহুগুম্বা মীশকশিংগী মগুংদা অমনি। মহাক্না লেংলম্বা ",মৈতৈ সাহিত্য" মতম কুইনা মণিপুর সরকারগী স্কুলশিংদা টেক্স্ট বুক ওইনা তম্নরমই। মহাক ৺ডাঃ নিংথৌজম লৈরেন সিংহনা সম্পাদক ওইহুনা ফোঙ্লম্বা "য়াকাইরোল" থাগী চেকোঙ্দা শৈরেং অমস্তুং রারেং কয়া কয়া ইহুনা ফোঙথি। মহাক মশামক্না ১৯৩৯ ইংদা মরনাই প্রেসতা ছাপা তৌহুনা "মণিপুরী মহিলা" ( মৈতৈ চনু ) কৌবা থাগী চেকোঙ্ অসি ফোঙ্লমই। মহাক লাইরিক য়াম্না লেংলমই অমস্তুং ফোঙ্লমই। মহাক্না কোঙ্লম্বা লাইরিকশিং অহুদি মণিপুর ইতিহাস অহানবা ( ১৯১৭ ইং ), অমুবা সিংহ অমস্তুং অতোপ্পা নিপা অমগা মহাক্না পুন্না লেংবা মণিপুর ইতিহাস অনিশুবা, মণিপুরগী পুরাবৃত্ত, হিন্দিলোন তম্বা লাইরিক, ভক্তি অঙ্গ ( মৈতৈগী থোখল্লোন ), দলিল পথাপ ( ইথুংনা ইজহুনা অদালত্ত দরখাস্ত থাবা, চিঠি অমস্তুং শেনপু থুম্বুগী ইবা হৈনবা পাদ্বৈ ), মৈতৈ ঈশৈ ( গ্রাম্যতা দোষ কোক্তুনা অচৌবা রাথম্বা থাবন চোংবনচিংবগী ইশৈ ), নিত্যাচার ( মৈতৈলোন্না হন্দোক্লবা ), রাস পঞ্চাধ্যায় অপিকপা, গোপালসহস্রনাম, কীর্ত্তনিম্না ( মৈতৈ লোন ), অষ্টকাল শরনী পদ্ধতি (মৈতৈলোন) অমস্তুং ধ্রুব লীচৎ— হায়রিবা লাইরিকশিং অসিনি।

সম্পাদকী রারোল—

১বা চহি, ৫বা মশীং
এপ্রিল ১৯৪০ ইং

অনৌবা চহি

ঙসি ৩১ চৈত্র ১৩৪৬ সাল ১৮৬১ শকাব্দ থাংজ হুমিত্তা অরিবা চহিগী বিদায় তৌগে। ঐখোয় ভারতবাসী মণিপুরী পুম্নমকনা অনৌবা চহিবু অভ্যর্থনা তৌরি।

অরিবা চহিনা বিদায় তৌখিবগা লোয়ননা ভারত-মণি-

পুরী অন্যায়, অত্যাচার, অশান্তি পুন্নমকপু দেশবাসী পুন্নমকনা বিদায় তৌরি।

অনৌবা চহিনা লাকপদা অনৌবা যুগকী অনৌবা সভ্যতা লাকলগনি। মধ্য যুগকী রাখল হন্দোক্লমহুনা কুমগুবা শতাব্দীগী সভ্যতাদা দীক্ষা তৌরগনি — শারীরিক, মানসিক, আধ্যাত্মিক উন্নতি ওইরগনি, থাইনগী স্বাধীন হিন্দু-ভারতকী মতমদা লৈরম্বা মীগুম মী পুন্নমকী থম্মোই লুরগনি, ধার্ম্মিক ওইরগনি। মতম অদুগী পবিত্র ওইরবা হাব ভাব অদুগী মথক্তা হৌজিক্কী অনৌবা শিক্ষাগা তিন্নহনা অনৌবা মওংগী ভারত-মণিপুর ওইরকলগনি।

হন্দক নৌনা হৌরকলিবা চহি অসিদা ঐখোয়না সঙ্কল্প তৌগদৌবদি অরাবগী মনুংদা লুংঙাইবনি। করিগুম্বা অচৌবা থবক অমা পাংথোক্কে তাল্লবদি মাহুদা পলহল্লবা অরাবা খুদোং থীবা কয়া কংবদি শোয়দ্রবনি। চাওংৎপা তাল্লিবা মী পুন্নমকতুনা মখোয়গী অতানবা পোৎ অদুতমা ধ্রুবতারাগুম্না মমাংদা থমই, অরা-অনাদা নাচুংবিদে। নিউটন, আর্কিমিডিস, সার তোমাস এলবা এডিসন মখোয় অসিনা মখোয় মখোয়গী বিজ্ঞান চর্চা তৌবদা অরাব নংলকপহুম্বু লুংঙাইবা ওইনা খোকই, থবক পাংথোকলবদসু অমুক হেন্না লুংঙাই। রা-না লায়িক ঔরাইরিডৈদসু পারা কা-নিংবগী রাখন্দা চীন্না ফোংদোকপা ওমদবা লুংঙাইবা অমা কংই। হৌজিক ভারতকী নেতা কয়ানসু স্বাধীনতা তান্নকপদা অরা অনা কয়া কংলি, ব্রহ্মচারী ওইরি, ত্যাগী ওইরি ; মখোয়বু য়েংবদা মীচম ঐখোয়না রাররিনিদা থললি তৌইগুম্বসুং মখোয়দি অরাবগী মনুং-দদা লুংঙাইবা অমা পোকলি।

মখোয়না থললি— "য়োহিলিং কলাং চনবদা রা ঙাংদ্রিবা মী অদুদি লুংঙাইনা লৈগনি। য়োৎহিলিং অদুদগী নাম্বোক্কে হোৎ-নরবদি থদৎনবা লাক্লবদা অমসুং রাখল তৌবদা অরাবা কংগনি,

য়োংলি তংত্রিবা কাওবা মুংঙাইবা মশক থংলোই। ভারততি য়োংহিলং চললিবনি অমসুং থদংকদবগী কমা লাকরিবনি, করম্না মুংঙাইবগী শরুক ফংকম থোকপগে। মানসিংহ মুংঙাইথি (মথন্ত মুংঙাইবনি মজাতিবু মুংঙাইহনবা ঙমদে) ময়মদি আকবরগী মখা পোন্নুনা লৈ, রা ঙাংদবা মীনি। প্রতাপ কুইনা রাথি — ময়মদি জঙ্গলগী শা-না ওইগদোবা পরাধীনবু মীনা ওইবা হোনদে হাইহুনা স্বাধীনতাবুতা পামথি।" মাসি পুম্নমক পললুবদি মীশিং অসিনা মংখোয়গী নিংলিবা লম্বীদা অরাবা থেংনরবদা মতো করম্না মুং-ঙাইবা পোকলিবগে হায়বহু য়েংলুবতনি।

ঐখোয়না ওইবা পরাধীন— থম্মোই শোনবনা ইপোং শিজিন্নবা ইকাইখুম্নবা মীগী পোংতা শীজিন্নবা অসিনি। ইপোং অসি শেমগৎতুমা মীগী পোংতগী হেন্না ফগৎহনগে থন্দবা অসি ঐখোয়গী অশোনবা থম্মোইবু মীগী পোংনা জয় তোথিবা, মীগী পোংকী পরাধীন ওইবনি (মখা পোনবনি)। ঐখোয়না অরানবা রাথলগীসু মখা পোল্লোইদোবনি।

ঐখোয়না তানগদোবা অমদি শান্তিনি— থামুথকী শান্তি নত্তে, ঙাইহাক্তুংগী মুংঙাইবা নত্তে। মতম কুইনা থাঙ্গৈশেংনা মুংঙাইবা য়াবা শান্তিনি। ঐখোয়না শান্তি পান্নবদি শান্তিগী লম্বীদা লৈরম্বা পুকনিংগী য়েক্লবা অমসুং মপাললগী য়েক্লবা কয়া-মুকা লাল থেংনবা তাই। মহুদা অরাবা কয়া থাংবদা মুংঙাইবা পোকদোবনি। মহুতদা মণিপুর ভূমী অসি ভারতকী মগুংদা শান্তিগী কুঞ্জবন ওইগদোবনি।

দেশবাসী পুম্নমক্না লিচিং অমত্ত ওইনা কাওরোইদোবদি— ঐখোয় ভারত মাতাগী মচানি। ভারত মণিপুরগী চেংনা হিংবনি, লাগী অরুবা ঈশিং থকপনি, মতাকী থুম চাবনি, ইমানা থোনবা কি শেংপনি। ইমাগী সেবা তৌবদি মাগী মচাক মরল চাবা

ঐখোয়ভনদি অতৈ কনানম্ম্ তৌবিরোই। ইমাবু লেমহনসি হায়রবদি মচা ঐখোয়না স্মুসন্তান ওইহনা ইমাগী সেবা তৌজরবতদা ওইগদবনি। মাতৃভূমি মণিপুর হায়বসি ঐখোয়গী পিক্লিঙৈগী নাওশুম্নি, পাখং ওইরিঙৈগী শান্নকম উপবননি, অহল ওইরকপগী শেংলবা তীর্থ স্থাননি। মাগী সেবাদা থরাই থাবা কাওবা হোৎনবনা ঐখোয়গী তৌগদবা ইথৌনি।

চৈরাওবা—

চৈরাওবা নুমিৎ অসিদা মী পুম্নমক থবক থনা লেপতুনা হরাও তয়ামহনা মতম লেললি। অহুবু কুমসিগী চৈরাওবা অসিদি অহুগুম্বগী মসুংঙাইদা মতম লেনখিদ্রে মী পুম্নমক অনৌবা রাখলগা লোয়ননা থবক সুবগী অরাবদা সুংঙাইবা পোকদবনি হায়না উৎলি। অনাইলং শেংপা মীনা চীংমাইদা ফীঙৌ কৌথি অমসুং চীংঙা মথক্তা মোইথাপ নাইথি। তরেংগী মিরবা খোজেল অহুনা মৈতৈ নুপীগী মুছা ওইহনা লৈপ্রবা মোইথাপ নাইবগী থবকপু অনৌবা শক্তি পীথরে। অনাইলং অহুনা একতাগী থৌরী ওইহনা মৈতৈ জাৎপু পুনগদবনি হায়বা স্বদেশগী কন্মী পুম্নমকতুনা উৎখি।

হৌজিক ষ্টেট গভর্নিং বোডীগী ফোরেষ্ট ডিপার্টমেণ্টনা চীং-মান্দ লশিং য়াম্না থোক্লবা থবক শীনবীরি। মতম অমদা মৈতৈলং নাইবগী থবক অসি য়াম্না চাওখৎলগনি হায়না আশা তৌনরি। ষ্টেট কর্তৃপক্ষনা লশিংগী চাওখৎনবা হোৎনবিরিবা অসিদা অমুক্তা হেন্না পুক্নিং চংবিহনা দেশবু থুনা চাওখৎহনবিগনি হায়না আশা তৌজে।

# (৬)
# মৈতৈ
## ( থাগী চে )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"মৈতৈ"— থাগী চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসিগী অহানবা মশীং ১৯৪১ ইংগী জানুয়ারী থাদা ৺শ্রীফুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মানা সম্পাদক ওইদুনা চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং রার্কস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা থোঙ্লকনি। চেকোঙ্ অমগী মমল আনা অনিনি। চেকোঙ্ অসি মতম খরা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌরমই। অহানবা চহিগী ২শুবা মশীংদা ৺শ্রীনবদ্বীপচন্দ্র সিংহগী শৈরেং "শক্লোল" না হৌই। চেকোঙ্ অসিদা শ্রীতোম্বি, অমুবি সিংহগী "ফীশারোল" ৺খোকচোম মধু সিংহ বি, এ, গী "মণিপুরগী পৈশাগী ফীভম" ৺দরেন্দ্র সিংহগী "প্রেমগী পরিণাম", শ্রীযোগেশ্বর সিংহগী "রাশিয়া লাল য়াওগদরা", ৺চিংঙাখম পিশক সিংহ এম, এ, গী "ঔপনিবেশিক স্বায়ত্ব শাসন ১স্থং পূর্ণ স্বাধীনতা" নচিংবা শৈরেং অমস্থং রারেং কয়া য়াওরি।

সম্পাদকী মরমদা—

"মৈতৈ" চেকোঙ্গী সম্পাদক ৺শ্রীফুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা মণিপুরগী অরিবা মেট্রিকুলেটশিংগী মনুংদা শীংথানবা য়াবা মীশক অমনি। শৈখিদ্রবা স্বর্গীয় রাজবাপু শর্ম্মা মহাকপু পোকপনি, মণিপুরগী নিংথৌরেন শূরচন্দ্র মহারাজগী মজাইবেশ্মা স্বর্গীয়া ওম্বীসনা মহাকপু পোকপীনি। মহাক মতম খরা চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাককক্তা সরকারগী থবক তৌরমই। মহারাজগা করিগুম্বা নিংঙাই অমা তৌনবদগী থবক থাদোকপা ভাখি। মহাক লাইরিক স্থাম্মা থোঙ্লমই, লাইরিক খরদি ষ্টেট সরকারগী মনা কংখি। মহাক্না

ইরম্বা লাইরিকশিংগী মতুংদা "শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহ", "মীতৈ অহল লমন" অমসুং "চহি তরেৎ খুন্নাতৈদা মৈতৈ" শীংথানবা য়াই।

১বা চহি ২বা মশীং

ক্নাইরেন ২৩ নি পানবা

১৯ ফেব্রুয়ারী ১৯৪১ ইং

## কলেজ

সম্পাদকী রায়োল—

মৈতৈদা কলেজ অমা লিংগনি হায়না তাবা চহি ৭/৮ শুজিল্লক্লে। অহুবু ঙসি ফাওবা থবক্কলোমদা করিমতা পাংবা উত্রি। মসিদা মরু ওইনা অপনবা ওইক্নম থোকপদি হুকুম অমসুং শেলনি। হুকুমগী মরমদা ইউনিভার্সিটীনা য়ারকপগী য়া তাখিবা য়াম্না কুইরে। ষ্টেট সরকারসু অসিগুম্বা লৈপাক্নী মরু ওইবা অরাংপা অসি কোক্ন-বগী মরমদা য়েংক্নম থোক্কে; তোক্নম থোকপা অচোবা থবক অমগী অরুম্বা কোকথ্রে হায়দুনা থোইনহুম হরাওক্নম থোকই। শেলগী অরাবন্ন মণিপুরেশ্বরী মহারাণীনা লুপা লিশিং তরা পিন-বিদুনা পুকচেল চাওবগী থুদম উৎপিখ্রে। ক্নিভম অসিদা, মতিক চারবা গোভর্নীং বোডিনা হুজিক ফাওব কলেজ থোকহনবা ঙম-ত্রিবসি অঙকপনি। থল্লুরগা অন্ধবিশ্বাসনা থল্লবা ঐখোয়গী পুক্নিং-দা শুকদেবগী মপোক্নী য়া নিংশিংদবা ঙমদে। হৌজিক মৈতৈ কলেজনা ওইরকদবা লাইরেম্বীগী গর্ভদা মফম মরাং থংদনা লৈরিবা শুকদেবসু মমাগী গর্ভদা মতম কুইনা লৈগ্রবদা, ব্যাসদেবনা জগৎ স্থিতিগী থুজ্জি পাইরিবা বিষ্ণুগী থোংখুৎ পায়দুনা সংসারবু অসার ওইহল্লিবা বিষ্ণুগী মায়া শক্তি, মিকুপ অমা মালেমদগী চিংখোক-হনখি। মরক অদুদা শুকদেব পোকখি। সাইন্স অমসুং ডিমো-ক্রেসিগী যুগ অসিদসু, মৈতৈদদি চাওখৎপগী অথোইবা য়েক্নবা, শক উদবা শক্তি অদু লোংতুনা লৈরিব্রা? অমবু ওইরবসু, মরম পুন্নমক

খমুরগা গভর্নর্ং বোডিগী থোদো অমমুং থোরাংবু থোইনা শিংখানকম থোক্তে। ঐখোয়না হায়জনিংবদি মসি লৈপাক্কী পোৎনি, লৈপাক্কী চানবিবা মিৎয়েংদনা হিংগদৌরিবনি। মরম অসিনা অরাৎ অপা অমমু অপনবা লৈবা পুন্নমক থোরাংনা ভাইরিবা লৈপাকতা খংহন্দুনা অনৌবা মওং অমা খন্নবা মতম য়োরে।

## ( ৭ )

## ছাত্র জগৎ

( মণিপুরী ছাত্র সম্মিলনীগী মাসিক
মুখপত্র )
স্বাধীনতা
শান্তি ঃ উন্নতি

চেকোঙ্গী মরমদা—

"ছাত্র জগৎ" — মণিপুর ছাত্র সম্মিলনীগী থাগী চে-কোঙ্নি। চেকোঙ্ অসিগী অহানবা চহিগী অহানবা মশীং ১৯৪৬ ইংগী ডিসেম্বর থাদা কোঙ্লমই। চেকোঙ্ অসি শ্রীএন, তোম্বী সিংহনা সম্পাদক ওইরগা শ্রীএন, য়োগেন্দ্র কুমারনা সহকারী সম্পা-দক ওইহনা চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং ৱার্কস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা শ্রীটি, ঐচ, বীর সিংহনা পব্লিসার ওইহনা কোঙলম্বনি। চেকোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল সিকি আনানি। চেকোঙ্ অসিগী অহানবা মশীং অসিদা য়াওরিবা রারেং অমমুং শৈরেংশিংগী মনুংদা রাজকুমার শ্রীসুরেন্দ্রজিৎ সিংহগী "বৈশ্য যুগকী অরাবা অমমুং মণিপুরী ছাত্র" এস, সরযু দেবীগী রাগ্নী মত্তেক 'য়েংথিনবা', এস, শ্যামা দেবীগী

'কনা মতুং লাংগীমো ?' অমসুং শ্রীএন, যোগেন্দ্রকুমারগী 'অপুম্বা উদ্দেশ্যদা ছাত্রগী একতা' য়ারেংশিং অমসুং শ্রীনাওয়েম তোম্বী সিংহগী 'মোকসিরা ঐবু কপসিরা ?' হায়বা শৈরেং য়াওরি।

সম্পাদকশিংগী মরমদা—

মণিপুর ছাত্র সম্মিলনীগী মাসিক মুখপত্র "ছাত্র জগৎ" শ্রীএন, তোম্বী সিংহ অমসুং সহকারী সম্পাদক শ্রীএন, যোগেন্দ্র-কুমার সিংহনা ছাত্র ওইরিঙৈদা সম্পাদন তৌরম্বনি। শ্রীএন, তোম্বী সিংহগী পরিচয় নোনা পিত্রবসু য়াররবনি। মহাক কলেজগী ওজা ওইরমই। রাজনীতিগী লমদা মহাক মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরমই। মহাক "Manipur Times" কী সম্পাদক ওইরমই। মহাক মণিপুরগী শিক্ষা মন্ত্রিসু ওইরমই। মহাক ভারতকী লোক সভাগী মেম্বরসু ওইরমই। মহাক ছৌ-জিক "Manipur Mail" গী সম্পাদক ওইরি। শ্রীএন, যোগেন্দ্র-না "ছাত্র জগৎ" কোঙ্‌বদা শ্রীএন, তোম্বী সিংহগী মতেং পাংলমই। মহাকসু মণিপুর ছাত্র সম্মিলনীগী মশক নাইবা ছাত্র অমা ওইরমই।

<u>সম্পাদকী য়ারোল</u>—

১বা চহি, ১বা মশীং
ডিসেম্বর ১৯৪৬ ইং

স্বাধীনতা—শান্তি—উন্নতি

ছাত্রগী দাবী

মণিপুর ছাত্রশিংনা চৎলকলিবা লম্বী অসিদা য়ামনা তম-থীরবা তিংথংগী শম্বল অমা লৈবগুম তোরে।

ছাত্র হায়বা অসি জাতিগী, সমাজগী তুংগী খুঙ্গী পাই-রগদৌরিবা অমসুং অক কত্ত পুম্বা মথোয়গী মথক্তা নম্মুনা লৈরবা দেশকী ভাবী আশানি। দেশ অমসুং ছাত্রগী মরক্তা লৈনরিবা মরিদি অমনা অমগী নির্মাণ কর্তা ( Creator ) নি। দেশ অছুনা

মাগী ছাত্রশিংবু হিরম খুদিংমক্তা কগৎনবা হোৎনবিরবতদা ছাত্রশিং অহুনা অমুক পোকনকম দেশ অহুগী তুংগী জগৎ শেমগদৌরিবনি। অহুনদি ঐখোইনা ভশেংনা খংলে, রাষ্ট্রগী তাবী জগৎ বিধাতা ওইগদৌরিবা অহুগুম্বা ছাত্রশিংবু মতিক চাবা অকবা রাষ্ট্র নির্মাণ অমসুং নাগরিক অমমম্ ওইনা শেমখিদবদগী দেশকী তুংগী অবস্থা-দা হায়বদি রাজনৈতিক, সামাজিক, ধার্মিক অমসুং অর্থনৈতিকতা কয়া য়ামনা কায়রকপগে হায়বহু খুদম ওইনা রুস অমসুং আমে-রিকাদা থোরকপা নাগরিককী চাংনা ভারতগী থোইদোক হেন-দোকলি। মরমদি মনিং মথা তম্বা দেশকী ছাত্রশিংনা মতিক চাবা নাগরিক অমা ওইবদা কংকম থোকপা অধিকার পুমবা রাত্তনা কংনবগী থোরাং মাগী মাগী Govt. না তত্তনা থিজিন্দুনা পিরি। ঐখোইগীদি কদাই? ইমুং মচুংগী অহন লমম্না ওসি ফাওবা ছাত্র অমা ওইবগী চংবা মচাক তানশিনবগী অমসুং পিবগী ক্ষমতা লৈতরি, মসিগী মরমবু আর্থিক অবস্থা কত্তবদগীনি।

তৌইওমসুং মহুগা লোইননা ঐখোইগী দেশ বিজাতিগী পুংলোন্দা জগোই শারি; মীথা পোনবগী পোৎলুম পুরি, মীনাইগী মচাক লাংশিল্লি, মহুগী মহেনা ছাত্র ঐখোই Citizen (নাগরিক) অমা ওইবদি থমু থমখিসি, ছাত্র মচা অমা ওইনবা হোৎনবদা ঐখোইগী কয়া রাংলি; (১) মতিক চাবা টেক্সবুক মতিক চানা কংদরি, (২) লাইব্রিক ঔরাইবদা চংদবা য়াত্রবা থাউ মতিক চানা লৈতরি, থা অমা চানগদবা চিঞ্জাকী মমলনা কিসকী মতেং ওইরি, মহুগী মহে (৪) মতিক চানা ওজা কংত্রি, (৫) মতিক চাবা স্কুল লাইব্রেরী, পব্লিক লাইব্রেরী লৈতরি। থমুবদা অহোবগী অহোবা ভাক্তা ওইনা লৈরে। হায়রিবা পোৎচংশিং অসি রাৎপদগী ওসিগী মনিপুর ষ্টেটকী ছাত্রশিংগী মরকতা স্কুল তম্বা

ঙমলকতবা, ফেল ওইবা য়াউরকলবদি শেমবীবা মপুগী মরাল্লা নম্রগা ইশা ইশাগী ওইকম থোকপ্রা।

মসিগী মরমদা ছাত্রশিংগী অপুনবা সংস্থান অমস্তুং ছাত্র কাংবু কাংবু কয়া কয়া লাউজখিবা, হায়জখিবা মতুগী মহৈ ঙসি ঐখোইনা করি উরি ? মীখা পোনবদগীনি, মসিগী মরু ওইবা হোরক-কম মতাং অসিদা ঐহাকনা ছাত্র সম্প্রদায় অমস্তুং য়োকপি থাকপি-রিবা ইপা ইপল পুমনমকতা আপীল তৌজরি, "ঐখোইনা" ইশা ইশানা ইশাগী কংকম থোকপা অমস্তুং অরাংপা থিজিন্দুনা তান-শিনগদবা লম্বীদা অকিবা লৈতনা চংশিনগদবনি অমস্তুং মনিং মথা তম্বা দেশ অমগী ছাত্রশিংনা কংলিবা অধিকারশিং অচু ফংননবা ঐখোইস্তু অমমম্‌ ওইনা তানশিনগদবনি। মসিদা ছাত্রশিংগী শক্তি-দনা ওইফম থোক্তে, ইপা ইপল য়োকপী থাকপিরিবা পুম্বগীস্তু দায়ীত্ব লৈরিবনি, মচা ওইরবা ছাত্র ঐখোইনা মাংলকলবদা দেশকী অহন লম্মনগী নত্তনা ফনাগীস্তু অমাংবা ওইরোই। ঙসি লৈরিবা দেশকী ফিবমদগী হয়েংগী দৃশ্যনা অকিবা কংলকনি ; মসি ঐখোই খুদিংমক্না মতম পুম্বদা কাউরোইদবনি।

মসি তাম্লনবা হোৎনবদা ছাত্রশিংগী, অহল লম্মনগী অপুনবা শক্তি দরকার ওইরবনি। ইচিন ইনাও পুম্নমক ঐঙোম্দা কংবা অরাবা মী খুদিংমক কংমিন্নগদবনি। মরম অসিনা ছাত্রশিংগী অমত্তা ঙাইরবা অপুনবা অনুস্থান ছাত্র সম্মিলনীদা লেংদবা খোংফম চেৎ-না লেপনহুনা ঐখোইগী কংকম থোকপা দাবী তানমিন্নগদবনি, অমত্তা ওইবা খোঞ্জেন্না লাউমিন্নগদবনি।

## (৮)

## পলেম

### ( থানিলদা কোঙ.বা থাগী চে )

<u>চেকোঙ.গী মরমদা—</u>

"পলেম" থানিল থানিলদা সাইক্লোষ্টাইল তৌদুনা কোঙ.বা চেকোঙ.নি। চেকোঙ. অসি শ্রী থম্বালঅঙৌ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা তাং ২৯।১০।৪৭ ইংদা মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপনা য়াংথৈ, ইম্ফালদা কোঙ.লমই। কপি অমগী মমল মথায়তনি। চেকোঙ. অসিগী অহানবা মশীং অসিদা য়াওরিবা য়ারেং অমস্তুং শৈরেংশিংগী মস্তুংদা শ্রীমীনকেতন সিংহগী 'থাগেম্বা', সনামচা রাজকুমারগী 'পণ্ডিতলোল', শ্রীরনবীর সিংহগী 'মৈতৈ ঈশক ৭ঙসী' অমস্তুং শ্রীথম্বালঅঙৌ সিংহগী 'সুংশি থুদোল' য়াওরি। চেকোঙ. অসি মতম থরা লৈবাক্তী সেবা তৌরমই।

<u>সম্পাদকী মরমদা—</u>

"পলেম" চেকোঙ.গী সম্পাদক শ্রীথম্বালঅঙৌ সিংহ মশক নাইবা সমাজ সেবী অমনি। মহাক 'মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ' কী সেক্রেটরী ওইরমই। য়াংথৈদা লৈবা 'মৈতৈ ময়েক হায়স্কুল' লিংথৎপদা মরু ওইবা থৌদাং লৌথিবশিংগী মস্তুংদা মহাকসু অমনি।

<u>সম্পাদকী য়ারোল—</u>

১বা চহি, ১বা মশীং
২৯ অক্টোবর ১৯৪৭ ইং

থৌসীনলেনগি য়ারোল

মীসিং য়ামজত্রবসু হৌরম থুদিংমক্ত মীথোই মীহেল্লমই। অতৈ কনাদসু নপল্দনা পীরবা ঈরৈবাক অসিতগি মস্তুংদা তমগি মখোং চীংন লো, চীংগি মপান তমনা তাং. অসুম তৌনা পাক,

মকপমী। চহী ১০০/২০০ রোম অসিত্তদা মীখা পোনবগি হুংসিংন কম্না য়ৈমনখিবনা তোঁকম থোকপা থবক কয়ামুক লেপলুবনা হৌজিক্ত নোৌহোৌন থোক্লবনী। মণিপুরী ঐখোঙ্গগি মপূং ফামব ফজরবা লোল অমম্সুং ময়েক নৈ হাঙ্গবসি খঙদবনা কোক্লাই ওইথ্রবনি।

ঐখোঙ্গগি থাঙ্গনগি ফজরম্ব পুম্নমকপু মতমগি ঈসিংন চাইথত্বনা মাই পাক্ল অমুক্তং তাইবঙদ উংনব হোৎনবন থৌ ওইজরবা মরূপ অসিদা থাগ মথাই অমত্তং তেংবাংবীরগা চে অসীমতং পাবিত্বনা মরূপ-মপাং পুম্নমক্ত মৈতৈ, মৈতৈ ময়েক অসীদং হাল্লা থংহনবিরবদী হোৎনবগি মহৈ য়াল্লে থক্লগনি।

রাবেং অমম্সুং সৈরেং থাক্বিক্লকপ পুম্নমকত তৌবিমল খঙবা উচ্চরি। মৈতৈলোন্দা ওয়্বোকপদা ফজগদব রাহৈ য়াওরকপদা ওয়্বোকচবদা তেনসিনহনবদা থুদোং চাগদবন তেনসিলহনবদা রারৌবারোহৈ থঙ্গে।

চে ফংজদবদগী য়ামদবা অনোবা ওইবন রাবেং ফজদবা অমম্সুং ময়েক লানবনচিংবা ঙাকপিয়ু অমম্সুং তাকপিয়ু। থর কোম ফংজবদগি মৈতৈ অকল অথৌগিন বারী থোশারোন, থাংলোননচিংবদী হাল্লা নংজাহৌদ্রে।

থানিল থুদিংদ ফোঙজগনি। ইম্ফালগি মহু'দদী ঐখোঙ্গনা পিজগনি। অরাপ্নগিন হবাদা অমম্সুং ডাকতা থাজগনি। ফংকম সেংন তাকপিরকউ। চহীগী লুপা তরুক. থা ৯ কী লুপা অহুম, থা ৩ গি লুপা অমগা মথায থাবিরক্তুনা থাইগি থোগল তৌবদা থুদোং চাহনবীয়ু।

শ্রীযুক্ত কামাখ্যারাম বরুরানা ঐখোঙ্গনা তাকপবু নতনা মসানা লাকপিরব। মান খঙবা রারী কয়া সাবীরমই, থোক্লংপিরমই, মানা ইংবেজ্রীদা ইরম্বা ১৮ অমগি মৈতৈলোন লামাই ১৬

তা হাপচরি। মণিপুরী ঈচীন ঈনাউসিংনা ( চীং-তম ১স্মুং মুস্লিম ) মমল নাইত্রবা পাউত্তাক কয়া পীবিরকই, সেন পাংবিরকই, মাতুগিদমক মরূপ অসীনা থাগচ্চে ১স্মুং চাউরব থবক অসী তৌ-জবা ওমজগত্রা হায়বগি রাখন্দা হুংঙাইজৈ।

## (৯)

# ইমারোল

## ( থাগী চেকোঙ্ )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"ইমারোল" হায়রিবা থাগী চেকোঙ্ অসি শ্রীরাহেংবম নারাণ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং রার্কসৃতা ছাপা তৌহনা ১৯৪৭ ইংদা কোঙ্খি। ১৯৪৭ ইংগী নবেম্বর থাগী মতুংগী চেকোঙ্ অদুদা শ্রীবাসুদেব শর্ম্মাগী "বন্দে মাতরম" হায়বা শৈরেং মচা অমনা হৌরগা শ্রীএন, ইবোতোম্বা সিংহগী "পাউজেল" ( শৈরেং ), শ্রীউপেন্দ্রনাথ সিংহগী "সাহিত্য অমদি সমাজ", শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মাগী "বিনোদ-বাসন্তী", শ্রীনীলকান্তনা বাংলাগী গীতাঞ-লিদগী মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা "ভারত-তীর্থ" ( শৈরেং ), শ্রীলোই-তোংবম কালাচান্দ সিংহগী "চেংলৌ" ( শৈরেং ), শ্রীএস, নব-কুমার সিংহগী "অনরকালী", শ্রীমোইরাংথেম দেবগী "মৈতৈলোনগী কীভম", শ্রীনৃপেন সিংহগী "তাইবং" ( শৈরেং ), শ্রীথুরাইজম নরহরি সিংহগী "থমোই লৈরাং" ( শৈরেং ), শ্রীথোকচোম সাম-জুজিৎ সিংহগী "ইমারোল" ( শৈরেং ), শ্রীতিজম গুনো সিংহগী "বিদায়" ( শৈরেং ), এল, নীলমনি সিংহগী "কৈদৌহোরে মৈতৈ" ( শৈরেং ), শ্রীনীলকান্ত সিংহগী "মৈতৈ সাহিত্যদা অনৌবা মিৎয়েং", নাওরিয়া ফুলোগী "মপুগী লমদম" ( শৈরেং ), শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মাগী

"নোংমগী থাবল" ( শৈরেং ), শ্রীপি, মৈনো সিংহগী "মৈতৈ সাহিত্য অমসুং মৈতৈলোন", শ্রীমনিস্ম শর্ম্মাগী "ইমা সংস্কৃত", কোঞ্জাও শর্ম্মা মিয়া খাঁ সিংহগী "ভাইহাকুং পোথামিন্নসি", শ্রী গোকুলচাঁদ সিংহ ওয়নামগী "জগৎবিখ্যাত সতীধর্ম্ম পালক", শ্রী আনন্দকুমার সিংহগী "পলেম য়াকাই শৈরেং" অমসুং অইবগী মিং চেনা: তৎখিত্থনা খঙবা ঙমত্রবা মহাকী "বুঞ্জমালা" ( নাটক ) কী অহৌবা পন্দুপ থরা — হায়রিবা মশাইং অসিদা য়াওরি: চেকোঙ্ অসি মতম থরা মৈতৈ সাহিত্যগী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"ইম রোলগী" সম্পাদক রাহেংবম শ্রীনারাণ সিংহ মনিপুরী সাহিত্যবু সুংশিজবা মীশক অমনি। মহাক মণিপুরগী সেন্সাস্ ডিপার্টমেণ্টতা অফিসার অমা ওইরি।

সম্পাদকী রারোল—

চেকোঙ্ অসিদা সম্পাদকী রারোল য়াওদে। মরম অত্থনা মতাং অসিদা সম্পাদকী রারোল হাপচত্রে।

## (১০)

## জ্যোতি

( মাতৃভাষা উদ্বোধিনী মাসিক পত্রিকা )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"জ্যোতি" — থাগী চেকোঙ্ অসি শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহনা সম্পাদক ওইত্থনা কবিকর্ণপুর শর্ম্মা শাস্ত্রীনা উপসম্পাদক ওইত্থনা চূড়াচাঁদ প্রিণ্টিং রার্কস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌত্থনা

১৯৪৮ ইংগী ডিসেম্বর (১ লা পৌষ, পূর্ণিমা, ১৮৭০ শকাব্দদা। কোঙলখনি। অহানবা চহিগী ১১ শুবা মশীংদগী হৌনা ৺শ্রী খাইরাকপম চাউবা সিংহনা চেকোঙ অসিগী সম্পাদক ওইখি। মণিপুর সংস্কৃত পরিষৎ, ইম্ফালনা চেকোঙ অসিগী প্রকাশকনি। সাহিত্য সেবা তৌবনা চেকোঙ অসিগী উদ্দেশ্যনি। জাতীয় সাহিত্যগী মচাক ওইবা য়াবা পুম্নমক কোঙবা অমসুং মচাকশিং অহুদগী মতম মতমদা লাইরিক কোঙবা হায়বা অসিনা চেকোঙ অসিগী নীতিনি। মণিপুর সংস্কৃত পরিষৎ পত্রিকা বিভাগকী সদস্যশিংদি— (১) শ্রীচাউবা সিংহ সাহিত্যরত্ন (২) শ্রীশীতলজিৎ সিংহ রাজকুমার (৩) শ্রীনুতনচন্দ্র শর্ম্মা ব্যাকরণতীর্থ, ব্যাকরণরত্ন (৪) শ্রীমীনকেতন সিংহ (৫) শ্রীকালাচাঁদ সিংহ শাস্ত্রী (৬) শ্রী যোগেন্দ্রজিৎ সিংহ নেচারোপাঠ (৭) শ্রীশিবদত্ত শর্ম্মা তর্কতর্কতীর্থ অমসুং (৮) শ্রীকবিকর্ণপুর শাস্ত্রী — মীশক নিপাল অসিনি। চেকোঙ অমগী মমল সিকি অহুমনি, থা অহুমগী মমল লুপা অনি আনা অনিনি, থা তরুকী মমল লুপা মরি সিকি অহুগা চহিগী মমল লুপা নিপাল মখায়নি।

সম্পাদকী মরমদা—

"জ্যোতি" গী সম্পাদক শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ ১৯০৬ ইংগী মেগী তারিখ ২ দা য়াংথৈ অশাংবম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং স্বর্গীয় জীবন সিংহ কৌই। অপোকপীগী মিংনা স্বর্গীয়া মাইবম নিংঙোল ইবেমহল দেবী কৌই। শ্রীমীনকেতন সিংহগী পরিচয় পিত্রবসু য়ারবনি। লৈবাক্না শকখঙনরবা, মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ঃ শীংথানরবা অতুগা মণিপুরী সাহিত্যগী পুকৈদা লাইরিক কয়া কয়া পুথোক্লুনা লৈবাকী সেবা তৌরিবা অমুগুম্বা মীশক্নি। শ্রীমীনকেতন সিংহ চহি নিকুমাথোই ওজা ওইরমই — হাই স্কুল তরুক, পলিটেক্নিক হাই স্কুল অমা, কলেজ অনি, ইউনি-

ভার্সিটি সেন্টর অমা, পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টটিজ অমা। মহাক্না ইবা লাইরিকশিংগী মমুংদা পনবা য়াই— বসন্ত শৈরেং, সীতা বনবাস, তোমু লাইজিংলেম্বী, খাম্বোই পরেং, লোঞ্জল, মৈতৈ উপন্যাস, অশৈবগী চৈ ভাই, অশৈবগী নিত্যাইপোদ অমসুং পুন্সিগী শকুম। মহাক্কী রারেং অমসুং শৈরেং কয়া কয়াসু মৈতৈরোনগী চেকোঙশিংদা কোঙহনা লাক্লি। হৌজিক ফাওবা মহাক্কী কলম লেপত্রি।

উপ-সম্পাদক শ্রীকবিকর্ণপুর শাস্ত্রী সংস্কৃত হৈবা পণ্ডিত অমনি। মহাক্কী রারেং কয়া "জ্যোতি" চেকোঙদা কোঙখি।

মথংগী সম্পাদক ৺খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ সাহিত্যরত্ন শক ১৮১৭ কী তরেৎনি পানবা শগোলশেল হুমিত্তা উরিপোক সোর্বোন খিভেলদা পোকই। অপোকপগী মিং ৺মুক্তা সিংহ কৌই অহুগা অপোকপীগী মিংনা ৺থাবললৈমা কৌই। শক ১৮৪০ দা এন্ট্রেন্স পাস তৌরগা মহাক কলিকাতাদা আশুতোষ কলেজদা আই, এ, তম্লমই। হকচাং নাবনা মরম ওইহনা লাইরিক মথা তমথবা ঙম্লমদে। অহানবদা বেঙ্গলী স্কুলদা শক ১৮৪১ দগী শক ১৮৫১ ফাওবা মহাক ওজা ওইরমই। মতুংদা মহাক জনষ্টোন স্কুলগী ওজা ওইখি। জনষ্টোন স্কুলগী ওজা ওইনা ওইনা ওজা অসি শক ১৮৭২ হায়বদি ১৯৫০ ইংগী নবেম্বরগী তাং ৯ দা লাইগী খুয়া তানখি। ওজা অসিনা ইরম্বা লাইরিকশিংগী মমুংদা শিংথানবা য়াই— রাখল, ফিদম, রাখলগী ঈচেল, ছাত্রমচা, কাম্নবা রা, থাইনগী লৈরাং, সাহিত্য অহানবা, লবঙ্গলতা (উপন্যাস), জাপান লাল (নাটক), মথুরা বিরহ অমসুং নব মালিকা।

সম্পাদকী রারোল—

১বা চহি ১০শুবা মশীং
সেপ্তেম্বর ১৯৫৯ ইং

মৈত্রবাক অমম্লুং চে

মৈত্রবাক্তা চে কয়া কয়া পোকখ্রে। হৌজিক মখোয় অমত্তা লৈব্রে, লোইনা শিখ্রে। হৌজিক অমুক নৌনা কয়া পোক্লি, শিগ্নি—অমত্তা হিংদে। চেনা পোক্লা শিরা, শিরা পোক্লা তৌরিবসি মরম করি লৈ? করিগুম্বা অমদি লৈক্কম থোকই। করিনা, পোৎলম থৌরম পুম্নমক মাগী মাগী মরু অমমম নাইবা ভাক্লি। অত্তুদি করিগী পোকই? চেনা পোক্লগা করিগী—হেক্তা মশি—হিংদে?

রাহং অনীসোগী মঙ্গুংদা অহানবসিদি ঐখোয়না কোম্লপ্পা, তেল্লপ্পা হেক্তা মরোইশিনবা য়াগনি। অনীশুবা অসিমদি তরাই তরাই খুম্বশু ঐখোইনা ঙম্মোই, থরশু নিংথিনা মুন্না ঐখোইনা থম্নবনা চুম্মি।

হৌজিক কুনশুবা কুমচানি। ঐখোয় পিক্লবশু লৈবাক অমনি। লৈবাক অতৈ অতৈদা ওইরিবা ফীভম অসি ঐখোয়শু পাম্মি, পাম্মিদা নতে; ঐখোয় ওইদবা য়াত্রবনি। মাং থারিবা লৈবাক-সিংগী খোঙ্গুল লীতুনা মখোয়বু ফংননবা তান্নবা য়াত্রবনি। অত্তুনা ঐখোয় লৈবাক মশেল ঐনা ঐনা খঙঙ্বা, উরুবা পুম্ন-মক ভহাক ঐখোয়না হোদোক্লতুনা থংনদবা য়াত্রবনি। হৌজিক্তি থায়নগী চীংমাই অমদা, উমং অমদা ফুরুপ অমনা লৈবাক অমনা থেল অমদা, উমং অহাংবা অমদা লৈবাক তিন্দুনা ফুরুপকী পিবানা রায়েল থোদা লাউথোকপদা লৈবাকী মতম ভিংনা হাকথেংননা তানবা মতম অত্তুদি নত্রে। লম পাক্লে, লৈবাক ঐখোয় চাউরে। চেগী মথৌ লৈরে। মতমনা চে পোক-পনি, পোকক্কম থোকতুনা পোকপনি। চে মতমগীনি, মতমনা

চেগীনি। করিগী মৈত্রবাক্তা চে পোক্তনি? শোয়দনা পোক্কনি।

বস, চে মতমগীনি, পোকক্কম থোকতুনা পোকপনি। অন্তদা পোকক্কম থোকতুনা পোকল্বা চেনা হেক হেক্তা শিবা, হিংবা ইঙম ঙমদ্রিবা অসীমক্তি করি করম্বা অকায়বা লৈবননো?

মসিদা থম্মনিঙঙাই মরম অনী লৈ। অমনা, মৈত্রবাক্তা পোকখিবা, অমদি হৌজিক হৌজিক্সক চেল্লিবা চেসিং মশা মশানা হিংবা য়ানবা পোকত্রব্রা? অতুগা অমনা মৈত্রবাক্তা চে হিংনিঙঙাই করি অমতা লৈত্রা?

অহানবা রাহং অসীদি অতুক মহংনবা হায়বতুনি। চে পুম্মক হিংবা য়াবা ঙাক্কি। তৌবগী বুদি মমাং ওইনা পোকখ্রিবা চেশিংশু, হৌজিক পোক্লিবা চেশিংশু নীংথিবা, হুঙঙাইবা অমত্তা য়াওবা নত্তে। করিগী নীংখি হুঙঙাইত্তে হঙঙ্বশু য়াবা নত্তে। করিনা, অনৌবা থুংফম্মি, অহৌবগী অহৌবা ঙাক্কনি; অশোয়বগী অশোয়বা ঙাক্কনি। অসীনদি মখোয়গী করিশু শিনিঙঙাই নত্তে। লৈবাক লৈবাক খুদিংদা লৈরিবা চে পুম্মক অপুম শোয়রংনা পোক্লকপা ঙাক্কি। মাগী মাগী লৈবাক্তা য়োকখৎলগা ক্ষরকপা ঙাক্কি। চে শিবগী মরম অসি মৈত্রবাক্তা হিংনিঙঙাই মরম লৈত্রবনা ওইবা তাই।

চে হায়বসিদি চাওখৎপগী খুদম্নি। লৈবাক্তা চাওখৎলগা চে পোকই, অদুগা চে পোক্লগা লৈবাক চাওখৎপা কৌই। চে পোক্লবনিনা মৈত্রবাক চাওখৎলে। অদুদি চাওখৎলবা, চে পোক্লবী মৈত্রবাক্তা চেনা হেক্ক হেক শিবসি শিক্কম থোকপ্রা? থোক্তে। থোকত্রবশু চেদি মশিরে। অদুদি করি অশোয়বা অমা লৈরে?

চে অসি মতমগীনি। মতমগী হুংশিংনা মালেম অসি থুংনা মাগী মরা লংবনি। চাওখৎপা লৈবাক্তা তারুবনা মপান মরা তানা হৌবনি। অদুগা চাওখত্তবা লৈবাক্তা তারু. তারুবনা মপান

মরা তানা হৌদবনি। অতুনা লৈবাক চাওখৎনা উরবশু চাওখৎস্তবা তাই, করিগুম্বমক চাওখৎলম্লবশু মতুংদি থিস্তবা তাই, মপান্দা ওইবা তাই। কনাগুম্বনা মশাগী শক্তমদি পংলূ-লুত্রবশু মীরক কাবক তিল্লুবদগী "ম্যেক অপ" নীংথিনা হৈরুতুনা খাইগী মিৎয়েং পংফ-ফজনা উবশুম থোক্লব্রা ? তৌরিবা মওং অসিমক্নদি অত্ন-রাইদবু তারকপা য়ারি।

লৈবাক অমগী চাওখৎপা অসী মাইকৈ অনীদগী থোকপা য়াই। অমনা লৈবাক মাগী মশাদগী মতম্না মমিৎ পাংহলক্তুনা অতুম চাওখৎপগী লম্বী থিরক্পা, কাজরকপা ; অতুগা অমনা মপান লৈবাক অতৈদগী মঙাল লাকতুনা মমিৎ পাংলকপা। অনী অসিদা অহানবগীনা য়াম্না ফৈ। মাসিদি মঙাম্না থংয়ৈ য়ৈহুনা মতিক য়াম্না চাথিবদদি পুবা ঙম্মি, অতৈদদি থোঙ্গুন তাদবশু য়াওই। মপানগী ইরাংদদি নীংথিনা উরবশু সুংদি থিস্তে।

মৈত্রবাকী মতম অমা লৈরম্মি। মহাক অসি য়াম্না চাওখৎ-লম্মি। মশাগী ফিভম্না মতীক চাবদগী হেন্দোকনা লৈবনা মপান্দগী লাকপা মঙান ফাওবা মশাদা চিংশিনবা ঙম্নম্মি। অরিবা মৈত্রবাকীদি মশাগা মতমগা চূনরবা চাওখৎপগী খুদম য়াম্না লৈ। তুংওইনপ্রবা মতমদা মমাম্নবা লৈবাক মরক্তা মমাই লানা পাক্না কম্নম্মি হায়বা ঐথোয়না উবা ফঙিঙ। মাতুমক্নশু ঐথোয়না নাপঞ্জে। অতুগা হৌজিক্কী মৈত্রবাকসীগীদি মশামক্কী ওইবা থোইদোকপা উদে। ঐথোয়না নাপঞ্জনিঙঙাই থোইদোকপা ফংদে। করিননো ?

মৈত্রবাক চৈকোক্তগী হৌনা মাগী থোকপা অমা তৌহুনা মনিং তম্না পানজরকপনি। নীংমাং, খা-রাংদগী লাকপা মী পূম্নমক অমদি মথোয়না পুরকপা লোনচৎ পুম্নমক লোইনা লোইনা মাগী হান্দগী লোনচৎনা চুপসিনবানি। মশাগী ফাভম অমা সুক্নায় কায়দনা লাকপনি। অত্তদা মমৈদা অকায়বা অমা থোকপ্রে।

ঙসিদগীদি চঙী ২৫০ অহুন্নাই ওইনি, নোংচুপ্তগী ধর্ম্ম অমি মৈত্রবাক্তা লাকখি। হন্দক লাক্লিবা ধর্ম্ম অনি অসী মানা চুপসিনবগু ঙমত্রে, অহুগা লাক্লিবা অনি অহুনম্ন্ লৈবাক অসিবু ফুকপা ঙমত্রে। অহুদি করি খোক্লে ? অমত্তা ওইরো ওইদ্রে, অনি থোক্লো থোকত্রে ; মৈত্রবাক মশাগী মচুগু মাংলে, মীগী মচুগু লোত্রে, মরক শরক অমা ওই, মশা মথন্তনা মশক খংজদনা লাক্লে। মাহুদগী পুক্লিংগী কীগুম অমা কায়থিবহুনা নোংম নোংমগী অমুম অমুম শোয়রোম্লকপনা তাইবংদা কাওবা মং মংশিল্লক্লে। মৈত্রবাকী হৈনৌ মপান উমহুবা কোকিলনা পঞ্চম সুরনা মৈত্রবাকী অতিয়া পুন্নিল নিম্না খোংবা তান্নিবনি।

অহুদগীদি তমথীরবা খ্রীষ্টগী চহি ১৮৯২ লাক্লে ; ব্রিটিশনা মৈত্রবাকী মগুক্তা পোৎপু থাঙৎলে। কগুাওনরবা মৈত্রবাক কৈরেং তুরেং হোইবিরক্লে। অমুক মনুং হাপ্লবা মৈত্রবাকনা করিবু চাওখৎ-কদগে ? লৈবাক অসী চাওখত্তবদি মাগী ওইবা তশেংবা অমত্তা য়াওদবননি, মাগী লৈজ্ররম্বা পুম্নমক লোইনা থমকম লৈকম খংত্রবনি, মীগীদনা মশা শাহুনা লৈরবনি। অসীগুম্বা মৈত্রবাক্তা মশাগী চে হিংকম থোকপ্রা ?

চে অমা পোক্লকপা মতমদা লৈবাক্লা করি খল্লি ?

(ক) মথোনাইদবসিং অসীনা থরা তোরে চে, থরা তোরে চে, লাইমা মথো লৈতে, তুকচপ্রেদা ....................

(খ) মখোয়গুম্বনা ইববু কনানা পাবিগনি হায়হুনা .........

(গ) পৈশা হেক লোগদবগী অসীনা .......................

(ঘ) মপানগী চাউর-চাউরবা পণ্ডিতসিংনা ইবমকম্ন্ পাত্রবা ঐখোয়দা .........

অসীনচিংবা অসীমচিংবা।

মৈত্রবাক্লা থনবা মতমদা মথকী অসীদা মথল্লি। চে অসীমন্তং হিংগ্রবদি ঐখোয় তৌজিম্মকী মৈত্রবাকসিগী নত্তনা মাং-তুং অমীগী (মৈত্রবাকীগু) ককফম লেমজকম ওইনগনি। ঐখোয় মীওইবা হায়বসি ইতোম ইতোমগীদা লৈবা নত্তে … অসীনচিংবা অসী হননা অমুক্তা থম্দে। অদুনা চে পোকই ; শি—হিংদে।

চে খুদিংমক হিংদা হিংগ্রবদি মাগী মাগী থোকপা মশক অমমম্মদি লৈবাক্কী তৌরমগদবনি। মৈত্রবাক্লা চায়োক কত্তদুনা শিল্লিবা চেসিং অসিনা মতম থর থরদংদা হিংলম্বা অদুনা, অমমম্মা মশক নাইবা থবক তৌরমত্রবগু লৈবাক চাওথংপগী লম্বীদদি তাক্লম্বা ওাক্কি। অদুবু মৈত্রবাক্লা ওসি ফাওবা থংনদে। অন্নাবনি!

## (১১)

# কিষাণ মেগাজিন

## ( থাগী চেকোঙ্ )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"কিষাণ মেগাজিন" অসি মণিপুর কিষাণ কংগ্রেসকী চেকোঙনি। চেকোঙ অসিগী অহানবা মশীঙ ১৩। ৪। ১৯৫০ ইং চৈরাউবা থুমিংতা কোঙখি। অহানবা চেকোঙ অসিদা শ্রীয়াইমা সিংহনা ইবা "হৌরোবা" হায়বা শৈরেং, সম্পাদকীয়, মণিপুর কিষাণ কংগ্রেসকী উদ্দেশ্য ১নুং পান্দমকম, মনিপুর কিষাণ কংগ্রেসকী জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীয়াইমা সিংহগী "কিষাণগী থোদাং", রাজকুমার শ্রীশিতলজিৎ সিংহগী "করি ইসিগে", শ্রীহেমাম কালা সিংহগী "কথোকপা", শ্রীহেমাম নীলমণি সিংহগী "লাইরবা লোমী", শ্রীকৃষ্ণ-

মোহন সিংহগী "কেপিটেলিজম অমসুং কো-ওপরেটিভ মোভমেন্ট", শ্রীচন্দ্রকুমার শর্মাগী "লরাইগী ফিভম", মণিপুর কিষাণ কংগ্রেসকী সভাপতি শ্রীনিমাইচান্দ সিংহগী "কোকিল" (শৈরেং), শ্রীনিমাইচান্দ সিংহ জ্যোতির্ভূষণগী "কিষাণদা হেংবান্ট" (শৈরেং), শ্রীরাধাচরণ সিংহগী "হৈকোন লেম্বা" শ্রীগীতচন্দ্র সিংহ ভোংব্রাগী "লৌমি! হৌগৎপিরো", এগ্রেরিয়াম কো-ওপঃ সোসাইটীগী মেনেজর শ্রীকালাচান্দ সিংহগী "মণিপুরগী লম্বী-খোং", শ্রীসিনাম বিজয় সিংহ এম, এল, এ, জিরিবামগী "জিরিবামগী হোরককম অমসুং মপুনশি", শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহগী "কাগী-কারাং" অমসুং শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ এম, এ, বি, এলগী "ভারত কনষ্টিট্যুসনগী ফণ্ডামেণ্টাল রাইটস হাঙ্গৈবদি সাধারণ প্রজাগী মরু ওইবা অধিকারশিং"—হায়রিবা রারেং অমসুং শৈরেংশিং অমি য়াওরি। চেকোঙ অসি মতম খরা কোঙ্খনা লৈবাকী লেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"কিষাণ মেগাজিন" গী সম্পাদক শ্রীয়ুমাম য়াইমা সিংহ ১৯২১ ইংগী আগষ্টকী তাং ২৯ দা পোকই। অপোকপগী মিং লৈখিদ্রবা য়ুম্নাম অঙৌ সিংহ কৌই। মহাক ১৯৪০ ইংদা মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌখি অমসুং ১৯৫২ ওল বি.এ, পাস তৌখি। মহাক ১৯৫৩ ইংদা অল ইণ্ডিয়া কো-ওপরেটিভ ট্রেনিং কলেজ, পুণাদা হায়ার কোর্সতা ট্রেনিং তৌরমই। মহাক মণিপুর লো কলেজদা আইন তম্লমই। মহাক ১৯৪৪ ইংদা শ্রীমতী ইবেমহল দেবীগা লুহোংখি।

১৯৩৮ ইংদা মহাক রাজনীতিদা খোংদাবা হৌখি। হায়রিবা চহি অসিদা মহাক নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী ওইনাম ব্রাঞ্চকী সেক্রেটরী ওইরমই, ১৯৪৩ ইংদা মণিপুর সেবা সঙ্ঘগী ৱার্কিং মেম্বর অমগা ১৯৪৫ ইংদা মোংচুপ মণিপুর মহাসভাগী সেক্রেটরী ওইরমই।

মহাক মথং মথং মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী রার্কিং কমিটিগী মেম্বর, টিডিম রোড কংগ্রেসকী জেনরেল সেক্রেটরী, ১৯৪৭ ইংদা মণিপুর কিষাণ কংগ্রেসগী জেনরেল সেক্রেটরী অমগা ১৯৫৫ ইংদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী ওর্গানাইজিং সেক্রেটরী ওইরমই। শ্রীয়াইমা সিংহ বিষেণপুর হাই স্কুলগী মতম থরা হেড মাষ্টর ওইনা থবক পুরমই। মহাক ১৯৫৭ ইংদগী ১৯৬২ ইং ফাওবা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরমই। মহাক ভসি ফাওবা মীথল খুদিংমক্তা মায় পাক্তুনা লাক্লিবা মীশক অমনি। মহাক মন্ত্রিগী ফমমু পায়রক্লবনি। হৌজিক হৌজিকমক মহাক মণিপুর বিধান সভাগী অধ্যক্ষ ওইরি।

<u>সম্পাদকী রারোল</u>

অহানবা চহী, চৈরাওবা মুমিং
১বা মশীং, ১৩।৪।৫০ ইং

## মণিপুরগী শাসন

হৌজিক গণতন্ত্র চৎলবা অমসুং ভারত-তা সাধারণতন্ত্রগী কনষ্টিটিউসন চৎলবা মতমসিদা চিফ কমিশনারগী প্রদেশমু ওইগে ওইসমু প্রজাগী মত য়াওদনা অসুপ্পা নীতিদা শাসন তৌবা মতম নত্রে। ঐভোন্দা শক্তি পুম্নমক শিন্নরক্লবনি, প্রজানা পামগে পাম্মু পাম্মোই তোকউ ঐনা তৌনিংবা তৌনি হাইবা থাইনা সাহেবনা পাল্লিভৈদা ব্যুরোক্রেসিনা চৎলম্বা নীতি অমু হৌজিক চৎনবগী কনাগীমু মতীক লৈতে; প্রজা অমুনা মথরাই শিরবা প্রজা ওইরবদি থংত্রে। হৌজিক্তি গভর্নমেন্টনা তৌগদবা থবক অমু প্রজাবু জ্ঞান তানা থংহন্দুনা য়াহল্লগা প্রজাগী সহানুভূতি অমসুং সহযোগকা লোইননা থবক তৌরগদা ফগদবনি। মসি থংদবা শাসন কর্তামু মতীক চাদবা শাসন কর্তানি। শাসনকর্তানা পংতৌ তৌবমু সেন্টারনা য়ারোই।

হৌজিক মণিপুরগী প্রজানা থনবা আইন সভা অমা লাক-ত্রিকাওবদা শাসন পুন্নিবশিংনা তৌগদবদি প্রজাবু মতিক চানা জ্ঞান পোকহনবা ওম্বা অমসুং প্রজাগী সহযোগ লেম্বা ওম্বা অকনবা রাজনীতি সংস্থানগা থবক তৌমিন্নরগা লৈবাকীম্ কগনি, শাসন পুন্নিবা মীগীসু কোমগনি লাইবসি হাইত্রবসু মশানা চুমজরবা রানি। ঐখোইনা থুনা য়েংনিংই—চীফ কমিশনারনা কদাই কাওবা উসিনবগে হাইবত্তু।

## চিফ কমিশনারগী
## প্রোগ্রাম

হন্নক চীফ কমিশনারগী পোইন্ট মরিগী প্রোগ্রাম অমা শন্দোক-খিবত্তু য়াম্না ফবা ওাক্তনি। অত্তুমদি ওইরবদা লেণ্ড রিফর্ম অমসুং থবক শুনিঙাই লৈত্রিবা মীশিংগী থবক চিননবগী হিরম ইয়াও য়াওদবা অসিদগী মণিপুর প্রজানা হৌজিক আয় লাকপা থবক তৌনিঙাই লৈতহনা রানা নংনা লৈরিবা ফিভম অসি চীফ কমিশনারনা ইউ উবিত্রমাম্লে থন্নি। থুনমক মসি কোন্নবা হোৎনবিবা চুম্মি। চান্না হেন্নগা লম্বী অকবা চৎতুনা পুক থনবা নত্তে, পৈশা লৈতনা মচা লাইন্নিক ডমহনবা ওমদে।

# ভারতকী কনষ্টিটিউসন্দা
# মণিপুর

ভারতকী অনৌবা কনষ্টিট্যুসনগী মতুং ইন্না মণিপুরগুম্বা চীফ কমিসনারনা শাসন তৌবা মফমদা আইন সভাগা লোইননা মন্ত্রিসভা লৈহনা প্রজা শাসন চপ্ চানা লৈবা য়াই। মফম মফম অক্রুপী মত্ত য়েংহনা ভারতকী পার্ল্যামেণ্টনা আইন সভা থম্বা য়াব্রা, এডভাইজরী

কাউন্সিল থম্বা য়াত্রা, মন্ত্রি থম্বা য়াত্রা হাইবহ্ন য়েংলগা শক্তি অসিসি কাওবা পিগনি হায়বগা লোইননা আইন শেমহুনা অচা অচাবা থমগনি। মণিপুরগীদি মীরৈবাক্তা ভারত য়োম্বোকনিংবা কম্যুনিষ্টকী কাংবু য়াম্না লৈরকত্রে, মচিন্দনা কংগ্রেস নীতি পাম্বি হাইজিন্নরগা মহুংদনা নিংথৌগী চাওনখা শোল্লিবা, অমুক নিংথৌ ওইহনখিগে হাইনা তকসি শোন্দুনা লৈরিবা প্রজাশান্তিগুম্বা মী য়াম্নরকত্রে হাইবা ভারত সরকারনা উরবা মতমদা আইন লাকনি নত্রবদি সীমান্ত ওইবনিনা থরা লুনা থনগনি নিংই।

## (১২)
# সাহিত্য ঈচেল

চেকোঙ্গী মরমদা—

মৈতৈ সাহিত্য সেবা সম্মিলন-না কোঙবা থাগী চেকোঙনি— "সাহিত্য ঈচেল"। চেকোঙ্ অসিগী অহানবা মশীং শ্রীইবোহল সিংহ খুমন্থেম্বনা সম্পাদক ওইহুনা থরান ২০ নি পানবা ইরাই, তাং ১।৯।৫০ ইংদা স্বরাজ প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা কোঙলম্বনি। কপি অমগী মমল সিকিতনি।

সদম্পাকী মরমদা—

"সহিত্য ঈচেল" গী সম্পাদক শ্রীইবোহল সিংহ খুমন্থেম্বা মশামু কবি অমনি, অতগীমু মথক্তা লাইরিক লেংবা লৈবাক্তা লীংথানবা য়াবা লাইরিক কয়ামুক খুদোন তমগ্রবা মীশক অমনি। মহাক সহিত্যবু মুংশিজবা অমসুং মৈতৈ সাহিত্যবু সেবা তৌজবা মীশক্নি।

মহাক্না লেংবা লাইরিকশিংগী মতুংদা "ঐদি ওক্তবীনি", "ইমানা ঐবু মাঙহনবনি" অমসুং "থম্মোইগী পাউদম" মমিং পনবা য়াই।

সম্পাদকী য়ারোল--

১বা চিহি, ওবা মণীং
নবেম্বর, ১৯৫০ ইং

অমুক্তদি পাবিয়ু

ঙসিদি নহা-অহল কয়াদা তেংথা-নাওইনা নাওথী শাজগে, য়ারো-বিগনুকো ; নিংবা থুংদবমক্তনা অঙাং ওইনা নাওথি শাবনি থনবিয়ু। য়ারবদি অঙাং কপ্পা থেম্বোইনা অথুম অহাও থরসু পিজবিয়ু।

য়াই-য়াই থম্মোই ফুক্না সুংহিক্লে
মিৎসা ঈরা খুদাং পীকয়ে।

করিনা—মৈতৈ সাহিত্য সেবাগী দমক্তা মৈতৈ লৈবাক্তা চে কয়া কয়া কোংথি, অদুবু ওস্তনা থুনা থুনা মাংথি, মাংথিবনদুম হাল্লি হাইবদা থোইনদুম লানদমাল্লে থনজে। অসিবু করিননো ? অমুক্তদি থম্মবিয়ু ; মতাং অসিদা মৈতৈ লৈবাক্তা লাইরিক-লাইও হৈবা মী পুম্নমক পাউথুম পীনিঙ্ঙাই ওইরো অমসুং তাংজলুক্না মাইথোং কৌজং থম্নিংঙাই ওইরো ? পাউথুম পীনিংঙাই ওই. ওইদবককা নত্তে, অদুবু পিবা ঙমদে ; করিনা—হিংহনবিগদবা শেম্বিগদবা ময়াম্না উনা-উনা, থং-থংনা থংজিন উশিনবিদবননি। সুংগী অসি লৈ হাইবদি থংবনিনা ঙাই হাইগৎলুবা মাই অদু অমুক থম্মরকপদা তাংজ লুক্না ফিরুক খুম্নরগা থাংলি। 'সিদবু চে কয়া কুইনবু হিংগদগে ? ফিরুক খুম্নগবু মৈতৈ ইপাচা নত্তে হাইববু য়াথিগরো ? মাই খুমজিনবিরস্‌, চে করিনা হিংঙি, করিনা শি থম্মবিরো। ময়াম্না চে পাবিরগা কৈ-কত্তে নৈনদুনা থন্দোক-থনজিন ভৌবিরগা অকবা থোকলোইরো। । চেসু হিংদুনা মিৎ-মাই পাংদুনা সাহিত্যসু চোংথোকলোইরো ?

নত্তিল্লি-নরাইনি হন্দোকপিরম্ভ, চে থিংনবদদি করি লৈগে থনবিম্ভ মৈতৈ লৈবাক্তা মস্নোমদোম হিংবা ঙম্বা চে লৈতে।

পিকলবা লৈবাক অমদি মীশিং য়ামদবা লোল ওইবনিনা সাহিত্য লৈতে, চে কান্নদে খম্মিহুনা ওস্থোকপনি ঐবু করিম্নুংগী লৈবাকসিগী মচা ওইনা পোকলরবনো হাইহুনা মাই খুমহুনা থাংবিবা নত্রগা রাই হাইহুনবু ভৌবিবরা ? ঐখোই মৈতৈ ইপাচানি মাই খুমহুনা কান্নত্রে, মৈতৈ সাহিত্যস্ম লৈরমদবা নত্তে, লৈরম্মী ; হৌজিকস্ম লৈরি, রাই হাইহুনদি তোকফদে, অরাকমহুদদি থরা থরা পুনসি ; ঐখোই থরাইগী ইথৌনি।

করে—রাই কান্নদে. মীশিং য়ামদবা সাহিত্যনি, কনানস্ম থংবিরোই তোকলসিন্না ? তোকথোকলগা হিন্দিরা, বাঙ্গালীরা অচৌবা লোন অমদা তিল্লসিরা ? য়াগত্রা ? য়ারোই, পিকলবস্ম পিকনা, য়ামত্রবস্ম য়ামদনা মৈতৈ সাহিত্য লৈ, মৈতৈরোন ইরোম্নি, লোম্নি। করম্না তিল্লুনি, করম্না তাংঙ্নি ? মানবা য়ারোই, শাবা য়ারোই, অহুনদি পিকলিবসি চাওনবা ঐখোই থরাইগী ইথৌদাংনি। মাই খুমজিনবিরম্ভ, কৈজুপ মরুম থুম্নরম্ভ ; চোংথোকপিরো।

নোংচুপ্পা নোংপোক থক ওইদে, হোংবা য়াত্রবা ইরোন মৈতৈ ইরোম্নি, লৈরগদবা সাহিত্যনি ; লৈস্ম লৈত্রিবনি। হাইনরম্মী—

"মেলৈ লৈস্না নুংজুমপাল ........."

"চৌংদা শাংপা ইঙ্গেলৈ..............."

অসিনচিংবা মমাংঙৈদগী লৈরক্রবা থাইনৈ ছৈরাওবশিংগী মপাও তুংশিরবা মৈতৈ সাহিত্যগী ময়েক চূম্না শকপাম্নদা তারবা ছৈহেক্লি। মালেম অসি কুইর-কুইরগা মীশিং য়াম্নকই, মী য়াম্নকপা মতুংইন্না সাহিত্যস্ম চাওখৎনরি। অসি মঙাই মৈতৈ লৈবাকস্ম, থাইনৈ মীশিং নত্রে ; য়ামথৎলকলে, সাহিত্যদি কদায় ? শেম্বি শাবিদবনা নোং-নোংগী

ময়েং তাথরকলে। থায়নৈ অসিদগী হেন্দহুনা লৈরে, হেনবা হেন্দবদি লায়রহুনা থায়নৈ কাওবা মমি শামপ্রে। হৌজিক্কীগুম লৈতবদি নত্তে, লৈ। কুমকোক্কী পীথাদোয়না ময়ক ময়ক্তা খোঙ্ঘাংদি শুদনা হুংশিন্নবা মপাওখোল অমনা পোথা পোথা খোংলম্মী। অহুনা হৌজিক কাওবা মাগী হৈহেক তুঈন্না হৈদমরি —

"থরনা পোমশাৎনবা
হেকনি হায়বগী কিবনা
মরুমদা ঊনা পুংবা
য়েংজরি মুনা মুনা।"

মন্না মরু লৈরি, মউ কংত্রি, লৈশা খুদিং লৈরাং চুম্না শাৎহনশি। অহুনদি চে হিংহনবিয়ু, য়েংবিয়ু, সাহিত্য নৈনবিয়ু, হিংনবা লম্বী য়ানবীয়ু। 'পাগী হৈনা ইন্দুনা পুগী থুনাম মাহুনা "হৈ হা" হৈহৌননা সাহিত্য তেংলৈ কাংহুনা লাউসি ঐখোই পুন্না—

চীংবু তম্বু তিনশি হেঁ
ইপা লোনি য়ানশি হেঁ
ইপু লোনি খাউসি হেঁ
লোখাউ ওম্বু তানশি হেঁ
মৈতৈ লোনগৈ চাউনিংঙাই—
হো—য়ানশে
হোঁ—খাউশে,
হো—হাইয়ো হৈঁ—হা ।

# (১৩)

# (মিৎয়েং)

## (থাগী চেকোঙ্)

<u>চেকোঙ্গী মরমদা</u>—

"মিৎয়েং"—থাগী চেকোঙনি। চেকোঙ্ অসি শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ এম, এ; এল, এল, বি না সম্পাদক ওইদুনা অদুগা শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী রাষ্ট্র ভাষারত্ননা সহকারী সম্পাদক ওইদুনা ১৯৫২ ইংগী ওক্তোবর থাদা বিজয় প্রেস লিঃ ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা শ্রীএল, পিশক সিংহনা থোঙলম্বনি। কপি অমগী মমল মথায়দনি, থা ৩গী গ্রাহক ওইবদা চংগদবা শেল মহুংদা লুপা অমগা সিকি আনা, মপালদা লুপা অমগা নথায়; থা ৬ কীনা মহুংদা লুপা অনিগা সিকি অহুম, মপান্দা লুপা অহুম, চহিগীনা মহুংদা লুপা মঙাগা মথায় অদুগা মনিপুরগী মপান্দা লুপা তরুকনি।

<u>সম্পাদকশিংগী মরমদা</u>—

"মিৎয়েং" গী সম্পাদক শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ এম, এ; এল, এল, বি, নি। মহাক অহানবদা ধনমঞ্জুরী কলেজগী প্রফেসর ওইরমই। মথংদা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমাগী সেক্রেটরী ওইরমই। মহাক হৌজিক হৌজিকমক মনিপুর সরকার আর্ট অমসুং কলচর ডিপার্টমেন্টকী ডিরেক্টর ওইরি। মহাক মনিপুরী সাহিত্যগী লমদা শরাইরবা মীশক অমনি। চেকোঙ্ অসিগী সহকারী সম্পাদক শ্রীনিলবীর শাস্ত্রীসু মনিপুরী সাহিত্যদা থরাই য়াওবা অমসুং মমিং চৎপা অইবা অমনি। মহাক্কী "খোংজোম তীর্থ" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অদু মনিপুরী সাহিত্যগী লমদা শীংথানবা লাইরিকনি। মহাক হৌজিকমক মনিপুর সংস্কৃত পরিষদকী জেনরেল সেক্রেটরি ওইরি।

সম্পাদকী বারেং -

৩বা চহি ৫শুবা মশীং
ফেব্রুয়ারী ১৯৫৩ ইং

য়াওশং

অশাংবা, অঙাংবা, নাপু য়েন্নিংগী অনৌবা শকুম মালেমদা মচু শংলরে। ফজবগী ঈপাক্তা লুংশিবা ঈথকনা শান্নরি। কুজী অনৌ অনৌবা য়েন্নিংদা মালেমগী নিংথিবা শকুমদা য়াওশংগী অঙাংবা সিন্দুরনা অমত্তা ওইনা চাইশিল্লকলগনি। অদুবু অরাবদি শাবী শানৌগী য়াওশংলা? মতমগী য়াওশংলা! করম্বা য়াওশংনো? মীওয়বগী পুন্সিদা য়াওশংদি তত্তবা লাকহৌথিগনি অদুবু চিন্তা তৌহৌগদবদি য়াওশংনি।

বসন্ত লোইখরে। য়াওশং লাকলে। অদুবু কুমসিগী য়াওশংদি থোংকাপ চাওশিল্লি। রাকচিংগী উন তাকত্রিঙৈদা থাবল চোংউ তমথরমান্নে। থরা অমনা হায়নরি— "হাকুমদি নিংবা কাউহৌরে, চন্দক্তি থুদাং হেক্তা মপাইরগে"। থর অমনা অমুক শোন্নরি—"হাকুমগী লৈরাংনা কুনসি লৈমন চল্লমত্রবদি" মফগনি; কুমসি থাবল চোংবনা কমদৌবা? লুহোংবদদি বেগু পার্টিগী মখোল ফনা নিংথিজনা তারে, মরোল অমদি গুত্রি য়াওশংগী ওইনা লোংশিনথরব্রা? অদুবু কুমশিনা করম্বা মফমদা থাবল চোংলগা করম্বা মফমদা থিংগদৌরিবা? মরৈকাইগী থিংলগা মীরৈকাইদা তেংথাগদৌরিব্রা? অচুম্বা লেপহৌত্রবদি বেগু পার্টিনা ইকাইখিগনি। থাবল চোংবা অসি ফন ফজে, মীরৈবাক মচানশু মথাগংলি। লাইরেন মথেক পুবা অসিশু মফজে। অদবু মী য়াম্মলথিবনা ভাবককী নিংবা কাইরে, সিট ফংদবশু কোকথোংনি। মাসি য়ারবদি মতম ককপা। কৈ, য়াওশং হায়বা অসি চিন্তা তৌবা কাংবুগী ওাক্তশু নত্তে, ময়ামগীশু থম্মা য়েংবা কৈ।

মৈতৈগী কূম্মৈশিংগী মরক্তা অথোইবা কূম্মৈদি য়াওশংনি। মাপহোংগী য়াওশংগী ঙাংলৈনরবা আবের সিন্দুরগী মরক্তা অঙাংশিংনা চেনচোংহনা শান্নবা, পেচকারী কাপনবা, লম্বীগী কোনা কোনাদা লৈশাবী পাথংনা সম্রি তৌবা অসিনি। ইকাইথীরবী নুজানা বসন্তগী য়েন্নিংদা অচিকপা মিৎয়েংনা য়েংলিবা অসিসু মক্কৈজে। করিনা? মতম্না—ফজবা শাক্তমদি যৌবন থাজনি হায়নরিদনা—। মৈতৈগী য়াওশং অসি মথোংকারকলবী নুপী, অঙাং, পাথং লৈশাবীশিংগী ঙাক্তনু নত্তে, অহল লমনশিংসু ময়াওরি। থাইনা মহায়রগে, অঙাং ওইরিবৈঙেদা লৈকাইগী ইচে ইনেমশিংনা শেল থায়রুরগা ইকোই কোইনা শিংজু বোরা চাবদো উরি। কুমসিদি উররোয়রব্রা? লৈকাই খুদিংদদি চিরোল তৌনরে, মীপুম খুদিংনদি ঙাংনরে—য়াওশং; য়াওশং! লৈশাবী, নুপিমচা, তনৌ তনৌবা অঙাংনা অয়ুক্কী ইংলবা শক্তমদা য়ুমথোং খুদিংদা নাক্কথেংবা, পাথং শৈশাবীগী চাকচা হৈজানবা, অহল লমন্না মচা মগুগী ফিজ্জেৎ হোংবিবা, মমানা মচাবু য়েংজবা; কেজ্জরবী মমোন্না "ইমা ঐগীদি ফিত্তুপ লৈবিয়ু" অসিনা য়াওশং ওইগদৌরিব্রা? অচিকপা মকমদা মতমবু নুংশিহনা শোনজরিবা, থরনা য়াওশংদি অমুক লাক্লে নিংশিংজরিবা অসিনা করম্বা য়াওশংনো? কনাগুম্বা পাথংনা খোইদাজবা লৈশাবীশিংদা সাইকল থৌজিন্দুনা ফি মুনহল্লিবা অসিদি য়াওশং ওইরোইজ্রা? থংলে, য়াওশং হায়বসিনা মায়া তৌহনা মিত্ত ইফুল চাইশিন্দুনা পুম্নমক ঙমহৎখরে।

# (১৪)

# ঙসি

# চিঠি মরূপ মেগাজিন

## ( Children's Manipuri Monthly )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"ঙসি চিঠি মরূপ মেগাজিন"—অঙাংশিংগী দমক্তা ফোঙ্বা থাগী চেফোঙনি। চেকোঙ্ অসিগী অহানবা চহীগী অহানবা মশীং ১৯৫৫ ইংগী জুলাই থাদা শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চিত্রাঙ্গদা প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা ফোঙ্লমই। মসিনা মণিপুরগী ইহান হাম্না ফোঙবা অঙাংশিংগী থাগী চেকোঙ্নি। কপি অমগী মমল সিকি আনানি। চেকোঙ্ অসিদা অঙাংশিংগী কান্ন-কান্নরবা য়ারেং অমসুং শৈরেং কয়া য়াওরি। চেকোঙ্ অসিনা মতম খরা অঙাংশিংগী চাওখৎ লম্বেলদা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"ঙসি চিঠি মরূপ মেগাজিন" গী সম্পাদক শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহগী মরমদা "ঙসি" চেকোঙ্গী মতাংদা ইজখরে। মচু পাখিগনি।

সম্পাদকী য়ারোল—

১বা চহী, ১বা মশীং

জুলাই ১৯৫৫ ইং

মুংশিরবা অঙাংশিং পুন্নমক!

ঙসিদি নখোইগি ওইবা মেগাজিন অমা থাগী ওইনা ফোঙ্বা হৌরেদো।

নখোঈগি ইরিবা ময়াম অসী উবদা মুংঙাইবা পোকই। হোৎনরগা হেন্না ফররুদবা হৌজিক্কী নহারোননি। মাঈগৈ চুম্না হোৎনবা কায়বা য়াদে। মীনা য়ৈথাইবা পীবদা পুক্লিং হনবা য়াদে। মীনা য়ৈথাইবা পীবদা নপুক্লিং হল্লবদি নহাকস্ মীনিনা নথন্তগি য়েক্লবা ওইজররুপা শোয়ত্রবনি।

অছুনা অঙাং পুন্নমক হোরো পুক্লিং হক্চাঙ য়াওনা নখৌ ভোননবা। নখৌদি ঐখোইগি খুরুম্নবগি খুদম্না তাক্লি।

(১) খুবী – মীওইবা জাতি অমত্তনি।
(২) খুদোম্বী—মীওইবগি পুক্লিং চাওথৎহনগদবনি।
(৩) খুয়াই—মীওইবগি হকচাঙ কহনগদবনি।
(৪) খুনিংথৌ—মীওইবগি পুক্লিং লৌশিং চাওথৎহনগদবনি।
(৫) খুনাওবী—মীওইবগি সমাজ চাওথৎহনগদবনি।

রাশক ৫ অসী পাঙথোকপনা নখোইগি নখৌনি।

করম্না পাঙথোক্লনি? থল্লু, পৃথিবী অসী নরৈবাক্লি। মীওইবসি নজাতিনি। অছুনা অপুনবা রাথল থনগনি, অপুনবা চাওথৎপা পামগনি।

অছুগী অহানবদা খুবী ১স্নুং খুনাউবীগি থবক অসী মথং মথং লোয়ননা লাক্লনি।

অছুনা অঙাং ওইরিবা নখোইনা নহৈ তম্বা হোৎনবগা লোঈননা পুকচেলদা কন্তবা চঙদননবা হোৎনগনি। মসী করম্না হোৎনগনি?

চাং নাইনা শাম্নগনি, লাইরিক পাগনি, হকচাঙনা থবক শূগনি, নিংশিংবা তমগনি। অচুম্বা য়া হাঈননবা হোৎনবনা অহানবা লাইনিং ওইগনি।

# (১৫)

# মতম

## ( সাহিত্য চেকোঙ্)

**চেকোঙ্গী মরমদা—**

"মতম"—থাগী সাহিত্য চেকোঙ্ অসি ৺কোংব্রাই ইবোহল শর্ম্মানা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৫৬ ইংগী ফেব্রুয়ারী থাদা ফোঙ্বা হৌখি। থাগী চেকোঙ্ অসি শর্ম্মা প্রিন্টিং ৱার্কস্. ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা মতম পব্লিসিং হাউস, ইম্ফালনা ফোঙলম্বনি। মশাং খন্ননা আজাদ প্রিন্টিং ৱার্কস্, ইম্ফালদা নম্নগা ফোঙ্লমই। চেকোঙ্ অমগী মমল সিকি পৈশা মরিতনি।

**সম্পাদকী মরমদা—**

"মতম" থাগী সাহিত্য চেকোঙ্গী সম্পাদক ৺কোংব্রাই ইবোহল শর্ম্মাগী মরমদা নিতিগী ফোঙ্বা "মতম" চেকোঙ্গী মতাংদা ইজখরে। মদু পাবিগনি।

**সম্পাদকী ৱারোল—**

১বা চহী, ৬শুবা মশাং
জুলাই, ১৯৫৬ ইং

মৈতৈলোন

মৈতৈলোন অসি পিরুবসু চাওরবসু ভারতকী প্রাচীন জাতি মণিপুরী হায়বা অদুগী লোননি। লোন অসি রাজনৈতিক ঈচেলনা মতম খরা মুৎনবা বাঙ্গালীশিংগী মশক উহন্দবা থৌরাংদগী বাঙ্গলা লোনবু মৈতৈ ঐথোয়গী ইমা মরোলদোনা তৌহল্লমই। মদুগী মুংশিংনা ঐগী ইচা 'কমল' বু ঐগী ইচানুপী "পদ্মা" বু মথংশিংনা "কোমোল"

হায়না 'পোদা' হায়না উচ্চারণ তৌরি। য়াম্না নেক্নিংবা রানি, হন্না থবদা য়াম্না ইকায়জে। অহুদগী ইজাতি রাখলগী মঙাল লাক্কুনা স্কুলশিংদা মৈতৈলোন অসি তমহল্লে, বাঙ্গলা লোন মুথৎলে। অহুদগী মৈতৈলোন অসি হিংগৎচরক্কুনা লৌজিক উপাল অচোবা অমগুম্না মশা মরেং লোংহুনা হিংজরক্লে। মসিদা অমুক নিংবা কায়বগী থৌরাং ময়াম মীশক মীমাই য়েংবনি থংদে, কনাগুম্বা থরগী কান্নবনি থংদে, মৈতৈ অসিদা থায়নগী চৎনথিরবা রাহৈ ময়াম পুশিল্লক্কুনা পরীক্ষা পিজগদবা অঙাং কয়াগী মতম মাংহল্লি, পাঙ্গল মাংহল্লি। চৎনথিরবা লোন অহু থেনবা চিনফা পুনবা লাক্লবদা ওল্লোকপা পোৎলুম অমা ওইরে। লোল হায়বসিদি শ্রীনেহরুনা হায়খিবা অমা লৈ—Growing, throbbing and living—নি। অহুনা সিগ্রবা লোল অহুদা ইনার্জি মাংহনবা চুমদে।

সংস্কৃত হায়বা লোনমুক ফজবা ভারতকী করম্বা লোল লৈখগে? ফজবদা শেংবদা অমসুং অরিবদা লোন অসি ঙাংলবদি ঈশ্বরমক্তা থেংনবা য়াগদ্রবোই নিংনরিবনি। অফাও অফাওবা সংস্কৃত লাইরিকী ফজ ফজবা লোন অহু শত্তোক্কুনা রাঙাংবা কান্দা হায়নবা ঙাক্তনি। গীতাগী ফজরবা শ্লোক, গীতগোবিন্দগী হুংশিরবা শৈরেং ময়াম থাগৎনবাঙাক্তনি, অহুবু শিগ্রবা লোননি হায়হুনা মী থুদিংগী তমদবা য়াদ্রবা লোন্দি ওইহল্লে। অহুনা মৈতৈলোন অরিবা শিগ্রবা অহুবু মী থুদিংমক্না তমদবা য়াদবা মঙংদা শিনবা য়াম্না লাম্বা থৌরাংনি। ব্যাকরণগীনা করম তৌরি? মৈতৈলোনগী ব্যাকরণনি হায়হুনা কাক্তাকলুরগা "ম্যাং, গুণ, পোৎ, মী, থরক্তী মমিং থংনবা রাহৈ পুরমক অহুবু নাউন কৌই" লৈরমলে। অহুদগী মৈতৈলোনগী ব্যাকরণ অমদুনা "করিগুম্বা অমগী মিং থক্তনরা অহুবু বিশেষ্য কৌই"—লৈরমল্লে। অহুদগী সংযোজক, বিয়োজক, সঙ্কোচক হায়হুনা মৈতৈলোন ওইনা ময়াম অমুক লৈরল্লে। মসিবু করম্না মৈতৈলোননো?

ষ্টেণ্ডিং কমিটি হায়বা অদুগী মেম্বরশিং অদুনা মণিপুরগী মনুংদা অথংবদু ঐখোয়নি, অহৈবদু ঐখোয়নি হায়দুনা পংতোদা তৌশিল-লত্রা। অদুদগী অমুক সমাস হায়দুনা নাউনম নমলিবা অঙাংদা অমুক তশিরে। অদুদগী অনৌবা লাইরিক অমা অমুক থোরকপা মতুং ইন্না "রাপোক্লোন" হায়বা অমা অমুক পাবা তারে, মদুদগী "আর্য্যেতর লোহ্ল্ুই" পাবা তারে। ওন্থোকপা মৈতৈলোননি। অদুনা ঐখোয়না হৌজিক পাম্মি মণিপুরী জাতিবু শেমগৎপগী মরু ওইবা ওইরিবা শিক্ষা বিভাগনা অথংবা লাইরিক হৈবা, অনৌবা অমসুং অরিবা মুন্না মশক খংবা মীশিংবু ষ্টেণ্ডিং কমিটি মেম্বর ওইহল্লগা হৌজিক্কী কমিটি অসিনা লাললিবসি চুমথোকপিবা।

স্কুলশিংগী অরিবা ওজাশিং অমসুং কলেজগী অরিবশিংদগী শেংদোক্লবা মতেং য়াম্না ফংগনি আশা তৌই।

## (১৬)

# ভারত সেবক

### ( ভারত সেবা পরমো ধর্মঃ )

মণিপুর ষ্টেট ভারত সেবক সমাজগী থাগী চেকোঙ্

চেকোঙ্গী মরমদা—

"ভারত সেবক"— মণিপুর ষ্টেট ভারত সেবক সমাজগী ইনফো-র্মেসন এণ্ড পব্লিসিটি সেক্সন-না ১৯৬১ ইংগী অক্টোবর থাদগী হৌনা ফোঙ্লম্বা থাগী চেকোঙনি। চেকোঙ্ অসি শ্রী এন, তোম্বী সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা শান্তি প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা সম্পাদক মশামক্তা ইনফোর্মেসন এণ্ড পব্লিসিটী সেক্সন, ষ্টেট ভারত সেবক সমাজগী দমক্তা ফোঙলম্বনি "পুম্নমক চাওখৎপা ওইসনু, মুংঙাইবা ওইসনু অমসুং শান্তি ফংবা ওইসনু" হায়বা অসিনা

চেকোঙ্‌ অসিগী পামজবা আদর্শনি। চেকোঙ্‌ অসিগী গ্রাহক ওইবগী চান্দা কপি অমগী পৈশা ৪০, থা তরুকী লুপা ২গা পৈশা ২৫ নি। অহুগা চহী অমগী চান্দা লুপা ৪গা পৈশা ৫০ নি।

সম্পাদকী মরমদা—

"ভারত সেবক" থাগী চেকোঙ্‌গী সম্পাদক শ্রীএন, তোম্বী সিংহগী মরমদা মণিপুর ছাত্র সম্মিলনীগী মুখপত্র "ছাত্র জগৎকী" মতাংদা ইজখরে। মচু পাবিগনি

সম্পাদকী য়ারোল—

ভোলুম ১, আগষ্ট ১৯৬২ ইং

মশীং ১১

মমল লোঁদবা খুৎশু

ভারত সেবক সমাজগী মরু ওইবা পান্দমদি য়ারিবমথৈ মমল তিংদবা খুৎশু শীজিন্নহুনা জাতিগী অর্থনীতি অমসুং য়ুম্বাল কৈবাল লম্বী থোং ঙগৎনবা হোৎনবনি। মসি থোক্লনবা হোৎনবদা প্রজাশিংগী অরেম্বা মতম, পাঙ্গল অমসুং অতৈ অতৈ শীজিন্নবদা কান্নগদবা পুন্নমক সমাজগী কান্নগদবা হীরম কয়াদা শীজিন্নবা অসিমসু ভারত সেবক সমাজগী মরু ওইবা থবক্নি।

লম্বীথোংনা অঙকপা কংনা রাৎহুনা লৈরবা লম অমা ওইবা মরম্না ভারতকী লম্বী থোং শেমগৎ শাগৎপদা চঙগদবা পৈশা পুন্নমক চপ চপ চাবা মমল পীহুনা শেম্বা তারবদি হায়নিঙঙাই লৈতনা পৈশা চঙগনি অমসুং চঙননবা পৈশা অহু ভারতকী লৈজদে। মসি উরহুনা মহাত্মা গান্ধীনা প্রজাশিংগী ভোলুন্টরি লেবরগী দরকার য়াম্না লৈ হায়বসি স্বরাজ কংগ্রিশৈদগী হৌনা কন্না হায়বীরম্মী অমসুং

থবক্না উৎপিরম্মী। ভারত সেবক সমাজ হৌদোকখিবসু মহাত্মা গান্ধীজীগী মতম কুইনগী নীংলকপা আশা অমদগীনি। ভোলুণ্টরি লেবর হায়বসি পীরিবা মীদা য়াম্না ৱানা থোকপা নত্তে। ফনমক থবক চিনবা মী ওইহৌনসু নোংমগী ভাইহাক্তুং দেশকীদমক ভোলুণ্টরি লেবর থর তৌবা ঙমজবা মী অমত্তা লৈতে। নোংমদা শংজবসু হাপ্তাদা অমুক শংগনি—হাপ্তাদা শংজবসু থাদা শংই। অৱেপ্পা শীজিন্নদবা মতম অমসুং পাঙ্গলবু জাতিগী শেমগৎ শাগৎপগী লম্বীদা অয়াবা মওংদা কথোকপনা ভারতকী প্রজা পুম্নমক্কী অফবা থবক্নি। মী লাখ নিপান্না নোংমদা পুংথায় অমমমত্তা ওইরবসু কথোক্লরকপদা মমল তিংদবা থুৎশূপুং লাখ মরি ফংলে। মসিগী মমল কয়া য়াম্বগে হায়বদু খন্থৌনা য়েংবশি না থঙবীগনি। অসোমদা খন্নথৌনা ভারতকী থবক ঙম্বা মশা ফরিবা নিপা মুপি পুম্নমক্না ভারত সেবক সমাজগী পান্দম অসি পাঙথোক্নবা হোৎনবিগনি হায়না আশা তৌরি।

হন্দক মরক ভারত সেবক সমাজনা ঠীকাগী থবক পায়থৎলকপদা কনা কনাগুম্বনা সমাজ অসি কারবারগী থবক তৌরবরা শেন্দোং তাল্লবরা হায়না চিংনবা থন্নবা থেংনদবা নত্তে। ভারত সেবক সমাজনা থবক তৌবদি মী অমনা অনীনা কান্নগনি হায়বগী ৱাকমদি লৈত্রে। লম্নাই মী খরনা শেন্দোং পুম্নমক থোমজিন্দুনা ইনাক খুনখিবা থিংননবগী লম্বীদা ভারত সেবক সমাজ অসি য়াম্না ফবা খুৎলাই অমনি। মসিনা লম্বী থোং শেমগৎ শাগৎপদা য়াওরকপসি দেশকী ওইনা য়াম্না ফবনি হায়না অয়াম্বনা থম্মৈ।

# (১৮)
# ঐখোয়

( আসাম, মণিপুর, নাগালেণ্ড ১মুং কাছাড় মাইগৈদা অমতা
ভায়রবা মীৎং মীখায় নাইদবা থাগী চেকোঙ্ )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"ঐখোয়" — ১৯৬৭ ইংগী অক্টোবর থাদা ইমাচাউবী দেবীনা সম্পাদিকা ওইদুনা পরিদর্শক প্রিন্টিং প্রেস, জেল রোড, শিলচরদা ছাপা তৌদুনা কোঙলম্বনি। চেকোঙ্ অসিগী মশীং থরম্ শিলচর প্রিন্টিং এণ্ড পব্লিসিং কো-ওপরেটিভ সোসাইটি লিমিটেডতা নম্নমই। মণিপুরগী মপান্দা মৈতৈ লুপীনা সম্পাদিকা ওইদুনা কোঙ্বা চেকোঙ্ "ঐখোয" না অহানবনি। কপি অমগী মমল পৈশা য়াংখৈনি। থাগী চেকোঙ্ অসিনা চহি থরা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই।

সম্পাদিকাগী মরমদা—

"ঐখোয়"—থাগী চেকোঙ্ অসিগী সম্পাদিকা ইমাচাউবী দেবী মৈতৈ সমাজগী চাওখৎ খোংথাংদা থরাই য়াওজবী লুপীনি। মহাক্না কাছারগুম্বা লৈবাক্তা মৈতৈরোনগী থাগী চেকোঙ্ অমা কোঙলম্লিবা অসি থাগৎনিংঙাইনি, লুপীমক, ওইরবস্ত্র মথোনা লৈ হায়নিংই। মহাক শিলচরগী ইটাখোলা, মণিপুরী লৈকাইদা লৈবনি।

সম্পাদিকাগী ৱারোল—

১বা চহি, ২বা মশীং
নবেম্বর, ১৯৬৭ ইং

## সাবাস লেতাশিং

ইংশোক '৬৭ অসি কংগ্রেসকী মায়থীবা মতাং অমা ওইনা থোক্লে। হায়বদী ভারতকী জনতানা পাটি অতোপ্পবুস্ত্র চাং

য়েংনিংবগী দমক্তা মায়গৈ মায়গৈদা vote পীদুনা মী অয়াম্বনা সরকার পালহনথি। মশি ঐখোয় জনতাগী পুকচেল শেংব অমদি জাতিবু মীচং মীথাই থাইবগী ঈরেলনি। তসেংনমক পঞ্জাব অমদি হরিয়ানা মচুগী মথক্তা রাজস্থানদা থোকখিবা লানশিংদা য়েংজরুরবদি— মণিপুরনা তৌখিবাসিসু করিসু কায়দে।

তৌরীগুম্বসুং রাষ্ট্রপতিনা শাসন পুথিবসি জাতি ঐখোয়গী মাইথুবনি। রাষ্ট্রপতিনা শাসন পুথ্রবনিন মণিপুরী জাতি ১দি মণিপুরদ লৈতেংবিরিব members শিং মতিক চাদ্রে হায়বনি। বিধান সভাগী সদস্য মণিপুরগী জনতান থনবীবনী। রাষ্ট্রপতি শাসন ১দি রাজ্যগী শাসনগী মরমদা মণিপুরগী প্রজা ১দি জনতান থনকম থোকই। রাষ্ট্রপতি শাসনগী মথৌ তারবা মতমদা শোয়দনমক্কী পীবিগনি ১সুং লোঙ্জসনু—দেশগী সংহতিগী দমক্তা। কোইরেং ১সুং সালাম তোম্বাগী Power গী লানগী দমক্তা মণিপুরগী মীশিং লাখ ১২গী বিচার মখোয়ন তৌফম থোকতবনি। মচুগী মথক্তা অতৈ অতৈ members শিংবু—তুং ইনবিরিবশিংসু—"আনি" পামজনিংবগী ফিভম ওইখিবনা রাষ্ট্রপতিন থুং থিংজনখিবনি।

মতাং অসিদা ঐখোয়ন মণিপুরগী নহারোল ১দি জনতাদ হংগৎচনিংবদি তশেংনমক রাষ্ট্রপতিগী শাসন পাম্বিবগী ফিরেপ্তা লৈবিরিব্রা? নত্তুন হোৌজ্জক লৈতেংবিরিব বিধানসভাদ—"ঐখোয়ন হেল্লে" হায়দুনা লৈতেংবিরিবা নেতাশিংশিবু by election দ পোৎথাহল্লগা অনোবা ঈ, অনৌব নীতি ১দি জাতিবু সুংশিব কাংবুন মণিপুরবু শাসন তৌহন্দুনা মণিপুবসু ভারতকী শীংথানবা য়াব রাজ্য অম ওইন থায় মমাংদা চংথহম্বন অহেম্বা নীতি ওইগদ্রা হায়ন থনজৈ। ঙসি পুকচেল শেংদ্রবা "ঐহাক্কী" নত্তুনা থনবিদ্রব কাংবুন মণিপুরগী মায় থুইবনি হায়বশি চীংনবিঙাই লৈতে। Vote ঐখোয়না পীজরুবদি ঐখোয়বু অয়াম্ব ১দি অপাংবদ শিংথানবনি।

মরম অদুন প্রজা ১দি জনতা রাষ্ট্রপতি শাসন লৌথোকপিদুনা থা ১গী মতুংসিদা By election তৌবিদুনা লৈতেংবিদুন লৈতেংবিরিব member শিংবু পোংখাহনবগী থৌদাং চংথনবীদুনা অনৌব ঈ অনৌবা নেতান শাসন পাইবিদুন ভারত লৈকোলদ মণিপুরবু অমজনিঙাই রাজ্য ১নি হায়না শীংথানবিব পামজে।

১৮ ঐখোয় হায়বা হেক্তিং ১৭ ঐখোয় ওইগদবনি।

# (১৮)

# মতম

## ( Monthly Journal )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"মতম"—থাগী চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসিগী অহানবা মশীং শ্রী টি, ডি, ঙাঙোম্বনা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৬৮ ইংগী ফেব্রুয়ারী থাদা আই, পি, ডব্লিউ দা ছাপা তৌরগা মতম পব্লিশিং হাউসনা থোঙ্-লম্বনি। কপি অমগী মমল পৈশা ৬৫ নি।

সম্পাদকী মরমদা—

"মতম" গী সম্পাদক শ্রী টি, ডি, ঙাঙোম্বা মণিপুরী সাহিত্যদা থরাই য়াওজবা মীশক অমনি। মহাক্না "মতম" হায়বা থাগী চেকোঙ্ অসি থোংদুনা মতম থরা লৈবাকী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী রারোল—

১বা চহী, ২বা মশীং
মার্চ, ১৯৬৮ ইং

স্বাগত তৌজরি

শ্রী এম, কোইরেং সিংহ চিফ মিনিষ্টর অমদি শ্রী এন, তোম্বী সিংহ, ইডুকেশন মিনিষ্টর, শ্রী সোলোমোন ফাইনান্স মিনিষ্টর অমসুং

শ্রী গৌখেনপাও মেডিকেল এণ্ড পব্লিক হেলথ মিনিষ্টর, শ্রীশিবোলা-রহো অমসুং বিধান সভাগী মেম্বরসিং "মতম" গী রিদরশিংগী প্রতিনি-ধি ওইনা ঐহাক্না স্বাগত তৌজরি। এলহৌডেদগী নিংতম্না লৈজরকপা পিক্লবসু পিক্লা মণিপুর— ভারতকী State অমগী ফংকম থোকপা সনমান ফংহনবিস্থনা হেন্না কবা চাহোং-ভাহোংবা লৈবাক অমা ওইনা লৈনবা অকনবা থবক পাইখৎপিনবা নিংশিংজরি। ভারত সরকারগী মফমদা Manipur Statehood কী দাবীদা রাজনীতি দল পুম্নমক্না চংমিনরকপদা নহারোলশিংগী সহযোগ পীজরি।

মীয়ামগী ওইবা ফেক্টরি, ইন্দস্ট্রীজ কয়া লিংখৎপীত্থনা লম্বী-থোং ফহনবীত্থনা অমদি শিক্ষা, হেলথ, পরার, কম্যুনিটি ডিভেলপমেন্ট হেন্না চাওখৎহনবীত্থনা হেন্না সুভাইবা লৈবাক অমা ওইহনবিগনি হায়না চাওথোকচরি। থবক ফংদবগী সমস্যা অসি কোকহনবিস্থনা নহারোলশিংবু শেমগৎপীত্থনা মণিপুরদা মপুঙ ফাবা গণতন্ত্র সরকার অমা মরা চেংনা লৈহনবা নহারোলশিংগী অচেৎপা আশানি।

অরোইবদা চীফ মিনিষ্টর শ্রীকোইরেং অমদি মহাকী কেবিনেট মিনিষ্টরনা লৈবাকী অরাংপা মতংদা ভাত্থনা লৈরিবা সমস্যা কয়া অসি সরকারগী কর্ম্মচারীগী মরক্তা শেনজা-থুমজা লৈহন্দনা পাংথোকপীনবা অকনবা লাল কয়া থেংনরকপদা ঐথোয় নহারোলগী মপুং ফাবা সহযোগ থমজরি—ঈশ্বরগী মফমদা মাই পাকপা য়ৈথাই থিংগাইবা লৈভনবা হায়না ঐথোয় নহারোল পুম্নমক কোক নোজরি।

---

# (১৯)

# লময়ানবা

( থা খুদিংগী কোঙ্বা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী চেকোঙ্ )

## চেকোঙ্গী মরমদা—

"লময়ানবা"—থা/থা খুদিংগী কোঙ্বা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী চেকোঙ্নি, মঙুং অমসুং মপান্দা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী শকথং মাইথংনবা, রাখল কাওদোক্নবা চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি ১৯৬৯ ইংগী আগষ্টকী তাং ১৩ দা শ্রী এন, কে, সনাজাওবনা সম্পাদক ওইদুনা পেরেডাইজ পব্লিশিং হাউস, পাউনা বাজার, ইম্ফালদা ছাপা নম্বগা কোঙ্বা হৌখি। মরক্তা মতম থরা চেকোঙ্ অসি শ্রী রাই, তেজেন্দ্র, শ্রীথৌনাওজম তরুনকুমার অমসুং শ্রীথৌনাওজম ইবোতোম্বীনা সম্পাদক ওইদুনা কোঙ্লমই। হৌজিক কাওবা চেকোঙ্ অসি চাং নাইনা কোঙ্লি। কপি অমগী মমল লুপা অমনি।

## সম্পাদককী মরমদা—

"লময়ানবা" চেকোঙ্গী সম্পাদক শ্রী এন. কে, সনাজাওবা মণিপুরগী জর্নেলিষ্টশিংগী মঙুংদা শীংথানবা য়াবা মীশক অমনি। মহাক্না "লময়ানবা" হায়রিবা চেকোঙ্ অসি ওসি কাওবা চাং নাইনা কোঙ্দুনা লৈবাকী সেবা তৌরি। অতৈ সম্পাদকশিং—শ্রী রাই তেজেন্দ্র, শ্রীথৌনাওজম তরুনকুমার অমসুং শ্রীথৌনাওজম ইবোতোম্বী জর্নেলিজমদা থরাই য়াওবা নহারোলমক্নি। শ্রী থৌনাওজম তরুনকুমার মণিপুরদা কোঙ্বা ইংরেজীগী চয়োলগী চেকোঙ্ "Resistance" কী সম্পাদক ওইরি।

সম্পাদকী য়াথোল—

১বা চহি, ১বা মশীং
১৩ আগষ্ট ১৯৬১ ইং

### আগষ্ট তরাহুমদোই

অশোনবা জাতিশিংগী পুন্সিবু অর্থ থোকহল্লবা অকম্বনা অচুম্বা শক্তম লৌবগী খাইদগী ময়েক লানা উংখিবা মুমীৎ থাবান অমা ওইখিবা অহু ঙসি অসিনা হুম্ফু তরানিপাল শুবা চহিনি। অশোনববু নমথবা, জাতি অমগী মশাগী অধিকার অমসুং সম্মান ঙাকনা লৈজববু যেংবা ঙমদবা, অতোপ্পবু তাখিবা, অকম্বা জাতিশিংগী মরক্তা মীচং লৈজদবা, মীশিং য়ামজদবা কাংলুপশিংনা মশাগী সম্মান অমদি তাংদাংবা শক্তোন পুহুনা বরম্বা হিংবা য়াংদগে হায়বা য়াহং থোক্লক-খিবা মুমীৎনি। মীগী খনবা ঙমদবা মখোয়তনা শুপচিনবা পাম্বগী য়াখলনা লমজিংখিবনা মরল লৈঙদবা কাংলুপ কয়াবু খাম্বীনিংঙাই য়াওদনা নৈহৎপীখিবা দৃশ্য অহুনা মণিপুরীশিংগী জাতিগী পুন্সিদা ময়াই কল্লবা হু ওইহুনা ঙসি ফাওবা লাইয়েংকম খংজি। হোনজবা মীহাৎ অহুনা থুক্কৎহনখিবা মীহুল ঙসি ফাওবা হম্বরক্তি। তমখীবা মতম অহু তুংওইনরম্নগা অনৌবা, ফজবা, শান্তি ওইবা জগত অমা ঙসিগী পৃথীদা লৈরে হায়বসি চৌজিক ফাওবা মণিপুরীশিংনা থাজবা ঙমজি। ন্যায় চংজবা মচানা মমাবু মুংশিজবা হায়বসিবু কয়া মরাল পীকম থোকপগে? ঙসি ফাওবা হংলিবা অমদি নৈনরিবা মণিপুরীশিংগী য়াহংনি। লাইরবী নত্রগা পাঙ্গল শোনবী ওইহুনমু মশাংি সতীত্ব ঙাক্না লৈজরবী মণিপুরী ইমাগীমু মরাল লৈখিবা নত্তে। মৈত্রবাকী নিংতম চরৈবু মুল্লগা নমহুনা মীনাই কীজোল হোংগে হোৎনখিবা বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদকী তুকচরবা অত্যাচারনি। মহু য়েংহুনা লৈথোকপা হায়বসি মমা মুংশিদগী মক্রবা মৈরি কায়িবা মণিপুরী নোংখারেলশিংগীদি ওইথোকখিদে। মশাগী সংস্কৃতি, কৃষ্টিগী

ঈচেল লৈজবা, পৃথ্বীগী জাতি অনত্তনা মহু খাংহনা লৈফম থোক্তে। হোৌনদবা অত্যাচার অদুগী মাইয়োক্তা চোংথোক্লুনা মাইয়োক্লুখিবা অথোৌবশিংদুগী পুন্সিদি জগতকী ফীদম্নি। মমা লৈবাকী দমক তুজুং-নাচুংবা পোক্তনা পুন্সি পূর্ণাহুতি পীখিবা চংথোল্লবা অথোৌবশিংগী অশেংবা ঈ মরীকশিং অদু জ'তিগী ফংঙমজবা শিদহিদাকনি। মথোয়গী পুন্সিরোল নৈনবতনা জাতিগী লাইনা কোক্কদবনি। কাথিবা হুগী ময়াই চমহনবা ঙমগদবনি। শিননবগী দমক হিংবা পুন্সিগী মাইয়োক্তা হিংননবগীদমক শিগদবনি হায়বসি ঐথোয়গী নোংশারেলশিংনা জগত্তা তাক্লি।

ঐথোয়না থংহনগদবনি অচোৌবনা অপিকপদা নৈহৎপা, হাৎননবগীদমক্তা তৌথিবা অকনবগী বিচার তশেংনা জীব জগত্তা শিংনবনি। তুক্কচরবা কলঙ্কনি। মী'ৎইবা জগৎতা ইতিহাসপু মশক থিহন্না শাজৎনি। ঙসিসু, হয়েংসু তত্তনা রারী লীগদবনি মণিপুরীশিংদি লানথিদে। মশাগী শক্লোন মাংহন্দনা লৈনিংবগী অধিকারগী মাইয়োক্তা চংলকখিবা অকন্বা শক্তিগী অত্যাচারনি। য়ুম্লোন কৈরোন্নবা লৈবাকশিংগা মচীল মনাও ওইনা হুংশিননা অমদি পুন্না হিংমিন্নবগী নীতি অসি মণিপুরী জাতিগীদি লৈশেমজৈদগী চৎনম্নকপনি, মতম খুদিংদসু মসিনা খুৎলাই ওইগদবনি। নীতি অসিগী দমক থরাই কৎখিবশিংগী কীদম লৌবতনা তাইবং জগত্তা শান্তি পুরকপা ঙমগনি।

## (২০)

## খোন্থাং

(ঈরোল ঈনাৎ থিজিল্লুপকী থাগী চেফোঙ্)

<u>চেফোঙ্গী মরমদা</u>—

"খোন্থাং" — ঈরোল ঈনাৎ থিজিল্লুপকী থাগী চেফোঙ্নি। চেফোঙ্ অসি ১৯৬৯ ইংগী সেপটেম্বর থাদা শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মানা

সম্পাদক ওইরগা শ্রীতেজমনি শর্ম্মানা চিফ ইডিটর অদুগা শ্রী ব্রজগোপালনা সব-ইডিটর ওইদুনা সোল প্রেস. শিংজমৈদা ছাপা তৌরগা থোক্‌লমই কপি অমগী মমল পৈশা ৯০ নি।

সম্পাদকী মরমদা—

"খোন্থাং" চেকোঙ্‌গী সম্পাদক শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মা মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না থরাই য়াওজবা মীশক্নি। মহাক মশামক আর্টিষ্ট অমনি। মহাক 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ' অমসুং "নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি" গা মরী লৈনদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌরি।

সম্পাদকী ৱারোল—

১শা চহি, ৩বা মশীং
নবেম্বর, ১৯৬৯ ইং

চেকোঙ্‌

হৌজিক্কী মতমদা চেকোং অমা হিংহনবা হায়বসি অৱায়বা নত্তে, মসিগা মরি লৈননা খোম্থাংসু অৱাকমদা মতম থরা তারুরবনী। মণিপুরদা মৈতৈলোনগী চেকোঙ্‌শিংসিবু ময়াম্না হুংশিবিবা ৱাৎ-পদগীরা? নত্রগা থোক্লক্লিবা চেকোঙ্‌শিং অসিনা মতিক চাবা ৱাৎপরা? হিংবদা অসুক ৱানরিবসিবো? ঐহাক্তি অকোম্বগিসিননি হায়জনিংঙি।

চহি থরা অসিদা মণিপুরদা অঙকপ ফংনা চেকোঙ্গী মশিং হেনগৎলক্লে, মসিনা মণিপুর সাহিত্যগী চাওখৎ খোঙথাং হেনগৎহন্বগী মহুত্তা অকিবা অমা পোকহল্লে। অথন্নবা চেকোঙ্‌ থরা নত্তনা অতৈদি অমুক অনিরক মশক উৎলম্নগা হেক্তা মাংখি। অসি করিগীনো? লাইরিক পাবগী মশিং ৱাংলিবা, মসিদগী হেন্না

লৈবিনবা রাংলবা ঐখোয়গী সমাজ অসিদা কাংলুপ খরনা চেকোঙ্ অমা হেক্ক পুখোকনী হায়হ্নুনা হোৎনরকপসিনা কয়া কুইনা হিংবা য়াগদগে ?

মশিং হেনগৎলকপগী মরম অমনা হান্নবা ফিরেপ খরা তারবা, সরকারগী মতেংকাস্ম খরা ফংলবা সংস্থানশিংনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা সাহিত্য প্রেমিশিং অসিবু লৌশিনবিদবদগীনি ।

হৌগৎলক্লিবা লেখকশিংবু মায়কৈ চুম্না লমজিংবিবগী মহুত্তা য়ারেং-শৈরেং অমতং লানথৎচরকপফাওবা খম্নবা য়াদে, লৌখৎপা য়াদে, অতাংশিং অসিনা তৌরক্লিবসিবু সাহিত্যসি কাগী তৌরিব্রা হায়হ্নুনা খৌশাবিদে । অচুম্বনী নহারোলগী সাহিত্যদি গাহিত্য কৌরুবা য়াব্রবস্নু, সাহিত্যবু পামজহ্নুনা চংশিনজরক্লিবশিং অহ্নুবুদি খঙ-হৈরবা অহল্লোনশিংনা মথুৎ শমহ্নুনা পুবিকম থোকই । তাক-পিকম থোকই । অহ্নুদি নত্তনা মখোয় খরতগী সংস্থান, মীশক খরতগী চেকোঙ্ ওইহনখিবদগী হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংনা মখল মখাগী মওং চাদবা চেকোঙ্ পুখোক্লক্লিবনী ।

নহারোলশিংনগু পুখোক্লিবা চেকোঙ্শিং অসিদা ইনিংবা ইবা, কোঙ্নীংব কোঙ্বগী শাখিরবা লাইনা অমা শন্দোরক্লিবা অসি খন্নবা চুম্মী । মসিনা সমাজ অমদি সরকার অনিগী মরিদা থুদোংখিবা কয়া থোক্লকপা অঙকপা ওইরোই । মাগু কোঙঙি, ঐখোয়গু কোঙনী, মীগু ই, ঐগু ইনি হায়হ্নুনা রাখল ইথন খন্দনা মওং তাদবা চেকোঙ্ পুখোকপনদি অকবা ওইরোই । কাংলুপ মশেন হুংশিনহ্নুনা চাওখৎপ সমাজ অমা পুন্নকপগা লোইননা মতিক চাবা চেকোঙ্ ওইহন্দুনা মপানগী চেকোঙ্শিংগা চাংদম্নবদা শিদনবা হোৎনসি । মচোই মচোই তারবা সংস্থানশিং অসিবু পুনসিনবা য়ারিবা মখৈ পুনশিল্লসি, মতিক চাবা—নীংখিবা চেকোঙ্ খোকহন্নবা হোৎনসি । মহ্নুনা ঐখোয়গী সমাজ অমদি সরকারগী অকবা ওইগনী । অমনা হায়বা

অমনা থাদবা, ঐখোয় পুন্নমক মকোক থোংব লুচিংব ওইনীংব থাদোকসি। ঐখোয়গী মণিপুর হিরম খুদিংদ মীংবকায়বগী শকফম ওইরে। পুকচেল শেংন থবক নোমশি।

## (২১)
## ঈরাৎ
## কাছাড়গী থাগী চেকোঙ্

চেকোঙ্গী মরমদা—

"ঈরাৎ" গায়রিবা থাগী চেকোঙ্ অসি শ্রীসোরাম [redacted] সম্পাদক ওইদুনা দীপক আর্ট প্রেস, হাইলাকান্দি (কাছাড়) দা ছাপা তৌরগা শ্রীমুতুম আবীর সিংহনা কোঙ্লম্বনি। কপি অমগী মমল নয়া পৈশা ৫০ নি। চেকোঙ্ অসিদা কোঙ্থিবা চহি থাদবনা চহি পিজবা ওমজরে। অনিশুবা মশীং চহিদি থারে, অদুবু অক্টোবর থাদা কোঙ্ই হায়না চেকোঙ্ অসিগী মথুমদা ইরি, অনিশুবা মশীংদা য়াওরি—থাংজম ওংবী পদ্মাবতীগী "নিজবা" হায়বা শৈরেং, প্রোঃ এন, কুঞ্জমোহন সিংহগী "কামাখ্যা দর্শন", রাজমোহন (শিলং) গী সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং আর্টসতা মীতৈ", এন, ধনঞ্জয় সিংহগী "তাজমহল" (শৈরেং), হুইরেম মদনমোহনগী "মীতৈলোনগী মরিমথোং", গোলাপ সেনা রাজকুমারগী "মতম" (শৈরেং), এম, বি, সিংহগী "করিগী শন্দোকপিদে" অমসুং এম, ধবলগী "ভারত-সংস্কৃতিগী লামায় অমদা মীতৈ"।

সম্পাদকী মরমদা—

চেকোঙ্ অসিগী সম্পাদক শ্রীসোরাম বাবুসানা কাছাড়গী রাজেশ্বরপুরদা লৈবনি। কাছাড়দা মৈতৈরোন চাওথৎনবা হোৎনবদা

সরুক য়াখিবা মীশক অমনি। মহাক্না "ঈরাৎ" হায়রিবা থাগী চেকৌড্ অসি কোড্‌ত্থুনা মতম থরা লৈবাকী সেবা তৌরমই।

<u>সম্পাদকী রারোল —</u>

ঐহাক্না কপি অমতং ফংজরিবা "ঈরাৎ" কী অনিশুবা মশীং অসিদদি সম্পাদকী রারোল য়াওদে। মরম অদুনা মতাং অসিদা সম্পাদকী রারোল হাপচদ্রে।

## ৫ থা অনিদা ফোড্‌বা চেফোঙ

## (১)
## ঋতু
## ( থা অনিগী চেফোঙ্ )

<u>চেফোঙ্গী মরমদা—</u>

ঋতু — কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা মথল য়াম্বা রাজনীতি, ধর্ম্ম, সমাজ, জগোয় অমসুং সংস্কৃতিগী হৈবা বসন্ত, কালেন, শরৎ অমসুং নিংথমথা ঋতু মরিদা ফোঙ্বা মৈতৈলোনগী চেফোঙ্নি। চেফোঙ্ অসি ১৯৫৯ হংদা ফোঙ্বা হৌথিবনা হৌজিক ফাওবা লৈবাকী সেবা তৌরি।

<u>সম্পাদকশিংগী মরমদা—</u>

"ঋতু" চেফোঙ্গী সম্পাদক ইন্তৎতন্তুনা হোংই। হৌজিক ফাওবদা ওইরিবা সম্পাদকশিংগী মশীং য়ামখয়ে। সম্পাদক খুদিংমকী মিং অমসুং মখোয়গী মরমদা শুনা হৈবা ঙমদ্রে। সম্পাদক ওইখিবাশিংগী মধুংদা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ, ডাঃ আই, আর, বাবু, প্রোঃ আর, কে, মনি, শ্রীহিজম ইবোমচা সিংহ, শ্রী হাওবম

গৌরদাস সিংহনচিংবগী মমিং পনবা য়াই। মথোয় পুন্নক মরাল্লা শকথণ্ডন্নরবা সাহিত্য সেবা তৌরিবা মীশকণি।

সম্পাদকী য়াঠোল—

ভোল্যুম নং ৩, ৩বা মশীং
নিংথম পাওজেল
১৯৬২ ইং

চৌজিক্কী মণিপুর মেগাজিন

মণিপুরদা সাহিত্যিক ওইবা মেগাজিন করিগী হিংলোইদৌরিবনো ? হিংনবগী আশাদি নৈররোইদ্রা ? য়াকম অসি থন্নিংঙাইনি। মেগাজিন হিংহনবগী আশাদি ঙসি কাওবা লেপ্তুনা উরক্লি হায়বা য়াই। মমাংদৌদা লৈখিত্রবা মেগাজিন ললিত মঞ্জরী পত্রিকা, জ্যোতি, মিৎয়েং, সাহিত্য ঈচেল অসিনচিংবা মেগাজিন অসি শিংথানবা য়াবা মেগাজিন্নি। চেকোংশিং অসি মণিপুর সাহিত্যগী মতিক চাবা, অকবা মচাক কয়ামরুম পিথি। চেকোংশিং অসিনা মণিপুরদা সাহিত্যগী ওইবা মেগাজিন লৈবনা কয়াগী মতিক মৈরৈ সাহিত্যগী পুক্কে চাওখৎহনখিবগে হায়বা অছু প্রমাণ তৌরে। চৌজিকসু ঐখোয়না উরি, অনৌবা আশাগা লোইননা অনৌ অনৌবা মেগাজিন।

মেগাজিনগী ইতিহাসতা মণিপুরী মেগাজিন অসি মপুঙ্গি তেরা উই (ছাত্র ছাত্রীশিংনা কোংবা মেগাজিন নত্তনা) মসি মেগাজিনশকী মরাইবক্নরা ? নত্রগা থৌশিনবা মীগী অশোনবদগী ওইগত্রা ? মসি থন্নিঙাই ওইবা য়াকমনি। মমাংদৌদা শিত্রবা মেগাজিনগী মরমদা য়েংউরবদি অহানবদগী চৌনা শিকম থোকপা খোংথাংদা অছুম পোক্লবনি হায়বা য়াই। মরু ওইনা মেগাজিন অমা কোংবদা শেলগী দরকার ওই। শেল তিংনা কোংউরবা মেগাজিন অচু পাবীনবা

মশিং রাংশনা কোন্ত-প্রাইজ অহু কংবা ওমদহুনা মথং চৎথবা ওমদে। অহুবু মতম অহুগী অর্গেনাইজেসন্দি অহুক য়াম্না নৌবা নত্তে। থৌশিনবশিংনা মেগাজিন খাউদা হাপতুনা স্কুল, ওফিসন-চিংবদা কোইচেল চেন্দুনা হাহুনা য়োল্লি। খৌবুশিংনা মতম য়াম্না কাইথোকতুনা অত্তাই ওইনা হোংনৈ। মতম অহু হৌজিক্কী মতম-শুম্না লেখক মশিংসু অহুক য়ামলম্বা নত্তে।

হৌজিক্কী মতম অসি য়াম্না একডেমিকেল ওইবা মতমনি। লাইরিক হৈবা মশিং য়ামলে, অখণ্ড-অহৈ য়াম্না লৈরক্লে। ইবিনবা লেখক মশিং রাগে, সবজেক্ট মখল মখল হৈনরবা লেখক য়াম্না লৈরে। মতমনসু নোংপোক নোংচুপ অনিমক্কী সাহিত্যগী মমি তারবা মতমনি। থিজিনবা. য়েংশিনবা মতমনি। অউম্না উনা হায়দোকতুনা, অসাংপা লৈ পোমহন্দুনা বৈজ্ঞানিক অমদি সাহিত্যগী মিৎয়েংনা থিনরি মতমগী সভ্যতা, বিজ্ঞান অমসুং সাহিত্য। অসিগী মথক্তা সরকারগী মতেং প্রজাশিংগী উৎসাহসু মপুং ফানা লৈরে। য়াম্না খুদোংচারবা মতম্লি। অহুবু মণিপুরগী মেগাজিন্দি মশেল মঙান, মমি-শামিদা উহুনা লৈরি। হৌজিক্কী মতম অসি থাজেশংনা হায়রবদি মেগাজিনগী ফিভম অসি শিথরকপা মপুঙ্গী অহোবমক নত্তে, অরোইবসু নত্তে। ঈচেল লেপত্রবা মপুং ফারবা শক্তমগী মেগাজিন ওইকম থোকপনি। "ঋতু"গী মরাইবকসু ফিবমশিং অসিদা লেপকদবনি।

## (২)

# মৈতৈ-লৈমা

## ( কাছাড়গী থা অনিগী চেকোঙ্‌ )

চেকোঙ্‌গী মরমদা—

"মৈতৈ-লৈমা"—থা অনিগী চেকোঙ্‌নি। চেকোঙ্‌ অসি শ্রীঅঙোম বি, সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা কাছাড়গী শিলচর শ্রীচৈতন্য প্রেসতগী থাই-:থোগন্‌-কাংবুনা ১৯৬০ ইংগী সেপ্তেম্বর থাদা কোঙ্‌লমই। চেকোঙ্‌ অসি মতম খরা লৈবাক্তী সেবা তৌরমই। কপি অমগী মমল মথায়নি।

সম্পাদক্কী মরমদা—

চেকোঙ্‌ অসিগী সম্পাদক শ্রীঅঙোম বি, সিংহ কাছাড়দা লৈবা মৈতৈরোনগী চেকোঙ্‌ পুথোক্তুনা লৈবাক্তী সেবা তৌজরম্বা মীশক্নি। মহাক্না কাছাড়দা থা অনি অনিগী চেকোঙ্‌ পুথোক্তুনা মমারোনগী সেবা তৌরম্বা অসি থাগৎনিংঙাইনি।

সম্পাদক্কী রারোল—

১বা চহি, সেপ্টেম্বর ১৯৬০ইং

মৈতৈ-লৈমা

মেগাজিন অসিগী মমিং ঐ ইশামক্না থোনজবনি। ফোংজরিবা মেগাজিন অসি থাইগী কায়গনি খনজে। ফনা রানা অমম্বুং চ্যেকশিন্না হোংনদুনম্বু অরান অশোয় খরা য়াওখরে। অদো পুকচেল চাওবা পাঠকশিংনা চুমথোকতুনা পাবিগনি নিংজে। রারেং-শৈরেংনচিংবা খঙ্‌ৎপা, বানান রাইহ রাঙানচিংবা থজিক খরাক চুমথোক চুমশিন তৌবা মতমদা লুচিংদুনা থবক তৌরিবা হুইরেম মদম মোহন সিংহনা (ঐনদি ভামো কৌজে) রানা অমম্বুং মপুং ওইনা হোংনবীখি। তৌইগুম্বগুং থবক অসি মহাক্কী মনিংনি, ঐদি অদুক তুংইনজবনি হায়বা য়াই।

মেগাজিন অসিদা অহানবা অফোনবা নাইনা য়াৱেং-শৈরেং হাপলিবসি ঐ ইশামক্না শীনজখিবনি। কনাগুম্বা পাঠকী মফমদা ঐনা শীনজরিবসিগী মতুংদা অহানবা হাপকদবনা কোন্না হাপ্পা, কোন্না হাপকদবনা হান্না হাপ্পা ওইনা খেংনবীগনি। মতু করিম্ থংদবা অপঙ্‌বনি হায়না ঙাকপীগনি নিংঙৈ। থবক অসিগীদমক মরুপ মপাং ময়াম্না য়াম্না য়াবীখি। মতু কনা কনানো হায়বর্নচিংবা মতুংগী চেফোংদা থংহনজরক্কে। খুদোং চাদবা থন্না লৈবনা অয়াম্বা অমম্নুং অকবা য়াৱেং শৈরেং কয়া মতুংগী চেফোংগীদমক থমজহোয়ে। অয়ানবা ঙাকপীগনি নিংঙৈ।

## (৩)

## ঈরা

### ( থা অনিগী চেফোঙ্ )

চেফোঙ্‌গী মরমদা—

"ঈরা"—থা অনি অনিদা ফোঙ্‌বা চেফোঙনি। চেফোঙ অসি শ্রীয়েংখোম জ্যোতিন্দ্রনা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৬২ ইংগী সেপ্টেম্বর-অক্টোবর থাদা ফাইন প্রিন্টিং য়ার্কস্‌, সগোলবন্দ, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা ঈরা পাবলিকেসনস্‌, য়াইস্কুলদা ফোঙ্‌লমই। অহানবা চেফোঙ্ অসিদা য়াওরি—৮মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহগী "নোংলুকপ," শ্রীনন্দলাল শর্ম্মাগী "মৈত্রবাকী থাইনগী শেল", শ্রীইরেং বিজয়গী "অহীঙ তাংলো থেঙজিন্নরে" (শৈরেং), শ্রীনোংথোম্বম কৃষ্ণমোহন সিংহগী "চৈনাখোন", শ্রীবিনয়ভূষণগী "কমল ঠাকুরগী মাধবী", শ্রীআর, কে এলাংবমগী "অহিংগী মরূপ", শ্রীলালমনি সিংহগী "অহিং অমা" অমম্নুং সম্পাদক মশাগী "ছরানবগী মরমদা আইন"। চেফোঙ্ অমগী মমল পৈশা ৭৫ নি, চহিগী শেনখায় লুপা ৪ নি। চেফোঙ্ অসি চহি থন্না লৈবাকী সেবা তৌরমই।

সম্পাদকী মরমদা—

"ঈরা" চেফোঙ্গী নম্পাদক শ্রীয়েংখোম জ্যোতিন্দ্র সিংহ মণিপুরগী শক্লাংবা এডভোকেটশিংগী মধুংদা অমনি। মহাক মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না থরাই য়াওবা মীশক্নি। মহাক মণিপুরগী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি ওইরম্বা অমুগা মণিপুরগী মেডিকেল ডিপার্টমেন্টতগী থবক পোংথাখ্রবা ডাঃ য়েংখোম ভাগ্য সিংহগী মচানিপনি।

সম্পাদকী য়ারোল—

১বা চহি, ১বা মশীং
সেপ্টেম্বর-অক্টোবর ১৯৬২ ইং

সাহিত্যগী ইথিল

সাহিত্যগী মঙালনা সমাজদা তাই, সমাজগী মমিনা সাহিত্যদা তাই। সাহিত্যকার কয়াগী য়াখলনা য়েকখরবা সাহিত্য মপালতনা সমাজ অমসুং মীওইবগী ইতিহাস অঙকপা ফংনা হোংহনখি। অমুগা সমাজগী ফিবমতনা সাহিত্যকারশিং অসিগা য়াখল অমসুং সাহিত্য শেমখিদবদি নত্তে। সমাজগা সাহিত্যগা মরি লৈনৈ হায়বা য়াকম অসি নৌহৌনা অমুক পল্লবগী কান্নদে।

সাহিত্যকারশিং কনাগুম্বগী মরক্তা মহাক মহাকী সাহিত্যদা আদর্শ উৎনবা অমসুং ফিদম তমজনব হায়হুনা হায়বদি তাইবং মীওইবা অসিবু তম্বীগে তাকপিগে হায়না ইবা য়াওই, মখোই অমুগী কয়ানা অঙকপা ফংনা মহৈ য়াম্লি, কনাগুম্বনা মহাকী সাহিত্যদি কন রাংহুনসু সমাজদি অমদি মীওইবদা করিসু শোকপা ওমদে। রুশো, মার্কসনচিংবা কয়াগী য়াখলনা মীওইবগী ইতিহাস কয়াদা মথক মথা ওমথরবা! অমরোমদা ভাঁতে, এইচ, জি, ওয়েলেস, জর্জ বার্নাড শো মখোইগী য়াখল ফিদম্মা কনা য়াংলবা মকমদা শম্নবনু সমাজদা

শোকপা ওমল্লি। অফাওবা সাহিত্যকার কয়ানা সমাজগী অক-ফত্ত অমুক নৈনবা তৌদনা চিত্র অহুম য়েকতুনা থম্বা য়াওরি, মখোইহূগীনা রা অমা ওইখরে। ধর্ম্মগী লাইরিক পাওমেন পাওতাক কয়া অসিন্থু সমাজবু চিংনবা হোৎনরিবা সাহিত্য মথেলনি। পুন্নমক সমাজ অমন্থুং সাহিত্যগা মরি নৈনরম্বগী য়ানি।

সমাজ অমন্থুং সাহিত্যগা মরি নৈনদুনা অমনা অমগী ফগৎনবা ওইনা নৈনরম্বা অসি আধুনিক মতম অসিদদি অনৌবা মওং অমা ওইরক্লে। মরমদি হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐখোইগী সমাজ অসি নাইতোম নৈরম্বা য়ারম্বা অহু থোকখিজে। ঐখোই অপুম্বা তিন্নদুনা পুনশিন্দুনা নোম্বা তাবনা ইথন্-ইথন্তগী রা অহু মখোল তাবা ফংখিত্রে। অপুনবা খোঞ্জেল, ময়ামগী খোল্লাও অমন্থুং কল কার-খানাগী মতেংতনা হিংলবা জীবন অসিদা মহৌশাগী নিংথিজরবা, ইশাগী ইরাইবক্কী ওন্নকপা, ঈশ্বরগী খুশিল ওইরম্বা ধর্ম্মগী ফিদম পুন্নমক কান্নদবা তাথরে। মুংশিবা, প্রেম, মহুগীদমক কবি কয়ানা শৈহেরুখরবা, উপন্যাস কয়া লেংখরবা অমন্থুং মহুতনা ইমুং অমগী পুনশিগী থৌরি ওইদুনা নৈনরম্বদু, অঙাং পোকনবা কন্ত্রাসেপসন পাম্বৈ শিজিন্নরকপা মতম অসিদ শাবি-শানৌ অমুক থাইখিত্রে, সাহিত্যগী ফজরে নিংজরম্বা প্রণয় লীলা অরেম্বদা মাংখরে। ঐখোইগী পুক্লিংদা হৌজিক্কী সমাজগী হিংনবা লানফমগী অরাঙবা, লানগী অকিবা অমন্থুং পোইন্ট য়াওদনা পুন্সি লেনবা তাবগী রাখল অমা ইতত্তনা ফাওবা অসিদগী সমাজনা নিকখিবনা সাহিত্যগী ইথিলন্থু নিকখরে। কনানা খংনি--মিকুপ খরতগী মন্থুংদা পোকখাইরকপা নিউক্ল্যার-খুৎলাই ময়াম্না মাওইবগী সভ্যতাবু মুথৎখিবা থোক্রবদি সাহিত্যনা করি কাম থিগনি?

## (৪)

# মালেম

### ( থা অনিগী চেকোঙ্ )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"মালেম"—মতমগী মডাল হান্নবা সংস্থান অহুনা কোঙলম্বা চহি মথায়গী চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি শ্রীপদ্মকুমার সিংহনা সম্পাদক ওইহুনা ১৯৬৯ ইংদা পেরেডাইজ পব্লিশিং হাউস, পাওনা রোডতা ছাপ্তোরগা কোঙ্লমই। চেকোঙ্ অসিগী সম্পাদক মান্না তোয়না হোংলমই। থা তরুক্কী চেকোঙ্ অসি মথং মথং থা মরি মরি খুদিংদা, থা অহুম অহুম খুদিংদা অহুগা মমৈদদি থা অমি অনিদা কোঙ্লমই। চেকোঙ্ অসিগী কপি অমগী মমল লুপা ১.২৫ নি।

সম্পাদকশিংগী মরমদা—

"মালেমগী" সম্পাদকশিংগী মহুংদা শ্রীপদ্মকুমার সিংহ, শ্রীনিমাই অমসুং শ্রীধীরেন্দ্র, শ্রীভোগেন্দ্রজিৎ, শ্রী টি,এইচ,গোগোনবিহারী সিংহ, শ্রীরাধাকান্ত সিংহ য়াওরি। হান্নরিবা সম্পাদকশিং অসি মণিপুরী সাহিত্যগী থৱাই য়াওবা মীশকতারি।

সম্পাদকী বারোল—

১বা চহি, ওবা মশীং
কালেন, ১৯৬৯ ইং

মহারোলগী থন্নোর

ঐখোয় মহারোলনি। পুন্সিগী নৈহুঙ তোহুনা থিগনি। অমুক্ন থিগনি; অওইবা খঙগনি। শির-সি, চংলগা চং—ঐখোয়গী থন্নোয়নি, মহাগী খোৎলনি। বেদ পুরাণ, অরিবা অনৌবা তাঙ্গ্ম

নবগনি। থম্মোয়দুংদা লুপ্‌নুনা, মাথলদা চোংথক্‌না পোককন খিগনি, শিকম খঙগনি। মুংতিগী মং মংই—মংগী হৌকম থিগনি; মংলৈবাক্তা কোয়গনি।

য়াংলবা চীংশাংনা ইমাঙদা খিল্লিবা উয়গা হায়কম খঙদবা জগৎকী মরোল অমা ভাবগুম ভোই; পুন্সিগী ৎর্থ অমা থোকই। চীংমায়দা খোংলগনি, লকাদুংগী চিক্ক থনমগনি।

সমুদ্র ঈথক্তা কোয়গনি। শিবগা লেংগোয়গনি; মাঋষীবগা শিঙনগনি, তান্ত্রিবা, উন্ত্রিব, খঙজ্রিবা জগৎকী পোৎলম থেংননবা মাঙলোমদা চংশিনগনি, পুন্সিগী মিংকুপ থুদিং হিংগনি।

চীংদুং-মাম্নুংদা চৎকনি। অচৌকপদা ফমদুনা পাক্লবা অভিয়াবু মিংকুপ্তুনা য়েংগনি। লাইয়োইরবা উজাওগী মরুমদা চঙদুনা, ওম্নবা চীংমায়দা কাথৎতুনা, চীংদোম্দা লেপ্পগা ভম্পাক্ত য়েংথদুনা, ঐথোয়গী পুক্কিং-থম্মোয়-থরায়গী মপাওখোল ভাথোকনি। অপাম্বা লাপ্পা য়েংগনি—অকবা, ফত্তবা চৎনবী, ধর্ম্ম, পারোল-পুরোননা থনম্বা পথাপ কুপ্পা থনগনি। ঐথোয়গী যুগকী শিংলিবা দুংশিং, হুমালবা শাহুম শেংনা থঙদোকনি।

গৌতম মুনিবু থম্মোয়দা চেৎনা পুন্দুনা থমগনি। মাগী লাইনিং মাগী লাইশোলদা পাপনা থল্লবা ঐথোয়গী পুন্সিবু শেংদোক্ত্না মীওইববু দুংশিবগী শেংলবা তীর্থদা লুপ্‌নুনা থবক্তা থরায় কৎথোকনি; ভাইবং মাগী সেবাদা, জীবগী মতেং পাংধনা থরায় মঙা থাদোকনি। মসি নহারোলশিংগী রাশক্কি।

ঐথোয়না থুরুমজরি, মাঙ থাদুনা চৎলিবা অহল্লোনগী পরোং অয়ানবা, মীনম্বা, অকায়বা থাদোকপীয়ু। করি দুংঙাইনি—আত্মাবু য়াহল্লগা। মীওইবদি থরায়না মরুনি। থরায়গী খোঞ্জেল তাবীয়ু। মীগী চিরোল থাদোকপীয়ু। মায়থোং মকা কম্মা হিংবিয়ু, থরায় ইংনা শিবিয়ু। নতুং ইনজগে পঙলবা নহারোল ঐথোয়না।

# ৬ থা অহুমদা কোঙ্‌বা চেক্কোঙ্‌

## (১)

## মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা

( থা অহুমগী চেক্কোঙ্‌ )

<u>চেক্কোঙ্‌গী মরমদা</u>—

"মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা"—থা অহুন অহুমদা কোঙ্‌বা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী চেক্কোঙ্‌নি। চেক্কোঙ্‌ অসি ৺ শ্রীথোকচোম মধু সিংহ বি, এ, না সম্পাদক ওইদুনা ১৯৩৭ ইংগী নবেম্বর থাদা চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা কৈশামপাৎ, ইম্ফালদা কোঙ্‌লমই। পত্রিকাগী মমল চহিদা লুপা অমত্তনি।

<u>সম্পাদককী মরমদা</u>—

"মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা" গী সম্পাদক ৺শ্রীথোকচোম মধু সিংহ মতম অদুগী সমাজ-সেবা অমসুং সাহিত্যদা থরাই য়াম্না য়াওবা মীশক অমনি। মহাক্না মণিপুরদা শিক্ষা চাওখৎনবা অচৌবা থৌদাং য়ারমই।

<u>সম্পাদককী ৱারোল</u>—

১বা চহি, ১বা মশীং
নবেম্বর ১৯৩৭ইং

**মীরৈবাক্কী লৈরবা**

**মৈতৈ ইচিন ইনাওশিংদা**

মৈতৈ সমাজ চহি ৪, ৫ গী মমাংগী কৌভম অদু নত্রে। হৌজিক কুইনা কায়নরবা মৈতৈ পুম্নমক কনানা কদায়দা লৈবগে খিনরকসে।

মৈতৈ সমাজ অপিকপা জাং অমা নংতে হায়বা থঙ্নরকলে। অরাবা অমতংদদি, হৌজিক ফাওবা মীরৈবাক্তা লৈবা মৈতৈশিংনা ইমারোল অমদি মৈতৈ সাহিত্যবু থৌওইনদবা অমতং উবগুম তৌরে। মহৃদগী রাহৈ, উচ্চারণ বানান্নচিংবা মরু ওইবা মরম থয়দা তশেং ২ থেম্নবগুম উরে। ঐখোইনা উই, বাঙ্গালী জাংনা মফম অমদা চৎপ্রবস্থ অমদবু চৎথ্রবস্থ মরোল পামবা অমস্থং চাওখৎনবা লাক্লবা থাদোক্তে। মসিদগী বাঙ্গালা সাহিত্য চাউখৎখিবনি হায়বস্থ য়াই। মানা মানা লৈবা মফম অহুগী লোনদি মরাইনা হৈজগনি। মৈতৈ সাহিত্য চাউখৎনবা লাকনবদি খুদিংমকনা তৌগদবা মথৌনি।

বাঙ্গালা সাহিত্য চাউখৎপগী মরম অমদি, মীরৈবাক্তা দৈথিবা বাঙ্গালীশিংনা মাথোংগী সাহিত্য অনিবু ওহোকনা লুনা তৌই। ঐখোয়না তোয়না থেংনৈ—বাঙ্গালী লৈবা মফম অয়াবা প্রবাসী বঙ্গ সাহিত্য পরিষদ ফমই। মাহৃদা মাথোইনা বঙ্গ সাহিত্য চাউখৎনবা উপায় থি, অমস্থং ফজ ফজবা রচনানচিংবা পাহুনা সাহিত্যগী মচাক হাপচিল্লি। পাটনাদা তাং ২৭। ১২। ৩৭ দা প্রবাসী বঙ্গ সাহিত্য সম্মিলন ফমগদৌরি, রায় বাহাদুর আনন্দ বস্থ ঘোষনা মহৃগী জেং সেক্রেটারীনি। মীরৈবাক্তা লৈবা মৈতৈ ইচিন ইনাওশিংনা করবা মতমদা মৈতৈরোল ভাংনবা হৈকাইবা থাদোক্নুনা লোন অসি ইমারোলনি খন্দুনা চর্চ্চা তৌনরক্নুনা বাঙ্গালীশিংগুম্না চহি খুদিংগী প্রবাসী মণিপুরীয় সাহিত্য পরিষদ লিংখত্তুনা ভত্তনা ফমক্কবা। ওহোকপনি, মীপী মরোল লোম্নগা ফজবা থাম্নরকলেদো।

(২)

# মীংনাইদবী

( থা অহুমগী চেকোঙ্ )

<u>চেকোঙ্গী মরুমদা</u>—

"মীংনাইদবী"—য়ং রাইটর্স এসোসিএসন্না থা অহুম খুদিংগী কোঙ্লম্বা চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি ৺শ্রীখাইরাকপম চাউবা সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৪৭ ইংগী আগষ্টগী তাং ১ দা ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা কোঙ্লম্বনি। চেকোঙ্ অসিগী "খরদং" হায়বা অদুদা য়ং রাইটরর্স এসোসিএসন্না অমুন্না ইরি—"অদুদগী 'মীংনাইদবী' হায়না মমিং কৌদুনা মেগাজিন অমা কোংবা তাখি অমসুং থা অহুম খুদিংগী কোংসি হায়না য়ানখিবদগী ১৯৪৭ কী আগষ্টকী পয়লানা অহাম্বা ওইনা কোংবা তাখি। মসিগী ইদিতরসিপ লৌবিনবগী দমক শ্রীযুক্ত খাইরাকপম চাউবাসিংহদা হায়জরুবা মতমদা য়াম্না হরাও হরাওনা য়াবিখি।"

<u>সম্পাদককী মরমদা</u>—

"মীংনাইদবী" গী সম্পাদক ৺শ্রীখাইরাকপম চাওবা সিংহগী মরমদা "জ্যোতি" গী মতাংদা ইরুখরে। মদু পাবিগনি।

<u>সম্পাদককী রারোল</u>—

১বা চহি, ১বা মশীং

১ আগষ্ট ১৯৪৭ইং

রাহৌদোক

হৌজিক অসি ক্রেক লাউবা য়াত্রবা যুগনি—ক্রুক হায়না খোম্বাং হেক্তা য়ৈরবনি। তৌইগুম্বসু কন থীন্দুনা, কন য়ৈদুনা কন লাউদুনসু মীতৈ সাহিত্যগী খোম্বাংদদি য়ৈরকপা তাত্রে।

"ডিমোক্রেসিগী" যুগনি—পুন্নমক কাঙবু কাঙবু লেপ্তুনা কি ওয়া শেম্নরে। রাজনীতি ক্ষেত্রদা লৈবশিংন মাগী মাগী কাঙবু শেম্লে-মী খোম্নরে--ভোট খোম্নরে—ভোট লৈনরে। ইউনিয়নগী জাং-সিণ্ডিকেটকী জাংনা রাই চাইরে। হৌজিক ফাওবদা রাংলিবা "এসোসিয়েসন" গী জাংকী মপুংদা রাইটর্স চত্রগা লেখকী সঙ্ঘ অমা রাংলিবগুম উই। অতুনা প্রবন্ধ লেখক, স্বর্গীয় "নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ অমসুং হিজম অঙাংহল সিংহ অহুম্না অহাম্বা সাহিত্য পরিষদ অমতং থম্নবা লাক্লখি। অতুমক হৌজিক ফাওবা মৈতৈ সাহিত্যগী লমদা থবক তৌরি। তৌইগুম্বসুং মাতুনশু ঐখোইগী লেখক লেখিকা-শিংগী মৈনবা, ইবা অমসুং ফোংবগী মরমদা শীম্বা য়াকম থোক্রি। অতুনা ওসি ঐখোইগী তরুণ লেখক লেখিকা-শিংনা মাতুগী দমক অনৌবা উদ্যম অমা তৌরকপা অসি ঐখোই মৈতৈ জাতিগী অকবা নত্তনা অমাঙবদি ওইরোই। ঐখোই অহল্লোন্দগী থোক্তবা অহু নহারোম্না পুখোকপা; অসি থাজেশেংনমক থাগৎনরম্নি। মখোইগী উদ্যম অসিনা তত্রবদি তুংদা মৈতৈ সাহিত্যসু ঐখোইগী অপাম্বা থাক অহু য়োম্নক্লোই হায়বসু কনানা হায়গনি। ঐখোইনা ইশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরিবদি—মখোইনা তত্তনা মাতৃভূমি অমসুং মাতৃভাষাগী সেবা তৌবা অমসুং দেশগী থবক্ মায়রোং য়াবা ওইসনু। জয় হিন্দ!

# (৩)

# মুক্তি

## ( থা অহুমগী চেকোঙ্ )

<u>চেকোঙ্গী মরমদা</u>—

"মুক্তি" হায়বা চেকোঙ্ অসি কংগ্রেসাইট ইউ সার্কলনা ইতি তৌর তৌরগা থা অহুম অহুম থুদিংগী ওইনা কোঙ্লম্নি। চেকোঙ্

অসি শ্রীঝলজীৎ সিংহ রাজকুমারনা ইডিটর-ইন-চীফ ওইরগা শ্রীএন, বীরেন্দ্রকুমার, শ্রীএন, যোগেন্দ্রকুমার, শ্রীএন, ইবোতোম্বী, শ্রীএ, ব্রজচাঁদ, শ্রীএল, য়াইমা অমসুং শ্রীএল, জয়চন্দ্রনা সম্পাদক ওইদুনা তরুণ প্রিন্টিং রার্কস্, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা ১৯৪৯ ইংগী জানুয়ারী থাদা অহানবা মশীং থোঙ্লমই। চেকোঙ্ অসিগী মমল থাদে।

<u>সম্পাদকশিংগী মরমদা</u>—

থা অহুমগী চেকোঙ্ "মুক্তি" গী মকোক থোংবা সম্পাদক শ্রীঝলজীৎ রাজকুমারগী মরমদা "অনৌবা মতম" গী মতাংদা ইথরে। মহু পাবিগনি। অতৈ অতৈ সম্পাদকশিংসু ময়াম্না খঙনরবা মীশকণ্ডাক্নি।

<u>সম্পাদকী রারোল</u>—

১বা চহি, ১বা মশীং
জানুয়ারী ১৯৪৯ইং

মুক্তি

"মুক্তি" হায়না থাইনা ঙাংনরিবা শোম্নরিবা অমদি পাম্নরিবা পোৎশক অসি পুম্না থাঙ্গৈশেংনা থিজিলগুরবদি ধর্ম্মণ্ডগী ওইবা পোৎশক অমা নত্তে। মীমী অহুনা চৎলিবা তৌরিবা পুম্নমক্কী অথোইবা উদ্দেশ্যদি "মুক্তি" নি হায়না লৌবা ডাই। ঐখোয়না, মরম অসিনা, মক্কম অসিদা "মুক্তি" অর্থ—পুশিল্লকপা অমদি পামজক্করিবা অসিগী মরুশু ঐখোয়গী অরোইবা উদ্দেশ্য অহুগী ওমথৈ ভানবতনি। ধর্ম্মগী অরোইবা ওমথৈ—মুক্তিনি।

থাঙ্গৈশেংবমক—কংগ্রেসাইট ষ্টডি সার্কলনা করি পামই? নৌনা ছাগৎলকলিবা ভারতকী ডুংগী আশা ওইরিবা নহারোলশিংদা অনৌবা ইথক অমা কাউহন্নিংই, ইথক্ক অহুনা ভারতকী নহারোলশিংবু

কোয়পু পুথিচুনা পৃথিবীগী কাচিন-কোয়া-শীনথুংনা আন্তর্জাতিশিংগী মুংশিনবা ইচেল অমা চেন্থলক্পা ঙমই। অদুগুম্বা উদ্দেশ্য অদুগী অরোয়বা ঙমখৈদি "মুক্তি" নি। "মুক্তি" গী উদ্দেশ্যনা মাংদা থমদুনা, উদ্দেশ্য অসিগীদমক লাবথেংনবা ষ্টডি সার্কলগী থৌদাংনি। কংগ্রে-সাইট ষ্টডি সার্কলনা তত্তনা থিজিনব, নৈনবা পামই। মদুগী অরোয়বা ঙমখৈদু—পৃথিবীগী অমত্তা ঙাইবা মুংশিনবা ভাব অমা পুরক্বা হোংনবনি। মদুগী ফলদু মুক্তিনি। শমনা হায়রবদা মুক্তিনা ঐথোয়গী উদ্দেশ্যনি। মীওইবগী অরোয়বা ঙমখৈনি; অমত্তা ঙাইরবা আশানি। ঐথোয়গী থোল্লাও করিনো? "অন্তর্জাতির মুক্তি"—আর্থিক-সামাজিক-ধার্মিক লোইনা ওইসদু, অরোয়বা ঙমখৈ —"মুক্তি"।

## (৪)

## পঞ্জেন

### ( কাছাড়গী থা অহুমগী চেকোঙ্ )

<u>চেকোঙ্গী মরমদা—</u>

"পঞ্জেন"— কাছাড়গী পালোয়বন্দগী নহারোনশিংনা কোঙ্লম্বা থা অহুমগী চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহনা ছাত্র ওইরিঙৈদা শিলচর গবর্নমেণ্ট হিন্দু হোষ্টেলদা লৈরি-ঙৈদা সম্পাদক ওইদুদা শক্তি প্রেস, শিলচরদা ছাপা তৌরগা ১৯৫২ ইংগী মে থাদা কোঙ্লমই। ১৯।৬।৫২ ইংদা সম্পাদক অসিনা "ঙসি" গী সম্পাদক শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহদা ইরকপা চিঠিদা চেকোঙ্ অসিগী মরিদা অসুম্না ইরকই—"কাছাড়দা মৈতৈ ইমারো-মচানি হায়দুনা নহারোলশিংনা কোংজবা "পঞ্জেন" কোবা থা অহুমগী অমা থাজখিবনি। চে অসিগী সমালোচনা তৌবিদুনা

থংহনবিরক্লবদি ১শুং অদোমগী চে অহুদা কোংবিরবদি থোইদোক্লা ফুঙাইজগনি।" চেকোঙ্ অমগী মমল মথায়নি, থা ভরুক্তা লুপা অমা অহুগা চহিদা লুপা অনিনি।

সম্পাদকী মরমদা—

"পঞ্জেন"গী সম্পাদক শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ কাছাড়গী পালোরবন্দা পোকপনি। মহাক হৌজিক ইম্ফালদা কলেজগী প্রফেসর ওইরি। মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা মশক নাইরবা মীশক অমনি। মহাক্না ইবা "ইলিশা অমগী মহাও" সাহিত্য একাদমীগী এৱার্ড ফংখ্রবনি। মহাক সোভিয়েট লৈবাক কোয়রক্রে। সোভিয়েটতগী হল্লকলগা "সোভিয়েটকী লৈবাক্তা" হায়বা মহাক্কী লাইরিক অমা ছাপা তৌহুনা কোঙ্খ্রে।

সম্পাদকী ৱারোল— ১বা চহি, ১বা মশীং
মে ১৯৫২ ইং

ৱা থরতং

মতমগী ইচেল মতুং ইন্না হৌজিক্কী মতম অসিদা দেশ পুম্নমক্তা, লোল পুম্নমক্তা পাওজেল-চেনা ৱাই চাইরে। তৌইগুম্বশুং অসি য়োবা ফাওবা অসিদা মৈতৈরোন্দা ফোংবা পাওজেল-চেগী মশিং য়ামথ্রি, থোইদোক্লা হাইরগা কাছাড়দা ফোংবা ইমারোনগী চে অমত্তা লৈতে হাইবসি থাইনা থংনরিবনি। মরম অসিনা ঐথোই ছাত্রমচা থরনা কুইনা নোমজহুনা 'পঞ্জেন' হায়বা মীংথোল থোঞ্জহুনা থা-অহুমগী চে অমা ফোংজরি। করিসু থংদবা ঐথোইনা অসুক চাওখ্রবা থবক অসিগী মতিক চাবা নত্তে; অহুবু ইমারোলগী ৱাংলিবসি খজিক্তুং মেনবা ওইগদ্রা থঞ্জহুনা হোংনজবনি। চে অসিদা য়াওরিবা অৱান-অশোয় অপুম্বা শুধী সমাজনা ঙাকপিগনি নিংজৈ। 'পঞ্জেন' না মতম কুইনা পুনশিন্তনা লাইরবী লোল অসিবু সেবা তৌহুনা লৈরবদি নোমজবা মহৈ য়াল্লে নিংজগনি।

## (৫)

# মখল মথেল মেগাজিন

**( থা অহুমগী চেকোঙ্ )**

**চেকোঙ্গী মরমদা—**

"মখল মথেল মেগাজিন"—থা অহুম অহুমদা ফোঙ্বা চেকোঙ্নি। চেকোঙ্ অসি শ্রীজ্যোতিন্দ্র সিংহ অমসুং শ্রীরজনীকান্ত সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৬০ ইংগী জানুয়ারী-এপ্রিল থাদা স্বরাজ প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা মখল মথেল ওফিস, য়াইস্কুলদা ফোঙ্লম্বনি। চেকোঙ্ অসি মতম খরা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই। কপি অমগী মমল নয়া পৈশা ৭৫ নি, চহিগী চাঁদা লুপা অনিগা নয়া পৈশা হুন্ফু তরামঙানি।

**সম্পাদকশিংগী মরমদা—**

"মখল মথেল মেগাজিন"গী সম্পাদক শ্রীজ্যোতিন্দ্র সিংহগী মরমদা থা অনি অনিদা ফোঙ্লম্বা "ঈরা" চেকোঙ্গী মরমদা ইখ্রে। মতু পাবিগনি।

অতোপ্পা সম্পাদক শ্রীএলাংবম রজনীকান্ত সিংহ হৌজিক মশামক কলেজগী ওজা ওইরি। মহাক মণিপুরী সহিত্যদা থরাই য়াওবা মীশক অমনি। মহাক্কী শৈরেং লাইরিক অমসুং রারিমচাগী লাইরিক কনা য়াম্না ফোঙ্খ্রে।

**সম্পাদকী বারোল—**

১মা চহি, ১বা মশীং

জনুয়ারি-এপ্রিল ১৯৬০ ইং

**মৈতৈলোনগী বানান**

মৈতৈলোনগী বানান অসি য়াম্না মনিংমখাতম্বা অসি উনরে। অরেপ্পা ষ্টেন্দার্ড অমত্তা লৈনদ্রি। লেখকশিংনা অপাম অপাম্বা

থুদোংচাবা য়েংনহুনা মনিং তম্না ইনরি। কাংবু থরনা সংস্কৃতগী মওং লৌরহুনা সংস্কৃতকী শব্দ খোঙ্হোক তাননবা হোৎনরি। থরনা হিন্দীগী উচ্চারণ, বাঙ্গালিগী অশুম্না বেদ, পুরাণ মীরৈবাকী লোল করাগী মিচং চংলহুনা মৈতৈলোনগী বানানগী স্কেলিতন শাগৎনবা হোৎনরি। কনাগুম্বাশিংনা মৈতৈ ক, খ অসিবু পাবা মতমদা কনানা 'কো' কনানা 'কা' মৈতৈরোনগী খোঙ্হোক অসি য়াম্না খেৎনবা উই। ময়েক থর শ, ষ, স, ছ ব্যঞ্জন, অহুগা ই, ঈ, য় স্বর ময়েক থর অসিগী শিজিন্নকম অসিনি, য়াম্না মনিং মথা ঙম্বা উরিবা। মৈতৈলোনগী খোঙ্হোক অসি হ্রস্ব, দীর্ঘ অতেনবা, অশাংবদা শিজিন্নবদা অয়াম্বা উই। মরু ওইনা খোঙ্হোক্কী অরুম্বা অয়াংবদা ইনবা, ঙাংনবনা মপুং ওই। মুম্না য়েংশিল্লবদি মৈতৈগী খোঙ্হোক, খোঞ্জেল অসি হতোপ তোপ্লি। ঐখোইনা কোংদোকপা ঙম্বা রহৈ থর, অতোপ্পা জাতিগী মীনা কোংদোকপা ঙমদে, অহুগা অতোপ্পা জাতি থরনা কোংদোকপা অহু ঐখোইনা কোংদোকপা ঙমদে। থুদম ওইনা হায়রবদা কুকিশিংনা LH খোঙ্হোক অসি ফজনা তোবা ঙম্মী, ঐখোইনদি হায়দোকপদা ইয়াং য়াংনা থোকই। মার জাতিশিংনা HMAR অশুম্না খোঙ্হোক তোই। ঐখোইনদি ইচম চম্না 'মার' হায়। অহুগা ঐখোইগী 'জ' অসি চাংগী মী অয়াম্বনা 'চ' ওইনা খোঙ্হোক তোই। অহুগা 'ধ' অসি 'থ' ওইনা শব্দ তোই। মতৌ অশুম তোনা বাঙ্গালীশিংনা 'ঙ' গী খোঙ্হোক 'গ' ওইনা তোই। ঐখোই মৈতৈশু সংস্কৃতগী খোঙ্হোক কয়া মপুং ফানা তোবা ঙমদবা য়াম্না লৈরমগনি। ঐখোইনা বানানগী স্তেন্দার্ড লেপকে হায়রবদি ফিলোলোজি শুদিজ তোবা তাই। ঐখোই মৈতৈ হায়বা অসি কয়ম্বা কাংবুগী জাতিনো— মাঙ্গোলিয়ান, আর্য্য নত্রগা নেগ্রো অসিনচিংবা মওংগী ফিরেপ শেংনা য়াৎপা মতম ওইরে। অহুগা অমরোমদা বানানগী দমক্তা খোঙ্হোক রাহৈগা মায়ত্রবদি খোঞ্জেল মপুং ফাদে হায়বগী দোষ লৈতে।

চৎনবীনা মরুনি 'ধ' অসি 'দ' খোম্হোক্ত চৎনপ্লবদি রাহৈদা খেন্নহল্লগা খোম্হোক্ত অতুম পুবা য়াই। থাইগী মরুদি চৎনবীনি। লোল অতৈদসু রাহৈনা অমা খোম্হোরু অমা য়ায়া লৈ। পুন্নমক অসি চৎনবীগী মখা পোম্দুনা ইউনিফোর্ম নিত্তি অমা মশানা অতুম ভাজরমই। লেখকশিংগী ইনিংবা মঙং অতু ইচসনু, মতুদা য়ানবা চৎনবী ওইবা মওং অমা শোইদনা থোরকনি। মতুতনা বানানগী মপুং ফাগনি। ঐখোইনা সংস্কৃত শব্দ, হিন্দি শব্দ থিরুবগী খোইদোকপা কাম্নবা লৈগনি হায়বা থাজদে।

# (৬)

# লোমীগী পাউজেল

## ( থা অহুমগী চেকোঙ্ )

চেকোঙ্গী মরমদা—

"লোমীগী পাওজেল"—চেকোঙ্ অসি মণিপুর কৃষক সমাজনা থা অহুম অহুমদা কোঙলম্বা চেকোঙনি। চেকোঙ্ অসি শ্রীরাজকুমার স্নায়াইমা সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৬৩ ইংগী আগষ্ট থাদা ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা কোঙ্লমই। মণিপুরদা লৌউ-শিংউবগী মরমদা কোঙ্লিবা চেকোঙ্লিংগী মনুংদা মসিনা অহানবনি। চেকোঙ্ অসিগী অংানবা মশাংদা ইরি—চিফ ফিশরী অফিসার শ্রীমুতুম রাধেশ্যামনা "মণিপুরদা পুখ্রিদা ঙা য়োকপা", শ্রীথুরাইজম ধীরেন সিংহনা "অশেংবা অমসুং অকবা মরু-মরাং শন্দোকপা", শ্রীএল, মনি সিংহনা ইবা "Horticultural Development in Manipur", শ্রীরাজকুমার স্নায়াইমা সিংহনা ইবা "ভারত কৃষক সমাজ", শ্রীএস উদয় সিংহনা ইবা 'য়েন ঙাসু লোইবগী থৌরম", শ্রীইরাবোত সিংহ রাজকুমার (এক্স এম এল এ) না ইবা

মীয়াম চাওখৎনবা লৌউবগী হীরম—অসিনচিংবা য়াবেং কয়া। চেকোঙ্ অসিগী কপী অমগী মমল নয়া পৈশা ৭৫ নি। চেকোঙ্ অসি চহি খরা লৈবাক্তা সেবা তৌরমই।

<u>সম্পাদক্কী মরমদা</u>—

"লৌমীগী পাউজেল"গী সম্পাদক শ্রীরাজকুমার স্নায়াইমা সিংহ থাংমৈবন্দা পোকই। অপোকপগী মিংনা স্বর্গীয় রাজকুমার গুনেন্দ্রজিৎ সিংহ কৌই, ইম্ফাল লাকপা ওইরমই; অপোকপীগী মিংনা স্বর্গীয়া সৌগাইজম নিংঙোল অতোলৈমা দেবী কৌই। ইয়োর হায়স্কুল, ইম্ফালদা লাইরিক তম্নগা মহাক, পুণাদা শিবাজী মিলিটরী প্রিপেরেটরী স্কুলদা মখা লাইরিক তমথরমই। মহাক মতম কুইনা পি, টি, আই (প্রেস ট্রষ্ট অফ্ ইণ্ডিয়া) গী ইম্ফালগী মীহুৎ ওইনা থবক তৌরমই। মহাক জর্নেলিজমদা থৱাই য়াওবা মীশক অমনি। মহাক মণিপুর কৃষক সমাজগী অনরেরী সেক্রেটরীগী থবক পুরমই।

<u>সম্পাদক্কী য়ারোল</u>—

১বা চহি, ১বা কোঙ্বা
আগষ্ট-সেপ্টেম্বর-অক্টোবর
১৯৬৩ ইং

য়ারোল থরদং

মণিপুর কৃষক সমাজ অসি ভারত কৃষক সমাজগী ব্রাঞ্চ অমনি। ব্রাঞ্চ অসি ঐখোইগী লৈপাক অসিদা ইহান হায়া শেমশিনবদি শোক ১৯৫৯ গী জানুয়ারী থাদনি। মতম অদুদা মণিপুরগী ডেভেলপমেন্ট কমিশনর ওইবিরম্বা শ্রীসি, এচ, নায়ারনা মতম থরদং প্রেসিডেন্ট ওইবিদুনা সমাজ অসি লিংখৎখি।

সমাজ অসিগী মরু ওইবা থৌরমদি মণিপুরগী চীং অমসুং তমদা লৈরিবা লৌমীশিংগী লৌউ-শীংউবগী মরমদা চাওখৎনবগী দমক শেমগৎ-শাগৎনবা হোৎনবা অসিনি। খুদমগী মশক ওইনা ১৯৬২ গী

জানুয়ারী তারিখ ২৪ দগী হৌদুনা ফেব্রুয়ারী তারিখ ১০ ফাওবা সুমিৎ ১৮ নি চুপ্পা মণিপুর কৃষক সমাজনা শিংল লাংজদুনা এগ্রিকলচরেল অমসুং ইণ্ডষ্ট্রিয়েল একজিবিসন ( লৌউ-শীংউবগী অমসুং খুৎশা হৈবগী মেলা ) অমা চীফ কমিশনর শ্রীজে, এম, রাইনানা ইনওগরেট তৌখিদুনা উৎখি। একজিবিসন অদুদা মণিপুরগী লৈরিবা এগ্রিকলচর, ফোরেষ্ট, ইণ্ডষ্ট্রি, ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট, ফিসরী, ইডুকেসন, জেল, মেডিকেল, ভিটেরিনেরী, পব্লিসিটি, ইঞ্জিন্যার অমসুং ডেভলপমেণ্ট ডিপার্টমেণ্ট পুম্নমকসিনা অমদি আদিম জাতি শিক্ষা আশ্রম, ভারত কৃষক সমাজ, মণিপুর ষ্টেট কো-ওপরেটিভ বেঙ্ক অদুগা পব্লিকী মী ফয়ামু য়াওবিদুনা মাগী মাগী উৎফম থোকপা শরুকশিং অথু মপুংফানা উৎপিখি। লৈপাক অসিদা মমাংঙৈদগী হৌনা তৌরকপা মেলা পুম্নমক্তগীদি মসিনা খাইদগী হেন্না মপুং ফানা চাউবা অমসুং নিংথিবা অমা ওইখি। একজিবিসন অসিদা চীং অমসুং তমগী অহল নহা য়াওনা মী লক্ষ ৪ দগী তাদনা য়েংবিখি।

একজিবিসন অসিগা লোইননা শোক ১৯৬২ খ্রীঃ জানুয়ারী তারিখ ২৮ দা মণিপুরগী অহানবা ফারমার্স কনভেন্সন অমসু ভারতকী এগ্রিকলচর মিনিষ্টর ডাক্তর পঞ্জাবরাও দেশমুখনা ইনওগরেট তৌবিখি।

শোক ১৯৬৩ খ্রী হৌথিবা জানুয়ারী থাদা মণিপুরগী এগ্রিকলচরেল অমসুং ইণ্ডষ্ট্রিয়েলগী অচৌবা মেলা অমা উৎননবগী থৌরাংদা ত্রিপুরা, আসাম গভর্ণমেণ্ট, নাগালেণ্ড, নেফা অমসুং ইউ, এস, এ, গী ইনফোরমেসন সার্ভিসনচিংবা ফাওবনা য়াওবিরমি হাইরবদা নেসনেল ইমার্জেন্সি থোক্লকপদগী মেলা তৌগনি হোৎনরম্বা অদু ফেন্সেল তৌখ্রে। মাসি কৃষক সমাজ অসিগী লাইবক থীবনি। মণিপুর কৃষক সমাজনা নেসনেল ডিফেন্স ফণ্ডগীদমক লুপা ১০০০, ( লিশিং ) অমা দান তৌজখি।

মণিপুর কৃষক সমাজ অসি হৌগৎপা চহি ৪ রোমদা মঙাইরি। অহুবু হৌজিক মাসিগী মেম্বর মশিং অসি চহি খুদিংগী হেনগৎলক্লি। অহুগা মাসিগী ব্রাঞ্চ অনি অহুমম্ব মণিপুরগী অথাপ অথাপ্পা মফমদা লৈরে। হন্দক্তম্ব শোক ১৯৬৩ গী এপ্রিল তারিখ ৩ দা নিংথৌখোংদা কৃষক সমাজ অসিনা শিল লাংজহুনা "নেসনেল ফারমার্স ডে" পালন তৌজখি। মাসিদা মণিপুরগী চীফ কমিশনর শ্রীজে, এম, রাইনানা সভা হাংদোকপিখি। চীফ মিনিষ্টর শ্রীকোইরেং অমম্বুং ইম্ফাল মিউনিসিপালিটিগী চেয়ারমেন শ্রীরাজকুমার বীরচন্দ্রনচিংবগনা রা ঙাংবিখি। মাসিদা লৌমী লিশিং মরিরোম তিনখি।

প্রেসিডেণ্ট শ্রীনাযারগী মথংদা ডেভেলপমেণ্ট কমিশনর শ্রীএম, এল, কম্পানিনা শোক ১৯৬১ দগী ১৯৬৩ গী মেগী থাখাই ফাওবা প্রেসিডেণ্ট ওইবিরমহুনা সমাজ অসিগী চাওথৎনবগী মরমদা য়াম্না থরাই য়াওনা হোৎনবিরম্মি। শোক ১৯৬৩ গী জুলাই তারিখ ২৪ দগী হৌনা মণিপুর গভর্ণমেণ্টকী মাননীয় প্লান্নিং অমম্বুং ডেভেলপমেণ্ট মিনিষ্টর শ্রীএস, অঙৌসিংনা সমাজ অসিগী প্রেসিডেণ্ট ওইবিরে।

হৌজিক লৌউ শীংউবগী অমম্বুং মাহুগা মরী লৈনবা কান কান্নবা হিরমদা ইবা "লৌমীগী পাউজেল" হাইবা ইংলিসগা মৈতৈলোনগা তপ্পাই য়ান্নবা থা ৩ গী চেকোঙ্ অমা শোক ১৯৬৩ গী আগষ্ট থাগী অনিশুবা চয়োলদা ঙোংজরে। লৌমীগী পাউজেল অসিদা কোংননবা আর্টিকল অমম্বুং এডভর্টাইজমেণ্টনচিংবা পীনবিরক্লুনা মপুং ফাহনবিবগী দমক ভদ্রলোক পুন্নমকপু ঐনা সমাজগী তরফতগী তৌবিমল থংবগা লোইননা ধন্যবাদ তৌজরি। মণিপুরগী লৌমী পুন্নমক্লা লৌমীগী পাউজেল অসি পাবিরবদি মণিপুর কৃষক সমাজনা হোৎনজমল মহৈ য়াম্লে থজগনি।

# (৭)

# সাহিত্য

## ( থা অহুমগী চেকোঙ )

চেকোঙগী মরমদা—

"সাহিত্য"— মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী থা অহুমগী চেকোঙনি। চেকোঙ অসি শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ অমসুং শ্রীফুরাইলাৎপম বিহারী শর্ম্মানা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৬৬ ইংগী ডিসেম্বর থাদা মণিপুর কো-ওপরেটিভ পব্লিশিং সোসাইটি লিমিটেড (প্রেস সেক্সন) দা ছাপা তৌরগা কোঙবা হৌখি। চেকোঙ অসিগী অহানবা মশীংদা মতম অদুগী মণিপুরগী মুখ্যমন্ত্রী শ্রীকোইরেং সিংহনা মহাক্না পিবা শুভেচ্ছাদা অসুম্না ইরি— "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী চেকোঙ অমা থোকদোরে হায়না তাবদা য়াম্না নুংঙাইজরে, মণিপুরী সাহিত্যবু চাওখৎনবা হোৎনবীরিবা পুম্নমক্না খঙবিরিবনি মদুদি হৌজিক অসি মণিপুরী লোলগী ইতিহাসতা য়াম্না লুবা মতাং অমনি। লোল খুদিংমক্কী ইতিহাসতা অরি অনৌ শিন্নবগী মতমদা য়াম্না মরু ওইবদু মণিপুরী লোলগী হৌজিকমক থোকলিবা অসিনি। ... ... ... ... মতাং অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অচৌবা থৌদাং লৈ। অকনবা থৌদাং অসিদা পরিষদনা পুম্নমক্কী মতেং কংকম থোকই। সাহিত্য পরিষদকী চেকোঙ অসি মঙ্গল ওইবা ওইসনু।" চেকোঙ অসিগী কপী অমগী মমল লুপা অম্নি। চেকোঙ অসি ওসি কাওবা সম্পাদক হোং-হোংদুনা চাং নাইনা কোঙলি।

সম্পাদকশিংগী মরমদা—

"সাহিত্য" চেকোঙগী অহানবা সম্পাদক শ্রীএলাংবম নীলকান্তসিংহ এম, এ অমসুং লো পাস তৌরবা মতুংদা ধনমঞ্জরী কলেজদা অধ্যাপক ওইদুনা কর্ম্ম জীবন হৌখি। মথংদা মণিপুর ষ্টেট

কলা একাডেমীগী সেক্রেটরী ওইদুনা চহি থরা একাডেমী অসিগী থবক পুরমই। হৌজিক হৌজিকমক মহাক সোসিয়েল ওয়েল-ফেয়ার অমসুং কলচরগী ডিরেক্টর ওইরি। মহাক মণিপুরী লোন্দা শৈরেং য়াম্না ই অমসুং লাইরিক কয়াম্স্থ কোঙখরে।

চেকোঙ অসিগী অহোঙ্বা সম্পাদক শ্রীফুরাইলাৎপম বিহারী শর্মা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবাদা থরাই য়াওবা অমসুং সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনবা মীশক্নি। মহাক হৌজিকমক মণিপুর ষ্টেট কো-ওপরেটিভ ডিপার্টমেন্টকী ডিপুটি রেজিষ্ট্রার ওইরি।

সম্পাদকী রারোল—

চেকোঙ অসিদা সম্পাদকী রারোল য়াওদে।

(৮)

## ব্রাখল

### ( থা অহুমগী চেকোঙ্‌ )

চেকোঙ্‌গী মরমদা—

"ব্রাখল"—নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা কোঙবা থা তরুক তরুক্কী চেকোঙ্‌নি। চেকোঙ অসি শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ এম. এ না সম্পাদক ওইদুনা অতোগা শ্রীধীরেন, পাচা মীতৈ অমসুং তেজেন্দ্র সিংহনা সম্পাদক মণ্ডলগী মেম্বর ওইদুনা ১৯৬৮ ইংগী জানুয়ারী থাদা কাইন প্রিন্টিং রাকর্স, সগোলবন্দ, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা কোঙ্‌খি। মথংদা শ্রীয়েংখোম জ্যোতিন্দ্র সিংহনা চেকোঙ অসিগী সম্পাদক ওইখি। চেকোঙ অসিগী মমিংগী হেক মথা মক্তদা ইরি—"মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা থোল্লাউ, থোইদোক হেন্দোকপা থোঙথাং"। কপি অমগী মমল লুপা ১·২৫ নি।

সম্পাদকশী মরমদা—

"রাখাল" চেকোঙগী সম্পাদক শ্রীমোংথোঙ্বম কুঞ্জমোহন সিংহ কাছাড় জিলাগী পালেরবন্দদা পোকপনি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না থরাই য়াওরকপা মীওক অমনি। মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদা "পঞ্জেন" হায়বা চেকোঙ অমা সম্পাদনা তৌদুনা কাছাড়দগী কোঙলমই। মহাক হৌজিক হৌজিকমক কলেজগী প্রফেসার ওইরি। মহাক মণিপুরী সাহিত্যদা মমিং লৈরবা মীনি। মহাক্না ইবা "ইলিশা অমগী মহাও" সাহিত্য একাদেমীগী এরাড কংখ্রবনি। মহাক সোভিয়েট লৈবাক কোয়রুরে। মহাকী "সোভিয়েটকী লৈবাক্তা" হায়বা লম কোযবগী লাইরিক অমসু কোঙখ্রে। মথংগী সম্পাদক শ্রীয়েংখোম জ্যোতিন্দ্র সিংহ এড-ভোকেটনি। মথংগী সম্পাদক কয়ামসু লৈরি।

সম্পাদকী য়ারোল—

১বা চহি, ৩বা মশীং
সেপ্টেম্বর ১৯৬৮ ইং

অনুবাদ সাহিত্য

চহি অনিরোম মমাংদা কমখিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অধিবেশন অমদনি। মণিপুরী খণ্ডকাব্য লৈনবা মতাংদরা করিনো! মোত অনি থোক্লখি ভাবোকশিংগী মফুংদা। থরমনা লোন অতৈদগী মণিপুরীদা হন্দোকগা খণ্ডকাব্য অহুমসু লৈনকম থোকই, থরমমা অহণ্ডবা অহুদি লৈনকম থোক্তে,—অদুম হায়না য়েংনখি। য়েংনখগী লোইবা নাইখিদে, হৌজিকসু লোইবা নাইরোই।

অহুমসু অসিমদি মী খুদিংমক্না হংনীংগনি,—লোন অমগী সাহিত্যদা অনুবাদ সাহিত্যকী মকম অমসুং মরল ইরৈমক লৈজরবা? পাউখুম য়ারা খনই। করিগী লৈরোই, লৈ) হোইদোক্না মণিপুরী-

গুম্বা চাওথংলক্লিবা সাহিত্যদদি মক্কম চাউনা লৈ, মমল য়াম্মই। পৃথিবীগী করম্বা সাহিত্যনো অনুবাদ সাহিত্য য়াওদবা? মসিগী মরমদি লোন অমগী সাহিত্যনা খঙনীংই অতোপ্পা সাহিত্যগী খোঙচৎ অদো। অদুবু অরাবদি লেখক খুদিংমক অপাবা মী খুদিংমক অতোপ্পা লোন খঙদে। অদুনা মখোয়গী দমক্তদি অনুবাদ তৌদবা য়াদবনি। ইটালী লোন খঙত্রবসু ইটালী সাহিত্যগী রস চুম্বা অধিকার মী খুদিংমক্কী লৈ। তৌইগুম্বসুং অনুবাদ-সাহিত্য লৈরম-ত্রবদি অধিকার অসি কদায়দনো লৈরমগদবা। তশেংনমক অতোপ্পা লোনগী অফবা সাহিত্য অমদি অফাওবা লেখকা শকখঙ-মায়খঙ-নবগী খুদোং চাবা ফংলিবসি অনুবাদ-সাহিত্যগী মপালদগীনি। লোন অমগী লেখকশিংনা অনুবাদকী মতেংনা অতোপ্পা চাওখংপা লোনগী ফিদম লৌবা ঙমই, মখোয়তা নত্তনা অপাবশিংসু অতোপ্পা সমাজগী শক্তম অদো উবা ফংই। অদুনা অনুবাদ-সাহিত্যব তরাই তরাইনা খন্দোকপা য়াদে।

মতাং অসিদা মণিপুরী অনুবাদ-সাহিত্যগী ফিভম অসি খন্ননিংঙাইনি। চাওখংলবা লোন কয়ামুক্কী অফাওবা লাইরিক কয়া মণিপুরীদা হন্দোক্লে। মসিগীদমক মণিপুরী সমাজনা অনুবাদ তৌবি-রিবশিংগী মফমদা থৌবিমল কাউবা তৌরোই। মরু ওইনা মণিপুরী সাহিত্যদা হৌজিক্কী মতম অসি অফবা পোৎথোক য়াংপা মতাং অমনি। মণিপুরী লেখকশিংনা বাংলা অমদি সংস্কৃত লৈনরিঙৈ মতম অদুদদি চাওখংলবা সাহিত্যশিং অসিদগী মতাপ অমা ফংবা ঙম্লম্মী। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী শূয়োন অসিদদি বাংলা, সংস্কৃত লাপ্না লৈখরে। ইংরাজী থরা থরা থডনৈ, থরা থর লৈনৈ। অদুবু ইংরাজী সাহিত্যনা উৎলিবা সমাজ অদুগা ঐখোয়গী সমাজগা থরা হেম্না খেন্নবা মরম্না ঐখোয়দা কাম্মথা পীবা থয়া য়ানা থোকই। চাওখংপা য়াংলিবা সাহিত্যগীদি ফিদম লৈত্রবদা অরাবনি। অদুবনি

চৌজিক্কী নহারোল থরনা উপন্যাসনি, ৱারীমচানি, কবিতানি হায়ড়না পংইতা ইনরিবসি। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসিতা পারুবা কাংবুনা সাহিত্যগী অর্থ শেরাম্না লৌদনিংঙাই নৈতে।

মণিপুরী সাহিত্যগী অসিগুম্বা লুরবা তাঙ্কা অসিদা অনুবাদ-সাহিত্যগী মমল য়ামগ্রে, থোইদোক্না লোনশিংদগী হন্দোকপা সাহিত্যগী। অদুবু অৱাবদি অনুবাদকর্ত্তা খরগী হেনথোই-শিং-থোইবা থোর্দ্রেনি। অনুবাদ তৌবা মতমদা লাইরিক অদুগী মশাগী ফিরেপ য়ারিবমখৈ কায়হনদবা চুম্বনি। ঐথোয়না উনীং-লিবসি অতোপ্পা লোনগী লাইরিক অদুনি, অনুবাদকর্ত্তাগী মরম্নাইনী ওইবা থরা পুথোকপা হৈবা অদু নত্তে। মরম্নাইনী ওইবা করিগুম্বা অমা ইবা মতমদা মদু উৎপগী খুদোংচাবা অদো মী খুদিংমক্কা নৈ। অনুবাদকর্ত্তানা হৈমন-শিংমন্দুনা অতোপ্পা লোনগী সাহিত্য অদুদা মচু-মংমেন অমুক শঙজিল্লবদি অপাবশিংদা চম্মম্নহনবতা নত্তনা নমথাক তৌবম্ থোক্লিবনি।

অনুবাদ তৌবিরিবা কাঙবু খরনা অমুক লোনগী মায়কৈরোমদা থোশাদবদগী মৈতৈরোন ইতা-তাদবগুম্বা অমম্ তোয়না খেংনৈ। অসি তশেংনমক মুম্না থম্বনিংঙাইনি। অসিগুম্বা দোষ অসি য়াম্না লায়না কোকপা য়াবা জাংনি—হন্দোকপিরিবশিংনা খরা চেকশিনবি-রবদি। অনুবাদকর্ত্তাশিংনা হন্দোকপিরিনা লাইরিকশিং অদো পাগদোক্লিবা কাঙবুদি মণিপুরীনি হায়বসি মতম পুম্নমক্তা কাউবিদবা নৈ।

ৱাক্যম অমগম্ মতাং অসিদা থম্মনিংঙাই ওইবরা খল্লি। ৱাক্যম অসি মণিপুরী অনুবাদ-সাহিত্যগী লাইনা অমা ওইরক্লে হায়রবা য়াই। কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা লোনগী লাইরিক অমবু অনুবাদ তৌপ্রবদি মদু অতোপ্পা অমনমুক তৌদবা য়াদবগুম অনুবাদ তৌথোক্রকপা অসিনি। খুদম ওইনা মাইকেল মধুসূদন দত্তগী "মেঘনাদ-বধ কাব্য" গী মণিপুরীদা শক্লোন অনি-হুম থোক্লে। কবিগুরুগী

"গীতাঞ্জলি" মণিপুরীদা শারোন অনি থোক্ল উবা ফংলি— শ্রীনীন-কেতন অমসুং শ্রীকৃষ্ণমোহনগী মথুংত্তা। কালিদাসকী "শকুন্তলা" গী অনুবাদসু মণিপুরীদদি অনিদগী তাদে। "গীতা" গী অনুবাদতি মশীং থীবা লায়না থোক্কে। মসিগী করি কায়রিবা? 'মেঘনাদবধ' কাব্য নত্তনা মাইকেলগী অফবা লাইরিক অতৈ লৈখিদ্রবরা, "গীতাঞ্জলি" না রবীন্দ্রনাথকী লোইরবরা? 'শকুন্তলা" না কালিদাস লোইরা নত্বে, "গীতা" তনা ধর্ম্মগী লাইরিক মপুং ফারে হায়বা য়াদে। হায়রিবা লেথকশিং অসিতা নত্তনা অতৈ অফাওবা লেথক কয়ানু লৈরি।

তোঙান তোঙানবা চাথুমদগী শাইরেং থোংবা ঙাক্না লান-বিরকপগী মহৎতা তোঙান তোঙানবা মথেল লানবিরক্লবদি চাঙ্গ-রিবা ঐথোয়না হরাওজবা হেল্লোইদ্রা?

## (৯)

# অনৌবা ঈচেল

## (কাছাড়গী থা অহুমগী চেকোঙ্)

**চেকোঙগী বররণ—**

"অনৌবা ঈচেল"— চেকোঙ অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কাছাড় শাখাগী থা অহুম অহুমদা কোঙনা সা স্ক্রতিক মুখপত্রনি। চেকোঙ অসি শ্রীভারিরামবম গৌরচন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৬৮ ইংরাজী জুন থাদা কৃষ্ণকুমার সিনহানা টাগোর প্রেস, শিলচর-৪দা ছাপা তৌরগা কোঙলমই। মথংদা শ্রীহরু বম চন্দ্র সিংহ বি, এ (অনার্স) না চেকোঙ অসিগী সম্পাদক ওইখি। মণিপুরী জাতিগী লোন অমসুং সাহিত্য চাওখংলগা থোরক পাংথোকপনা চেকোঙ অসিগী মরু ওইবা

উদ্দেশ্যনি। "অনৌবা ঈচেল" গী সম্পাদক মণ্ডলীদা য়াওরি— শ্রীইবুংবম চন্দ্র সিংহ বি, এ (অনার্স), মোঃ শাদাহত্ত আলী, শ্রী খগেনশেম ধবল এম, এ, শ্রীহুইরেম মদন মোহন সিংহ, কাজী নুরুদ্দীন আহমেদ, শ্রীভারিয়ানবম গৌরচন্দ্র সিংহ (সম্পাদক) অমসুং শ্রীলাইশ্রম জয়কুমার সিংহ বি, এ, বি, টি, শিক্ষা-বিশারদ। চেকোঙ অমগী মমল লুপা অনিনি। "অনৌবা ঈচেল" গী চাঁদা থা অহুমদা লুপা অমা মথায় অহুগা চহিদা লুপা মঙানি।

সম্পাদকশিংগী মরমদা—

"অনৌবা ঈচেল" গী সম্পাদক শ্রীভারিয়ানবম গৌরচন্দ্র সিংহ বি, এ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কাছাড় মশাগী থৌবুবশিংগী মসুংদা অমনি। মহাক মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎনবা মপাঙ্গল লৈদুনা হোৎনবা মীশক অমনি। মহাক চহি থরা চেকোঙ অসিগী সম্পাদক ওইদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই।

মথংগী সম্পাদক শ্রীইবুংবম চন্দ্র সিংহ কাছাড় জিলাগী শিলচরগী মসুংচনবা রামনগর খেলমাদা ১৯০৪ ইংগী লমদা থাদা পোকই। অপোকপা ৺মদনমোহন সিংহ অমদগ অতুলী ঈশে শকপা মীওই অমনি। ওন্না অপোকপা কায়নখি। ওজা অসি ১৯১৪ ইংদা রামনগর খেলমা এল, পি, স্কুলদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌখি। ১৯১৮ ইংদা শিলচর নোরমাল প্রাকটিকিং মধ্য বাংলা স্কুলদা হোংখি। ওজা অসি ১৯২০ ইংদা শিলচর গবর্ণমেন্ট হাই স্কুলদা মিং চল্লগা ১৯২৭ ইংদা মৈট্রিকুলেসন পরীক্ষা পাস তৌখি, থাদা বৃত্তি লুপা ১৫ ফংলমই অমসুং শ্রীহট্ট (হৌজিক্কী বাংলাদেশকী মসুং চনবা) গী মুরারীচাঁদ কলেজদা ইন্টরমেডিয়েৎ আর্টস ক্লাসতা চহি অসিদা মিং চনখি। ১৯৩১ ইংদা ওজা অসি কলেজ অসিদগী বি, এ, (অনর্স) ইকোনোমিক্সতা পাস তৌখি, শিলংদা চৎতুনা থবক থিরকপদা মহাক

বদা য়াম্না রানা থবক কংলকখি, ডিভিজনেল ইঞ্জিনিয়ার টেলিগ্রাফকী অফিসতা কেরাণী ওইখি। ১৯৩৭ ইংদা ইম্ফালগী বেঙ্গলী হায়স্কুলগী ওজা ওইহুনা মহাক ১৯৪২ ইং ফাওবা থবক তৌরমই। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওদা লান চেনবদা ১৯৪২ ইংগী জুন থাদা কাছাড়গী ডিপুটি কমিশনারগী অফিসতা থবক তৌরমই। মথংদা শিলংদা পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্টা চহি খরা থবক তৌরম্লগা শিলচরদা হল্লকহুনা ডিপুটি কমিশনারগী অফিসতা হোংলকই। ওজা অসি ১৯৬৭ ইংদা থবক্তগী পোংথাই।

শ্রীইকুংবম চন্দ্র সিংহ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী সভাপতিনি অমসুং আসামদা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা থাইগী মাঙক্কিন থানা শরুক য়ারিবা মীশক্নি। ওজা অসি "অনৌবা ঈচেল" গী সম্পাদক ওইরম্বতা নত্তুনা "নোংপোক মৈরা" কৌবা খা অহমগী চেকোঙ অমগী সম্পাদক ওইহুনা চেকোঙ অসি হৌজিক ফাওবা চাং নাইনা কোঙলি অমসুং মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী অচৌবা থৌদাং য়ারি। আসামগী মণিপুরীশিংনা আসাম সেকেণ্ডরী বোর্ডকী মখাদা মমালোন্দা ইরগা হায়স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষা থাবা য়াহনবা অমসুং শিলচর ষ্টেশন অল ইণ্ডিয়া রেডিওদগী মণিপুরী লোন্দা প্রোগ্রাম শন্দোকহনবা অমসুং পুন্নমক অসিগী মথক্তা আসামদা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী লম্বজিংবা ওজানি। শ্রীইকুংবম চন্দ্র সিংহনা মণিপুরী সাহিত্যদা য়ারিবা শরুক অসি শকখঙবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা ১৯৮০ ইংগী চহিগী মীকমদা ওজা অসিদা "সাহিত্য ভূষণ" হায়বা উপাধি অসি পিখি।

<u>সম্পাদকী রারোল—</u>

১না চহি, ১না কোঙবা
জুন ১৯৬৮ ইং

## মণিপুরী চেকোঙ

মণিপুরীনা মজাতিগী লোন, সাহিত্য, শিক্ষা অমস্থুং সংস্কৃতিগী রাথল থম্লকপসি চহি মখিং কয়া ময়ামশিলকলে, হৌইদুধস্থুং মণিপুরী চেকোঙ অমা কাওবা মতম শাংনা হিংহনা ল্যাকপা ঙমদে। মসিগী মরমদা থম্হনা য়েংলবদি ঐখোয়গী অরাবগী পনথেং লৈত্রবনি। অদুবু ঐখোয়না ঙসি অরাবগী পনথেং লৈত্রে হায়হনা ভুমিনা ফমহনা অমস্থুং অতোপ্পারোমদতা য়েংহনা লৈরগা ওইরিবরা? ঙসি ঐখোয় ইশাগী থবক ইশানা—তৌদবা য়াত্রবা অমস্থুং ইশাগী রাথল থন্দবা য়াত্রবা মতম অসিদা অতোপ্পগী মতেং ঙাইহনা অমস্থুং অতোপ্পগী মথক্তা থংহনা ভুমিগ্না লৈবা য়াবা মতমনা। ঐখোয় অসি অতোপ অতোপ্পা চাওথংলবা জাতি কয়াগা খোংথাং মান্ননা চৎপগী, রাথল থনবগী অমস্থুং থবক পায়থৎপগী মথৌ তান্ত্রিবরা? ঙসিগী মণিপুরী ঐখোয়না তৌরিবা মতৌ অসি মাঙোনজাও ওইনা কোঙদোকখ্রা? নত্রবদি ঙসি অতৈমক নত্রবসু মণিপুরী চেকোঙ অমতং ওইরবসু মতম শাংনা হিংহনা ল্যাকপা ঙমলোইত্রা? অসিনা ঐখোয়না মণিপুরী জাতিনি হায়হনা পোক্তরিবসি? মণিপুরী জাতিনিদি হায়রগা মণিপুরী চেকোঙগী রাথল্দা থম্ব্রিবা: মসি হিংনবা, মসিগী মমল [illegible] থঙত্রিবা, মরম করিগীনো? থঙলবদি করিগী অমা কাওবা মতম শাংনা হিংহনবা ঙমত্রিবনো? মখি য়াম্না শয়া শেন লৈতরনসি [illegible]? চেকোঙগী দমক মণিপুরীগী করি শেন রাংলি? [illegible]-মোবা, হয়াঙ কুইম্মে তৌবা অমস্থুং চৎপা চোংবগী শেনদি রাংতনা খোকলগা চেকোঙগী শেনদি করিগী খোকলোই? ঐখোয় চেকোঙগী মরমদা করি অপাম্বা অমস্থুং মমল পীরি থম্হনা য়েংকম খোকই।

চেক্‌ফোঙগী মহুংদা ঐখোয়গী জাতি, লোন, সাহিত্য, শিক্ষা অমসুং সংস্কৃতিগী মশক, ঈ-পাও অমদি ফীরেপ পীবা খঙবা ঙমগদৌরিবনি অমসুং চেক্‌ফোঙনা ওইগদৌরিবনি। শন্না হায়রবদা ঐখোয়গী চেক্‌ফোঙ লৈতবা হায়বসি ঐখোয়গী খোঙ-খুৎ-চীন লৈতবনি। ত্তৌবগীদি খোকখিবা শিখিবা মণিপুরী চেক্‌ফোঙশিং হিংনবগী থবক করি অমতন্সু ত্তৌখিদে। মরম অসিনা ঐখোয়গী ইরানদি লৈতে হায়বা য়াত্রবনি। কনাদস্লু তাইননিংঙাই লৈত্রবনি। মরমদি ঐখোয় ইশাগী ইথৌদাং ইশানা ত্তৌরকতে। মসি ঐখোয় খুদিংমক্লা খঙফম থোক্লবনি। ঐখোয়গী কনাগুম্বা অমনা চেক্‌ফোঙ অমা ফোঙলকলবদি মতু করি ত্তৌরগা হিংহনবা ঙমগদগে, করি মতেং পীবা মথৌ তাই, করি ত্তৌরগা চাওখৎলকপা ঙমগদগে মসি ঐখোয় খুদিংমক্লা খন্দবা য়াত্রবনি। মসিদা ঐখোয়গী নীংবা থুংবা চেক্‌ফোঙ হিংবা-লৈবা থংদৈ।

## (১০)

## পাম্বা

### ( কাছাড়গী থা অনিগী চেক্‌ফোঙ্ )

<u>চেক্‌ফোঙগী মরমদা</u>—

"পাম্বা"— মণিপুরী লিটারেরী ফোরাম, আসামনা কাছাড়গী পালারবোন্দগী থা অনি অনিদা ফোঙবা চেক্‌ফোঙনি। চেক্‌ফোঙ অসি শ্রীচোংথাম গৌর সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা সাধ্য প্রেস, শিলচরদা ছাপা ত্তৌরগা ১৯৭১ ইংদা ফোঙলমই। হৌজিক চেক্‌ফোঙ অসি শ্রীমদনমোহন সিংহনা কাছাড়গী মাছপাড়াদগী ফোঙলি। কপি অমগী মমল লুপা অমনি।

<u>সম্পাদকশিংগী মরমদা—</u>

'পাম্থা' চেফোঙগী সম্পাদক শ্রীচোংথাম গৌর সিংহ মণিপুরী সাহিত্যদা থরাই খাওবা মীশকনি। হৌজিক হৌজিকমক মহাক মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌরি।

সম্পাদকী রারোল—

১শু চহি, ৩-৪ শুবা মশাং
জুলাই-সেপ্টেম্বর ১৯৭১ ইং

লাক্লিবা মীথন অমস্তুং মণিপুরী লোন

মণিপুরী সাহিত্যগী থৌগন্দা মণিপুরী মচাশিংনা থরাই-হকচাং য়াওনা, অতোপ্পা লোনগী সাহিত্যগা মাঁমান্ননবগী দমক, ইমুংগী চৌক্লবা কাচিন অমদা ফমহনা লৈবা অউবা অখঙবা অমস্তুং কাল্পনিক রাখন্দগী পোক্লকপা রারেং-শৈরেংগী ফুরা-দলান শাহনা চাউখৎনবা হোৎনরি। অহবু লাইবক থীবদি, ইরিবশিং অহু কনানা কয়াম্না ইকায খুম্নবা উৎপীরিবগে? মণিপুরী লোনবু চাউথৎলে হায়হনা কনানা কয়াম্না থাগৎপীবা য়াওরবগে? ইকায়খুম্নবীদবা লোন অমস্তুং সাহিত্যগী থৌগন হায়বদি রারেং-শৈরেং ইবদা ঐখোয়গী থৌনা রাখল কয়াম্না পোকলিবগে? ঐখোযগী লোনবু ভারতকী নিপানশুবা সিড্যুলদা চল্লব্রা? ঐখোয়গী লোন অসি রিজোনেল অমস্তুং সরকারী লোন অমা ওইনা ইকায খুম্নবা ফংলব্রা? মসিনি ঐখোয়গী খম্থনিঙাই ওইবা য়াম্না অচৌবা রাকম অমা। ভারততা মীশিং লীকপা অমস্তুং রাজনীতিদা খুৎ কয়া লৈজদবা কাঙলুপশিংগী লোন, সংস্কৃতি অমস্তুং শিক্ষাগী হীরমদা অকায়বা চংবা ঙমদনবা অমস্তুং মসিশিং অসিগী কম্নবগী (ঙাক-শেন্নবগী) থৌরমস্থ ফুংশিহৈরবা ভারত সরকারগী লৈ। অহবু লুরিবদি মণিপুরীশিংনা মরোনগী অমস্তুং মহুগী মপুং

কাবা শিক্ষাগী রা থল্লকপদা, ভারতকী অনোবা আর্য্য কাঙলুপকী অমসুং হৌজিক্কী দ্রাবিড় কাঙলুপকী চাউথৎলবা লোনশিংগা মান্ননা ইকায়থুম্নবা ফংহন্দুনা মণিপুরী লোনসু পুখৎনবগী রা থল্লকপদা মণিপুরী মশাগী নত্তবা, মপানগী ওইবা অপনবা খোঙলোবা অমগী রা মণিপুরী রাখল চাউবা মীওই খুদিংমক্না ইথস্তা থন্নবগী ঈরাং অমা ঐখোয়না ইউত্তা উবা ফংলি। মসিগী মরম অমা বিধান সভা, রাজ্য সভা অমসুং লোকসভাদা ঐখোয়গী মতিক চাবা মেম্বর নত্রগা হায়-রিবা অসিদা মণিপুরীবু পুক্নি-হকচাং য়াওনা মুংশিবীবা মীওই য়াও-দবনা ওইগত্রা চিংনবগী রাম্সু থন্নরক্লি। ঙসিগী মণিপুরীদি পোলিটি-কেল ডেথনি। ঙসিগী মণিপুরীশিংনা লুপ্তুনা লৈরিবা ধর্ম্ম অসিসু রাজনীতি অমসুং ইতিহাসকী রাখল য়াওদবা চুম্নগী সাম্প্রদায়িক ধর্ম্মনি। মরম অদুনা ঙসিগী মণিপুরীশিংনা, মশাগী কাঙলুপতগী চুম্নগী থাজবতগী রা থনবা মীওই কয়াগী থৌঈনশিন্দগী অমসুং অরানবা রাখলগী লমজিংলগী, ইতিহাসকী মীওই কয়াবুসু স্বয়ং ভগবাননি হায়দুনা ঈরাংলি। অদুনা ঙসিগী মণিপুরীমচাশিংনা মপান জগৎতা করি করি থন্নরিবগে, তৌনরিবগে মদু খঙবদা রানা থোক্লি। মরমং অসিদা রাখল চাউবা মরিপুরী মচা খুদিংমক্না মসিসু থন্নবগী অকনবা ঈরাং অমা উবা ফংলি মদু ভারতকী মীখল খুদিংমক্তা হায়বদি বিধান সভা, রাজ্যসভা অমসুং লোকসভাগী মেম্বরশিং থনবা খুদিংমক্তা মণিপুরীবু থরায়-হকচাং য়াওনা মুংশিবীবা অমসুং মণিপুরী মীওই কয়া করাসু থনগৎপা ঙম্নবদি কৈ। করিনা, মথক্তা হায়খ্রিবা মণিপুরী লোনগী রাকমশিং অমসুং মণিপুরী লোনগী তুংগী রা য়াম্না হায়রিবা রাকম অসিদসু মরু ওইনা থংদে। অদেমক নত্রবসু মণিপুরীগীদি মতিক চানা রানোম্বা অমসুং রাহায়বা ঙম্বা মতিক চাবা মণিপুরী অমসুং মণিপুরীবু থরায়-হকচাং য়াওনা মুংশিবীবা মেম্বর মশীং য়াম্না লৈবগী মথৌ তাই। হায়রিবা রাকম অসি ঐখোয়গী ইজাতি অমসুং ইরৈবাক্কী-

দমক্লি। করিনা, সাহিত্যগী রাহংদা লোনবু থাদোকপা য়াদবা রাকম অমা লৈবনা। লোন্দা সাহিত্য কোংলিবনি। অতুগুম্বা সাহিত্যগী শাদোং ওইবা পোংশক অতুদা অকায়বা চংংক্লবদি সাহিত্য চাউখৎপদম্বু অকায়বা চংবা ময়েক্লা তাই। মসিগী রাকম অসি ওসি রাখল চাউবা মণিপুরীমচা খুদিংমক্কী মফমদা য়াম্না অরুবা অমদি অচৌবা অমম্বুং শোইকক্রবা রাহং অমা ওইহনা লৈরি।

## (১১)

## মীৎয়েং

### ( থা অহুমগী চেকোং )

**চেকোংগী মরমদা—**

"মীৎয়েং"— মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভাগী সাহিত্য, সংস্কৃতি, বিজ্ঞানচিংবগী থা অহুমগী চেকোংনি। চেকোং অসি চহি থরা থা ৪। ৪ গী চেকোং ওইনা ফোংলমই। মমৈদা চেকোং অসি থা অহুম অহুমদা ফোংবা হৌখি। চেকোং অসিগী অহানবা মশীং ১৯৭১ ইংগী ডিসেম্বর থাদা শ্রী পি, কোকঙাং সিংহনা সম্পাদক ওইহনা সরস্বতী প্রেস, সেগালম্বী, ইম্ফালদা ছাপা তৌরগা মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভানা ফোংলমই। চেকোং অসি হৌজিক ফাওবা চাং নাইনা ফোংলি। কপি অমগী মমল লুপা ১'২৫ নি।

**সম্পাদকী মরমদা—**

"মীৎয়েং" গী সম্পাদক শ্রী পি, কোকঙাং সিংহ মণিপুরী সাহিত্যদা থরায় য়াওবা মীশক অমনি। মহাক মৈতৈরোন্দা লাইরিক থরা ফোংথরে। মহাক "ইরৈপাক" কৌবা থাথায়গী চেকোং অমা ফোংহনা হৌজিক হৌজিকমক লৈবাকী সেবা তৌরি।

সম্পাদকী রারোল—

১বা চহি, ১বা মশীং
ডিসেম্বর ১৯৭১ ইং

ইডিটরিএলগী লামায়

হৌজিক্কী মতমদা অকিবা লৈতনা, অরাবা খিদনা, অমাং অতোং য়েংদনা সমাজগী শক্তম অমা তাকনবা হোৎনবদা লৌরিবা থৌদাংশিং অহুগী মহুংদা ঐখোয়গী চেকোং অসিনস্থ লৌজনবগী দমক চোংথোরক্নি। সাহিত্যগী সংস্থানশিংগী মীহুৎ ওইনা চেকোং, লাইরিক পুখোকনবগুম ঐখোয়গীস্থ পুখোকনবা হোৎনজরী। ঐখোয়গী মীৎয়েং-না ময়ামদা মথল-মথেনগী মীৎয়েং য়েংজনবগী হোৎনজরি। অমাং অতোংগী রাখলদা থল্লরবদি ময়ামদা মীৎয়েং লাম্থোকচবা য়াম্নমক কিজবনি, অহুবু থবক তৌনবগীদমক লিংখৎচবা সংস্থান অমনা অমাং অতোং খিবা য়াদবনিনা ঐখোয়না ঐখোয়গী মশীং য়াম্না লৈরবা চেকোংশিংগী মরক্তা "মীৎয়েং" সাহিত্য লৈচন অমা ওইনা হাপচরি। ময়ামগী অপাম্বা মাইকৈদা সেবা তৌজনি। অরা-অনং খিজরোই, শেলগী অকিবা মৈরক্তা শক্তিনা সংস্থানগী শক্তম তাকচনবা হোৎ-নজগনি।

ঐখোয়গী "মীৎয়েং" দি হিরম খুদিংদা থমজনিংই, মতম থরদি "মীৎয়েং" গী লামায়না পাকথোক-চাওথোকত্রিবমখৈদি পাবিরিব-শিংগী মত, অপাম্বা মতুং ইন্না মতম-মতমগী ওইনা হিরম থর-থরদা মীৎয়েংজরক্নি। অদোম্না তাকপীরকপা, হায়বীরকপা অহুমক থম্নজরগা মথংগী চেকোংদা মীৎয়েংজরক্নি। ঐখোয়গী মীৎয়েং চেকোংদি ছাত্র-ছাত্রীগীদমক থক্তে, অত্তাংশিং, মুপীশিংগী দমক লামায় থমক্তে। বিজ্ঞান অমদি আইন ওম্নমক উবা ফংবিগনি মতম মতমগী ওইনা।

ঐখোয়গী সাহিত্য সেবারিশিং অসি থল্লুবদা অন্নাবা অমা ওইরে। মহৌশা লৈবাক শুরম্বা, সনা শারম্বা, ফুরিৎ তুরম্বা, মাইবা শারম্বা, শন শেলম্বাশিং অহুনা লাইরিক ইখৎনরক্লে, ময়ুমগী কান্নবা য়েংখিদরে, সাহিত্য সেবাদা থরাই য়াওরক্লে। প্রেসনা হরাওরে, চে য়োনফম্না শুঙাইরে। মমাংদৈদা লাইরিক অমা ইনবা, ফোংনবা হোৎনবদা কয়াদা কৌনা, রানা হোৎনরম্বা! লাইরিক মচা অমা ইরগা ফোংলগা মীংচৎসে হেক্তা ফংগদবগুম, খংচাও চাওগদবগুম নিংনরে। যুগ অসি অনৌবা অমা ওইরে। হৌজিক্তা ইনিংবগী ইহৌ লৈরিবা অসিগুম চহি ৩০। ৪০ গী মমাংদা লৈরম্বা খোকলবদি হৌজিক করি ক্বিবম ওইগবা।

হৌজিক্তা ইনিংবগী রাখল লৈরিবসি চহি ২০। ৩০ গী তুংদা ফাওবা লৈবা খোল্লগনা করম ভোগবা! লেখকশিংগী পোৎশক্না অমুক্কী মতিক য়ামলবা ফাওবদা লোন অসিবু মীনা খংবিক্রিবা করিগীনো? কবি চাওবনা হায়রম্বা মৈতৈ কবি লাকখিনি হায়বহু হৌজিক্কী কবিশিং অসি ওইরিগত্রা, ঐনা হায়জনিংই লোন অসি চাওখৎহনগে হায়রবদি হৌজিক্কী নহারোলগী রাখলদা লৈরে, ইবীয়ু, অমাং-অতোং থিবীগনু, ইজাতিগী দমক্লি, দেশকীদমকনী।

## (১২)

## নোংপোক মৈরা

### ( কাছাড়গী থা অহুমগী চেফোঙ্ )

<u>চেফোঙগী মরমদা</u>—

"নোংপোক মৈরা"— কাছাড়গী শিলচরদা ফোঙবা থা অহুম অহুমগী চেফোঙনি। চেফোঙ অসিগী অহানবা মশীং শ্রীইরুংবম চন্দ্র সিংহ বি, এ (অনার্স), সাহিত্য ভূষণনা সম্পাদক ওইদুনা পুর্ব্ব

প্রিণ্টার্স, নরসিংটোলা, শিলচর—১ দা ছাপা তৌরগা ১৯৭৩ ইংগী জুলাই থাদা ফোঙলমই। চেফোঙ অসিগী রেজিষ্টার নং—আর, এন, ২৪৬৫৩/৭৩ নি। চেফোঙ অমগী মমল লুপা অমা মথায়নি, চহি অমগী লুপা তরেংনি।

সম্পাদক্কী মরমদা—

"নোংপোক মৈরা" গী সম্পাদক শ্রীইরুংবম চন্দ্র সিংহ বি, এ (অনার্স), সাহিত্য ভূষণগী মরমদা কাছাড়দা ফোঙলম্বা "অনৌবা ঈচেল" গী মতাংদা ইজখরে। মতু পাবিগনি।

সম্পাদক্কী ডায়েরী—

১৮ শুবা মশীং
ওক্টোবর ১৯৭৭ ইং

মণিপুরী লোন অমসুং শিক্ষাগী মাধ্যম

হন্দক্কী থোর্জ্জে অসিদা কাছাড়দা মণিপুরী লোন অমসুং শিক্ষাগী মাধ্যমদা রা খরদং হায়জনিংই। কাছাড়দা লাখ অমা হেন্না লৈরিবা মৈতৈমচাশিংগী মৈতৈ লোনদা লাইরিক তম্নবগী রাখল অসি আসাম সরকারনা য়াম্না পুক্নিং চংনা হোৎনবীরি। হৃজিক ফাওবদা প্রাইমারী অমসুং এম, ই, স্কুল থাকতা মপুং ফানা মৈতৈলোন মিডিয়ামদা মণিপুরী ছাত্র ছাত্রীশিংনা তম্নবা খুদোংচাবা পীবিরে। হাই স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট (মেট্রিকুলেশন) পরীক্ষা থাবগী থাক ফাওবগী থৌরাং লৈত্রি।

চহি কুনমুক হায়রে মৈতৈ লোনসি মিডিয়ামনি হায়হনা কাছাড়দা লীংবা মণিপুরী প্রাইমারী স্কুলশিংদা শীজন্নরক্লিবা। মথংদা এম, ই, থাকতসু চথরক্লীবনি। হাই স্কুল থাক ফাওবা মণিপুরী মিডিয়াম লৈহনবা ওমত্রবদি খুদোং থীবা কয়াসু মায়োক্লবা তারকই। হোজাইনচিংবা আসামগী মফম অতৈদদি মণিপুরী মিডিয়ামগী প্রাইমারী স্কুল ফাওবা লীংবা হৌত্রি হায়বদা লাল্লোন্ন হায়না নিংজৈ।

কাছাড় অপুম্বদা চাওরান্না মণিপুরী মিডিয়াম স্কুলগী মশীং মথাদা পীজরি।

| | |
|---|---|
| প্রাইমারী | ১৫০ |
| এম, ই | ৫০ |
| হাই স্কুল | ৩৫ (হৌজিক কাওবদি থাকতা ইংলিস মিডিয়াম ওইরি।) |

অসিগী মনুংদা স্কুল মশীং লক্ষ্মীপুর, সোনাই অমসুং জাফির-বোনদনা হেল্লি। মফম অনি অসি মণিপুরীনা য়াম্না তাবা মফমনি। মফম অতৈদসু থর থর হেনগৎলকই। অদুবু বড়খলা মাইগৈদদি য়াম্না রাৎলি। স্কুল মশীং হেনগৎতবগী মরমদি—

১) Department কী authority না থৌশাদিদবা।

২) মণিপুরী লোন্না লাইরিক তম্লগা চাকরী ফংঙোয় হায়দুনা খনবা।

৩) মৈতৈ লোনদি ইমালোননি, খংডিবগী খংডিবা অদু অমুক তমদুনা করি কানগনি। অদুগী শরুক ময়াংলোন তম্বনা কানবা পোৎনি হায়দুনা মৈতৈ অভিভাবক খরনা খনবিবা।

৪) মৈতৈ লোনগী দমক হোৎনরগা মীয়োল লোনবা কাংবুগী য়েন্নবা ওইগদ্রা হায়দুনা অকিবা লৈবা।

৫) Text book খুদোং চানা ফংদবা।

৬) হাই স্কুল অমসুং হাইয়ার সেকেণ্ডরী থাক্তা হুজিক কাওবা মণিপুরী মিডিয়ামদা তম্বগী থৌরাং লৈতবা।

মৈতৈলোন ইমা লোন্নী হায়দুনা মৈতৈ লোন তম্বগী দরকার লৈত্রবদি অতৈ অতৈ শাগৈসু মথোয় মথোয়গী মমারোন থাদোক্তুনা অতৈ লোন তম্ব্রা? ঐগী রাখলদদি ইমা লোন্না তম্লবদি লেংনা ভাব তাবা ঙম্মি। তৌবতদি ইমালোনগা লোয়ননা অতৈ অতৈ কানবা লোন ঙম্মিমখৈ তমগদবনি। মসি পুম্নিগী লান মায়োক্নবা

দরকারনি। অহুমদি ওইরগা ইমালোনবু অতৈ অতৈ লোনগী মাঙ থাংহনবা য়াত্রা? মৈতৈলোন ইমালোন অসিগীদমক পোংজবা হৈত্রবদি লাইবক থীবনি। হুজিক লোন অসিবু সিডিউল নিপানগী থাক্তা চনবগী য়াথল লাকএ।

কাছাড়দা হাইস্কুল অমসুং হাইয়ার সেকেণ্ডরী থাকতা মণিপুরী মিডিয়ামদা তম্বগী মতাংদা হায়জনিংঙি। মসি আসামগী চীফ মিনিষ্টারনা Class VII অমসুং IX দা মণিপুরী মিডিয়ামদা তম্বা হায়বসি য়াখিরে অমসুং মরী লৈনবা Department শিংদা direction পীখিরে। অদুবু Implement stage দা থুরদং পনজুনা লৈরি। সোইদনা ওয়রনি হায়বসি ইশানা থাজৈ। ইশামক চীফ মিনিষ্টার উনরা য়াওজরুই। মরম অসিনা মরী লৈনবা ওজাশিংনা হুজিকমক্তি য়ারেপ লোনখিবা মতুং ইন্না English medium গী লাইরিকতগী নত্রগা বাংলা অমসুং আসামগী লাইরিকতগী হন্দোক্না চথবিউ। হাইস্কুল অমসুং হাইয়ার সেকেণ্ডরী থাকতা মণিপুরী মিডিয়ামদা তম্বগী থৌরাং তঙায়ফদনা লৈতবা য়াত্রবনি। অদুনা থৌরাং অসি মপুং ফানা পাংথোক্নবা লেপ্তনা থরাই হকচাং য়াওনা হোৎনবিগদবনি। তুংহন্নবা য়াদে। অসি অরুবা মতাংনি।

অহল লমন, ইচিন ইনাও খাইগী মফমদা নিংশিংজরি। লোন অমসুং জাতি হায়বসি অমতনি। লোন চাওখৎলগা জাতি চাওখৎকনি। লোন শীথ্রগা জাতিশু মাঙখিগনি। মসিমদি কাওথিদবা নিজরি। লোনগী সেব তৌবা হায়বসি জাতিবু সেবা তৌবনি খন্দুনা খাইনা থরাই য়াওনা হোৎনবিগনি সিজৈ।

## (১৩)

# দীপান্বিতা

### ( বাংলাদেশগী থা অহুমগী চেকোঙ্ )

চেকোঙগী মরমদা—

"দীপান্বিতা"—বাংলাদেশগী থা অহুম অহুমদা কোঙবা মৈতৈ-লোনগী অহানবা চেকোঙনি। চেকোঙ অসিগী অহানবা মশীং ১৯৭৫ ইংগী ডিসেম্বরগী তাং ১৬ তা শ্রী এ. কে, সেরামনা সম্পাদক ওইদুনা চলন্তিকা প্রিণ্টার্স, চৌহাট্টা, সিলেট অমসুং সোনার বাংলা প্রেস, তালতলা, সিলেটতা ছাপা তৌরগা পূজারী সাহিত্য সংসদ, তপোবন, লামাবাজার, সিলেট (বাংলাদেশ) তা কোঙলমই। ১৯৭৭ ইংগী ফেব্রুয়ারী থাদা কোঙখিবা মঙাশুবা চেকোঙ অহুদি শ্রী এ, কে, সেরাম অমসুং শ্রীয়েনশমম শান্তকুমারনা সম্পাদন তৌরমই। চেকোঙ অসিগী তরুকশুবা মশীং অমসুং তরেৎশুবা মশীং শ্রীয়েনশমম শান্ত-কুমারনা সম্পাদন তৌরমই। অহুদগী অমুক শ্রী এ, কে, সেরামনা নিপাল শুবা মশীংদগী তরানিথোইশুবা মশীং ফাওবা সম্পাদক ওইদুনা চেকোঙ অসি পুথোক্লমই। ১৯৮০ ইংগী আগষ্ট থাদা পুথোকপা ১৩ শুবা চেকোঙ অহুদি শ্রীয়েনশমম শান্তকুমারনা সম্পাদক ওইরমই। "দীপান্বিতা" চেকোঙগী মঙাশুবা মশীংদগী হৌনা বাংলা-দেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ, তপোবন, লামাবাজার, সিলেট (বাংলাদেশ) না কোঙবা হৌখি। চেকোঙ অমগী মমল লুপা (টাকা) অনিনি।

সম্পাদকী মরমদা—

বাংলাদেশতা কোঙবা মৈতৈলোনগী চেকোঙ "দীপান্বিতা" গী সম্পাদক শ্রী এ. কে, সেরাম (আনন্ত কুমার সেরাম) ভারতকী

য়াংমদা বাংলাদেশতা মৈতৈলোন অমসুং মৈতৈলোনগী সাহিত্য চাও-খৎনবা হোৎনরিবা মীওইশিংগী মরুংদা অমনি। মহাক শিক্ষাগী থাক্তা বি-কম; এল, এল, বি, নি। মহাক হৌজিক হৌজিক্‌মক বাংলাদেশকী সিলেটতা লৈবা সোনালী বেঙ্ককী দরগাগেট ব্রাঞ্চগী ডিপুটি চিফ একাউন্টেন্ট ওইরি। মহাক বাংলাদেশ মণিপুর সাহিত্য সংসদকী সেক্রেটরী ওইরি।

মথংগী সম্পাদক শ্রীঃয়েনশমম শান্তকুমার শ্রীহট্টগী ভানুগাছতা পোকপনি। মহাকসু বাংলাদেশতা মৈতৈলোন চাওখৎনবা হোৎনরিবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌরিবা মীশক অমনি। মহাক হৌজিক হৌজিকমক মেসার্স রাহিম ট্রেভেলস, জিন্দাবাজার, সিলেট (বাংলাদেশ) কী জেনরেল ম্যানেজর ওইরি।

সম্পাদকী ভারোল—

১ বা চহি, ১ বা মপীং
১৬ ডিসেম্বর ১৯৭৫ ইং

দীপান্বিতা

ইজাতি অমসুং ইমালোনগী চাওখৎ লম্বীদা থয়াই হকচাং কৎথোক্রবা মৈতৈ নহারোল কয়াদংগী পিক্রবসু অপুনবা পাজলনা মতেং ওঙ্গয়হনা শোমগৎচরবা "পূজারী সাহিত্য সংসদ' ওসি লানঙম চুমিৎকী য়াইফরবা অয়ুক'সিদা অনৌবা আশা অমসুং পাজলগা লোইননা খোংদাজরী সাহিত্য সেবাগী লম্বীদা পুক্নিং চেৎনা 'পূজারী'গী শেংলবা খম্মোয়রুংগী অহানবা খুঁদোল—"দীপান্বিতা" সাহিত্য মন্দিরদা কৎচরনা। কুনশুবা শতাব্দীগী বিজ্ঞানগী চাওখৎলবা যুগ-সিদসু সাহিত্যনা মীওইবগী পুক্নিংদা শান্তিগী তুংনকম ওয়রী। ইমা-লোন অমসুং ইজাতিগী চাওখৎ লম্বীদা মতিকচাবা খোদাং পাইখৎ-পগী পুক্নিং চেৎপা রাশকা লোইননা বাংলাদেশকী মৈতৈলোনগী

অহানবা চেকোং—'দীপান্বিতা'মু খোংদাজরি ঙসি মৈতৈ-সাহিত্য লৈকোন্দা পিক্রবা য়েন্দাই পাইতুনা।

চাওখৎপগী শাফু কল্লবা ঈচেলদা শোখরবা বাংলাদেশকী মৈতৈ অমসুং সমাজ মীরৈবাক'চাগী কৃষ্টি সংস্কৃতিনা নক্কৎতুনা লৈবা ঙসি মমাগী ওইবা সাহিত্য সংস্কৃতিবু কাওথোক্লে হায়রবসু হায়মনবা ওইরোয়। অদুমমক ওইতুনসু ত মথুন তাল্লিরী সাহিত্য লাইরেম্বীবু য়াকাইজগে খন্দুনা 'পুজারী সাহিত্য সংসদনা বাংলাদেশকী ভম্পাক্তা অহানবা সাহিত্য থৌগল চংজরি।

সাহিত্য সেবাগীদমক্তা মতেং পাংবিরকপা মীয়ামশিংগী মরমদা শিংঙমজবা লমন তৌশিঞ্জরে। অমসুং মতম পুম্বা অঙম্বা থৌনা মতেং পিবিগনি অমদি চেকোংসিদা য়াওরিবা অশোয় অরান কয়াবু ভাকপিহৈবা মীৎয়েংনা য়েংবীগনি হায়না আশা তৌজে।

অরোইবদা নিজরী—মেরা থাশিগী মল্লবা অহিংদা দীপান্বিতাগী মৈরিচুম্লবা মৈঙালনা ভানবগুম ভাল্লসনু মল্লবা ঐথোয়গী সাহিত্য লৈকোন্দা—কোকহনসনু অনৌবা ঈথিল 'পুজারী সাহিত্য সংসদ'কী মেম্বর খুদিং অমদি ইজাতিগী সাহিত্যবু সুংশিবিবা মীওই খুদিংমকী পুক্নিংদা।

# ৭ থা মরিদা ফোঙবা চেকোঙ

## ( ১ )

## ঈচেল

**( কাছাড়গী থা মরিগী চোকোঙ )**

চেকোঙগী মরমদা :—

'ঈচেল"— থা মরিগী চেকোঙ অসি শ্রীএন জি. গোপীমোহন সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা অমসুং শ্রীবি, দ্বিজমনি বানার্জিনা সহকারী

সম্পাদক ওইত্বনা অল কাছাড় মণিপুরী ষ্টুডেণ্টস এসোসিয়েশনগী শ্রীচৈতন্য প্রেস, শিলচরদা ছ'পা তৌত্বনা ১৯২৯ ইংগী সেপ্টেম্বর থাদা কোঙলম্বনি। কাছাড়গী মণিপুরী ছাত্রশিংনা কোঙবা চেকোঙ ওইরবস্থু য়াম্না চঙথোনবা চেকোঙ অমনি। মী তরেৎনা শাবা এডিট-রিয়েল বোর্ড অমনা শ্রীসমরজিৎ সিংহ বি, এস, সি; বি এল, শ্রীজয়-কুমার সিংহ শিক্ষা বিশারদ, শ্রীশশাঙ্ক শেখর মুখর্জী এম. এ, শ্রীমুক্তা সিংহ এম, এ, শ্রীনন্দকিশোর সিংহ এম, এল, এ, শ্রীপুলকেশী সিংহ এম, এ; বি. এল, শ্রীনীলধ্বজ সিংহ এম, এ, বি, টি অমসুং শ্রীচন্দ্র সিংহ বি. এ (অনার্স) মচিংবা মী ১৪ না শাবা এডভাইজরী বোর্ড অমগী মথাদা কোঙলম্বা মৈতৈরোনগী চেকোঙনি। কপি অমগী মমল মথায়ঙনি।

সম্পাদকী মরমদা—

"ঈচেল" চেকোঙগী সম্পাদক শ্রীএন, জি, গোপীমোহন সিংহ অমসুং পহকারা সম্পাদক শ্রীবি, দ্বিজমণি বানার্জি মতম অমদা কাছাড়দা মৈতৈ ছাত্রশি গী মপুংদা মৈতৈগী চাওখৎ খোংথাংদা থরাই য়াওজবা ছাত্রশিংনি। মঃশাগনা চকোঙ অসি য়াম্না রানা হোৎনজন্না পুথোকচখিবনি।

সম্পাদকী য়ারোল—

১ বা চহি, ১ বা মশীং
সেপ্টেম্বর ১৯২৯ ইং

## ঈচেল

মতম কন কুঈরবা মতুংদা মরুপসিগী পক্কদগী অমদি মরুপ-সিগী য়ারেপ মতুং ইম্না "ঈচেল" গী অহানবা চেকোঙ চে অসি কোং-গনি হোৎনবসি কন মকুইরে, মরম অসিনা থিম্না চে কোংবগী মরমদা মাংজোননা ময়ামদা য়া খরদং নিংশিংজরী।

অহানবদা, মরুপসিগী লুপা পয়সা য়াম্না চিনবনা থবক থুনা পাইবা ওমখিদে।

অনিশুবদা, লামায় তরানিথোই উনমগী তুংদা কম্পোজিটর-শিংগী নিঙায়দগী থবক কন কুইনা লেপ্পি। মচুদগী প্রেসনোট লৈখিবনা থা অম:য়াম অমুক থবক লেপ্পি। মরম খিবিকসিনা চে অসি কোংবদ য়াম্না থিনথরে।

ছাপাড়গী মাইকৈ থুদিংমক্তগী রারেং-শৈরেং য়াম্না লাকই। রারেং-শৈরেং হৌবগী চেপ্লকইবা ঈচেল অসি ঐখোয়না থাগৎভবা ওমজদে; তৌইগুম্বসু ইনিংবা থম্না ইহুনা, রারেংহুদা শৈলীসু য়াওদা, ভাবসু য়াওদা, চেক্শিন্নসু ইদা—অসিগুম্বা রারেং-শৈরেংগী মশীংসু য়ামগ্রে। ময়াম পুম্নমক লেখক ওইবা অরেম্বনি, হুব্রু রারেংমগী মচাক খজিভং কাওবা য়াওয়বা রারেং-শৈরেংশীংসি ঐখোয়না য়েংপা নত্রগা লেখকী মতম মাংব নভুনা করিমত্তা ওইরায়—ঈচেল অসিবু ঐখোমনা কন্তবা মীৎয়েংদা য়েংলবদি চিংনানিংঙাই করিস্নু লৈন্তে। ছাপাগী অকন্নবা মশাগী মীং থাবগী অপাম-রাখল হাইরিবা লেখকশিংনা থাদোকপা ওমত্রে—মসিদগী অরানিঙাই করি লৈ? ইহুবা থরাদা লুনা চেক্‌সিন্না কদায়দা শোয়খিদগে থনতুনা ইরকপ রারেং ঐখোয়না শোয়দনা থাগৎচৈ অমসুং থাগৎচগনি, করিগুম্বা রারেংহুদা লোৎপা য়াবা রা নত্রগা রারেংহুনা পাঠকী পুক্নিং পেহলনবা ওম্রবদি। মরুপ অসিগী পুক্কে চাওদবনা! অকবা রারেং-শৈরেং মতুংগী চেকোঙগী-দমক ঐখোয়না নিংথিনা থমজরি।

ওমথৈ লৈত্তনা হোৎনচনসু য়াম্না মহৌশা ওইবা অয়মদগী "ঈচেল" গী চেকোংসিদা থানান, শব্দনচিংবা অরান-অশোয় য়াম্না ফাউরি। পুক্‌চেল চাওয়বা পাঠকশিংনা মসি শোয়দনা চুমথোক্নবা পাবিগদি থনজে।

রাজে'-শৈয়েং খমগৎপা অমস্তুং বানানমচিংবা অয়াম্বা চুপোক-চুমশিনদ; এডিটরিয়েল বোর্ড'গী মতেং কংজখি। মজ্জা ওইনা সাক-এভিয়না অয়াবা মতমদা সহযোগিতা তৌখিবি। এং ভাইকারী বোর্ড'গী মেম্বরশিংনসু "ঈচেল"গী মমমদা পাউতাক পীবিখি। মখোয় পুম্নমকপু ঐহাক্কী হার্দিক ধন্যবাদ অমস্তুং তৌবিমল খংহনজরি।

# ৮ চহিদা অনিরক ফোঙবা চেকোং

## (১)

## নহারোল

<u>চেকোংগী মরমদা</u> —

"নহারোল"—চেকোং অসি ১৯৪১ ইংদা অনিরক ফোংওখি—য়াওশঙ মশীং অমস্তুং পূজা মশীং। য়াওশঙ মশীং শ্রীলাইহরাম গোপাল সিংহ বি. এ না সম্পাদক ওইদুনা অদুগা "মৈতৈ-চেকোং" লাইরিক আসবু সম্পাদন তৌজরিবা রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ ইশামক্না সহকারী সম্পাদক ওইদুনা শিবাজী প্রেস, ৯/১ এম, ডাঃ সুরেশ সরকার রোড. কলিকাতাদা ছাপা তৌরগা ফোঙলখিনি। পূজা মশীংনা খুরাইজম বুদ্ধ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চুড়াচাঁদ প্রিন্টিং ৱর্কস, ইম্ফালদা ছাপা তৌরমই। চেকোং অনিমক ৬ ফুরলীধর সেন লেন, কলিকাতাদা ফোঙলমই। য়াওশঙ মশীংগী মথুমদা মণীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী সেক্রেটরী অনিল কুমার চন্দনা ১৯৪১ ইংগী ফেব্রুয়ারীগী তাং ১৬ তা ইরকপা চিঠিগী মতেক 'অমা অস্তুম্বা ফোঙলি— "He welcomes your new venture ; may the journal, you are starting, be an adequate vehicle of expression of the renaissance you are experiencing among

your people now. নহারোল" গী পূজা মশীংদা মণিপুর কলচরেল একাডেমীগী সভাপতি মহারাজকুমার প্রিয়ব্রত সিংহ বি.এ দরবার মেম্বরনা থারকপা য়াইক পাউজেল কোঙদি--"I am glad to learn that you are going to publish the Pujah number of the Naharon magazine dealing with topics concerning Manipur 's culture and life. I on behalf of the Manipur Cultural Academy, offer my sincere congratulations" চেকোঙ অসিগা মরী লৈননা আসামগী প্রেমিয়র ওইরম্বা শ্রীগোপীনাথ বরদলৈনা মহাক্কী য়াইক-পাউজেলদা অসুম্না হায়রি—"I am considering the venture of yours as one of the many ways in which the present renaissance at Manipur is exhibiting itself......... I only hope and pray that in this responsible role of yours you will lead your beautiful people in the right path of truth and fearlessness, so that you can regain for your land the ancient story and fame which was rightly hero." ত্রিপুরাগী মতম অদুগী রেভিনিউ অমসুং ডিভেলপমেন্টকী মিনিষ্টর ঠাকুর কামিণী কুমার সিংহনা থারকপা য়াইক পাউজেলদনা অসুম্না হায়রি—"The aim and object of the "paper" are no doubt ambitious and your enterprise is very landable indeed......... It is indeed very heartening and a matter of great fiction that you have been to register the sympathy and obtain blessings from sage like the poet Tagore and sympathetic active suppor of savants like Drs. Nag and Chatterjee of international repute."

"নহারোল"—য়াওশঙ মশীংদা য়াওরি—মৈতৈরোন্দা ৺মদন-গোপাল শর্মাগী "বন্দা উচ্চারহা হমারা" শ্রীমেধাবতী দেবীগী "কং

মচা", শ্রীব্রজমনি শর্ম্মাগী "মিংশেন্দা করি উবা", শ্রীরাজকুমার প্রিয়গোপাল সিংহগী "মণিপুরী জগোই মশক থিবা", শ্রীলুক্রাম তোমচা সিংহগী—"ইতিহাসকী কান্নবা", ৺খেলেন্দ্র সিংহগী "লালগী মরাদা রা খরদং", রাজকুমাব শ্রীস্নাহল সিংহগী "জয সিংহ", শ্রীনীলমনি সিংগী "তাইবং মপা মীহাৎপা", শ্রীনোংমাইথেম বুদ্ধচন্দ্র সিংহগী "সভ্যতা", শ্রীহরাইবম রণবীর সিংহগী "নহারোন", শ্রীচন্দ্রকুমার শর্ম্মাগী "মণিপুরগী মরমদা খরদং", ৺থুবাইজম বুদ্ধ সিংহগী "লোউবা", শ্রীকৈশাম তোম্বী সিংহগী "ফি শাবা", শ্রীলাইশ্রম গোপাল সিংহগী "মৈতৈগী পোৎচোই মযোন", শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহগী "ছাত্র জগৎ" অমসুং শ্রীথোইদিংজম মঙ্গলজাও সিংহগী "হৌজিক কালগী নহাবোন", মসিদা য়াওবি—বাংলাদা ইবা শ্রীমতি নিরুপমা দেবীগী কবিতা "বন জয়ন্তী", অসিদা য়াওরি ইংরাজীদা ইবা—Dr. Suniti Kumar Chatterjee D. Lit কী "Manipur, the Land of the City of the Gem", Dhumra Roy গী "A Manipuri speaks", Kh. Gouramani Singh গী "The Dawn of Electricity", Thokchom Modhu Singh গী "Early Civilisation of the Manipuris", L. Achow Singh গী "Manipur Students Federation" অমসুং Dr Kalidas Nag D. Lit. কা "Dance Traditions of Manipur."

অনিশুবা মশী (পুঙ্গ মশী) দ য়াওবি—মৈতৈরোন্দা ৺থাংবাকপন চউব সিংহগী "মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম", শ্রীচিংতাখম শিশক সিংহগী "ছাত্র সম্মেলনী", শ্রীকুঞ্জবিহারী সিংহগী "নিংভমহৌদবা", শ্রীব্রজমনি শর্ম্মাগী "অঙ্কগী মরমদা খরদং", শ্রীরাজকুমার শীতলজিৎ সিংহগী "লুহোংবা লুমিত্তা", রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহগী "গম্ভীর সিংহ", শ্রীবিনোদিনী দেবীগী "ছাত্রীগী মথৌ", রাজকুমার স্নাহল সিংহগী "কলমনা নাওথি

কাজবা", ৺খুরাইজম নীলমনি সিংহগী "লায়না রারম", শ্রীলুক্রাম তোমচা সিংহগী "মীনা পাঙবা", শ্রীহুরাইবম নংবীর সিংহগী "কলিঙ্গ-কলা অমসুং সমসাময়িক জগৎ", শ্রী নন্দবাবু রায়গী "মীওইবগী পুন্সিগী মরমদা খরদং", শ্রীথমস্হেম গৌরকিশোর সিংহগী "মৈতৈগী ভবিষ্যৎ", শ্রী চোংথাম নন্দকিশোর সিংহগী "ঐখোয় কাসুম তুন-থিসিরা" অমসুং সোনামনি সিংহগী "খঙ্গদবা রা অনিদং"। পুজা মশীংদা য়াওরি—মৈতৈরোনগী শৈরেং কয়া—৺হিজম অঙাংহল সিংহগী "থোঙঙাকপা", শ্রীহন্নাইবম নগবীর সিংহগী "অহিংদা", শ্রীথিয়াম মেঘচন্দ্র সিংহগী "কলিযুগ", ৺এস. পিশক সিংহগী "ঐগী মরুপ অমদা", শ্রীথোদাম আনন্দ সিংহগী "কনাগুম্বী লাইবকথিবী অমদা", রাজকুমার স্নাহল সিংহগী "শুভেচ্ছা", শ্রীকুঞ্জবিহারী সিংহগী "থিজবা", শ্রীবুদ্ধচন্দ্র রায়গী "নিংবা কায়বা", শ্রীসামন্তজিৎ সিংহগী "ঙাইজবা", শ্রীইবোতোন রায়গী "অরাবা ঈশৈ", ৺থ্বাই-রাকপম গৌরহরি সিংহগী "মুজা অমা", শ্রীরমনা দেবীগী "মতমগী ঈচেল", শ্রীইন্দু, দেবীগী "নোংজবা" অমসুং ৺শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহগী "অরাবা খোঙজেল"। মশীং অসিদা য়াওরি—ইংরেজীদা ইবা কয়া—সিলেটকী ৺মহেন্দ্রকুমার সিংহ বি, এ. বি, টি-গী "Religious Evolution of Manipur" শাস্ত্রিগী "Among the Headhunters" অমসুং শ্রীমোইরাংথেম মেঘচন্দ্র সিংহগী "Now is the turn of the Nemesis".

<u>সম্পাদকশিংগী মরমদা</u>—

"নহারোল" গী ইহান হানবা সম্পাদক শ্রীলাইশ্রম গোপাল সিংহ ডিপুটি ইন্সপেক্টর জেনরেল ওফ পুলিস ওইরম্বদগী হৌজিক থবক্তগী পোংথাদ্রনা লৈরি। চেক্লোঙ অসিগী সহকারী সম্পাদক রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ ইম্ফাল ওয়েষ্টকী সব-ডিভিসনেল অফিসার। মজিষ্ট্রেট ওইরম্বদগী হৌজিক থবক্তগী পোথারে। হৌজিক হৌজিকমক

মহাক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি ওইখি। "নহারোল" গী অহিংবা চেকোঙগী সম্পাদক থখুরাইজম বুদ্ধ সিংহ "মণিপুরী ড্রাইভরস ইউনিয়ন" গী জেনরেল মেনেজর ওইরমই। মথংদা মহাক মণিপুর ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী জেনরেল মেনেজর ওইথি। থবক্কী পোত্থারগা মহাক লোউ-শিংউগী থবক নিংথিনা তৌহনা লেনখি।

<u>সম্পাদক্কী ৱারোল</u>—

পূজা মশীং ১৯৪১ ইং

## MANIPURI VERNAICULAR

Students from Manipur are Englishmen per force. They are compelled to take up alternative paper in English in the place of the compulsory Vernacular one. This paper especially meant for the Anglo-Indian and Anglo chaps, has succeded in ousting those foreign elements e. g. Manipuri students, who have ventured to offer examination in it. The tussle for the last three years or so has always been in its favour. Undaunted the students from Manipur have put forth their best armoury by burning the mid-night oil but no success. Now a sense of frustration is visible and the prospect of new births of Manipuri graduates is sealed. The time mispent and money lost (forgetting for the moment the energy misdirected) are enormous to escape our notice. Suitable text books are not unavailable nor the efforts of the Manipuri Sahitya Parisad insincere, the grant of recognition of Calcutta University to Manipuri for the B A. Examination is imperative if the advancement of learning is to be insisted on.

# ৯ চহিগী চেকোঙ্

## (১)

## খোঞ্জেল

### ( চহিগী চেকোঙ্ )

চেকোঙগী মরমদা—

"খোঞ্জেল"—কলিকাতা মণিপুরী ষ্টুডেন্টস কংগ্রেসকী চহিগী চেকোঙ্নি। ১৯৪৭-৪৮ ইং সেসনগী কলিকাতা মণিপুরী ষ্টুডেন্টস কংগ্রেসকী একজিক্যুটিভ কমিটিগী মেম্বরশিংদি—শ্রীএন্, ইবোতোম্বী সিংহ (সভাপতি), শ্রী পি, এইচ, গৌরহরি সিংহ (সহঃ সভাপতি), শ্রী এইচ, নবকুমার সিংহ (জেনরেল সেক্রেটরী) অমসুং শ্রীরিশাং কৈশিং (এসিষ্ট্যান্ট সেক্রেটরী)। অতৈ মেম্বরশিংদি—শ্রীবিনয় সিংহ, শ্রীবিজয়চন্দ্র সিংহ, শ্রীহরিচরণ সিংহ, শ্রী জয়কুমার সিংহ, শ্রীলোংজম মহেন্দ্র সিংহ, শ্রীহরিদাস শর্ম্মা অমসুং শ্রীগোপাল সিংহ। চেকোঙ্ অসি ১৯৪৮ ইংগী ডিসেম্বর থাদা শ্রী পি-এইচ, গৌরহরি সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা সিংহ প্রিন্টিং র্‌ার্কস্, ৩০, বাদুর বাগান ষ্ট্রীট, কলিকতাদা ছাপা তৌরগা ফোঙ্লমই।

সম্পাদক্কী মরমদা:—

"খোঞ্জেল"গী সম্পাদক শ্রীফাঞ্জোবম গৌরহরি সিংহ কলিকাতাদগী বি, এ, পাস তৌখি। মহাক হৌজিক হৌজিক ডুম্ব সিংহ হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরি।

**[illegible] রাতোর—**

১ বা চহি, ১ বা মশীং
ডিসেম্বর ১৯৪৮ ইং

## ষ্টেট এসেম্বলী

মণিপুর প্রজানা মতম কুইনা ঙাইজরকলধা অমসুং তাল্লকি'বা দায়িত্বশীল শাসনদি ফংলে। হৌজিকী ষ্টেট এসেম্বলী অসিনা প্রজানা পামলিবা দায়িত্বশীল শাসন অসি পুরকপা ওমগদরা, মন্ত্রগা এসেম্বলী অসি দায়িত্বশীল শাসনগী মমিরা হায়বগী রাথম্না প্রজাগী পুকনিং নিংহন্নবা অমা উরকলি। প্রজানা পামলিবা অমসুং তানলিবদি হিরম পুম্নমক্তা প্রজাগী শক্তি, গণতান্ত্রিক ওইব উপায়না, এসেম্বলীদা প্রজাগী মিহুৎনা শিজিন্নবা অসিনি। মিহুৎ থনবগী অধিকার ফংদবনা প্রজানা পেন্দে, প্রজাগী ফনবা তৌবা থবক্তী ফংফম থোকপা অধিকার ফংদনদি দায়িত্বশীল হায়বসি মমিংদা ঙাইবা, মসিগীদমক্তা তান্নরকপা পোৎলক ওইগনি, অহুনা ষ্টেট এসেম্বলী অসিনা political democracy দা নত্তনা economic democracy, social democracy প্রজা পুম্নমক্তা ফংফম থোক্নবা শিন্নকনি হায়না খাজরিবা অসিগী বিরুদ্ধদা থবক তৌরক্লবদি অমসুং State Constitution Act 1947 গী মতুং ইন্না করি অমতা তৌবা য়াদে হায়হুনা নিঙাইদনা লৈথোক্লবদি প্রজাগী খাজবা এসেম্বলীদা থমকম থোক্কে।

এসেম্বলীনা ইহান হান্না তৌরকনি হায়না প্রজানা খাজবদি—

১। ষ্টেট কোনষ্টিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭ বু পূর্ণদায়িত্বশীল শাসনগী অচুম্বা মওংদা পুররবা থুনা হোংদোকপা অমসুং চুমথোকপা।

২। এসেম্বলী মেম্বরশিংগী ময়ুংদগী Anti-corruption Committee অমা শেমহুনা ষ্টেট অফিসরগী

মখুংদা corruption, nepotism কৈরিবা অসি investigation তৌবা ; কমিটি অসিগী investigation মতুং ইন্না মতিক চাবা তৌবা হৌনবা ৎবক তৌবা।

৩। মণিপুরগী কিবমগদি চান্না অমস্তুং ওইরকলিবা মতমগী খোংচৎকদি তুংইন্না অমস্তুং থোইদোকনা নহারোলশিংগী মরক্তা morality য়াউনরক্লিবা অসি কোকনবা Social Legislative enactments such as Marriage Act, Early Marriage Restraint Act--Assembly দা পাস তৌবা।

## (২)

# পিথাদোই

( আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী চহিগী চেকোঙ )

চেকোঙগী মরমদা—

"পিথাদোই"—আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী চহিগী চেকোঙনি। চেকোঙ অসি শ্রীরাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা অদুগা শ্রীশগোলসেম ধবল সিংহ, শ্রীঙারিয়াম্বম নবদ্বীপ সিংহ অমস্তুং শ্রীসোয়াম লোকেন্দ্রজিৎ সিংহনা উপ-সম্পাদক ওইদুনা ১৯৭৩ ইংগী জানুয়ারী থাদা কোটেজ ইণ্ডষ্ট্রীজ ডিপার্টমেণ্ট প্রেস, গোবর্ণমেণ্ট অব আসাম, শিলচর-৫ দা ছাপা তৌরগা থোঙলকখিনি। চেকোঙ অসিগী কপি অমগী মমল লুপা ... কনি।

সম্পাদকশিংগী মরমদা—

"পিথাদোই" চেকোঙ্গী সম্পাদক শ্রীরাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ থাংমৈবন্দ, ইম্ফালদা পোকপনি। মপাবুংগী মিংনা স্বর্গীয় রাজকুমার গোকুলচাঁদ সিংহ কোই, মমাসিজগী মিংনা স্বর্গীয়া খুমুকচম নিংঙোল ইবেমতোন দেবী কোই। অঙাং ওইরিঙৈদা মহাক বেঙ্গলী হায় স্কুলদা লাইরিক তম্লমই। মথংদা শান্তিনিকেতনদা মখা তমথরমই। মতাক মতম খরা পণ্ডিচেরীদা অরবিন্দগী আশ্রমদা লৈরমই। মহাক ধনমঞ্জরী কলেজগী মণিপুরীগী লেকচরর ওইরমই। মথংদা শিলচরগী কাছাড় কলেজগী মণিপুরীগী প্রফেসার ওইখি অমসুং হৌজিক ফাওবা ওইরি। মহাক লাইরিক য়াম্না লেংই, মতাকী অকোঙ্বা লাইরিকশিংগী মনুংদা "ছন্দবীণা" অমসুং "বসন্তগী বাঁশী" মমিং চংলি। মহাক্না ইবা লাইরিকপু শীংথারছনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা কাছাড়গী শিলচরগী মীকমদা মঙোন্দা "যামিনী সুন্দর গোস্ত মেডাল" পিখি। মহাকী "বসন্তগী বাঁশী"বু শিংথারছনা মঙোন্দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা "একাডেমী এয়ার্ড" পিখি।

উপ-সম্পাদক অহল্মক মণিপুরী সাহিত্যবু চুংশিজবা অমসুং সেবা তৌজরিবা মীশকঙাক্লি। মখোয়গী মনুংদা শ্রী-ঙারিয়াম্বম নবদ্বীপ সিংহ কাছাড়গী বাঁশকান্দি এম, ই, স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরি। মহাক হৌজিক হৌজিকমক "সাহিত্য বীণা" কৌবা মৈতৈরোনগী থা অহুমগী চেকোঙ্ অমা রাণীপুরদগী কোঙ্বা হৌরে।

সম্পাদকী ম্রায়োল—

১বা চহি, ১বা মশীং
জানুয়ারী ১৯৭৩ ইং

## মণিপুরী জাতিগী অনৌবা খোঙথাং

ভারতকী অন্নাং-নোংপোক লমথৈদা লৈবা আসাম মণিপুর ত্রিপুরা বাঙলাদেশ অসিনচিংবা লমদমশিংদা লৈরিবা জাতিশিংগী মনুংদা 'মণিপুরী জাতি' মীশিং যামদনা মগুণ লৈরবা জাতি অমনি। ব্রহ্মদেশকী লমদম খরদসু মণিপুরী কনা য়াম্না চাইহনা লৈপ্রি। পুম্নমক অসি থারগা মণিপুরীগী মীশীং লাখ তরামঙারোম ওইবা য়াই। অদুবু লৈমিন্নরিবা জাতি মচিন্মনাও আসামী, বাঙ্গালী, খাসী, গারো, বোডো, মিজোনচিংবা অসিগা খোঙথাং মান্ননা চংনবা হোংন-রকপগী মতাংদা রাজনীতিগী শরো কয়া, মিথৌচাউবা করাম-চাউবা শক্তি কয়াগী মীৎয়েংনা মরম ওইহনা লানকম কয়া মায়োক্নবা তারকপদগী জাতিগী চপচারা মগুণ শাংকায়হনবা ঙম্নক্রি। ভারতকী জাতীয় অধ্যাপক ডাঃ সুনীতি কুমার চাট্টুজ্জিগী রাহৈদা হায়রগা "মায়াপুরীগী খোমলেন তুমখুন হল্লিবী শকহেনবী নিংথৌমচাক্লপী-গুম্না মহী মর্‌হাই পুম্নমক হীরা কোল্লগা মঙান ফুদোকপা ওমদনা ওসি কাঙবা মণিপুরী জাতিনা লৈরক্নি।" অমরোমদা হায়রগা, রার্ডস্-রার্থকী "A violet by a mossy stone half-hidden from the eye"—গুম্না কীরাক তংখায় খুম্নগা কজবা পুম্নমক লোত্নুনা লৈরক্নি। ইতিহাসকী লামায় হাংদোক্লগা উবা ফংলি—নোংশা পাংথকরবা অকল অথৌ, লায়ওইরবা মাইচৌ পণ্ডিতকী মশীং রাত্রবা মণিপুরী জাতি—ব্রিটিশকী মখা পোন্নিহৈদা কয়াদা লেমজনা লৈরম্বা, কয়াদা চাউথোক্না পাল্লম্বা। মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না চহী কয়া চুপ্পা অংগ্রেজগী লাঙ্গোই চল্লুরে। ইং কুমজা ১৯৪৭-তা ব্রিটিশনা

ভারত খাদোক্লবগা লোয়ননা মণিপুরগী রায়েক্তৈশ্ম ভারত সরকারনা লৌশিনখি। মতুংদগী অমুক কুইবসি ভারতকী কেন্দ্রীয় সরকারনা রাজেনবা লৈবাক অমা ওইনা লৈয়রকপদগী হন্দক্তা হৌখিবা ইং কুমজা ১৯৭২ গী জানুয়ারী ২১ দগী মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইহনা লৌজিক্তি মণিপুরী জাতিগী লাইবক্তা অনৌবা নুমিৎ থোরক্লে। অসিগী মমাঙদা সাহিত্য একাডেমী, নিউ দিল্লীনশু মণিপুরী লোলবু ভারতকী অখোইবা লোল অমা ওইনা লীংখাবিরে। অতুগা হৌখিবা জানুয়ারী ১০, '৭২ দা মণিপুর সরকারনা "মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী" হায়বা কলা পুমমক্কী চাওখৎ থোরম লৌখৎনবা সংস্থা অমশু লিংখৎলে। করাম তোয়াইমা ফিলমস্ লিমিটেড, ইম্ফাল না এপ্রিল ৯, '৭২ দা মণিপুরী লোলগী ইহান হানবা ফিলম 'মতমগী মণিপুর' পুখোকপি-হনা সিনেমা জগতা অনৌবা থাদাজ অমা পীবগা লোয়ননা মণিপুরী কলা জগৎকী ইরৌ নৌবা থাও অমশু হাংখি। মতুংদা 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' হায়বা মণিপুরী ফিলম অমসু পাথাকলে। হৌজিক য়াইরিপোক থম্বালনু, মাধবীনচিংবা ফিলম অতৈ অতৈশু মখৎ মখৎ পুখোক্নবা হোৎনরি। অদুগা চৎলিবা সেপ্টেম্বর ১৯৭২ দা জওহর-লাল নেহরু ইউনিভর্সিটিগী পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টাডিগী কেন্দ্র অমা ইম্ফালদা হাংহনা বিষয় তরেৎ তম্বা যানবা থোরাংশু লৈরে। মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যাশু বিষয় তরেৎ অসিগী মনুংচনবা অমা ওইনা লৈরে। মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যবু বিশ্ববিদ্যালয়গী থরাইদগী রাংবা থাক্তা অহানবা পুখৎপিহনা ঈকায়খুম্নবা উৎপিরকপা অসিমকশু মণিপুরী জাতিগী অনৌবা খোঙথাং অমনি। অমমা মণিপুরগী তোঙানবা পব্লিক সার্ভিস কমিসন অমা লৈরিবা ঐখোয়গী অতোপ্পা খোঙথাং অমনি।







